# মরাংবা থাক্কী মণিপুরী প্রবন্ধ

## ( Standard Manipuri Essays )

এন. কুঞ্জমোহন সিংহ
সিনিয়র লেকচারর,
মণিপুর কলেজ, ইম্ফাল

অ.এ. কে বুক হাউস
পাওনা বাজার, ইম্ফাল

# হীরম লামাই

# অরাংবা থাক্কী মণিপুরী প্রবন্ধ
## *( Standard Manipuri Essays )*

### পুন্সি অমসুং হরাও কুম্মৈ
***( Life and Festivities )***

তোপদবা থবক্না মশীং লাকপমদনা লৈথ্রবা তেনথ্রবা তাইবং পুন্সিনি। অদুনা মতম লৈন খিবিক্তা থবক্তা লুপ্তুনা লৈবা হায়বসি মীওইবগী চেঙ্ফত্রবানি। তোঙ্গথসুং থবক্না মবোল মরোল লৈথ্রবা পুন্সি অমিদা থবক্তা শূহুন লেননসু ঙমদে। থবক খানা শূকবগী মতুংদা ঙাইহাক পোথাদবা য়াদে। পোনাবা মতম অদুদা থবক শূক্লবগী অপেনবা অদু ফং-লিবনি। তোইঙম্বসুং করম্মা পোথাবগা হকচাং অমসুং বাখলনা খ্বাইদগী চেংা পেনগদগে হায়বদুগী বাহং অমা লাকই। ইচম চম্মা পোথাবদা থাইনা অপেনবা লৈতে। মসিদগীনি হরাও-কুম্মৈ পোক্লক্লিবা। হরাও-কুম্মৈগা লোয়নননা পোথারগদা হায়নিংঙাই লৈতব অপেনবা অদো ফংই।

উপনিষদতা হায়বি— 'আনন্দাদ্ধ্যেব খল্বিমানি ভূতানি জায়ন্তে'— হবাও তম্বাম্বদগী চেংবানবা অসি পোক্লকপনি। হরাও-তম্বাম্বনা তাইবং-পুন্সি ঈচেলগী ঈহৌরককফমনি। অদুগা হবাও তম্বাম্বগীদমকতা হরাও-কুম্মৈ থোক্লকপনি। অদুনা হবাও-কুম্মৈ লৈবমদ্রবাদ পুন্সি অসিগী অর্থ লৈরয়োই-দবনি। হকচাংগী অবাম-থৌবাং কোক্লবগীদমক চান-থক্লবা দবকার ওইব-ঙম্মা বাথলগী অরাম-থৌরাং কোক্লবগীদমক হরাও-কুম্মৈগী দরকারনি।

পোথাবগীতা ওইনা হরাও-কুম্মৈ নত্তে, হকচাং অমসুং ৱাখল ফগৎহন্নবগীসু হরাও-কুম্মৈ দয়কায়নি। অদুনা সুমিৎচুপ্পা ৱানা থবক শূরুবগী মতুংদা হকচাং অমসুং ৱাখল তেকথৎহনবা হরাও-কুম্মৈনা ইরাই লাইনা ওমই। থবক শূরিবৈ মতুংদসু হরাও-কুম্মৈনা থবক পাঙ্খোকপদা ইৱাৱাহন্দনা নীংথিজনা মতেং পাংবসু য়াওই।

বেদ পুরাণগী যুগতগী হৌরদুনা ঙসিগী যন্ত্র-যুগ অসি ফাওবদা সমাজ খুদিংগী হরাও-কুম্মৈনা সমাজ অদুগী থৱাই ওইদুনা লাক্লি। ভৌবগীদি সভ্যতাগী মঙাল হেনগৎলকপগা লোয়ননা হরাও-কুম্মৈগী মশক-মওং মথল-মশীংসু থেন্নরক্লি অমসুং হেনগৎলক্লি। সভ্যতাগী য়েলহৌকৈদগী হৌদুনা দেবী-দেবা অমত্তং খোকপদা হরাও-কুম্মৈনা উৎসবগী থৱাই ওইদুনা লাক্লি, মৈতেং ওইরক্লি। লাইহরাওবদা লাইতা হরাওবা নত্তে মীসু হরাওরিবনি। হরাও-কুম্মৈদা মশাগী হরাওবা অপেনবা অদো ময়ামবুসু শরুক থুংহল্লে। মৈতৈগী পেনা, খুলং ঈশৈ, খাবলচোংবীনচিংবা অসি হরাওনবগী মচাক্কা নত্তে, জাতিগী হরাও-নুংঙাইগী অৱা-অনংগী ইতিহাসসু যুগ যুগ চুপ্পা মখোয়না পুদুনা লাক্লি অমসুং শন্দোক্লি। পুং-ঈশৈ-জগোইদা জাতি অমনা মশাগী মমিবু উজবা ফংজরি, লোয়ননা মশাগী কলাগী মগুণসু ফোংদোকচবগী খুদোং চাবসু ফংজরি।

লমহাংদা শান্ন খোৎনবা— মুক্তা, কাঙজৈ, উ লাউবী, শগোল কাঙজৈ অসিনচিংবা অসিনা থম্মোয়দা নুংঙাইহনবতা নত্তনা হকচাং শাক্সেলসু ওইহল্লি। অদুনা অসিগুম্বা শান্ন-খোৎনবনা পুক্নিং নুংঙাইহনবতা নত্তনা হকচাংসু ফগৎহল্লি। মফম অমত্তদা ফমদুনা তাসনচিংবা শান্নবা অসিদগীসু মীওইবন' নুংঙাইবা ফংই। অসিগুম্ব' শান্নব' অসিনা হকচাংগী খোইদোকপা কান্নবা ফংহনব্রগসু ৱাখলদি তেকথৎহল্লি।

হৌজিক্কি সভ্যতাগী মঙাল হেনগৎলকপগা লোয়ননা মীওইবগী

পোত্থানবা মতম লিকশিল্লক্লে। অদুনা অকক্নবা মতমগী মনুংদা করম হায়না হয়াও-কুম্মৈ পাঙ্থোকপা ঙমগদগে হায়বা অসিনা বাখল ওইদুনা হয়াও-কুম্মৈগী মতমসু শাংঙকত্রে, মওংসু ওল্লক্লে। অদুনা অহিঙ চুপ্পা লীলা অমা শান্নবগী মতুংতা পুং অমা অনিদা লোইশিন্নবা সিনেমা চোংথোরক্লে। রেডিওনা মথল মথেলগী হয়াও-কুম্মৈ শন্দোরক্লে। ওলিম্পিকন-চিংবদা পৃথিবীগী দেশ খুদিংমক্না পুন্দুনা করম হায়না হয়াও-কুম্মৈ তৌদুনা ময়ামবু পেলহনবা ঙমগদগে হায়বগী পাম্বৈনচিংবসু চোংথোরক্লে।

তৌবগীদি হয়াও-কুম্মৈ অসি ঙমখৈ অমগী মনুংদা থমগদবনি। কা হেন্না হয়াও-কুম্মৈ পাম্বা অসিসু অফবা নত্তে। নুমিৎ চুপ্পা হয়াও-কুম্মৈদা ঊয়াক্লদুনা লৈবা মীনা মথৌ অমত্তা মতম চানা মওং চানা পাঙ-থোকপা ঙমদে। হয়াও-কুম্মৈতা পাম্বা মী অদুদি তনথরকই, পঙ্থরকই; ঈমুংগী সমাজগী শান্তি থুগাইরকই: লমচৎ ব্যবহারসু নাইরক্তে; নত্তবা বাখলনা লমজ্রিংলকই; লম্বী শেরান্নরকই। অদুগুম্বা মী অদুদি সমাজগী য়েক্লবা ওইরকই। অদুনা অচম্বা অশেংবা মথলগী হয়াও-কুম্মৈ চাং অমগী মনুংদা লৈরিমখৈ অমাঙবা লৈত্তে, তৌইগুমসুং অমকপা হয়াও-কুম্মৈ, খুদম ওইনা, জুয়ারনচিংবা অসিদি অফবা নত্তে। অসিগুম্বা অসিনা পূকচেল পিকথহল্লকই, ফত্তবা সঙ্গ তিন্নহল্লকই।

যন্ত্র-সভ্যতাগী যুগ অসিদা পৃথিবীগী হয়া মুংশিৎ শেংজিল্লকএ, তাইবংমীগী ফিদম হায়বা অমা লৈশিল্লক্তরে। মাইকৈ মরিদা কল্লক-মিহৌবা অমসুং শেল-থুমগী চৈফুনা মীওইব সমাজগী শক্তম চুমশিল্লক্ত-রে। অকে-অমোগী পোৎ-চৈ মশীং হেক্সৎলক্লবসু মীওইবনা মশাগীতা য়েংনরকপনা সমাজদা লাইনা অমা চংঙক্লে। অদুনা মমাংঙৈগী অচম্বা হয়াও-কুম্মৈ অদুসু লৈশিল্লক্তরে। থুঙংনা সমাজগী কেন্দ্র ওইরিবৈ মতমদা অহাংবা মাঙোপ-লম্পাক্তা তৌরম্বা হয়াও-কুম্মৈ অদুদি শেল-থুম চংঙমদে,

চঙবা য়াওরগসু থোইনা চংঙমদে। দেবী-দেব, লুহোং-খোংদোংবা অমা থোকপদা শেলগী রা থোইনা থগৎরমদে। হৌজিক্কী অয়াম্বা হরাও-কুম্মেদি শেল-থুম হায়ঙমদনা চঙবা ঙাক্তা ওইশিল্লক্লে, অমসুং থাম্বনগী অচম্বা মহৌশাগী নুংঙাইবা হরাওবা অমা য়াওবা অদুসু য়াওশিল্লক্তরে। অদুনা ঙসিগী তৌরিবা হরাও-কুম্মৈনা মীবু ময়াই অমদা ঙাওহনবদি ঙমই, মপূং ফানা পেলহনবদি ঙমদ্রে।

ইতিহাসনা ঙসি ফাওবদা সাক্ষী পীরি, যুগ যুগ খুদিংদা হরাও-কুম্মৈনা চাং অমগী বাং লান্দুনা ঈরাক্লখিবা, অমসুং অকে-অমোদা লূপ-খিবা জাতি খুদিংমক নোংম নোংমগী মাঙথরকপা নত্তনা চাওখৎপা তৌখিদে। গ্রীক, রোমনা মাঙখিবগী মরুম থিজিল্লুরগা ঐথোয়না মসিগী প্রমাণ ফংগনি। ভারতকী মোগল শাসনা মাঙখিবগী মরমসু হেন্দোক থোইদোক্লা হরাও-কুম্ম অমসুং অকে অমো পাম্বদগীনি।

অদুনা অফবা মথলগী হরাও-কুম্মতা সমাজনা য়োকথৎলগা মদুবু ঙমথৈ অমগী মতুংদা থম্ফম থোকই।

## উপন্যাস পাবা

( *Novel Reading* )

মশাগী শক্তম য়েংজরগ হরাওজবা মীওইবনি। অদুনা মীওইবনা মিংশেনদা মশাগী শক্তম য়েংনরিবনি। সাহিত্য হায়বা অসিসু জাতিগী মিংশেন মথল অমনি। সাহিত্যদা জাতিগী সমাজগী অথা-নুংঙাইগী লম-চৎ ব্যবহারগী মমি তাই। অদুগা সাহিত্যগী মশা মমামগী মরক্তা

উপন্যাসতনা মীওইব-সমাজগী মরি খ্বাইদগী হেন্না মপুং ফানা অমসুং নীংখিনা তাই। অদুনা উপন্যাস পারগা মীওইবনা মহাক্কী সমাজগী জাতিগী দেশকী শক্তম অদু উবা ফংই।

নুমিৎ খুদিংগী ঐখোয়না শক খঙনব-খঙনদবা মীওই কয়াগা থেংনরি। মখোয়গী অৱা-নুংঙাইগী থোদোক কয়া— মখোয়না হাইফেৎতং নোকচবা, মখোয়গী মীংলুদা শিনথরকপা পিরাং— খঙহৌদনা খম্মোয়গী কাচিন অমদা চিকমাঙনখি। অদুগুম্বা চিকমাঙনখিবা মীওই কয়াদুগী অৱা-নুংঙাইগী ৱারী কয় অদো অচীকপা মতমদা অশংবা মতমদ নীংশিংলুবদা নুংঙাইবা অমা পোকই। তৌইগুমসুং অদুগুম্বা অৱা নুংঙাইগী ৱারী কয়াগী মীওইশিং অদুবুদি খিবদা অমুক হন্না ফংদে— মীয়ামগী ঈপাক্তা তিনখি। উপন্যাসনা অদুগুম্বা চিকমাঙনখ্বা মীওই কয়া অদুবু, অমসুং মখোয়গী অৱা-নুংঙাইগী ৱারী অদুবু লৈ-পরেংগুম লংলা অমদা লেংদুনা ঐখোয়বু উহল্লি। ইনাক্তা লৈবা মীওইশিংবু য়ায়া নক্তা লৈমনবদগী ঐখোয়না নীংখিনা শক খঙবা ঙমদে; অদুগা অরাপ্পদা লৈবনা খম্মোয় ঈথৌতমক লাংহল্লি, খম্মোয় পেলহনবদি ঙমদে। উপন্যাসনা অনকপদা লৈবা খঙদবা অদুবু নীংখিনা খঙহল্লি. অরাপ্পদা লৈবা অদুবু নক্তা পুশিল্লক্লুনা খম্মোয়গী ঈথৌরাংবা ফোকহল্লি। অদুনা অনকপগী অমদি অরাপ্পগী মীওইশিংগা ঐখোয়গা উপন্যাসনা শক খঙ্নহল্লি।

ৱারী তাবা কাযবসি মীওইবনা মহৌশাদগী পামদুনা লাক্লবনি। অদুনা থাইনভৈদগী হৌদুনা ৱারী লীব-তাবা হায়বসি চৎনরক্লিবনি। পিক্লিবা অঙাং ফাওব নুমিদাং ওইবগা ৱারী তাগদবগী মবেনবোক্তী তম্পাক্তা চঙশিল্লকই। মবেনবোক্তী ৱারীগী নিংথৌ মচাগা লোয়ননা থাপথ্রবা ৱাখলগী লৈবাক অমদা নিংথৌ মচানুপী খিবা চৎলি। উপন্যাসসু সমাজগী চাওথৎপগা লোয়ননা শেমদোক্রবা অমসুং চাওথৎলবা মঙংদা লীবা ৱারী খুৎলী

অমনি। উপন্যাস পাৱগা হৌজিক্কালগী চমত্রবা থম্মোয়না মহাক্কী মহৌশাগী ৱায়ী ভাবগী ঈথৌৱাংবা অদো কোকহনবা ঙমই। অদুনা হৌজিক্কী কাল অসিদা মী অমুক য়াম্বনা উপন্যাস পানৱক্লিবনি— মূমদ', কুলদা, লম্বাংদা, বসন্তা, ৱেলগাড়ীনচিংবা অকংবা মকমদা, অশংবা মতমদা।

উপন্যাস পাৱগা মীওইবগী সমাজবু খঙবা অমসুং থম্মোয়দা নুংঙাইবা অমা ফংবতা নত্তনা অতৈ করি কান্নবা হায়বদুসু থন্নিংঙাইনি। করিনা উপন্যাস হায়বা অসি সাহিত্যগী মশা অমনি। অদুগা সাহিত্য হায়বসিদি সমাজগী য়াইফ-মঙ্গলগী শাদোংনি।

সংসারদা লৈরিবা মথল মথলগী মীওইশিংগী লমচং-শাজং পুম্নমক্কা শকথঙনবগী তাঙ্গা ঐখোয়গী তেনখ্রবা পুন্সিদা ওইথোক্তে। উপন্যাসনা মখোয়শিং অদুবু ফজনা য়েক্তুনা ঐখোবু উৎনদুনা ঐখোয়গী জ্ঞানগী ঙমথৈ পাকথোকহল্লি। উপন্যাসতা ঐখোয়না উবা ফংই, সংসারগী মপুং-ফাবা তশেংবা শক্তম। অদুনা সংসারগী অশেংবা জ্ঞান উপন্যাসতগী লাইনা ফংবা ঙমই। অদুগা লোয়ননা খঙ্জিবা অদুদগী অমুক হেন্না খঙনিংবগী, উরিবা অদুদগী অমুক হেন্না উনিংবগী ৱাথল অমসু পোকহল্লি। অসিগুম্বা ৱাথল অসিনা মীওইবা মশাগী অমসুং সমাজগী চাওখৎপগী লমজিংনি। উপন্যাস নত্তনা অতৈ করিগুম্বা পোৎশক অমনা মীওইববু অমুক লায়না থম্মোয়দা পেলহনবগা লোয়ননা জ্ঞান পীবা ঙমদে। উপন্যাসনা জ্ঞান চাওখৎহনবতা নত্তনা জ্ঞান অদুবু করম্বা লম্বীদা শীজিন্নগদগে হায়বদুসু তাকই। দর্শন শাস্ত্রগী লুর-লুরবা ৱাহং কয়াগী নৈনবা অদো পাৱগা অভাং অমনা নত্রগা ইচম চম্বা লৌশিংগী মীওই অয়াম্বনা ভাব তাবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং উপন্যাস পাৱগদি ৱাহং অদু লায়না ভাব তাবা ঙমই।

সমাজদা, মিৎয়েংগী ৱাংমদা ৱা ঙাঙ্বা হৈজদদুনা, মীগী মীথা পোনদুনা অকনবনা মতম থুদিংদা নৈহৎপিদুনা লৈরিবা কাঙবুশিংবু মীনুংশি খঙবা

লেখক কয়ানা ঐখোয়দা য়েক্তুনা তাকই। সমাজগী থ্বাইদগী হেন্না বাংলা লৈরিবা মীওইশিংগী হৌহুনা থ্বাইদগী নেয়া লৈরিব মীওইশিং ফাওবা লেখক্না নৈনৈ উপন্যাসতা। অহুনা উপন্যাস পারগা ঐখোয়গী মিৎয়েংসু চুমখোয়কই। সমাজগী অবাং অনেম পুন্নমকপু মান্নবা য়েংবা ঙৈরকই। থুদম ওইনা ঔপন্যাসিক শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়না বাংগালী সমাজগী লৈথ তারবা কাওবুগী পাউ উপন্যাসতা ইহুনা ময়াম্বু থওইহল্লম্মী।

ফিদম অমা য়াওনা ইবা উপন্যাসনা মীওইববু নীতি-জ্ঞান তম্বি, তুম-খুন তানথ্রবা জাতি অমবু য়াকাইহনবা ওবই। বঙ্কিমচন্দ্রগী 'আনন্দমঠ'না ভারত জাতিবু য়াকাইহনবদা মরু ওইবা খোদাং অমা পাওখোকখি। 'আনন্দমঠ'কী 'বন্দে মাতরম্' ঈশৈনা স্বদেশ প্রেমগী মন্ত্র ওইহুনা জাতিগী নীংতম-লানফমদা ভারত মচাবু শিব-নাবা কিহনাখদে। মেক্সিম গোর্কিগী 'ইমা'না রাশিয়াগী কমিউনিষ্ট বিপ্লবকী খোনা হাপখি। ডাক্তর কবলগী 'মাধবী'না স্বার্থত্যাগকী মন্ত্র শন্দোক্লম্মী। মাঙদা ফিদম লৈএবা জাতি অদুদি য়াইফ-মঙ্গল লৈরোইদবা নোংম নোংমগী মথোং-মরম থঙদনা শিথ-রক্লগদৌবা জাতিনি। অদুনা সৈবাকী য়াইফ-মঙ্গলগীদমক ঔপন্যাসিকনা লাক্কদোরিবা যুগকী লম্বী তাকই।

তৌইওম্বসুং হৌজিক্কাল অসিদা চাওখৎপা মিৎয়েংগী মিংদা শন-খোকপা মথল অমগী উপন্যাস অমা ইখৎনরক্লে। চুমই, উপন্যাসকী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি অপাববু নুংঙাইহনবনি। অদুনা অপাবশিংবু নুংঙাইবা পীনবা সংসারদা তশেংনা খোক্লিবা খোদোক্লি হায়দুনা অকামপেৎনচিংবা কি শেৎতবা রা ইদুনা অপাবা মীগী মমিৎতা উফুল চাইশিল্লি। তৌইওম্বসুং অসিগুম্বা উপন্যাসনা অথুবা রস পুখোকপগী মহুত্ত অথাবা রস পুখোকই। অসিগুম্বা উপন্যাসনা সমাজবু য়াইফ-মঙ্গলগী লম্বীদা পুখৎপগী মহুৎতা নরক-কুণ্ডদা পুথৈ। মীওইবগী লমচৎতা শাগী শাজৎনু য়াওরি হায়বসি

ককপা য়াদ্রবা ধানি। অদুনা পুক্নিং খুদুম চন্দুনা চৎনবী অমগী মথাদা লৈদুনা শাগী লিচৎ অদুবু মাওইবনা নমথদুনা লৈরিবনি,— মসি পুস্নিগী মরূ ওইবা থৌদাংনি। তৌইগুম্বসুং মদু তৌদদুনা শাগী লিচৎ অদুবু ময়াই কাইনবগা লোয়নবা উপন্যাসতা মনীং-মথা তম্বা থাদোরক্লবদি মদু সাহিত্য ওইদ্রে। অদুগুম্বা সাহিত্যদি সমাজগী অমাওবা ওইবা নত্তনা কৈদৌনুংদসু অফবা ওইদে। অদুনা অদুগুম্বা উপন্যাস অদুদি পাম্বা চুমদে, সমাজনা অদুগুম্বা অদু খিংবা চুমই।

তৌবগীদি করিগুম্বা পোংশক অমগী কান্নবা কান্নদবা হায়বদু পোং-শক অদুগী শীজিন্নবা মওংদা লৈরে। মওং অমসুং মফম চাদনা শীজিন্নব-বদি অফবা পোংসু হেক্ত্রা ফত্তে। অদুগা নীংথিনা মওং চানা শীজিন্নবা হৈরবদি হুদগীসু অমৃত ফংই। রাথল-লৌশিং লৈবা অয়াম্বনা হায়নৈ, উপন্যাস য়াম্না হেন্না পারগা রাথলগী ঈপাক্তা তাউথখিদুনা বিচার রুক্কি মাঙথরকই। উপন্যাস য়াম্না পারবদি থম্মোয়সু শোনথরকই। অদুনা অসিগুম্বা পোংশক অসি ঙমথৈ অমগী মহুংদা থমদ্রবদি অমাঙবা ওইরকই। রাথল লৌশিং মপুং ফাদ্রিবা অঙাংশিংনা নুংশি-নুংওলনা মরূ ওইবা উপন্যাস পারগা অয়াম্বা মতমদা মাঙথরকই। অদুনা অদুগুম্বা উপন্যাসতি পারোইদবনি। তৌবগীদি অফবা উপন্যাসতি পাগদবনি। তৌইগুম্বসুং অফবা উপন্যাসতি পৃথিবীদা মশীং য়ামদে।

## ছাত্র-সমাজ অমসুং রাজনীতি
## ( *Students and Politics* )

ছাত্র ওইরিবৈ মতম অসিনা পুস্নিগী মরূ ওইবা মতাংনি। পুস্নিগী পাক্লবা লানফমদা লানথেংনবা ঙম্নবা ছাত্র ওইরিবৈদা তম্বা য়াবমথৈ

তমহুনা শেম-শাগৎকদবনি। অদুনা ছাত্র ওইরিঙৈ মতাং অসি য়াম্না চেকশিনদব য়াদে। মতাং অসিদা চেকশিনহৌদ্রবদি হয়েং তুংদা মীয়াংব ঙমদে অমসুং পুন্সি চুপ্পা নীংঙমহৌদবনা থল্লি।

অয়াম্বনা হায়রৈ—'ছাত্রাণাং অধ্যয়নং তপঃ'—লাইরিক-লাইসু পাবতনা ছাত্রশিংগী মথৌনি। রাজনীতি নৈনবা হায়বসি মথোয়গী মথৌ নত্তে। রাজনীতি চঙলবদি ছাত্রশিংগী লাইরিক-লাইসু তম্বদা অকায়বা লাকনি; অদুনা তুংগী পুন্সিগীদমক শেম শাবদা অপনবা ওইগনি। অচুম্বা বানি, ছাত্রশিংনা লাইরিক-লাইশুদ মপূক্রিং চঙদদুনা রাজনীতিদা ঈরাকদুনা নৈরবদি ছাত্রশিংগী শোয়দনা অমাঙবা হায়বদো ওইগনি, মথোয়না মাঙলবদি জাতিগীসু অমাঙবনি।

তৌইঙুম্বসু, নোংম নোংমগী মথং মথং তৌদুনা পৃথিবীগী থবক-থৌওং পূম্নমক য়াম্না য়াম্না হোংলক্লি। অদুনা সমাজদা লাক্লিবা য়াওল, হোংলক্লিবা শেল-থুমগী ফিভম, পুম্নমক অসি ছাত্র সমাজগীসু নৈনকম থোকই, নত্রবদি তুংদা লাকদৌরিবা পৃথিবীগী খোঙথাংগা মান্ননা চৎপা ঙম্লোই। দেশপু জাতিবু কনবগী থৌদাংদা ছাত্র-সমাজগীসু মতেং য়াওদবা য়াদে। অদুনা দেশকী জাতিগী সেবা তৌবা হায়বসি মথোয়গীসু মথৌনি।

মতম অমদা ইংরেজগী য়োৎহ্নিলংদগী ইমা-লৈবাকপু কন্নবা লাক্লবদা ভারতকী ছাত্রসমাজনা রাজনীতিদা নীংথিনা শরুক য়াখি। অদু হায়দুনসু মতম খুদিংমক্তা মথোয়না অদুরতা তৌগদবনি হায়বসু য়াদে। হৌজিক ঐথোয় মীথা পোনদ্রে। হৌজিক্তি লৈবাক্কী শেমগৎ-শাগৎপগী থৌরাংদা ছাত্রশিংনা অথন্নবা লম্বীদা চত্তবা য়াদ্রে। জ্ঞান তানশিনবগা লোয়ননা অফবা থবকসু তৌগদবনি, অদুতদা ছাত্রশিংগী শাজৎ লেঙদ্রবা য়ুক্ষমদা শেমগৎকদৌরিবনি।

লৈবাক্কী রাজনীতিগী ফিভম ছাত্রশিংনা নৈনবদা লৈবাক্কী কান্নবা

নত্তনা অমাঙবা ওইরোই। লৈবাক্কী মীচন খুদিংগা মরী লৈনদ্রবদি লৈবাক অদুগী মতীক চাবা মীওই অমা ওইবা ঙমদে। অদুনা লৈবাক নীংবগী, লৈবাক নুংশিবগী মাখল অসি লৈবাক্কী মীওই খুদিংমক্তা পুরক্নবা রাজনীতি নৈনদবা য়াদে। ছাত্রশিংনা রাজনীতি নৌংখিনা খঙগদবনি, অদুগা অখঙবা মথোয়না লৈবাক্কী খঙদবা জিনিস-লম্বাবু কৌশিং তাক্নগদবনি। মরমদি চাওথৎপা নুংঙাইবগী অর্থদি ইশানা চাওথৎপা, ইশানা নুংঙাইবা নত্তে—ইশানা চাওথৎপগা নুংঙাইবগা লোয়ননা অতোপ্পবুসু চাওথৎহনগদবনি নুংঙাইহনগদবনি

য়েল্লোইঁঙদগী হৌদুনা ভারতবর্ষদা রাজনীতি নৈনবা তাংবসি শিক্ষাগী শরুক অমা ওইনা থম্লরনই নিংথৌ মচাশিংগীদি মসি তমদবা যাদবা হীরম অমা ওইনা লৈরমই,—অদুগা অতৈ অতৈ ছাত্রশিংসু হীরম অসি নৈনরমই। অতৈ অতৈ শাস্ত্র নৈনবগুম্ব রাজনীতিসু নৈনরমই।

নীংতম্লবা লৈবাক অমগী ছাত্র ওইনা লৈবাক্কী রাজনীতিগী থোংথাং খঙদ্রবদি মরৈবাক্কী মফমদা তোফম থোকপা অদো মতীক চানা পাঙথোকপা ঙমদে।

রাজনীতি নৈনবা ছাত্রশিংগী খুদোংথীবা কয়া লৈ হয়রবসু চুম্মি, থোইদোক্না ঐথোয়গী লৈবাক্কী অখঙ-অতৈশিংনা ছাত্র-সমাজবু রাজনীতিগী ইরাংদগী লাপ্না লৈননবা পাউতাক পীবি। করিনা, ছাত্রশিংগী থোংথালব, ইথৌরক্লিবা মাখলদা রাজনীতিগী কাঙবুশিংনা মহাক মহাক্কী মত অদো মিরংগুম্না চুশিলহন্নবা লাক্লে, ছাত্রশিংবু অরানব লম্বীদা পুননবা লাক্লে। অসিগুম্বা রাজনীতিগী দলশিংনা অচুম-অরান খংদনা মথোয় মথোয়গী ওইজনবা লক্নবদা ছাত্রশিংবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নে। অসুম তোল্লবদি ছাত্রশিংগী মহৈ তম্বদা অকায়বা লাকপতা নত্তনা লৈবাক ইরাং হোৎন্দুনা লৈবাক্কী শান্তি থুগাই। মরম লৈবা লৈতবা, মতম চাবা চদ্রবা ইথি থি-

লনা-অন্দোলনগী ঈপাক-ঈরৈদা ছাত্রশিংখু ঈরাক্লহল্লি। অদুনা অসুম তৌদুনা ছাত্রশিংগী মথাক্তল অমসুং বুদ্ধি-লৌশিং মাংহনবদি কনানসু পামনিংঙাই থোকতে।

ছাত্রশিংগী হকচাংগী, পুক্নিংগী, লাঙ্গকী পাঙ্গল পুম্নমক মতৌক চাবা মীওই অমা ওইবগী লাইনীংদা শীজিন্নগদবনি। অদুন তং-তানা রাংল হনবা ওইবা, মশাগী মথৌ মশক মুন্না খঙ্ব অদুগুম্বা ছাত্রশিংঙনা রাজ-নীতি য়াওগদবনি। রথল লৈতাদবা, লৈবাক মরাং হৌবতা পাম্বা অদুগুম্বা ছাত্রশিংনা রাজনীতি য়াওরবদি মশা মশাতা মাঙজবা নত্তনা লৈবাক্লৌসু অমাঙবা থোকহল্লি।

## থাঙবা কনবা
## (*Tolerance*)

অর-অনানা মশীং লাকণ্ডমদনা লৈবা তাইবং-মীওইগী পুন্সি লানফমনি। লানফমদা থেক্লবগা লাম্নেংনবা তারবদি খুৎলাই য়াওদবা য়াদে। অসুম তৌরদুনা পুন্সি লানফম অসি লাম্নেংননবা মীওইবগী মশাদা খুৎসু-খুৎলাই থম্না য়াওদবা য়াদে। থাঙবা কনবা হায়বসি পুন্সিগী লাম্নেংনবদা চঙবা অদুগুম্বা খুৎলাইশিং অদুগী মনুংদা অথোইবনি। সংসারদা থাঙবা কনবগী গুণ চেনবা মীওইবতনা হিংদুনা লৈবগী মতৌক চাম্না হায়বা য়াই। মীওইবনা পোকপা হুমিৎতগী হৌদুনা অরা-অনা কম্না, নোংমুংশিং কয়া, নিংথম কাম্বী কয়াগা তৎপা লৈতনা লাম্নেংনদুনা হিংননবা লাক্লরক্লি—অরাবা কম্না থাগুদুনা শকচাক থিজিন্নকই, অতোপ্পা তমথীরবা শা-ঙা কয়াগী মথুং-তগী মশাবু কুম্নবা লাক্লরক্লি। মতম কুইরবা লোইবা নাইদ্রবা লাম্নেং অসিদা

মীওইবা সমাজগী শাগৈ কয়া মালেম লৈমায়থক্তগী থাওবা কনবা থাংপ-দগী পূংমুং মুংথরে। ওসি তিংদুনা লৈশৌরিবা চাওথংলবা মীওইবগী শগৈ থর অসি থাওবা কনবদগীনি।

সংসার অসি নুংঙাই-য়াইফবগী স্বর্গলোকনি, অতবু অরা অনংগীদি নরকনি। মী খুদিংমক্না নুংঙাই-য়াইফগী স্বর্গলোক অদো পামই। অদুবু অরা-অনংবু জয় তৌব ঙমদ্রবদি হরাও-নুংঙাইগী নীংথিবা মায়থোং উবা ফংবা ঙমদে। মসি ফংগে হায়রবদি থাওব কনবা তাই। থাওবা কনবতনা অরা অনংবু জয় তৌবা ঙমই।

থাওবা হৈতবা মীদদি করিগুম্বা চৈফু অমগী চৈনাখোল শাথীনা কাওই। তৌইগুম্বসুং থাওবা কনব মীওইগী মফমদদি মদুগী চৈনা অদু খোইনা শাথীদে। মতম থরা মায়থীবা ফংলবসু থাওবা কনবা মীওই-শিংনা অতংপ। লৈতনা অরা-অনংগা লাম্নেংনদুনা তপ্না তপ্না মপাঙ্গল কন-খংহনদুনা মায়পাকপগী মাইকৈদা থোঙ য়াওশিল্লকই। অসিগুম্বা মীওইববু কৈদৌনুংগা অরা-অনংনা নম্বংপা ঙমদে। মথৌনা য়াওদবশিংনা মরাইবকপু থাজে, মায়থীবা মতমদা লাইবক্তা তাইনৈ। মথৌনা ফবা কাওবুদি মরাইবকপু খৌশাদনা থাওবা কনবগা লোয়ননা হীরম খুদিংমক্তা চোং-শিল্লি। থাওবা কনবা মরম্না চীংজাউ অমত্তা নোংনুংশিংনা হুমদোকখিবা ঙমদে. তৌইগুম্বনুং থাংবা কনদবদগী চাউরবা উজাউ কয়া মশা-মরেংগা লোয়ননা নোংনুংশিংনা ইরাই-লাইনা হুমদোকপা ঙমই।

পাঙ্গল শোল্লবসু থাওববু কল্লবদি নোংমা নত্রগা নোংমদি নুংঙাই-য়াইফগী মফম উবা ফংই। রোবার্ট ক্রসনা থাওবা কনবদগী নোংমদি মরৈবাক হঙ্গিম্না ফংখি। অহুনা হায়রৈ, থাওবা কনবনা লেঙ্গবা পাঙ্গল-নি—অদুনা য়াইফ-নুংঙাইসু মথৌরম্নীনি। ডারউইননা হায়রম্বা 'Survival of the fittest' হায়বা ৱাহৈদুগী অর্থসু অসিনি। মাইকৈ মখিদগী লাকপা

মশিং লাকঙমদ্রবা অরা-অনা অথিং-অকায় কয়াবু থাঙবা কনবগা লোয়ননা মীওইবনা থেংনদুনা লাক্লমদ্রবদি মীওইবগী সমাজ নহাল্লা মাঙলমদ্ববনি। থাঙব: কনবদগী ঙসি ফাওবা হিংলিবনি, অমসুং নোংমা-নোংমগী চাওথৎপা ঙম্লিবনি।

"ফম্বা কল্লগ ফমেন ফমই" হায়বা মৈতৈ পাউরো লৈরিবনি। তশেংনমক অচাওবম কাবা পামলবদি থাঙবা কনবা তাই। থাঙববু তৈএবদি ফম অচৌবা ফংবগী আশা তৌবা য়াদে। জগৎ অসিদা অরুবা অহেনব: ফজবা নীংথিবা অথোইবা পূম্নমকপু ফঙগে হায়রবদি থাঙবা কনবা তাই। 'শঙবা কল্লগা লৈমা ফংই' হায়বা পাউরোসু লৈরিবনি। পূক্লিং তপথবগা লোয়ননা অহিঙগী অমম্বা লোইবা ঙাইবা মী অদুতনা অয়ুক্কী কোরো-মঙাল উব ফংঙি।

থাঙবা কনবগী মতাংদা ঐথোয়না বারম অমদি কাউবা চুমদে। মীওইবা খুদিংমক মশা মশাগী মত লৈবা হায়বসি হেনফদবনি। তৌইঙম্বসুং লনাইগী মত অদুনা অরোইবনি খনদুনা মদুতা চু পায়বঙুম পায়দুনা লৈরগা অতোপ্পগী মতপু সন্মান পীদবদি চুমদে। ঐথোয়না অচৌবা সহরগী মী কূংলবা লম্বীদা চৎপা মতমদা ঐথোয়গী লম্বীদা মী কয়ানা থৎতুনা চৎলি। ঐথোয়গা মথোয়গা থেংগাইনবা তৌদনা তপ্পা মাঙগী মী চৎথিবা ঙাইদুনা নল্রগা থৈদোকতুনা চৎপা মরম্না মাঙদা চঙশিনবা ঙমই। তৌইঙম্বসুং মদুম তৌদদুনা ঐথোয়না চৎলিবা মপা অদুদগী থৈদোক্তদুনা অদুম চৎলবদি ময়ামগা থেংগাইনগনি অমসুং ঐথোয়গী পম্ভুংফম কৈদৌদুংদসু য়োবা ঙম্মোই। পুন্সিগী লম্বীদসু অদু মঙাই। পুন্সিদা মী মথল কয়া ঐথোয়না থেংনৈ, কনাঙম্বগী মতকা মান্নক্রবসু য়াওই, কনাঙম্বগীগা মান্নদবসু থেংনৈ। ময়ামগা পাংদিং মান্নুনা, হায়বদি ঐগা মত তিন্নদবা অদুবুসু থাঙবগা লোয়ননা চৎপা ঙম্নগতা পুন্সিগী পম্ভুংফম য়োবা ঙমগদৌরিবনি।

লম্বী চংলা মতমদা চংলিবা লম্বী অসি ইতোমতগী নত্তে মথামগীনি চাংবা কাউরোইরবসি। মী খুদিংমক্কী মশানা শাংজবা অমসুং হৈনজর মতুং ইন্না চংচবগী অধিকার লৈ। মসিবু কাউরম্বদি থাওবা হৈবগী গুণ লোয়দনা চেনগনি।

থাওবা কনবা হায়বসি মীওইবদা চেন্দবদগী পৃথিবীদা ঈ নাই কয়া শিন্থখ্রে, ইতিহাসনা মতুগী সাক্ষী পীরি। থাওব রাংন্দগী পৃথিবীদা লাঙ্গাও কয়া থোকখ্রে। সোক্রেটিসকী চাওথংলবা রাথলগী অনৌব রাহাং: গেলিলিওগী অনৌবা খিওরি তাবদা মতম অতুগী মীয়াম্না থাওবা ঙমদবদগী মখোয়বু কয়াতা থীনা লাক্রম্বিখিবা! হৌজিক্কী যুগতসু করিস্থ নত্তবদা মত থক্তিক-থরাক্তং খেন্নবদগী শাথী-শাথীরবা থৌদোক কয়া থোক্লি। মপাগী বাঙাং-বাতা থৌদোক-থৌওং মচানা থাওবা ঙমদবদগী, মপুরোইবগী থৌওং থৌরম সুপীনা থাওবা ঙমদবদগী কয়া কোক্কাই-লুকায়নরি। অসিগুম্বা খংন-চৈনবা কোক্কাই-লুকায়নবা ময়াম অসিনা মীওইবগী হরাও-নুংঙাইবু মাঙহনখিত্তুনা মালেমদা নরক পুরক্লি। অদুনা অসিগুম্বা শাখিখ্রবা কিনবীংঙাইগী মশক ওইরবা কিভম অসিদগী মীওইবা সমাজবু কনদুনা অপক্পা শান্তিগী অয়রাবন পুরকপা তাবরবদি মীওই খুদিংমক থাওবা কনগদবনি।

## ভূদান যজ্ঞ
## *(Bhudan Yojna)*

থুংলনা ভারতকী থবায়নি। ভারতকী মীশিং অয়াম্বা থুংলনা ঈত, অদুগা থুংলগী মী অয়াম্বনা লৌউ-শিংউবনি। লৌউ শিংউবনা ভারতকী মরু ওইবা শিনফমরি। তৌইগুম্বসুং ভারতকী লৌউবশিংনা উরিবা লৌফমগী মপুদি মখোয় নত্তে, অতোপ্পা কাওবু অমনি। থায়নগী - ভারতদি লৌফমগী

মপু লৌউবনা ওইরম্মী। তৌইগুমদুং মতমগী থোঙ্গুলে মতুং ইন্না মমায় চনবা যুগতা (middle age) লমগী মপু ওইবা জমিদারনচিংবা কাণ্ডবু অমা চোংথোরকখি। মথোয় চোংথোরকপদগী লম য়েনবগী মতৌং মথোয়না তৌনিংবা মওংদা তৌখে। লমগী মথক্তা লৌউবগী করিমতা দাবী দাবা লৈখিদ্রে। লৌউবশিং মীনাইগী থাক্তা তাথখে। মতৌ অসিদগী লম য়েনবগী মওংদা শাথীনা অশোয়বা অমা লাক্লে। লৌউবশিংনা মশা মশাগী উবা ওক্লনবা লম ফংজিল্লক্তরে। চহী অমগী উবা ওক্লব' লম ফংদবদগী লৌউবা অম্বাবনা চহীগী অমাম মতমদা থবক ফংদত্রুনা লেম্লে। অমরোমদনা লমগী অরেপ্পা নাইদবদগী লৌউবশিংনা লমগী লৈহাও য়্গংহনবগী মতাংদা থোইনা থরায় যাওখ্রে। সরকার অমসুং লৌউবশিংগী মরক্তা লমগী মপুনি হায়দুনা লৈরিবা জমিদারশিংনা মথোয়গী ফংফম থোকপ' লোশান অদু লৌবতনা মথোনি থল্লে। লৌউবশিংনা লোশান পীবা ঙমদ্রগা মথোয়গী মথুংতগী লম মুন্দুনা লৌথোক্লগা মহাক্কী কান্নবতা য়েংলে। লমগী লৈহাও ফগৎহন্দুনা ফোথোক হেনগৎহন্নব কৈদৌঙুঃদম্ব জমিদারশিংনা থনখিদ্রে।

অদুম তৌদুনা লৌফমগী লৈহাও হন্থরকপগা লোয়ননা লৌউবশিংগী খিত্তমম ফংচিল্লক্তরে। অদুগা নত্তনা লৈহাও চেন্দবা লম কয় শীজিন্নদত্রুনা লৈরক্লে। শেন থরহুং থাদরগা ফগৎহনবা য়াবা লমসু অরেম্বদা শীজিন্নদত্রুনা লমহাং ওইদুনা লৈরক্লে।

অসিগুম্বা নাতৈ চান্নদবা লৌচা পথাপ অসি হোংদোক্লবা ত্রথোয়গী লৈবাক্কী সমাজতন্ত্রবাদী নেতাশিংনা পোল্লাউ কন্না লাউবা হৌরকখি। মথোয়গী মতুতা, রাশিয়া অমসুং চীনগী মতৌগুম্বা জমিদারী প্রথা লোথোক্তুনা সরকারনা লম পুম্নমক লৌশিল্লগা থামনগী মতৌগুম্বা লৌউবশিংদা য়েন্থোকপিগদবনি। তৌইগুমসুং অসিগুম্বা মত অসি রানিংদবা কাণ্ডবু অমত্তু লৈরি। মথোয়না কিরিবদি, সমাজতন্ত্রবাদীশিংনা হায়বা মতুং ইন্না সরকারগী আইননা

জমিদারশিংদগী অকনবীদা লম মুনবা তারবদি চাউরবা লৈবাক্নী ঊন্নাং (আন্দোলন) অমা হৌরক্নি। চিংনবা অসিনা লমজিংহুনা সমাজসেবী কাঙবু অমনা সমস্যা অসি সমাধান তৌননবা অতোপ্পা পাম্বৈ থিননবা লাকরকই।

মুংঙাইবদি অসিনি, মহাত্মা গান্ধীগী আদর্শদা থরায়-হকচাং য়াওনা থাজরবা মশাগী পুন্নমক থাদোকখ্রবা আচার্য বিনোবা ভাবেনা চাউরবা অমমুং লুখ্রবা থৌরম অসি শান্তি অমমুং ত্যাগকী লম্বীদা পাঙথোক্লবা পাম্বৈ অমা পুথোরকই। লম য়াম্না লৈবা ইনাক-খুনবা কাঙবুদগী পুক্নিং তিংবা মশা মশানা য়াঙবা লাইরবা লৌমীশিংগীদমক ভূমিদান লৌবা অসিনি আচার্য ভাবেগী অনৌবা নীতি— 'ভূদান যজ্ঞ'। লৈবাক্নী য়াইফ-মুংঙাইগী দমক পুক্নিং তিংনা লম দান তৌবা অসিনি ভূদান যজ্ঞগী অর্থ। 'পুক্নিং-তিংবা', 'লন-থুম' অমমুং 'নিয়ম' অহুম অসিনা পুল্লগা যজ্ঞ পাংথোকই। পুক্নিং তিংদনা তৌবা দানদি দান নত্তে, কৱিনা মহুদা দান তৌরিবা অমমুং দান লৌরিবা অনিমক্নী তোংজবা লৈতে। জগৎ অসিদা লৈরিবা মহৌশাগী উপাল রাপালদগী হৌরদুনা থরাম্ন পানবা পোৎশক খুদিংমক অমগী মফমদা অমনা লমন তোল্লিবনি। ঈশিং মুংশিং, অতিয়া, উপাল রাপাল, শাঙা ঊচেক রায়া, চীং তম, গুমিৎ থা পুম্নমক্নী মফমদগী মুমিৎ খুদিংগী মীওইবনা হায়নিংঙাই লৈতনা কান্নবা কয়া ফংলিবনি। মসি পুম্নমক অসিগী লমন শীংনবা মীওইবনা লাক্নকম থোকই। নত্রবদি পুন্সি চুপ্পা মহৌশাগী লমন তোন্দুনা লৈরগনি। মীগী লমন তোনহুনা হিংবগী কৱিমু অর্থ লৈতে। ইনাক খুনবশিংমু লাইরবশিংদগী কান্নবা কয়া ফংলি। অহুনা ইনাক খুনবশিংনা লাইরবশিংগী কান্নবমু তৌগদবনি। অহুনা মথোয়দা দান তৌগদবনি। দানগীদমক লন থুমগী দরকারনি। হায়রিবা লন থুম অসি মী পুম্নমক্নী লৈ। দান তৌবা মতমদা মহাক মহাক্নী লৈরিবা লন থুম অহুগী চাং মতুং ইন্না

দান তৌগদবনি। নাপনগা লোয়ননা দান তৌবদা দানগী মহৈ লৈতে। অদুগা যজ্ঞ তৌবা তারবদি নিয়ম অমগী মথাদা তৌবা তাই। অসিনি বিনোবাজীগী ভূদান যজ্ঞগী মরূ ওইবা থৌরম। ভূদান যজ্ঞ অসি ভিক্ষা নিবা নত্তে। পূক্কিং তিংনা কৎলকপা লম লৌশিন্দুনা লম লৈতবা লৌউবশিংদা য়েম্থোক-তুনা মখোয়বু লমগী মপু ওইহনবা অসিনি বিনোবাজীগী লম দান লৌবগী উদ্দেশ্য।

ইং ১৯৫১ দগী ভূদান আন্দোলন অসি হৌথিবনি। মতম অসিদগী হৌদুনা বিনোবাজীনা ভারতকী রাজ্য ময়ামদা খোঙনা কোইচৎ চৎতুনা লম দান লৌব' হৌরকই। ইং ১৯৫৭ কী মনুংদা লম একর কোটি মঙা খোম্বা ঙম্মনবা থৌরাং পায়খৎখি। বিনোবাজীগী বাংলবা আদর্শ অসি পাঙথোক্ক-নবা রাজ্য অয়াম্বনা আইননচিংবা পাশ তৌদুনা মতেং পীরকই।

অর্থনীতিগী মাটকৈদগী য়েংলবদি ভূদান-যজ্ঞগী কান্নবা কয়ামুক লৈ। নীংতম্বগী মতুংদা ঐথোয়গী সরকারনা জমিদারী প্রথা অসি লৌথোকপা হৌরকই। সরকারনা জমিদারদগী লম লৌথোকপা মতমদা জমিদারশিংদা ক্ষতিপূরন পীরি। ভূদান যজ্ঞদা লম দান তৌখিবদগী সরকারনা পীফম থোকপা ক্ষতিপূরনগী চাং অদু হন্থরে। ভূদান যজ্ঞদা লম দান তৌরমদ্রবদি সরকারনা ক্ষতিপূরনগী শেন ফুগৎনবা টেক্সকী পোৎলুমনা চোকথরবা প্রজাদা অনৌবা টেক্স অমুকম হাপকৎপা তারম্মী। অদুনা ফননবা তৌবদা ফত্তনবা ওইবা য়ানা লৈরম্মী। অদুবু ভূদান যজ্ঞনা মদু থোকহল্লে।

সমাজ নীতিরোমদগী য়েংলবসু বিনোবাজীগী আন্দোলন অসিগী কান্নবা অ'তসু লৈরি। মীঙোন্দা পূক্কিং তিংনা দান তৌদুনা মতেং পাংবগী আদর্শ অসিনা অমগা অমগা মুংশিনবগী রাথলসু পোকহল্লি।

তৌবগীদি ভূদান-যজ্ঞবু কর্রিমতা কান্নদবা অমনি হায়না ঙাঙনবা কাঙবুসু য়াওদবা নত্তে। চুম্মি, ভূদানগী আদর্শ অসি হায়নিংঙাই লৈতনা

য়াংই। অদুমদি ওইরগা আদর্শ অসি ফনস্থ থাজখ্রবা ইনাক ফনা খুমবা চাউরবা জমিদারশু দান তৌরকপা মতমদা অয়াম্বা মতমদা কাম্নদ্রবা লৈহাও য়াওদ্রবা লৌ-শিংউবা য়ারয়োইদবা লম ঙাক্তা দান তৌরকই। লৌউবদা মসিগুম্বা লম্বা করি কান্নগনি ? অদুগীসু মথক্তা ভূদানগী উদ্দেশ্য অসিনা পাঙথোক্লবদি লৌ-উবশিংগী লম কোইবগী চাং অমুক হেন্না পীকশিল্পগনি ; হৌজিক্কী যুগকী চাওখৎলবা মওংদা লৌ উবা তারবদি লম চাউনা কোইবগী দরকারনি। অদুনা ভূদানগী লম ময়েন হৌজিক্কী মতমগী গোঙলৈগা চান্নদে।

## নুপীনা লাইরিক লাইশু তম্বা
## ( *Female Education* )

তেংবান শেখা মতমদা মহৌশানা শেমজকই পুরুষ অমসুং প্রকৃতি—নুপা অমসুং নুপী। অনি অসি নভুনা তাইবংগী ফজবা নীংখিবা চাওখৎপা নুঙাইবগী মশক উবগী লম্বী লৈতে। অদুনা জগৎ অসি লৈবা তারবদ নুপী অমসুং নুপা য়াওদবা য়াদে।

তৌবগীদি মহৌশাদগী নুপী অমসুং নুপাদা চাং মান্নবা পাঙ্গল পীনা য়াওরক্তে। নুপাদা হকচাংগী পাঙ্গল পীনা য়াম্বরকই। অদুগা নুপীদনা য়াওরকই চানবীহৈবা নুংশিহৈবগী মগুণ। অনি অসিনা তিন্নরগা সংসার অসি ওইরিবনি। নুপাগী য়াথলনা ইমুং-মনুংগী মপানদনি, অদুগা নুপীগীনা ইমুং-মনুংদনি। নুপানা শেমগৎ শাগৎলি; নুপীনা মতুবু থরাই হাপই, ফজহল্লি। অদুনা অমা য়াওদনা অমগী মপুং ফাবা য়াদে।

অনিমক্কী চপ মান্নবা দরকার লৈরিবা সংসার অসিদা অমনা মহৈ-মশিং তমদুনা জ্ঞান তানহল্লগা অমবুনা মহৈ-মশিং তমহল্লোইদবনি হায়দুনা জ্ঞানগী মঙাল পীদবসি য়াম্না লানবনি। অসিগুম্বা অর্থ লৈতবা য়াথল অসি

হৌজিক্কী মতমদা থম্লমক য়াংশিল্লক্লবস্থ মতম থম্লগী মমাং ফাওবদা অচুম্বা ওইনা থম্লম্লমই। নুপীনা লাইরিক লাইশু তম্বা পায়দবা কাঙবুনা করি থনবগে হায়বদা,— নুপীনা লাইরিক-লাইশু তম্লবদি ইমুং মনুংগী অরু-অহেন য়াংলক্কনি, ইমুং মনুংগী য়েংথোক-য়েংশিনবিনবা লৈরক্লোই, অদুনা সমাজ ব্যবস্থাদা অকায়বা লাকপা হায়বসি শোযদ্রবনি। নুপীনা লাইরিক-লাইশু হৈরবদি মপূম্লোইববু অমম্থং লাইশুল্লবু ইকাই খুম্লবা য়াংলক্কনি, ইমুং-মনুংগী থবক-থনাদা থোশারক্লোই, অতাংশিং য়োকপ থোৎপদা অকায়বা লাক্কনি। তাইশুম্বম্লং অসিশুম্ব য়াখল অসিদি য়াম্না অয়ানবনি। মরমদি মহৈ-মশিং তম্লগা মীওইবা থুদিংমক্কী য়াইফ-নুংঙাইবা হেনগৎলিবনি, মীওইবগী ফজবা অকায়বা পুরকপা শিক্ষা অদুদি তশেংবা শিক্ষা কৌদে। নীংথিনা মহৈ-মশিং হৈবী নুপীনা মশাগী ইমুং-মনুংগী করম হায়না য়াইফগদগে হায়বদো ফজনা খঙ্ঙি। মহৈ-মশিং হৈবীশিংনা মাইকৈ পুম্নমক্তা য়েংথোক-য়েংশিন তৌদুনা মাইকৈ পুম্নমক্তা শোযদনবা মগুং য়েংদুনা থবক তৌই। অদুনা চাওখৎপা য়াইফ-নুংঙাইগী পুক্সি পুরক্নবা নুপীগী শিক্ষাগী দরকারনি।

থায়না মমাংহৈদস্থ ভারতবর্ষদা নুপীগী শিক্ষাগী থুদোং চাবা নীংথিনা লৈরমই, নুপীশিংনা নীংথিনা মহৈ-মশিং তম্লরমই। মমোম ওইনা, মচল-মচে ওইনা, মমা ওইনা, মমৌ ওইনা, ভালোই ওইনা নুপীশিংগী মফম সমাজদা অথম্লনা লৈরমই। নুপামচাশিংগা লোয়ননা নুপীমচাশিংগীস্থ গুরুগী শঙ্গাইদা মহৈ-মশিংগী তম্লনবা নীংথিনা থুদোং চাবা থম্বিরমই। লাইরিক-লাইশু তম্বা লোইরগা নুপী অম্না মনা গৃহস্থাশ্রমদা য়ুমগী মৌ ওইনা চৎলি, কনা কনাগুম্বীনা ময়ূম-মকৈ পান্দুনা "ব্রহ্মবাদিণী" ওইদুনা মপুন্সি লেনগি। য়ুমগী মৌ অমা ওইরবস্থ কনা কনাগুম্বীনা "ব্রহ্ম বিদুষী" ওইথি। কুন্তী গান্ধারীনচিংবা মথোয় অদুগী থুদমনি। ব্রহ্মবাদিণী গার্গীগী য়া থগুনদবা কনা য়াওবগে? কাইনথংদা গুরুগৃহ তানা চৎথোক-চৎশিন তৌবদা থুদোং

চাদব' কয়া লাকপদগী অমসুং মীরৈবাক্তা লান্দারকপদগী নত্রগা অতৈ অতৈ মৱম কয়াদগী নুপীনা য়ুমগী মপান্দা থোকপদা খুদোং চাদবা লাকখি। অসুম তৌদুনা থারনগী মওংদা লাইরিক-লাইশু তম্বগী খুদোং চাবা নুপীগী মখুৎতগী নাম্বোকখি। তৌবগীদি মরক-মরক্তা নুপীশিংগী মনুংদগী হৈ-শিংবী মীথোই মীহেনবী চোংথোরকখিবদি নত্তে। ৱাখলগী অৱাংবা থাক্তা নুপী কয়াবু ঐথোয়ন' থেংনখি। তৌইশুৱসুং মতম থরা মতুংদা নুপী অয়াম্বদি লাইরিক লাইশু তম্বগী খুদোং চাবা ফংখিদ্রে।

ইংরেজশিংনা ঐখোয়গী লৈবাক্তা মতমগী মহৈ-মশিংনি হায়দুনা হৌদোক্লম্বা অসিদা ভারতকী নুপাশিংনা লম্মাংনবতা নত্তনা নুপীশিংসু মথোং মৱম থগুখিদ্রে, ইরৈবাক্কীসু ওইদা মীরৈবাক্কী নত্তা অদুগুম্বা মওং অমা ওইখ্রে। ইংরেজশিংনা শন্দোরকপা শিক্ষা ব্যবস্থা অসিনা ভারতবাসীশিংবু মথোয়গী মৈহৌরোলগী চৎনবী কাউহনখরে, মদুনা হৌজিক্কী যুগকী চপ-চাবী মীওই অমা ওইহন্দুনা পুন্সি-লানফমদ: মতীক চাব: লাম্মী ওইহনবরা হায়বদুসু ওইহনদ্রে। নোংচুপকী শিক্ষা মওংগী অফবা কয়া য়াওরবসু ৱাকম অসিমদি ককপা য়াদ্রবনি।

হৌজিক্তি ঐখোয় মীথা পোনদ্রে। ইনীং তৌনা হৌজিক্তি ইরৈবাকপু ইজাতিবু সেবা তৌবগী খুদোং চাবা অদো ঐখোয়গী লৈরে। অদুনা মহৈ মশিং তম্বগী মতাংদসু অশোয় অগাম লৈরিবা পুম্নমক চুমথোকতুনা ঐখোয়গা চুনগদৌবা মওংদা অনৌবা ফিভম অমা পুরকপগী দরকারনি। তেংবানবদা মী অমা ওইবা ঙম্নবা লম্বী তাকপা ঙম্বা অদুগুম্বা মওংগী শিক্ষাব্যবস্থা পুরক্ক-দবনি।

মীওইবগী পুন্সি মরেন অসি নোংম-নোংমগী লুশিল্লক্লে, পুন্সি লানফম নোংম-নোংমগী শাথিনা কনশিল্লক্লে। ইমুং-মনুংগী থবক-থনা তৌবতা নত্তনা শেন-থুম তানবদা নুপাগী মতেং পাংননবা নুপীগীসু দরকার ওইশিল্লক্লে।

হৌজিক্কী অর্থনীতিগী অমস্থং সমাজ-ব্যবস্থাগী মওং অসিদা মী অমত্তগী আয়গী মথক্তা ফমদুনা ইমুং পুম্বা লেপ্পা হান্নবা থোকত্রে, ওম্বগীসু মওং লৈত্রে। হায়রিদি মচীন মনাও ময়াম পুন্না চামিন্নরমই। হৌজিক্তি মদু লৈত্রে, তোঙান্না চাবনা চৎনবী ওইরক্লে। অদুনা নুপীসু শেন-থুম তানদবা য়াদবা মতাং অমা লাক্লে।

নুপীনা শেন-থুম তানবদা ইমুং-মনুংদা লৈনা লৈনা নত্রগা মপান থোকতুনা তানবা য়াই। য়ুমদা লৈ-লৈনা ফি-য়োন্নচিংবা শাদুনা শেল তানবা য়াই। অদুনা নুপীনা শিন তম্বগী বাকম অসি মরু ওইনা থন্ননিংঙাই ওইরক্লি-বনি। তৌবগীদি অসিগুম্বা শিন তম্বদসু য়াম্না থুৎলোইনবা নত্রগা থঙশিনবা হেন্ননবা লাইরিক-লাইশু থরদি তম্বগী দরকারনি।

হৌজিক ত্রৈথোয়গী লৈবাক্তা নুপা ফাওবগীনা থবক য়াৎলিবা মতাংনি। অসিগুম্বা মতাং অসিদা নুপীগী শেন-থুম তানবগী লমদাং থোইনা পাকতে হায়বসি মশানা তাক্তরবনি। অদুমকপু ইমুং-মনুংগী থবক পুবদা, সমাজকী য়াইক-খৌরাংদা মতেং পীবা ঙমনবা নুপীগী মপাঙ্গল কনখৎহনগদবনি। নুপীগী মপাঙ্গল কনখৎহনবদি লাইরিক-লাইশুতনা ওন্মি। সমাজদা নুপী শুইরিবদি মমানি, মমোমনি, তালোইনি। অদুনা নুপীনা লাইরিক-লাইশু হৈত্রবদি সমাজনা কৈদৌনুংদসু চাওখৎপা ঙময়োই। থোঙ নাম্না তেক্লগা অরাংবা চীংজাউ কাবা ঙম্বা হৌনদে। মশা নামা য়াওদবা উচেক্না কৈদৌ-নুংদসু পাইবা ঙম্বা হৌনদে। রাশিয়া, জাপান, জর্ম্মনী নচিংবা চাওখৎলি-বসিগী মরু ওইবা মরমদি নুপী-নুপা চপ মান্ননা লাইরিক-লাইশু হৈবা অসিনি।

# থবক শূবগী লেমজবা

## ( *Dignity of Labour* )

হিন্দুশিংগী শাস্ত্র বেদদা য়াওরি-তেংবান শেম্বা মপান্না লৈশেম্বা মতমদা তপস্যা কন্না তৌখি, থবক কন্না শূখি। তশেংনমক লৈশেমচৈদগী হৌরত্থনা ঙসি ফাওবা মালেমগী থবক লেপ্পা লৈত্রি। মালেম অসি ভূমিন্না লৈবা তৌদ্রি, খোঙচৎ লেপত্রি। মতম পুম্নমক্তা লেঙহুনা লৈ হায়দুনা 'মালেম' হায়মরিবনি। অদুনা খোঙচৎ লেপ্পা লৈত্রবা তাইবং মালেমগী থবায়-পানবা জীব পুম্নমকসু থবক শূবা লেপ্পা য়াদে। থবক শূদনা ভূমিং লৈবা কনাগুম্বগী মফম সংসার অসিদা লৈতে। অদুনা মীওইবনা থবক শূদুনা হিংনবা চিঞ্জাক্রুচিংবা পোৎচৈ পুম্নমক তাল্লি। লৌ উবনা লৌ উবদগী ঐখোয়না চিঞ্জাক ফংবা ঙম্লিবনি, ফি-শাবনা ফি শাবদগী ঐখোয়না ফি-রোল ফংবা ঙম্লিবনি। অসুম তৌদুনা লৈশেমচৈদগী হৌদুনা হৌজিক ফাওবা অসিদা চাউর-চাউরবা সহর শেমগৎলক্লিবা, সভ্যতাগী হেন্না হেন্না ঙাক্সোক্লিবা মঙাল পুম্নমক্কী মরূদি মীওইবগী য়াবা নাইদ্রবা থৌশূনি। ঙসি ফাওবগী মনুংদা ওইরক্লিবা য়াইফ-নুংঙাই পুম্নমক থবক শূবা তম্লম্ল-বদি মঙ ওইনা লৈরমগদবনি। মীওইবগী থবক শূবা লেপ্তুবদগী মালেম অসি ফজবা নীংথিবনা থল্লিবনি।

তৌইগুম্বসুং, লাইবক থীবদি, হৌজিক্কী যুগ অসিদা থবক থরবুনা য়াম্না হন্থবা মীৎয়েংদা য়েংনরি, থবক থরবুনা লেমজনীংঙাই ওইবা থবক্কি হায়না লৌনরি। মসি য়াম্না লানথ্রবা বাংলা অমসুং মিৎয়েংনি। করিনা মী ওইনা হিংবা ভাববদা মীওইবা ঐখোয়গী অসুক য়াম্না দরকার ওইথ্রবা

থবক-থনা ময়াম অসিবু শূবদা চোপনিংঙাই লৈতে। থবক শূক্রবদি মাঙেম-লৈমায়, থক্তা মীওইবগী থোঙ্ফূল নকান্না মুৎলম্লদবনি। অদুনা হিংনবগীদমক্তা থবক খুদিংমক শূবদা চোপনিংঙাই করি লৈবগে? মী অমা ওইননবা লাক্লবদা শূবা তাবা থবক খুদিংমক চাউথোকচনিংঙাইনি। ফত্তবা থবক তৌববুতনি ইকাইনিংঙাই ওইরিবা।

মতম অমদা সমাজগী মীওই থরনা মতৌ, মরোশিং অমস্তুং লম্লোন-ইতিক্কী মতেংনা সমাজদা শেন-থুম পায়দুনা চাওখৎপ ঙমদে। মখোয় অদুগী মচ-মশূশিংনা মপ-মপূগী মতৌ অমস্তুং শিনফম অদু পায়দুনা সমাজদা চাউনা লৈবদগী অতোপ্পা মীওইগী শিনফম অমস্তুং শেন পায়দবা কাওবুনা শূবা থবক অদুবু য়াম্না তোঙ্গা থনবা হৌখি। মতৌ অসুম তৌদুনা সমাজ খুদিংদা থবক শূবা হৈত্রবা অতনবা কাওবু অমা পোং-থোরকখি। লৌ ঊবনচিংবা হকচাংগী পাঙ্গলনা শূবা থবক মখোয়না শূবা হৈনদে। অতনবা অমস্তুং চাউজনিংবনা মখোয়বু কয়া শাথীনা তাম্হনথরবগে হায়ববু মখোয়গী লম্লাইগী পোংয়োম থরা পুবা ফাওবদা মী নৈকতবা ঙমদে। মসি তশেংনমক ইকায়নিংঙাইগী মশকনি। এঙ্গম্বা মী অমনা তৌবদা ইকায়দবা থবক অদু এনা করিগীদমক ইকায়রুগনি? হোয়, মপা-মপূ হাক্তক্কগী থবক অকূপ্পতা তৌদুনা লাক্রবা কাওব্রনা নোংজু-নুংশা লৈথোম-লৈনাংদ হকচাংগী পাঙ্গলনা শূবা থবকতা কিবা অমস্তুং হৈনদবা য়াই। তৌইগুম্বস্তুং মতুগীদমক্তা নোংজু নুংশাদা লৈথোম লৈনাংদা শূবা থবকপু তোন্থনা থনবদি চুমদে।

থায়নগী ভারতবর্ষনা সমাজকী মীওই খুদিংমক্কী শিনফম তাক-পিবগা লোয়ননা সমাজদা মখোয় পূম্নমক্কী থোদাং লৈরিবদুসু তাকপি-রম্মী। থবক খুদিংমকপু ঈরাৎ পূজানি হায়দুনা লৌননবা ভারতবর্ষনা তম্বিরম্মী। Work is worship— থবক্তা ঈরাৎনি হায়বসি যুগ যুগগী

বাণীনি। মরম অদুনা করিগুম্বা থবক অমত্তা তুকচনিংঙাই নত্তে। মী মী অদুগী রাখল অমম্নং ফিভম মতুং ইন্না থবক তৌগদবনি মদুদা অণিকপা অচৌবা হাঙবা রাখল লৈরোইদবনি। ঐখোয়না তুকচরিবা থবক অদো তৌরিবা মী অদুম্নু সমাজকী য়ুওদবা য়াত্রবা মীশক অমনি, অদুনা মহাক্কী থবক অদুবু হল্লবনি থনবা চুমদে। বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী বাণী কাউদনিংঙাইনি—

"পুন্সিদা মপূং ফাথিত্রবা ঈরাং কয়াদো
থঙভিনে থঙট অরেম্বা ওইথিদে মখোয়দো।"

তশেংনমক থবক্কী অমাঙবা লৈতে।

থায়না মমাংঙৈদা ভারতবর্ষগী নিংথৌ অমম্নং পণ্ডিতশিংনা লৌ-শিং উবদগী হৌরদুনা চাক ঈশিং থোংবা থাকপা ফাওবা তৌরম্মী। মখোয়না থল্লমই, ঙসি নিংথৌ ওইরি হায়দুনা হয়েং চাকনিবা ওইরোই হায়বগী অরেপ্পা লৈতে। অদুনা করিগুম্বা নিংথৌফম লৈত্রবম্ম হিংদবদি য়াদবনিনা করিগুম্বা শিনফম অমা লৈশিলহৌদবা য়াদে। তুংগী রাখল থন্দবা মীদি অপঙবনি। হরিচন্দ্র নিংথৌনা বিশ্বামিত্র মুণিদা মরৈবাক দান তৌখোকখ্রবা মতুংদা মোংফমদা অশিব মী পোংলোইবা চণ্ডালগী শিনফম লৌহুনা লৈখি। নিংথৌরেল জনকনা সম্পোং খোইবা মতমদা সীতাবু ফংখি। অদুনা করিগুম্বা শিনফম অমত্ত হল্লবনি হায়না মতম অদুদা থল্লরমদে।

থবক শংবদি হকচাংদা অতনবা হায়বা লাইনা অদো পোকপা ঙমদে। ইশাগী থবক ইশানা তৌরবদি মীগী মতেং নিরুবগী দরকার লৈত্তে, অক-ফত্তা চাওথংপা চাওথংতবগীদমক অতোপ্পদা ভাইনবগী দরকার লৈত্তে। হীরম খুদিংমক ইশাগী মথা পোল্লকই।

তাবদা নুঙাইনিংঙাইনি, ঐখোয়গী লৈবাক্তম্ থবক্কী মর্য্যাদা মী

অয়াম্বন থঙনরক্লে। তপ্না তপ্না মী অয়াম্বগী বাথল অমম্বুং মিংয়েং হোং-লক্লে। খুঙ্গংগী নহারোলশিংনা লিংজেল অমত্তা ওইনা মীওোন্দা মতেং নিরুব তৌদনা শাংল-শাংলবা লম্বী থোনবগী খুদম থাংতরে। সহরদা নহারোলশিংনা মোংলবা থোংবান-লূকপানগী নমথি-হঙাই শেংদোকপগী বা তৌয়না তাবা ফংলক্লে। লাইরিক লাইশু হৈরবা নহারোলশিংনা অরাবা তারবা মীগী পোংলুম কোকথোং নাতুনা পূবগী বারী বারীতা নংলক্লে।

ভারতকী স্কুল-কালেজশিংদা হৌজিক পায়খৎলক্লিবা সোসিয়েল সার্ভিস প্রোগ্রাম অসি নহারোলশিংবু থবক শূবগী হুংঙাইবা অমম্বুং লেমজবদো তথিনি। রাশিয়ানা চিংবা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংদা সমাজগী মীওই খুদিংমকপু মায়না লৌই। অতুনা করিগুম্বা থবক অমত্তবু হম্বা থবক্লি হায়না লৌবা তৌদে। হৌজিক্তি যুগকী থোঙথাং মতুং ইন্না হায়দগী চৎ-নরক্লিবা মপা-মপূগী শিনফম মচা-মশূম্ব লৌবা হায়বসি ওইথোকত্রে। হৌজিক্তি থবক্কী যুগনিনা শিনফম থনবমু, হায়গী মতৌ অতুগুম্বা যাত্রে, মানা মানা হৈনবা চূনবা অতুগী মতুং ইন্না থবক পায়নরে। লৈবাক্কী চাওখৎপগী থৌরাং পূম্নমক মহৈ য়ালহনবা তারবদি অরেম্বদা পাঙ্গল থৌনা মাঙহনবা য়াদে। ইঞ্জিনিয়ারিং পাম্বা ঐনা ইপানা ঈশৈ-শকপা ওইরম্মী হায়তুনা ইশৈ-শকপা ওইবা তারবদি পাঙ্গল-থৌনাবু অরেম্বদা মাঙহনব নত্তুনা অতৈ করিম্ব নত্তে। অতুগা অমরোমদা ইউনিভর্সিটিগী খাইদগী থাংবা ডিগ্রী পায়রবা মীওই অতুনা লম্বী থাই শিত্তূনা লৈরবদি মহাক্কী তাল্লূবা পাঙ্গল লৌশিং অতু মাঙহনবা নত্তুনা অতৈ করিমতা নত্তে। মরম অতুনা সমাজগী শেমগং-শাগৎপদা মানা মানা ভমজবা অতুগী মতুং ইন্না মতেং পাংগদবনি, হায়বদি মাগী মাগী পাঙ্গল-থৌনা লৌশিং অতুগী ইনবা থবক পায়গদবনি। থবক অমত্তা চোপনিংঙাই নত্তে নীংথিনবু তৌরবদি থবক পূম্নমক লেমজনিংঙাইনি।

# সিনেমা অমসুং মসিগী প্রভাব

## ( *Cinema and its influence* )

থবক বানা শুক্রবগা অবাবা পখোক্লনবা হয়াও কুম্মৈ হায়বসি সমাজগী য়াওদবা যাত্রবা পোৎচং অমনি। তৎতনা হোংলিবা সমাজকী শক্তমনি। সমাজকী শকওং হোংলকপগা লোয়ননা হয়াও-কুম্মৈগী মওংসু তত্তনা হোংলক্লি, হোংলকপতা নত্তনা অনৌ অনৌবা মখেলসু হাপচিল্লক্লি। থায়না মমাংদৈদা পূং-ঈশৈ, জগোই-লীলা, পেনা, খোংজোম পর্ব্বনচিংবা হয়াও-কুম্মৈনা অবাবা পখোকপগী পাম্মৈ ওইরম্মী। থায়নগী মখেল ময়াম অসিদা ইনৌ-নৌবা মখেল অমসু কুন শুবা শতাব্দী অসিদা হাপচিল্লক্লে। মখেল অসি চুম্না থায়নগী ময়াম অসিদা তিল্লবতা নত্তনা ময়াম পূম্নমক্তগী অহেনবা অমা ওইরক্লে। হৌজিক্কী যুগ অসিগী চাউর-চাউরবা সহরদগী হৌরদুনা লৈরক-খুল্লক ফাওবা মহাক্কী বারীনা শীন থুংখরে। হায়রিবা মতীক-মগুণ চেল্লবা হয়াও-কুম্মৈ অসি অতৈ করিসু নত্তে সিনেমানি।

তশেংনমক সিনেমা হায়বসি বিজ্ঞানগী অঙকপা খুদোল অমনি। হৌখিবা শতাব্দীগী মমৈরোমদা আমেরিকাগী ফাওরবা বৈজ্ঞানিক টোমাস এডিসন্না চৎলি লেঙলিবা পোৎকী ফোটো লৌবা ঙম্নবা পাম্মৈ পুথোরকখি। অদুগী মথৎদা ইংলণ্ডদা অঙৌবা ফীজংগী মথক্তা ফোটোগী মমি তাহন্নবা মেসিন পুথোরকখি। অনি অসিনা পূনশিল্লগা সিনেমাগী হৌজিক্কী খোঙচৎ অসি হৌরকখি। অদুদগী মথং মথং তৌদুনা বারী অমসুং উপন্যাসকী লীলা ফোটো লৌদুনা অঙৌবা ফীজংদা উৎপা হোরকখি। অহানবদদি বা ঙাংদনা ফীজংদা মমিতমক উৎলমই। থরা লৈরগদি মমিগা লোয়ননা বা ঙাংহনবা ঙম্নকখি। মিৎ অনিতনা য়েংলগা পেন্নবা পোৎশক অদো,

নাকোংতনা তাৱগা পেনদবা থোঙ্গাং অদো, ঙসিদি অমুক্তদা পুন্না য়েংবা অমম্নুং তাবা ফংলে, হন্না হন্না য়েংগে তাগে হায়বস্মু ঙম্লে।

ঐখোয়গী মিৎয়েংগী রাংমদা নুমিৎ থুদিংগী মিৎকুপ থুদিংগী থৌদোক কয়া থোক্লি। অমুক কুইবা অসি থৌদোক মরাম অসিগী মপুং ফাদবা রারী থরতনি. ঐখোয়না পাউজেল চেবা ফংলম্লিবা। মালেমগী মফম কয়াদা য়েংনিংঙাই পোৎশক কয়ানি লৈরিবা, লাইরিকতা পাদুনা মথোয় অদুগী মরমদা খঙ্জিক-খরাক্তনি খঙবা ঙাম্লিবা। সিনেমাগী মতেংদগী ঙসিদি মথোয় অসি উদবগী পুক্নিং থোইরাং-থোইশাউনবদো কোক্লে। জ্ঞানগী ঈথৌরাংবশিংনা অমুক কুইবসি মালেমগী মথল মথেলগী মচু-মঙালবু উরমই 'অতোপ্পগী মিৎন', মথল-মথেলগী থোঙ্গাং তাঙ্গাবু তারমই অতোপ্পগী নাকোংনা। হৌজিক্তি সিনেমাগী মপান্দগী তাইবং মালেম পুমমক মী থুদিংমক্কী মিৎয়েংগী ঙমখৈ মনুংদা নাকোং থুদিংমক্তা তাবা ঙম্বগী ঙমখৈদা পুশিল্লক্লে।

হরাও-কুম্মৈ পাম্বা মীওইবগী মফমদা সিনেমানা পুক্নিং পেলহন্নবা পোৎশক অমা ওইবতা নত্তনা মহৈ-মশিং তম্বদসু অখোইবা তেংবাং অমা ওইরক্লে। শিক্ষাগী অর্থ খঙদবগা শকথঙনবা হায়বসিনা ওইরবদি সিনেমাদগী হেন্না ফবা শিক্ষাগী পাম্বৈ অতৈ থিবদা রানা থোকই। খঙদবা! অদুবু ইনাক্তা ইমিৎনা উবা ফংলবদি নাকোংনা তাবা ফংলবদি মদুবু হরাওবগা লোয়ননা লায়না খঙবা ঙমই। লাইরিক-লাইশু তম্বদা অকিবা অমা য়াওরিবসি শকথঙনবগী মঙাল ফংবদা মাঙথিগনি। সিনেমা য়েংলগা ঐখোয়গী থম্মোয় লকান্নুংগী ফোংদোকপা ঙমদ্রবা ঈথক-ঈপোম কয়া ঈহৌরকই। অবা-নুংঙাইগী থৌদোক কয়া সিনেমাগী ফীজংদা মপুং ফানা হেক উবগা থম্মোয়-লকান্নুংগী তুমতুনা লৈরিবা রাথলশিং অদো মথং মথং খঙহৌদনা য়াকাইরকই, রাথল-থম্বালগী লৈনা তপ্না তপ্না শাৎকাইরকই ;

মীওইবগী মশাগী ওইজবা মহৌশাগা তেংবানবগী মহৌশাগা অমত্তা ওইরকই। মরম অসিনা য়াশিয়ানচিংবা লৈবাকশিংদা অশাংশিংগী লাইরিকলাইশু তশিবদা অমসুং মীয়ামগী মরক্তা জ্ঞান শন্দোকপদা সিনেমাবু মওং চানা শীজিন্নরি। ভূগোলনচিংবা বিষয়শিং তশিবা মতমদা হৌজিক ত্রৈখোয়গী লৈবাক্তা তশিবা মতম্বি অসিদা অশাংশিংগী মকমদা করিমত্তা সুংশাইবা পোকহনবা ঙমদে। তোইশুমসুং সিনেমাগী মতেং লৌদুনা পোৎলকশিং অদু লমদম অদু চপচানা উহনদুনা তাক্লবদি শোয়দনা অশাংশিংদা খুৎলোয়বা হেনগনি।

সিনেমানা হৌখ্রবা খোদোক কয়াবু ফাজিন্দুনা থম্ব' ঙমই। লৈবাক্কী অফাওবা মীওইশিংগী থবক-থনা কয়া সিনেমাদা নমদুনা থমহৌরবদি মদু হয়েং তুং ফাওব ইরৈবাক অমদি মীরৈবাক্কী মীয়ামদা মদু শংশংনা লৈহৌরি। পণ্ডিত জবাহরলালগী পোৎলোইবগী দৃশ্য অদো সিনেমাদা ত্রৈখোয়না উব' ফংবদা খোদোক অদো উহৌদবা ত্রৈখোয়সু পুন্সি চুপ্পা কাউবা ঙমদে।

মীরৈবাক্কী ফিল্ম উরগা লৈবাক অদুগী মীয়ামগী শাক্তং-লাকচৎ কৃষ্টিকলা ত্রৈখোয়না ফজনা শঙব ঙমই। লাইরিকতা পাদুনা মসি পূর্ণমক মপূং ফানা খঙবা হায়বসি ওইথোক্তবনি।

মীওইবগী হৌজিক্কী পুন্সিদা সিনেমাগী প্রভাব অসি হায়নিংঙাই লৈতনা শন্দোকখরে অমসুং মনুং য়োখরে। ঙসি লমী লমহাংদা লৈরককোল্লক্তা সিনেমাগী ঈশৈনা মী খুদিংগী সুর ওইরে। রেডিওদা মাইকতা সিনেমাগী ঈশৈন নাকোং য়ৈশিল্লে। সিনেমাগী এডভর্টাইজমেণ্টনা লমজাও পূর্ণমক ইঙাল ঙাল্লে, খবর চেগী লামায় পূর্ণসু সিনেমাগী লাইনা পুংথন-থল্লে, সিনেমা হোলদা মীয়ামনা কোইয়িন ঈন্নরে। নহারোলশিংনা ঙাইহাক্তুং পোথাবদা সিনেমাগী য়ারীনা পোথানরে। সিনেমাদা য়াওবা

মীওইশিংগী পুন্সি-রাস্নী মথোয়গী চিন ফাদা পুরে। ফিজেৎ-চাকশেংতা সিনেমাদা উবগী মতৌ তমজুন' শেংনরে। 'সাধনা হেয়ার ষ্টাইল', 'রাজ-কাপুরগী শম্বোংবী' লৈশাবী পাথংগী তমজনিংঙাই ওইরে। মসিনা তাক-পদি সিনেমাগী প্রভাব অসিদা নহারোল কয়া মাঙনরে অসিনি। চুম্মি, মৈহৌরোলদগী হৌজুনা মীওইবা হায়বসি লৈথারোমদতা চৎথবা হায়বসিনা মহৌশা ওইরক্লি। অদুনা অয়াম্বা মতমদা সিনেমাগী অফবা শক্তক অদু লোদহ্না ফত্তবা অদোমদতা মীওইবগী মিৎয়েং তারি। তৌবগীদি মসিদা ফিল্ম পুথোক্লিবা কাঙবুগীসু দায়ীত্ব থরসু লৈরি। মথোয়না শেল তানবগী বাখলতা তৌদুনা মীওইবগী অমাঙ-অতা পুরকপা যাবা ফিল্ম কযা পুথো-রকপা মরমনা সমাজদা গৌজ্জিক সিনেমাবু চিংনবগী মিৎয়েংনা য়েংন-রক্লিবনি।

ঐখোয়না পাম্বদি সিনেমানা সমাজকী মীয়ামদা জ্ঞান শন্দোকপগী মরূ ওইবা পোৎশক অমা ওইদুনা পৃথিবীগী য়াইফ-নুঙাইগী লম্বীদা লময়ানবা অমা ওইগনবা অসিনি। হায়রিবা অসি ওইবা তারবদি সিনেমাগী ফিল্ম পুথোক্লিবা কাঙবু অমসুং সরকারগী চাউরবা দাযিত্ব অসি কাউথোকপা চুমদে। মাইকৈ অসোমদা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী মতৌ তমজনিং-ঙাইনি। হায়রিবা লৈবাকশিং অসিদা সিনেমানা সমাজগী অৱা-নুংঙাইগী পুন্সি উৎপত্ত নত্তুনা করম হায়না তৌরগা সমাজনা চাওখৎকদগে, সমাজনা হেন্না নুংঙাইবা পুন্সি অমা লেনবা ঙমগদগে হায়বদুগী বাখল-লৌশিং অদুসু মীযামদা শন্দোকই।

# মায়থীবনা মায়পাকপগী য়ুম্বীনি

## ( *Failure is the pillar of success* )

মী অয়াম্বনা রাথল খেনবদগী করিগুম্বা থবক অমদা মায় পাকতবগা হেকতা আশা কায়তুনা নীংহল্লি, 'ঐসে করিমত্তা ওইররোই' খল্লকই। তৌইগুম্বসুং মথোয়না খল্লদতুনা তৌবনি, অমুক মায় থারে হায়দুনা মথং অমুকা লাক্লবদা মায় পাক্লোই হায়বা করিস্থ লৈতে। তশেংনমক মায়থীবা কয়াগা মায়োক্লবগা মায় পাক্লকপা ঙাক্তনি সংসার অসিদা। করিগুম্বা থবক অমদা ঙমহৌদবা অতুনা ঐখোয়দা শীংনবা রাথল অমা পোকহল্লি, ঐখোয়দা ইচং-খৌনা হাপকংপি। 'ঙমদ্রিবা মীশ হোংনগে—হায়বা রাথল অমা লাকই, রাথল অদুনা হন্না হন্না হোংনবগী লমজিং অমা ওইরকই। অহানবগী অমুক লাক্লবদা ঙমহৌদবা অদুনা মথংগী লাক্লবদাদ হৈশিংবা হেনহল্লি, অহানবদা শোয়খিবা অদুনা মথংগী লৌশিং ওইনৈ অদুনা মথংগী অদুদদি হান্নগী অদুদগী হেন্না ফনা পাংথোকপা ঙমই। অস্নম তৌতুনা মায় পাকপা ঙমখিদবা হোংনবা কয়া অদুদগী ফংঙকপা লৌশিং অমসুং জ্ঞান অদুনা ঐখোয়গী থঙব-হৈবগী ঙমথৈ পাকথোকহল্লি অমসুং মথংদদি শোয়-ররোই হায়না থাজবা পোকহল্লি। মরম অদুনা মায় পাকপা ঙমখিদবা খোদোক অদুনা ঐখোয়গী মায় পাকপগী য়ুম্ফমনি

তৌইগুম্বসুং পাউরো অসিগী অর্থ কনাগুম্বনা চাউমেং ওইনা লৌরবদি লানগনি। হায়বদি 'ঐখোয়না মায় পাক্লনবগীদমক মায়থনবা হোৎন-গদবনি, মরমদি মায়থীবনা মায় পাকপগী য়ুম্বীনি'—অসি হায়না লৌরবদি য়াম্না লানগনি। পাউরো অসিগী অর্থ মদু নত্তে। পুক্নিদা ঐখোয়না তৌরিবা থবক ময়াম অসিগী মতুংদা মায় পাকপসু য়াওই, মায় পাক্তবসু

য়াওই। মায় পাক্তবদগীদি মায় পাকপদুনা ঐখোয়বু হেন্না হয়াওহল্লি, হেন্না মুংঙাইহল্লি। অদুনা থবক থুদিংমক ঐখোয়না মায় পাক্তবা হোৎনৈ। অদুবু করিগুম্বা মতমদা মায়থীবা থোক্লবসু মদুনা ঐখোয়বু পূক্রিং শোঙ্গহনবা তৌহল্লোইদবনি। মদুগী মহুৎতা থবক অদো ভুমনবা হোৎনগে হায়বা শীংনবা রাথল অমা পোকহনগদবনি।

মায়থীবা ফংথিবা থৌদোক্তা ঐখোয়গী মায় পাকপগী যুম্বী ওইহনবা তারবদি ঐখোয়না য়েংবা তাই—করিগীদমক ঐখোয় মায় পাকপা ঙমখিদ্রিবনো। অপঙবা মীশিংনা অয়াম্বা মতমদা মায় পাকপা ঙমদে, মরমদি মখোয়না মায় পাকপা হায়বসি য়াম্না লায়না লৌই। ঐখোয়না থবক তৌবা খুদিংদা ইশাবু থাজগদবনি, অদুবু ইরাই লাইনা থন্দোকপদি তৌরোইদবনি। পৃথিবীদা মপাঙ্গল অমসুং বুদ্ধি লৌশিং য়াম্না ফরবা মীসু মারথীবা ফংবা য়াওদবা নত্তে। মদুগী মরমদি মখোয়না থৌশাদবদগী মশাগী মপাঙ্গল অমসুং লৌশিং অদু চপ চানা শীজিন্নদবা। করিগুম্বা মতমদনা পাশৎকনবদগীসু অয়ায়বা থবক ফাওবা পাংথোকপা ঙমদবা য়াওই। পৃথিবীদা মী থরা লৈ, মখোয় অসিনা করিগুম্বা থবক অমা হেক তৌবা তাবদা মিশুন মথোং মরম থঙদে। অসিগুম্বা মীওইনা কৈদৌনুংদসু থবক ভুম্বা হৌনদে। অদুন থবক খুদিংমক্ত, অয়ায়বা থঙদে অরুবা থঙদে, য়াম্না চেকশিন্না অমসুং ইশাবু থাজনা হোৎনগদবনি।

মায়-থীবা থৌদোক্তা ঐখোয়গী ইফমদা করিগুম্বা ইচং-থৌনা নত্রগা শীংনবগুম্বা অমা পীবা ভুমদ্রবদি মায়-থীবা অদুগী মমল লেত্তে। মায়থীবা থেংনরগা মদুবু শীংনবা অমনি হায়না লৌদুনা অঙম তাল্লগতনি মায় থীবগী মমল লৈরিবা। মায় থীবা হায়বসি তৌবগীদি, ঐখোয়না পামজখিদ্রবা পোৎশক অমনি। অদুবু পামজখিদ্রবা থৌদোক অসিনা থোক্লরবদি মদুবু শীংনবনি হায়না লৌবা তাই। অসুম্বা তৌরবদি মায়

থীবা কয়াম্ লাকসনু, মতুবু নমহৎতুনা মায় পাকপা ঙম্বা শোয়দবনি।

মায় থীবা থৌদোক্না ঐথোয়গী মায় পাকপগী লমজিং ওইহনবা তায়-বদি ঐথোয়গী লমচৎ অসি মওং অমদা শেমগৎপা তাই। অহানবদা, ঐথোয় হোৎনবা তল্লোইদবনি, হন্না হন্না হোৎনগদবনি। মতাং অসিদা রোবার্ট ব্রুসকী বারী নীংশিংনিংঙাইনি। হন্না হন্না মরৈবাক কনবা লাক্লবদা মায়-থীবা ফংলবদা রোবার্ট ব্রুসনা মপুক্লিংদা করিমতা হন্থবা লৈতনা হন্না হন্না তরেৎলক লাক্লবদা অকোনবদা মরৈবাক কনব ঙমখি। অনিশুবদা, ঐথোয়গী ইচং-থৌনা লৈবা তাই। ঙমগে হায়ব বাথল অসি লৈগদবনি। মায় থীরবস্থ ইচং-থৌনা তাথহল্লোইদবনি। মায়থীবা অতুবু অরোইবনি হায়না লৌরোইদবনি। মায়থীববু অমুক্তং য়াক্লবদি মতুদা হৈনখিবা শোয়দবনি, অমসুং মতুদগী ইচং থৌনা হল্লকপা শোয়দবনি। অহুমশুবদা, ঐথোয় ইশাবু ইশানা থাজগদবনি, অমসুং আশা চাউপদবনি; থনগদবনি, হন্না হন্না মায়থীবা ফংলবস্থ ঙসি নত্রগা ওয়েংদি শোয়দনা মায় পাকনি।

তশেংনমক মায়থীবদস্থ লেমজবা য়াবা মতাং লৈ, করিগুম্বা ঐথোয়না থবক অদু থরাই-হকচাং য়াওনা হোৎনরবদি। মায়থীবা লানফম কয়াদা থৌনা ফবা লান্মী কয়াগী মিংচৎ অমর ওইখিবা য়াওরি। অদুনা ঐথোয়গী মায় পাকখিদবা থৌদোক কয়াবু ঐখোয়না চাউথোকচবগা লোয়ননা য়েংবা ঙমই, তৌবগীদি ঐথোয়না থবকশিং অদো থরায় য়াওনা লাক্লখিবা ওইরগদি। করিগুম্বা মতমদা ঐথোয়না য়াম্না থাজবগা লোয়ননা থরায় য়াওনা হোৎনরুবা অমদা মায় থীরক্রবদি মতুনা হায়নীংঙাই লৈতনা আশা কায়-হল্লি। অদুবু অহুম হায়না আশা কায়দনবগী লাইকন লৈতবা নত্তে, লাইকন অদুদি— ইচং-থৌনা ফবা, হোৎনবা লেপ্তবা অমসুং মায়থীববু লৌশিনব ঙম্বা থম্মোয় অসিনি।

# নোংমদা রোম শাখিবা নত্তে
## ( Rome was not built in a day )

অয়াম্ব মতমদা ঐথোয়না চাউর-চাউরবা থবক তৌবদা য়াম্না থুনা পাঙথোকনীংই ঙাইঙমদে। তৌইগুম্বসু থবক অচৌবতদা নত্তে, থবক তৌদসু মতম চংঙি, মতম চঙদবা থবক লৈতে। থবকপু মওং চানা পাঙথোকপা তারবদি ঙাইঙমদবা তৌরোইদবনি, নত্রবদি থবক অদো কৈদৌংদসু মওং চানা পাঙথোক্লোই। মতম অমদা ইতালীগী কোন্নুং রোম অসি য়াম্না চাওথংলম্মী, হৌজিকসু চাউরবা মহানগরী অমনি। মতম অতুদা রোম অসিগী মতৌক-মগুণ পৃথিবীনা থঙনরম্মী, অমসুং ইউরোপ শীন-থুংনা রোমনা মথোল ওইরগা রোমান সাম্রাজ্য লিংখৎলম্মী। অসিগুম্ব মতিক-মগুণনা শীংথাদুনা লোইবা নাইদ্রবা, পাক্লবা রোমান-সাম্রাজ্য অমসুং কান্নুং রোম অসি লিংখৎপদা চহী কুমজা কয়া চঙ্খি। চহী কয়া চঙনা অকন অথৌশিংনা হোৎনবদগী চাওথৎলবা রোম ওইরকখিবনি। রোম অসি শেম-শাবদা মতম চঙখিবা অদুগুম্না, থবক থুদিংমক্তসু মতম চংঙি। নোংমতা হোৎনবগা ওইথিবা রোমান সাম্রাজ্য নত্তে, অদুনা নোংমদা অচৌবা থবক অমা পাঙথোকপা ঙম্বা হৌনদে।

পাউরৌ অসিনা ঙাইঙমদবা মীওইবদা চাউরব পাউতাক অমা পীরি। পাউশাক অসি মতম থুদিংমক্তা চুমদুনা লৈরি অমসুং লৈথিগনি। তশেংনমক থবক অচৌবা অমা তৌবা তারবদা কন্না হোৎনদবা য়াদবনি। হন্না হন্না মায়থীবা ফংদুনসু থৌনা হন্দনা হন্না হন্না হোৎনরবতদা থবক থুদিংমক ওইরক্লিবনি। থাঙবা কনবা অমসুং উইন কনবা হায়বসিনা ঙমদবা থবক লৈতে। ঙাইঙমদবা, হোৎনবা তনবা কাঙবুগী মফমদতনি পাঙথোকপা ঙমদবা থবক লৈরিবসি।

হোৎনবা লেপত্তবদগী অমসুং থাওবা কনবদগী শেয়ক-শারক্লিবা পোৎ চৈশিং অসি য়েংসি। লেগুনা হোৎনরকপদগী ওসি ফাওবদা বিজ্ঞানগা পুখোয়রক্লিবা অনৌবা পোৎ-চৈশিং অসি অঙকপনি। উচেক্কা পাইবা উরগা তাইবং মীসু পাইবা ঙমগনি হায়বা বাখল অদুনা নমজিংদুনা অহানবদা হোৎনরম্বা মী অদুনা হোৎনবা মহৈ য়ানখিদ্রে হায়দুনা মথংদা অতৈনা অমুক মথং হোৎনরমম্রবদি ওসিগী এরোপ্লেন অসি থোক্লমোইদবনি। ওসিদি এরোপ্লেনদগী অহেনবা য়াম্না য়াংনা অমসুং য়াম্না থাপ্পা অতোপ্প গ্রহদা পাইননবা রোকেট পুখোয়রক্লে। তাইবংমীনা রোকেটতা পাইদুনা খা য়ৌক্লরে। মসি থোক্লবা হোৎনবা মীওইবগী মতম কয়াম্না চওখ্রবা, উইন কনখা কয়াগী লেপ্পা নাইত্রবা হোৎনবা কয়া চওখ্রবা। চাউর চাউরবা থৌরাং কয়াসু হোৎনবা লেপত্রগা নোংম নত্রগা নোংমদি পাঙ-থোকপা ওল্লি। হৌজিক্কী রাশিয়াবু পোকপিরম্বা ভি-আই লেনিন্না এইচ-জি রেল্সতা নোংমা ইউক্রেনদা ইলেট্রিক ফংহনবগী বা হায়বা মতমদা কাওরবা বাখল চাউরবা ঔপন্যাসিক অদুনা করেমখি। অদুবু মতম থরগী মতুংদদি লেনিনগী মঙ অদু পাঙথোকপা ওমখি হৌজিক্তি ইউক্রেনতা নত্তে রাশিয়াগী মফম খুদিংমক ইলেকট্রিক ফংলে। পম্না তুরেলগী মথক্তা থোং শাবা য়াগনি হায়বসি কনানা থাজরম্বগে মতম অমদা? অদুবু মদুসু শাখ্রে। অনৌ অনৌবা নৈবাক পুখোকপগী য়ায়ীসু অদুনি। নেংচুপ লোমগী কাওবুনা ভারতবর্ষগী চাওখৎপা অমসুং লন-থুমগী বা তাবদা ভারতবর্ষদা লাক্লবগী লম্বী পুখোক্লবা কম্না হোৎনখি। কলম্বসনা ভারততা লাক্লনবা হোৎনবদা শোয়দুনা আমেরিকা য়ৌখি। অদুবু কাইনথংদদি ভাস্কো-দ-গমানা আফ্রিকাগী কেপ-ওফ-গুড-হোপ কোইদুনা ভারততা লাকপা ওমখি, ভারততা চৎনব লম্বী পুখোকখি। হিমালয়গী চীংদোন এভারেষ্টকী মতোন্দা কাননবা হোৎনবদা থরায় কয়ানো মাঙখিবা, কয়া-রক্লো হোৎনখিব? অদুবু কাইনথংদদি তৎতনা হোৎনবগী মহৈ য়ানখি,

তেনজিং অমসুং হিলারীনা তাইবংমীগী শাঙব থোঁনা অমসুং কনবগী মগুণ খঙহনখি। সমাজকী অমসুং রাজনীতিগী খোঙথাংদসু মসিনি। মীখা পোনবা জাতি অমনা নীংতম ফংননবা হোৎনবদা মতম কয়ানো চঙখিবা, অৱাবা কয়ানো নংখিবা, কয়া কুইননো থাঙখিবা। ভারতনা ই রেজকী মখুংতগী নীংতম্ববা লাক্লবদা চহী-কুমজা কয়ানো ইচং থোনা কষ্টব লৈতনা হোৎনখিবা। অমুম তৌরহুনা চাউরবা সহরতা নত্তে, চাউরবা কুর-দলানতা নত্তে; বিজ্ঞানগী অনৌ অনৌবা পোৎশকতা নত্তে, হৗরম খুদিংদা মশক নাইবা থবক অমা তৌবা তারবদি মতম চঙভি, হোৎনবা লেপ্পা য়াদে; থাঙবা কনবগা লোয়ননা থবায় য়াঙনা মতম চঙনা হোৎনরগতা ওইরক্লিবা ভাক্তনি।

মীওইবা খুদিংমক্কী পুন্সিদা থবক অচৌবা থঙদে মচা থঙদে থৌদাং কয়া লৈরিবনি। মশাগী মথৌ নাহ্োক্লবা লাক্লবা মীওই অহুনা কৈদৌ-নুংদসু মালেম'সিদা মী ওইবা ঙমদে। অহুনা মশাগী মথৌ অদো পাঙ-থোক্লবা লাক্লবদা হন্ন হন্না মায়থীব্বসু মতম চঙলবসু নীংহনবা তৌরোই-দবনি। অংক তৌদা ঙমদহুনা অংক কিরবা অঙাং অহুদসু অংক তাকপিগদবনি; অংক অসি মহাক্কী তৌদবা য়াত্রবা অমনি হাযহুনা ঙম-দ্রিবা ফাওবা হোৎনহনব তম্বিগদবনি। অমুম্বা পীক্লিচৈদগী লমদম্বহল্লবদি মহাক্লা তুংদা ঙমদবা থবক লৈরক্লোই।

চুম্মি মী শরনা হাযবা যাই—রোমদি নাংমদা শাখিবা নত্তে, অদুমদি ওইরগা রোমঙম্বমক নত্রবসু সহর অমদি ফুরা দলান থরগা লমী থরগা তৌহুনা নোংমদা শমগৎ-শাগৎপা য়াইদনা। মতাং অসিদা ঐথোরনা হায়গদবদি, খাইদগী হেনবা পোৎশক অম ওইনবা লাক্লব্রবদি মতম থোইনা চঙদে, অহুগা খাইগী মকোক ওইনব খাইদগী হেন্নব লাক্লবদি নোংমদা ওইবা য়াদে, মতম চঙভি। মতুগীদমক থাঙবা কনগদবনি, হোৎনবা লেপ্লোইদবনি। মীওইবনা তাম্নিবসি মথং ওইগে তানবা নত্তে,

খাইদগী হেনগে তাল্লিবনি হায়বা বাকম অসি কাউরেʼইদবনি। মকোক্তা মথংগগী মনুংদা অমবু ওইরবস্থ যাই হায়বা বাখল অসি খল্লোইদবনি। খাইদগী অহেনবা অদো ফংনবা লাক্লবদা মায়থীরবস্থ মতুনা ফৈ ময়ক মযাদা পেনতুনা লৈগদবগী শক্লকখুদি। "বাখল বাংনা খল্‌, কম্না হোংনৌ" হায়বা পাউতাক অসিনা পুন্সিগী লমজিং ওইগদবনি, অতুদত মালেমদা মীথোই মীহেন অমা ওইব ঙমগদবনি।

থবক থুদিংমক তং-তানা তৌগদবনি। হাথু-হরাং তৌবা থবক্তা কৈদৌউদস্থ নীংথিনা পাঙথোকপা য়াব্‌া হৌনদে, থবক্তা মায় পাকপা ঙমদবগী মরুদি ঙাইঙমদতুনা হাথু-হরাং তৌবনি। থেংগু অমসুং থেবগা লমজেন তান্নবগী বারীদা তং-তানা তৎপা লৈতনা হোৎনরকপা মরম্না খোঙথাং তপগ্‌বা থেংগুনা খোঙথাং য়াঙথ্‌বা থেবদগী লমজেন থোইথি। অতুনা য়োইবু-য়োইহেন তাল্লিবা মীথোই-মীহেন ওইগে খল্লিবা মীওই-বগীদি হোৎনবা নেপ্পুবা, খাঙবা কনবনা শিদহিদাকনি।

## শারিউঙদা য়েহৌ

( *Strike the iron while it is hot* )

or

( *A stitch in time saves nine* )

থবক থুদিংমক মতম চারিউদা তৌগদবনি অমসুং মতম চানা তৌরগা মহৈ য়ান্দনিংঙাই লৈতে হায়বসি পাউরো অসিনা তাক্লি। তশেংনমক মতম চারিউঙদা থবক পায়থৎলবদি থোইনা বানিংঙাই লৈতে, থবক অদো য়াম্না লায়না পাঙথোকপা ঙমই। খুদম ওইনা হায়রগ য়োংপু

শারিবৈভদা মৈহৌরগদি শান্নিংঙ্গা পোৎ অদো শাগা ওমদে। ঐখোয়না য়োংতগী করিগুম পোৎ অসি শাগে হৌরদা অসিংবা য়োৎ অমু কুদোক্তনা শাবা ওমদে। কুদোকপা লায়রবা যোৎ অদো মৈদা ইকপা তাই, অদুগা মৈনা ইতাং তাংনা শাবিমৈ অদুনা নুংশংনা মৈদুনা শাবা তাই। শারিবৈ ভাইহাক অদুদা মৈহৌরগভন্নি য়োৎ অদো মৈখোক্লিংবা মওংনা মৈথোকপা ভগ্নিবা। ঈংথখ্রবদি যোৎ অদো মৈবা য়াগনি, মৈরুগন্ন য়াহুনতা তোকনি, ওইহল্লিংভিবা মওং অদু ওইয়ু হায়বা য়ারোই। অদুনা থবক খুদিংমক মতম লৈরিবৈদা তৌহৌগদবনি।

অসুম তৌরদুনা কনাগুম্বী কিদা থজিক্লং শেগায়বা উবদা মদু মতম চানা তাইশিনহৌরবদি অমুক হেন্না শেগায়গদবদো শেগায়বা ওমদে। মদু তৌদনুনা, হায়বদি থজিক্লং শেগায়রিবা মতমদুদা কোৎচিনহৌদদুনা হারেন কোৎচিনগে হয়েং কোৎচিনগে হায়দুনা লৈথোক্লবদি অসুম হেন্না শগায়রক্লনা ফি অদো পৃংশেৎ-শগায়বা শোয়রবনি। অদুম হায়না কনাগুম্বা ছাত্র অমনা হোরেন পাগে, হয়েং পাগে হায়দুনা লৈথোক্লবদি পরীক্ষা যৌরকপা মতমদা ঈয়াক্লবা হায়বসি মহৌশানি। মতম হৌথ্রবা তাঞ্জা অদুদদি যনা কন্না হোৎনদুনম্ন অহিঙ ফনা মীশেন থাঙদুনম্ন উপায় লেতে। পরীক্ষা হোল্লদা চঙলগা অহিঙ তুমদবদগী মকোক ভাওদুনা থাম্বা হায়বসি মশানা তারবনি। তৌইগুম্বমুং ছাত্র অদুনা মতম লৈরি-বৈদগী লাই রিক-লাইশু নীংথিনা পাদুনা মুমিৎ খুদিংগী ওজানা তাকপি-রকপা পারা অদু নীংথিন থঙননবা লাক্লবদি তুংদা থানিংভাই লৈতে, পরীক্ষাগী মতমদা পাথৎতুন অহিঙদা মুভাইশ্রবা য়াহীপ মাঙহনবগী দর-কার তাদে। পীকথ্রবা হোংনাং চাবা অদনা চেক্কী দলান অমগী মচীদা তৌরিবদো থৌশাদহুন ফুকতোকহৌরবদি মতম থরগী মতুংদদি মতুগী মবা ময়ায়া মুম অদু শীনথুংথিদুনা মমল য়ামথ বা ফজথ বা দলান অদো

কীমথৰকনি। মৱম অদুনা পীকথ্‌বা থবকশিংগী হৌদুনা চাউথবা থৌদোক ফাওবা, ইমুং-মনুংগী হৌরদুনা ভাইবং মাপেন্দগী থবক-থৌনানচিংবা হিরম খুদিংমক্তা মতম চানা থবক তৌবা হায়বসিনা কান্নবা লৈতে। লৈলা-বেলা তৌদুনা থীদুনবদা অমাং-অতাক থোরকপা শোয়ন্তবনি। অনাবদু মতম চানা লাইয়েংহৌদনা অন্তকালদা ডাক্তর অচৌবা কৌদুনম কাংদে। হংবানবা মতুংদা মৈয়েংগুদুনা করি কারবগে?

মী অয়াম্বদি মতম যাম্না লায়না লেপ্নিংঙি। অসিগুম্বা মীওইবু অতনবা হায়বদুনা লায়না খুদুম চল্লি। অদুনা থবক খুদিংমক্তা মখোয়না হৌজিক হৌজিক তৌথোকপগী মহৎতা মাৰবদি হযেং তৌগে হায়দুনা লৈথোকই। মৱম অসিনা পৃথিবীদা অয়াম্বা মীনা চাউথৎপা ঙমদ্রিবনি। খুদক খুদক্তা থবক তৌদদুনা ঙসি তৌগে হযেং তৌগে হায়না লৈথোকপা হৈনবসি মীওইবনা অঙাং ওইরিঙৈদগী তম্মকপদগী অস্নম অস্নম হেল্লা হৈনরকপনি, কাইনথংদদি মসিনা মশাক্কী শাক্তং ওইরকই। খুদম ওইনা, কালেনগী শাংলবা ছুটিদা অঙাংশিংদা ওজানা ছুটি মনুংদ যারকউ হায়দুনা পীবা পারাগী মৱমদা য়েংসি। লাইরিক পাবা হায়বসিনদি অঙাংশিংদা থোইনা নুংঙাইবা শান্নবা অম ওইনা থোক্তবনিনা ওজানা পীরকপা পারা অদো 'হোরেন পাগে, হযেং পাগে, হায়দুনা লৈথোক্লনা থম্মগল্লি, হৌজিক ঙাইহাক অসিদি ময়াম্না শান্নবিবসিদা যাউহিগে হন্দোকই। অদুবু শান্নবদি কৈদোংঙৈদম্ম লোইবা নাইদে। অদুনা লাইরিকী পারা অদু লৈথোক্লনা অদুম চংথখি। কনাগুম্বনা হংঙগা খুম্মি, "হয়েং তৌগনি।' তৌইগুম্বসুং হয়েং অদুম্ম ঙসিগী অম্মম্না তন্দে মান্দেগ লোয়ননা অঙাং অদুগী মফমদা থুংলৈ, অদুনা পারা অদো পাবগী খুদোং চাবা ভাঙা মঙোন্দা কৈদোংঙৈদম্ম লাক্তে। স্কুল হাংলগা ওজানা পারা হংবা মতমদদি মরোল থোক্কদুনা মমাথ লকথবা নত্তনা উপায় লৈতে। ঙসেংনমক থবক

য়াম্ন শূবা মীগীদি মতম অসি মাম্না কাংই, অদুগা থবক শূদবা মীদদি মতম অসি লৈতে। বামতং হায়রকদা 'মতম শংদে' হায়না পাউথুম পীবসি থবক শূদবা মীগী মহৌশানি। মথোয় অসিদি থবক অমতং তৌ হায়রকদা যুক্রম যুকম য়াম্না শোনগল্লি, নত্রগা এরং, মসিবু মিংক্‌প অমত্তংগী থবক্লি, হোয়েন হেক তৌথোকে হায়হুনা হায়গনি। অদুবু 'হেক তৌথোকপগী' মিংক্‌প অদুদি মহাক্কী মকমদা কৈদৌউভদসু থুংলদে। অসিগুম্বা মীওই-শিং অসিনা ভক্লিঠৈঙদা মতমনা চৎথিবা থঙহৌদে, অদুগা লোমনবা খুদোং-চাবা কয়াম্ন নাম্মোকথিবা থঙহৌদে।

'লাইনা য়াৎলকপা থয়াংনি' হায়দুনা লাইদা থংদবা মরাইবকতা থাজগনবা কাঙবু অদুনি থবক য়ৈথোকল্লিবা, য়াম্না ভনগল্লিবা। নহা ওইরিঠৈঙদা পাঙ্গল-লৌশিং ফরিংঙদদি লাইনা নোংমদি শোয়দনা চান-বিগনি, লাইবক অসি নোংমদি শোয়দনা চুমগনি হায়দুনা থবক শূজিনবা তৌদবনিনা হয়েং অহন ওইরগা কপ্লাক কুক শুংলবা মতম ফাওবা লাইনা চানবিদ্রে, লাইবক চুম্বা লৈথিদ্রে। মতম অদুদা লাইবু মপা মপ্‌ য়ৌনা চৈবা, লাইবক্তা খুৎত্তুম্না শুব নত্তনা উপায় লৈতে। মপান ফরিঠৈঙদা শূজিন-তানশিলহৌরবদি তুংদ: অবা-অনং কায়না মায়োক য়াবা ঙমগদবনি।

ময়ম অতুনা পিক্লিঠৈঙদগী হৌনা থবক প্‌ম্নমক মতম লৈরিঠৈঙদা খুদক খুদক্ত শূজিনবা তমগদবনি। মতম চানা শূদ্রবদি মহৈহু চাদে। পৃথিবীগী ক্ষ্যওয়বা মীওই, বেঞ্জামিন ফ্রাংকলিন্না হায়রম্মী, ঙসি তৌবা য়াবা থবক অদে হয়েংগীদমক কৈদৌঠৈঙদসু থম্মুগন্থু। মহাক্কী পাউতাক অসিগী মতুং ইন্না মশামক্তা চৎপদগী মহাক্তা অচৌব, মীশক অমা ওইবা ঙমখিবনি। মতম খুদিংমক্ত ঐথোয়না থবক খুদিংমক্কীদমক শেম-শাহুনা লৈগদবনি। থবক য়ৈথোক্ত্‌না থমগনবা মীওইশিংনা মতম প্‌ম্নমকতা চম্মম্নহুনতা লৈগল্লি। ময়ম অতুনা মহাক্তা কৈদৌঠৈঙদসু থবক অদো

নীংথিনা প্যাংথোক্লকপা ঙমদে, থরুক্কী মহৈ চাবা ফংদে। তৌইঙম্বসু মতম চানা থবক তৌবা মীদি থবক অদো লাকপগী খুদক অহুম্দা তৌথোকই, ঙৈথোকে থক্তুদে, মরমদি মহাক্না মতম্ পুম্নমক্তা থবকীদমক শেম-শাহুনা লৈ। মহাক্কী মক্সি-মরোলদা থজিক্তা মহুৎ লৈবা উবগা মহু ফোংচিল্লি: মহুক্কীদমক য়েংতুম, লং, ক্যাটি থ্রিবদা মতম চঙদে। লাইখিক মতম চানা পাবা অঙাংনা কম্রিঙুম অক্রবা মতাং, অমত্তং খেংনবগা মহু থঙনবা ফোংনবা মরম্না হয়েং তুংদা অনৌবা মতাং অমা লাকপদা মহুবু অমুক হেন্না লুথহনব তৌদে। অসিগুম মীনা মশাবু থাজ্জ, তৌগে হাযবদা ঙমদবা লৈতে, মীগী মতৌং পামদে, তনদে।

## থবক হৈত্রপা খুৎলাইদা তাইনৈ

## *( A bad workman quarrels with his tools )*

পাউরৌ অসি যোইবু য়োইকেন হাল্লিবা তাইবং মীপোক্কী লমজিং মৈরানি। তাইবং পুম্পি অসি নুংঙাই যাইফনা থৎবা ঈপাক নত্তে। তেংনপ্রবা মীওই পুম্পি অসিদা লেংনদনা, তানবা তৌদনা নুংঙাই যাইফব ফংগদবা নত্তে। অহুবু নুংঙাই-যাইফা তানবগী লম্বী অসিদি অৱা-অনানা থল্লবা লম্বীনি। অৱ-অনা ময়াম অসি থেংনবদা মী অয়াম্বনা থাঙবা ঙম্মদে। কম্রিঙুম্বা থবক অমা তৌবদা হেক্তা মুক্বৎ-মুক্ত শোল্লি। কবিঙুম থবক অমত্তা মহাক্কী পুক্রিং তাদে। মপুক্রিংদা থোনা য়াওদে, তনগল্লি শাওগল্লি। মহাক্কী অসিগুম্বা পুক্রিং বাথল অসিনা মহাক্কী থবক্তা মমি তাই। অহুনা কম্রিঙুম্বা থবক অমত্তা শুবদ মথোং-মরম

নাইদে, পোরম মাঙ্গা থবক চৎথগদ্রি, লায়থ্রবা থবক মচা অমা তৌবদগী হনজিনগদ্রি। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা থবক পাঙথোকপা ঙমগনদবনিনা মশাগী মরাল অদো অতোপ্পা অমদা হেক্তা থ'দৈ। থ্বম ওইনা হায়রগা উ-পূবা মিস্ত্রী অমনা উপু চনবা মতমদা শোরবা থোক্লবদি 'খুৎলাই অসিনা ফৎমনখিব্রবসিদা' হায়দুনা খুৎলাইদা মরাল থৎদৈ। থবক পূবা হৈবা মী অদুদি কৈদৌঙৈদা খুৎলাইগী মপাল থোইনা ভাংজদে। অগোম শাবা হৈত্রগা পূমা দা ভাইনৈ হায়বদুনি। অশোম শাবা হৈরবদি পুমাং ফবা কত্তবা থিদে। কত্তবা অঙাংনা পরীক্ষা ঙমত্রগা 'লাইবক্তা য়াদদুনা তৌবনি' হায়না লাইবক্তা চৈবি। পরীক্ষা ঙমত্রিবদো মশানা কত্তদুনা, পাঙদদুনা তৌবনি হায়বসি থক য়ানিংদে। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা পুন্সিদা মায় পাকপ' কৈদৌঙৈদম্ভ ঙমদে।

তৌইগুবম্ভং থবক হৈবা অমবা মী অদুদি থবক খুদিংমক য়াম্না থবায় যাওনা তৌদবা য়াদবা থবক্তি থন্দুনা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনৈ। মহাক্না থওভি, থবক খুদিংমক মহাক্কী অপাম্বা নত্রগা হৈনবা ঙাক্তা ওইরোই হায়বা। অদুবু থবক অদো শোয়রবদি মহাকপু মীনা ঙাংনগনি হায়বা কিদুনা য়াম্না প্রিক্লিং চঙনা হোৎনৈ। থবক শোয়রগা খুৎলাইদা তাইনবা হায়বসি পাঙদবা মীতনা তৌবনি হায়বসি মহাক্না থওই। অদুনা মহাক্না খুৎলাই কয়বম্ভ ফত্রবম্ভ শোয়দনবা হোৎনৈ, থবক রৈথোক্লবা তৌদে। মহাক্না থবক শোয়রবম্ভ মীঙোন্দা তাইনদবনিনা অতোপ্পা মীনম্ভ মঙোন্দা মতেং পাংনিংঙি। থবক শোয়রগা মীঙোন্দা, তাইনগনব কাওবুদদি অতোপ্পা কনামতনা মতেং পাংনিংদে। করিনা হোরেন শোয়ব্রগা, মথোযনা কদায়দগী অঙকপা শাদুনা য়াওবিরমদুনা তৌরিবনি, হায়বসি শোয়ত্রবনি। অকব মীমা কৈদৌঙ্গুংদম্ভ থবকীদমক মুক্তম মুক্তম শোন্দে। মুক্তম মুক্তম শোনবা কাওবু অসিদি মশাগী পাঙজদবদো কোঙদোকপনি। থবক কিদবা

কাঙবু অহুদি মশাবু মায়া থাজে, অদুনা থবক অয়াবদা মায় পাক্লি। মখোয়গী পুন্সিদা থবক মহৈ য়ানগনি, অদুনা কায়বা হৌদ্রে।

পুন্সিদা মী অমা ওইনা হুখাইনা হৌরে চায়রবদি ঐ'ং'য় কুমচংদা ফম থরা তেমনবা হোৎনবা তাই' অহানবদা ইশাবু করিগুম্বা ফিৎনবা হৌক্তুনা থাজবা তাই। তুংগুম্মা মীনা তৌবা অমমা ঐহাক্না ঙমোকচৌ-বির করিগুম্বগী হাপ্পবা মাথল মপুং হৌবা তাই। মীনা মতম পাং-ঙকনি ঙাঙজুনা মীগী মতৌং লাকপ তাইরোইদবনি। অনীশুবদা ফিৎসিং-নাশিংবা তাই। লম্বাইগী বাথক অনৌবা থবক তৌবা হুমগদবনি অমস্রুং মতুংগী মীয়োম্না তাংজেংহৈদবনি করিগুম্বা ঐখাকী খুৎশু-খুৎলাই-ফত্রবসু, থরুপ্লবনি, মতম শেমজনবা নত্রগ কঠনবা যাই। মুকম মুকম শোম্নগা শেমজিনব য়াবা নত্তে, শোৎথবি মুকম হৌদো চুমথোক্নদা শেম গদবনি। ফিভমনা মওং অমা চাত্রবসু মতুদ ওনবা তৌদনা য়ায়া চেক শিন্না চৎথগদবনি। অহুমশুবদা মতম খুদিংদা কাউরোইদবনি, হোংপু হোংনরবদি মহৈ চাগনি হায়বসি। য়ায়া বানা শুবগা তানবা লন-থুমগী মমলনা লেম্না যংব লনবুদি হেনবনি। অসিগুম্বা ওণ অসি চেন্নবদি তুংগীদমক কিনিংঙাই হৌদ্রে 'হৌজিকপু মতিক চানা লৈজিন্নরিবনিন'। অসিগুম্বা বাথল হোংদবা, মশাবু থাজবা, মতম খুদিংমক্তা অবাবা থঙ-হুনা হোৎনবা কেপ্তবা আশা চাউবা কাঙবুতনা মতেং পাংগনবা, মবুক-চেল শেংবা মরূপ-মপাং কংতি। অসিগুম্বা মীওইশিংনা কৈদৌম্বুংদসু মশাগী ফিভম যত্রগা মীঙোম্বা মরাল পীদে মরাইবক ফত্তে হায়দুন মরাইবক্তা খুৎতুম্না শুবা তৌদে, খুৎশু-খুৎলাইদা শাউবা তৌদে।

ঐখোয়গী লৈবাকী মী অয়াম্বনা থবক্তি নীংথিনা শুদ্রগা য়ায়া হুং-ঙাইন লৈবা পাম্মি। ঐখোয় অয়াম্বগী পুকচেল লেপ্তে, থোনা লৈতে। ঐখোয় অয়াম্বনা ইশানা হোৎনবা হৈতে মীনা তৌবিয়গদা হয়াওজে।

মরুম অহুনা ঐথোয় অয়াম্বগী পুন্সিদা হুঙাই-খাইধবগী মমি ফাওবা ভুগদে। লৈরাক অসিনা চিরম থুদিংদা শোথহুন লৈবগী মরমসু অসিনি। ঐথোয় স্নয়াম্বনা নীংশিংলুদে, পৃথিবীদা অনৌ অনৌবা অফ-অফবা থুংঙু-থুংলাই পোক্‌-চৈ শাগৎলক্লিবসি ফত্তবা থুংঙু-থুংলাইগী মতেংননি। তশেংনমক থুংঙু থুংলাই ফত্তব', ফিভম ফত্তবা অসিমু ঐথোয়গী আশীবাদ অমনি। মরমদি মতুঙ' ঐথোয়গী রাথল লৌশিং শীজিন্নব চেনগৎ-হন্নি। মতুগী মইহৈনা মতম থুদিংদা অমহুং ফিভম থুদিংদা ঐথোয়বু চম্নবা ভৌইনদে।

মীওইব থুদিংমক্না কাউরোইদবদি প ক্লিং ত্রিংন্না কোৎনয়বদ ভন্নোই-দবা করিমতা লৈতে। পাঙদবশিংগী মফমদশনি ওইথোক্তবা হায়বা রাফম অসি লৈরিব। মরমদি মশাগী পাঙজদুবা নত্রগা মরাল অদো থুংঙু-থুংলাই নত্রগা অতোপ্পদা তাইনুগে শল্লিবা থম্মোয় অহুদি পিকপ্রবা থম্মোয়নি। অসিগুম্বা থম্মোই চেল্লিবা মশক অহুদি মীকিথনি। করি-গুম্বা থবক অমবু হেক উবদা মথোয় অসিনা কিতুন হৌহুনা চেল্লি।

## চৎনিক্কী পুন্সিদা বিজ্ঞান

### ( *Science in everyday life* )

তাইবংমীনা চাওথংত্রিঙৈ মতমদা মহাকী অরাং অপা থোইনা লৈরমদে। অহুনা তাইবংপান অসিদা হিংহুনা লৈননবগীদমক চঙদব থাত্রবা পোৎশক থম্না অহু নত্রনা অহুদগী হেন্না ফংননবগী রাথল মীওইবদা লৈরমদে। চান-থক্কব' অমদি লোংজু-হুংশাদগী মশাবু কন্ননবা পোৎশক

থব্না অহ্ ফংলগা মহাক্না পেক্লম্মী। তৌইগুবসুং লৌশিং অহুম তাম্লক-পগা লোয়ননবা মহাক্কী অৱাং-অপাম্ব হেন্নংপা হৌরকই। মসিদগী মহৌশাবু থ়্ত্‌ম চন্নবা, মহৌশাগী পান্নবু মশাগী কাম্বদা শীজিন্নবা তাইবংমীনা পাম্বৈ কয়া পুথোক্লবা হোৎনরকই। অসুম তৌহনা হোৎনরকপা অসিদগীনি বিজ্ঞানগী থোঙথাং হৌরক্লিবা। থোঙচৎ অসিগী ৈরকফমদি লৈ, অহ্নবু পোলোইফমদি লৈত্রি। মীওইবা জাতিনা মালেম লৈমায়থক্কী মুংগ্রবা ফাওবা বিজ্ঞানগী থোঙচৎ অসি চৎথিগনি। হৌজিক্কী মতম অসিদা পঞ্চভূত প়্মনক বিজ্ঞানগী থ়্ত্‌ম চনখ্রে। ঈশিং-নুংশিৎতি কুইরে মীওইবনা থ়্ত্‌ম চনখিবা। হৌজিক্লা চৎথবি গ্রহ অমদগী গ্রহ অমদা পাইবগী যুগ, স্পুৎনিক যুগ।

ঐথোযনা ঙসিগী মীওইবগী সমাজবু য়াম্না চাওথৎলবনি হায়না চায়-রিবসি বিজ্ঞানগা মীওইবগা মরী অসুম অসুম লেনজিন্নরকপদগীনি। হৌজিক ঐথোয়গী পুস্তিগী থৌদোক থুদিংমক্তা— চুপ্পা-চাবদা, চৎপা শুবদা, মহৈ-মশিং তম্বদ, হয়াও-কুইম্বদা, কে-মৌবদা বিজ্ঞানগী মতেং য়াওদবা য়াওত্রে। তশেংনমক বিজ্ঞানগী মতেং নত্রবদি ঐথোয়গী পুস্তি অসি হৌজিক চৎতবগুম তৌরে, থোঙচৎ লেপকদবোই নীংলে। চুম্মি হৌজিক ফাওবদি বিজ্ঞানগী থুদোল অয়াবগী মহৈ মরাইবক ফবা অমনীতনা চারি—লাইরবা কাঙবুগী মরাইমক্তা থোইনা থুংত্রি। অহুম্নদি ওইরগা বিজ্ঞানগী থাংলক্লিবা থোঙথাং মথাং অসিদা মতম থরগী মচুংদা মীওইবা থুদিংমক্তা বিজ্ঞানগী মহৈ চাব ফংলকনি হায়বদা চিংনমিংঙাই লৈত্রে।

বিজ্ঞানগী মতেংনা মীওইবনা চাথোক হেন্নংহনবতা নত্তনা মথল মথলগী চান-থক্লবা পুথোরক্লে; মতুং নত্তনা চিঙ্গাক্কী মতৌক মগুণস্ব লৈনহনা পুথোকপা ঙম্মে। মীওইবনা হৌজিক থঙবা ঙম্মে অথোংবা চিঙ্গাক অমসুং অতেকপা চিঙ্গাক্কী মচুংদা করি থেন্নবা লৈবগে হায়বদো।

বিজ্ঞানা নৈনহুনা মীওইবদা উৎলে, করম্বা চিঙ্গাক্তা করম্বা ভিটামিন লৈবা, কেলোরি কয়ানা লৈবা অসিনচিংবা। মীওইবনা হৌজিক থওনে, য়াম্না চাবক্তনা কায়কয়ে হায়বা, চাং য়ামত্রবস্থ ঐখোয়গী হকচাংদা চংঙশিন্না চিঙ্গাকী মথল মরাম অহুগী শরুক খুদিংমক মতৌক চানা ফংলবদি হকচাং অহুম ফগনি। খুদম ওইনা হায়রবদা হৌখিবা লাঙ্গাওদা ইংল্যাণ্ডদা চিঙ্গাকী চাং য়াৎলে থলবদগী রেসন তৌতুনা অচা-অথক য়েন্নি। চিঙ্গাকী চাং অদো য়াৎলবস্থ ইংল্যাণ্ডদা মতম অহুদা মীয়ামগী হকচাং শোকথবগী মহৎতা অহোইনহুম ফগৎখি। মহুগী মরমদি মতম অহুগী চিঙ্গাকী লোই-শংবা কেলোরি য়াম্না চেনবা চিঙ্গাক অহুতদি মতৌক চানা য়েন্নবা তৌখি। অসুম তৌতুনা ফংলকপা জ্ঞান অসিনা ঐখোয়দা তাকপদি, তুংদা হৌরক্লিবা মীওইশিংস্থ মথা ফগৎহনবা তাম্নবদি শেন ইচং-চংদনা হক-চাংদা য়াম্না কায়বা অহুঙবা চিঙ্গাক্তা পীজফম থোকই। অসিগুম অসিনা তাকপদি, বিজ্ঞানা মীওইবগী চিঙ্গাকী মরমদা হায়ঙমদনা মগাল পীবিরি।

মথংদা ঐখোয়গী ফিজেৎ-চাকচাগী মরমদা অমুক য়েংলসি। হৌজিকী বিজ্ঞানা মীওইবদা তাকপীরি, অশাবা লৈবাক্তদি ফী অপাবা শেৎপনা হকচাংগী ফুংঙাইবতা নত্তনা হকচাংদস্থ শোক্তে। করিনা হকচাংনা নুংশা মগালদগী লৌগদবা য়াম্না লৈরি, অহুনা হকচাংদা ফুংশা য়্যৈহনগদবনি। মরম অসিগীদমক্তনি অশাবা লমদা ভপ-নম্না চিম্না তুবা কিয়োলনচিংবা শাজিন্নব ফক্তে হায়না হায়নরিবনি। বিজ্ঞানা হৌজিক অনৌ-অনৌবা মওংগী ফি-য়োলস্থ পুথোরক্লে— নাইলোন, ডেকরোন, টেরেলিন বিজ্ঞানগী অঙকপা থুদোলনি।

তুবা-হিপ্নদস্থ বিজ্ঞানা ঐখোয়দা পাউতাক পীবিরি- পিক্লিবা অঙাং অমনা নোংমদা অহল অমগী দরকার ওইবা মতম অহুদগী হেন্না তুবা দর-কারনি। অসিগুবা পাউ অসি বিজ্ঞানা ঐখোয়দা পীবনি।

লৈখক্তা অমত্তুং ঈশিংনতা নত্তনা হৌজিক্কী মীওইশিংনা নোংথক্ত, অমত্তুং লৈমুংমক্তা মফম অমদগী মফম অমদা চৎখোক-চৎশিন তৌবা ঙম্মে অমত্তুং হায়রদগী হেন্না যাঙনা চৎপা ঙম্মে। লৈখক্তা অমত্তুং লৈমুংমক্তা হরা-গাড়ী, রেলগাড়ী, ট্রাম, ঈশিংদা জাহাজ, নোংথক্তা এরোপ্লেন অমত্তুং গ্রহ অমদগী অমদা কোইচৎ চৎননবা রোকেট, বিজ্ঞানা নত্তনা কনানা পুথোরক-পগে ? চাউর-চাউরবা চীংজাউ কয়া হোগায়দুনা লম্বী কয়া শেম্লিব, লৈমুংদা সুরুং শেমদুনা রেলগাড়ী চেল্লিবা, অনৌ অনৌবা শহর কয়া শেম্লিবা— মসি পুম্নমক বিজ্ঞানগী জয়যাত্রানি।

বিজ্ঞানা মীওইবগী থবক থনা শূবদা অবাবগী ময়েং তাথরক্লে- মতম থরক্তংগী মতুংদা থবক য়াম্না ওমক্লে, অদুনা তেনথ্রবা পুন্সি অসিদা থবক য়াম্না শূবগী মতম ফংহল্লে। কোল-কারখানাদা শীজিন্নরিবা ইলেকট্রিক, ইঞ্জিন, ওফিসদা শীজিন্নরিবা টাইপ রাইটর, কম্পিউটিং মেচিন, ইলেক-ট্রিক-ফেন মখাম অসিনা ইরা-থাদনা মতম থজিক্তগী মতুংদা থবক য়াম্না শূবা ঙম্মে।

রেডিও, টেলিভিসন, টেলিপ্রিন্টর, টেলিগ্রাফ, টেলিফোনা থায়নগী পাক চাউথ্রবা মালেম অসি পিকশিনহনখ্রে। শায়ফমদা চংত্রবসু রেডিও, টেলিভিসনগী মতেংনা শায়-খোংনবা হরাও-কুমৈগী হরাওবদো ফংবা ঙম্মে। টেলিফোনগী মতেংগী থাস্লব লমদমদা লৈপ্রবা মরুপ-মপাংগা বারৌ শান্নবা য়াবে।

হৌজিক্কী লাইনা-লাইয়েংবগী জগৎতসু বিজ্ঞানা অনৌবা যুগ অমা পুরক্লে। মাইক্রোস্কোপ, এক্সরে, রেডিয়ম, আলট্রা-ভাইয়োলেট- রেনচিংবগী মতেংনা ডাক্তরশিংনা য়াম্না লায়না অমত্তুং হান্নদগী হেনবা চুম্না লাইনা-লাইশক থঙবা ঙম্মে, অমত্তুং মহাগী মতুং ইননা য়াম্না লায়বা হিদাক থাদুনা লাইয়েংবা ঙম্মে। হিদাক-লাংথকসু অঙক-অঙকপা পুথোরক্লে। হৌজিক্কী

লাইরেং বিজ্ঞাননা পেনিসিলিন, ষ্ট্রেপটোমাইসিটিননা চিংবা অঙকপা হিদাক পুথোকতুনস্থ লেপ্পা তৌরি, মীওইবগী থম্মোয় ফাওবা শাহুনা নত্রগা অতোপ্পা জীব অমদগী লোথোক্তুনা শিন্দোকলি। কলেয়া, লাই-থোকপনা চিংবা লাইনাদি হৌজিক কিননিংঙাই ওইরকত্রে।

জ্ঞান শন্দোকপদস্থ বিজ্ঞাননা হায়ঙমদনা মতেং পীবিরি। রেডিও, টেলিভিসননা চিংবগী মতেংনা মীয়াম্না য়ুমদা ফম্না কম্না চাউর-চাউরবা মহাপুরুষশিংগী পাউতাক তাবা ফংলি। লিংঙরাফোনগী মতেংনা মীয়োল ভস্বদা খুদোং চাবা পীরি। সিনেমাগী মতেংনা মীয়াম্না জ্ঞান অমসুং হরাওবা ফংলি। অতৈমক হায়ত্রবস্থ লাইরিক নম্নবা প্রেস অসি নৈরমত্রবদি হৌজিকী সভ্যতা অসি থল্লবদা অমম্বনি।

বিজ্ঞাননা পুথোরকপা এয়ার-কণ্ডিসনারগী মতেংনা মীওইবনা ইমুংগী অয়িং-অশা লেপহনবা ঙম্লি, ইলেকট্রিক নত্রগা গ্যাসকী মতেংনা চাক-শাংনং থোংবা য়াহন্দুনা মৈথুগী লাক্লবদগী মুপী অঙাংশিং নাম্ফোকপা ঙম্রে, য়াম্না লায়না চাক ঈশিং থোংবা-থাকপা ঙম্রে।

বিজ্ঞানগী মতেংনা নৈবাক অমগী থঙদতুনা লৈরবা লন-থুম কম্না পুথোরক্লনা নৈবাক অদুগী অমসুং পৃথিবীগী মুঙাই-য়াইফবা পুরক্লি। তুরেল ঈচেলদগী ইলেকট্রিক-শক্তি লৌতুনা মীওইবগী কয়া কায়হল্লি। অকে-অমোগী পোৎ-চৈগী মশীংস্থ বিজ্ঞাননা নোংম-নোংমগী হেন্সংহল্লক্লি। থাইনরৈঙদা কনানা থঙলঘগে সোয়োক-পাক্তা চৎনবদা শীজিন্নবা কোল থাউ ( Coaltar , অসিদগী মথল-মথাগী অকে অমোগী পোৎ-চৈ শাবা য়াগনি হায়বা, মথল-মথাগী হিদাক-লাংথক শেবা য়াগনি হায়বা ? কনা কনাগুম্বনা হৌজিকী সভ্যতা অসিবু কোলাসকী সভ্যতা ( Coaltar Civilization ) হায়নৱিবসি মমাঙৈদা কনাগুম্বনা মঙদা ফাওবা মঙলমগত্রা ?

তশেংনমক বিজ্ঞাননা মীওইবগী পুন্সিদা পুরক্লিবা মাওঙ অদি অঙকপনি। ঐখোয়গী ওন্নিগী পুন্সি-মচেন অদি ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা লেনবা পুন্সি-মচেন অহুপা ওহোল্লা শাথনা থেম্মে। বিজ্ঞাননা পুন্সিগী খোঙথাং মাওহল্লে; পুন্সিগী মরাক মমুং শন্দোকহল্লে, পুন্সিগী মাঙোক মাম-হল্লে, পুন্সিদা পোথাবগী মতমম্ভু শাংহল্লে। মীওইবদা বিজ্ঞাননা পীরিবা হুন্ডাই-মাইকবগী পোৎচংশিং অদি ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা মঙদা ফাওবা মঙখিদ্রবা ঙাক্তনি।

## শান্ন-থোৎনবা

## ( Games and Sports )

তাইবংমীন মতম পুন্নমক্তা থবক শুহনতা লৈবা ঙমদে। মতম থম্ন লেপ্তনা থবক শুম্নবাদ হকচাং বাহুনা পথম্নকই, পুক্কিংম্ন চোকথম্নকই। অহুনা থবক শুবদা বাম্নবা পুক্কিং হকচাংনা পোথ্যানিংই। তৌইগুমম্নং ভুমিম্না লৈহুনা পোথাবনদি পেনদে। অফা-অপুন লৈবা থবক অদে থাদোক্তুনা অতোপ্পা মওংদা লেঙ্কিংই। মতুদা মহাক্না হুন্ডাইজে, পৈক্নে হম্নাওবাপীবা ঙম্বা অসিগুম্বা পাম্বে নত্রগা মতম লেনবগী মওং অসি অহনম্ন অঙাংম্নপামই। অসিগুম্বা পাম্বে নত্রগা মতম লেনবগী মওং অসিগী মমুংদ শান্ন-থোৎনবা অসি অমনি।

থায়নগী হম্নব-হম্নবী পান-থাবা যুগতগী হৌরহুনা ঙসিগী স্পুটনিক-যুগ অসি ফাওবা অসিদা তাইবংমীনা শান্ন-থোৎনবা পাম্নসি হম্নদ্রি, হম্নবগী মহৎতা থোইনহুম হেক্সংলক্নি। শান্ন-থোৎনবগী মমুংদা মুগ যুগকী মাওঙ ওনবগুম শান্ন-থোৎনবগী শকওলম্ন লৈবাক লৈবাক্তা উবা ফংই।

থামনগী গ্রীকশিংগী ইতিহাসতা মমাম পুম্না শান্নবগী খুদম অসি ময়েক লানা উবা ফংই। গ্রীকশিংন শান্নবা 'ওলিম্পিক অহুগী মতৌ তমহন্না হৌজিক পৃথিবীগী লৈবাক ময়াম্না পুম্না চহী মরি খুদিংগী ওলিম্পিক শান্নরি।

অশেংনমক, তাইবং পুন্সি অসি মহাও চপ চানা থওবা তাররদি, পুন্সি অসি মপুং ফাহনবা তাররদি, শান্ন-থোংনবদা যাওদবা যাদে। শান্ন-থোংনবদগী লাপথোক্লা লৈবা অঙাং অহূ চিরিয়াঙংবা ওইবা হায়বসি মশানা তাবনি নত্রগা মাঙোন্দা অশোয়বা অমা যাওরবনি। অসিগুম্বা অঙাংনা চাউরক্লগা পাঙদব মী অমা ওইবা হায়বসি মগোশানি। অসিগুম্বা অঙাংদি পোকচমনগী করিমতা কান্নরবনি।

শান্ন-থোংনবনা হকচাং কান্নাং শেমগৎপতা নত্তনা মী অমা ওইবগী লমচৎ-শাজৎ শেমগৎপদস্থ অচৌবা থোদাং অমা পুই। ময়াম পুম্না লৈমিন্নবা পাম্বা মীওইবনি। Man is a social animal— হায়না মতম কুইনগী মমাংদা এরিষ্টোটল্না হায়রম্মী। ময়াম পুম্না লৈমে হায়রগা মহুদা মশাবু উংথোকচবা পাম্বা মীওইবনি। অঙাংনা য়ুমগী মপানদা থোক্লে হায়রগা মশাবু ফোংদোকচবগী থাইদগী খুদোংচাবা মফমদি শান্নবুংনি। শান্নবুংদা মরূপ-মপাং ময়ামগা শান্নবদা মহাক্লা মীঙোন্দা পীবস্থ ওমই, মীঙোন্দগী লৌশিনবস্থ ওমই। কাঙলোন চুম্না শান্নবা মতমদা অঙাংনা থকশি-খাশি ন'ইবা অমদি মপুকচেল ফাবা ওমবা তমই। শান্নবা ওববুদি ফজনা শান্নবদা মমল হেন্না পীনবা মতমদা, শান্নবা থোইত্রবস্থ পুক্লিংদা করিমতা থুংঙাইতবা ফাওদে। অসিগুম্বা বাথল অসি হেক চেল্লকপা মতমদা অঙাং অহূ মায়পাকপা অমস্থং মায়থীবা অনিমকপু অক্মা ওইনা থন্দোকপা ওম্নগদবনি। অসিগুম্বা বাথল অসি চেলহনবা তাররদি মতম অমহুং ভৎতনা হোৎনবা চঙই। মীয়ামবু লূচিংবা ওম্নবগী লমচৎ শাজৎ শেম-গৎপস্থ শান্ন-থোংনবনা ওমই।

শান্ন-খোংনবদা খোইবগী হরাওবা অসিগীসু অর্থ যায়া নৈ। খোইবদা হরাওবা নত্রগা পেনবা অমা নৈত্রবদি কনাসু খোইগে হায়দুনা থরায় যাওবা শায়রোই। মীওইবগী পুন্সি অসি লাম্লেং অমনি। পুন্সি অসিদা মীওইবনা খোঙথাং খুদিংগী অপন-অথিং কয়াগা লাম্লেংনদুনা চৎলি-বনি। শান্ন-খোংনবদা খোইবা ঙম্বগী ৱাখল অদুনা পুন্সি লানফমদসু লান্ঙম্বগী ঊইন কনবা অমা পোকহল্লি। অদুগা করিগুম্বা মতমদা মায়থীবা ফংলবসু মহুবু নোক্না নোক্না লৌশিনবা ঙম্বগী পুকচেল্সু চেলহল্লি।

থম্মোয় শোনবা মীনা করিগুম্বা অমা মশাগী মপুক্লেংনা ভোবা ঙমদে। অসিগুম্বা মীনা মরাইবকপু যাম্না থাজদুনা ফমহুনা লৈখোকই। অসিগুম্বা মীনা করিগুম্বা থবক অমা ভোবদা যাম্না কিগনি অমসুং মপুক্লিংদা চিংনগনি।

পিশক পিক্লিডৈদগী শান্ন-খোংনবদা যাওদুনা লাক্লবা মীওইদি কৈদৌঙৈসু অকিবা থঙদে; অসিগুম্বা মীওইদি ইচং-খোনাগা লোয়নন থবক খুদিংদা হোৎচিল্লি। অদুত্তসু নত্তনা অসিগুম্বা মীওইদি অচোবা থবক্তা ময়াম পুম্না হোৎনমিন্নবগী পুকচেলসু চেল্লি, হোৎনমিন্নবসু ঙমই। মখোয়গী থবক খুদিংমক্তা মরম চুম্বা অমদি ফজনা লোইশিনবা হায়বসি ঊবা ফংই। অদুগীসু মথক্তা শান্ন-খোংনবনা মীওইবদা নোংকপা অমদি চম্না নৈনবগী লমচৎসু তম্বি।

শান্ন-খোংনবনা পুন্সিগী ঈচেল অসি কনথৎহনবত্তা নত্তনা, জাতিগী সম্মান, অমত্তা ওইবগী পুকচেল অমদি জাতি অমগা জাতি অমগা পুন্না নৈনমিন্নবগী অথীসু লেমগৎলক্কই। চকচাং যগৎপগা লোয়ননা পুক্লিং-থাখৎসু মকায়াম্না শাংকাইবগী খুদোংচাবা পীদুনা শান্ন-খোংনবনা মীওইববু পুকচেল তিংবা অমসুং পুকচেল চাউবা তম্বি। পৃথিবী কোয়না শাম্নবা মতমদ

জাতি অমগা জাতি অমগা শকথঙ মায়থঙনবগী অমদি নকশিন্নবগী খুদোংচাবদো ফংই।

হৌজিক্কী মতমদা শান্ন-থোংনবদা য়াম্না হৈবা মী অতুদি মিংচৎ অমম্তুং ইন্দং ফংই। শান্নবদা মন্নিং চংনবশিংবু ফম অচৌবস্তু পী। অসিগুম্ব মীওইবু জাতি-ধর্ম্ম খায়দনা মী পুন্নমক্তা ম্নুংশি অমম্তুং সম্মান তৌই।

মিংয়েংদা মঙাঙ্গ য়াওদ্রবা, হকচাং পেং পেং লাউরব, চাবদা তুমদ্রবা অমম্তুং শিক্লুম নাক্লুম লৈহনা বিশ্ববিদ্যালয়গী খ্বাইদগী অফবা ছাত্র অমা ওইহনা থোরক্লগা পুন্সিগী মহৈ চারমদনা মনুং মতম চাদনা শিখিংদগী শক্লকপুদি হকচাং অমম্তুং লৌশিংগী পাঙ্গল চাং নাইনা থমহনা পুন্সি তোলোইনা পানবনা হেন্না ফঙনিংঙাই লৈতে। মসি থন্নহনা হৌজিক্কী মতমদা স্কুল-কালেজ খুদিংদা ছাত্র-ছাত্রীশিংগী শান্ন-থোংননবা থৌরাং লৈরিবসিনি। হকচাংনা ফত্রবা, হন্নাওবা থঙদ্রবা মী অতুগী পুন্সিদি অরেম্বনি। হকচাং ফননবগীদমক্তি মপান থোক্তুনা শান্নগদবনি। মপান থোক্তনা ইমুংদা ফমহনা শান্নবদি হকচাংগীদমক্তা থোইনা কান্নদে।

তৌইগুম্বম্তুং শান্ন-থোংনবতনা পুন্সিগী লাইনীং ওইবদি চুমদে—সংসার অসিদা মীওই-পুন্সিগী তৌগদবা থৌদাং কয়া লৈরি। শান্নথোংনবগী চাংনা হেক্লিল্হনখ্রবদি পুন্সিগী মরু ওইবা থৌদাং কয়া পাঙথোকপা ঙমদবা য়াই। অঙাংশিংনা শান্ন-থোংনবদা মপুক্লিং হেন্না চঙশিনখ্রবদি মখোয়গী লাইরিক লাইগু তম্বদা অকায়বা থোকপা য়াই। অতুমা চাং অমগী মনুংদা শান্ন-থোংনবা অসিবু থম্নগদবনি।

# লমকোয়বা

## ( Travelling )

খঙত্রিবা, উত্রিবা অমদি অঙকপা ঙাক্লুনা থনহনা লৈথ্রবা পাক-চাউথ্রবা মালেমনি। অসিগুম্বা মালেম অসিদা তাইবংমীনা লেপ্লিবা পুন্সি অসি খঙদবগী নীংবা থুংদবা পুন্সিনি। অহুনা অয়াপ্পদা লৈপ্লিবা খঙত্রিবা উত্রিবা লমদমনা মহাকপু মতম চুপ্পদা খুৎলাম তোয়না কোই। খঙদববু খঙনীংবগী রাথল অসি মৈহৌরোনদগী হৌহনা মীওইবদা য়াওরক্লবনি। খঙনীংবগী খোয়াংবা অমা মীওইবদা পোক্লিবসি খঙদবা অহুগীদমক্তনি। চেক্লানা শংবানবা অতিয়াদা মনীং তম্না পাইবা উরগা, তুরেললা খেক্লা খোয়না উত্রিবা লমদম অমা তম্না চেহথিবা উরগা মীওইবগী থম্মোয়না মহাক্কী হুংঙাইরবা য়ুমগী কাঠিন অহুবু কৈক্তুমশং ওইনা থল্লকই, খাঙবা ঙমশিল্লক্তে। অহুনা মীওইবনা য়ুম-মকৈ শাগংলি, অমকন্থ য়ুম-মকৈ অদো খাদোক্তুনা কোয়চৎ চৎলি।

মালেম শপ্না অসিগা মীওইবগা কদায়দনো লৌচিং অমনা পুন্দুনা লৈরি। অহুনা মীওইবনা অনকপা অমদি অয়াপ্পগী জীব নত্রগা পোৎ-শক থুদিংমক্তা মহাক্তা মরী শূৈন্ন লৈনদে হায়না থনবা ঙমদে। পোৎ-শক থুদিংমক্তা হেন্না মরী নকশিন্নবা রাথল অমা মহাক্কী লৈ। য়ুগ-য়ুগান্তরদগী চেহরক্লিবা মীওইবগী সভ্যতাগা লোয়নদা চেহৃথি মহাক্কী খঙদববু খঙনীংবগী রাথল অসিস্থ। সভ্যতাগী ঈচেলনা থম্বা নাইদবগুম মহাক্কী রাথল অসিস্থ থম্বা নাইদে। মীওইবগী চোকথবা লৈত্রবা রাথল অসিগী মহৈনা পাক-চাওরবা পৃথিবী অসি ফনা য়ায়দি পিকশিলহল্লক্লে। পোকপদগী য়াওরক্লবা শোল্লবা খোঙ অনি অসিগী মতেংতনা ওইরবস্থ

মীওইবনা ঙসি থাগু-থাগ্লবা লমদম কয়াদা য়োথরে। ঙমথৈ লৈত্রবা অভিয়াদা, মপান নাইত্রবা সমুদ্র ঈপাক্তা, কাওমত্রবা বাংলবা চীংদোবদা, টমগী মপৈদা ময়োম ময়োম লৈথ্রবা য়েক্কী লমদমদা য়োথরে ঙসি মীওই-বনা, অয়াপ্লবু নকশিনহনখে, অতোপ্লবু মচিন-মনাও ওইহন কোনশিনখে। অতুবু মালেমপুম্বু মশাগী ওইনীংবগী থৌয়াংবা অসিদি মীওইবগী কোকপা লৈত্রি।

অতুনা লমকোয়বা হায়বসি মী অমগী তৌত্রবা থাত্রবা মথৌ অমনি পায়না খগ্লবা মতম অমা ভারত অসিদা মমাংদৈঙদা লৈরম্মী। থায়নগী লায়ঙনা থঙলম্মী, যুমগী কক্লাং মখিনা থাজিনবা কা মচুংদা লৈরগ পুন্সিগী মহাও পঙব যাব হৌনদে, যুমগী মপানদ থোক্লবতদা পুন্সিগী মক্ক থঙগদবনি। অতুমা সমাজগী চৎনবী মতুং ইন্না লমচৎ-শাজৎ অমদি মৈত তম্বগা লোয়নমা তীর্থ চৎপা অসিহ্ন ভারতমচা খুদিংমকী মথৌ ওইরম্মী। তীর্থ চৎপা মীশিংনা মতম অতুদা হিমালয়গী গোমুখীদা থবক্লিবা লাইজ-ঈচেল অদো লোক্লগা মতু পুতুনা সেতুবন্ধদা রামেশ্বরগী কংকখক্তা হৈথরগা তীর্থ কোয়বা মপুং ফানা লোইশিনরম্মী। অতুম তাবসিদা তীর্থ চৎপা খুদিংমক্তা ভারতকী অরাং থংবা ফীবানদগীনা থা-থংবা ফীবান ফাওবা কোয়বগী খুদোং চাবা ফংলম্মী।

তশেংনমক লমকোয়বা হায়বসি পুন্সিগী মশকনি। উপনিষদতা হায়রি— যুমগী কাচিনদা তুমিন্না ফমতুনা লৈরিবা মী অতুদি পুন্সিগী মহাও থংবা ঙমত্রবনি। মহাক অদো হিংলবস্থ তুমতুনা লৈবগা অঙ্কানি। লম-কোয়বা মী অতুগী পুন্সিদি সত্য যুগতা লৈবযুক হুংঙাইবা পুন্সিনি। ভারতকী ঋষিশিংনা অসিমগা হায়রম্মী— লম কোয়তুনা বারবা মী অতুদি মপান নাইত্রবা লমগী মপু ওইরবনি।

লমকোয়বনা মীওইবগী রাথলদা ধর্ম্ম চেনহল্লি। লৈবাক লৈবাক্তা

খোদোক কয়া, লমচৎ-শাজৎ কয়া উরগা অমদি মালেম লৈমগী অঙকপা শক্তম কয়া উরগা লমকোয়বা মীন মহাক মশাগী মপাঙ্গল মরোশিং খঙজবা ঙমই। মশাগী পিক্রবা ময়ুম অহূদগী মপানদা খোক্লকপদা পূক-চেল পিক্লম অহূ চাউখোরকই, লোয়ননা অতোপ্পা মীবু খাজদবা অতোপ্পা মীবু উখিত্তবা পূক্লমকম্ মাঙখি।

লাইরিক্তগী ফংবা মহৈনা লৌশিংদা চঙলবসু খম্মোয়দা য়োবদি ঙমদে। লাইরিকী মহৈনা লৌশিং চাওখৎপবুদি য়াই, অহূবু খম্মোয় চাওখৎহনবদি ঙমদে। পাক্লবা পৃথিবী অসিগী তম্পাক্তা কোযচৎ-চৎলকপা মতমদা খঙদবা অঙকপা কয়াগী জ্ঞান হকখেৎননা ক'বদা খম্মোয় অসিমু খঙহৌদনা চাওখৎলকই। ফংলিবা জ্ঞান অসি য়াথলদতা তাউহূন লৈতে, ঐখোয়গী লমচৎ-শাজৎতা মমি ফজনা ফাওরকই। ইতিহাস অমমু ভূগোলগী জ্ঞানবু মপূং ফানা মরেক শেংহনবা তারবদি লমকোয়দব য়াদবনি। ইতিহাস যাওরিবা লমদমশিং অদো ইমিৎনা হেক উবদ হৌথ্রবা মতম অহূ ইমা'দা শংশং হেক য়োয়কপগুম তৌই।

থাইনা মমাংতৈদা ঐখোয়গী লৈবাক্তা চীন, পারস্য, আফ্রিক ইটালী, রাশিয়ালচিংবা লৈবাক্তগী লাক্লমা লম কোয়বশিংনা ইয়বা বার্ দগী লৈবাক অসিগী ইতিহাস ইবদা মমল নাইদবা মচাক কয়া ফংলি মখোয়না লৈবাক অসিদা কোয়বা লাক্লমক্রবদি মমল নাইক্রবা ইতিহাসৎ মচাকশিং অসি ফংলমলোইদবনি।

লম কোয়বা মতমদা 'লবাক লৈবাক্তী চৎলবী, লমচৎ-শাজৎ অম মীওই কয়াগা উনবগা অমসুং তিময়গা অমগা অমগা য়াথল লৌখোব লৌশিন তৌহূনা মুংশিনবা হেঙ্গৎহল্লি। পৃথিবীদা শান্তি পুরক' লম্বীদা লমকোয়বনা মতাং অসিদনি মতেং অচৌবা অমা ওইরিব ভতিতমু নত্তনা অতোপ্পা জাতি অমগী সমাজদা লৈরিবা মজবা চৎ

অমদি মগুণ অদো ঐথোয়না ঐথোয়গী সমাজগী চৎনবীদস্থ পুশিন্নকপা ওমই। অতুনদি নোংচুপলোমগী লৈবাকশিংদা অঙাংশিংনা লাইরিক তম্বা লোইরগা নত্রগা তম্লিবৈঙদা মতম থরদি লম কোয়নব্বিবসি।

তৌইগুম্বস্থং লমকোয়বা হায়বসি তরাই-তরাইবা থবক্তি নত্তে। লম্বী-খোং থঙদবা অনৌবা লৈবাক্তা চৎপা মতমদা খুদেংথীবা কয়া থেংনদবা নত্তে। তমথীরবা শা-কৈনা থল্লবা, উনগী মপৈনা মরোল মরোল লৈরবা চীংজাও-মরুগী লমদা চৎপা মতমদা থরায় খুবাক্তা হান্নিবনি। মসিদনি লমকোয়বা মীনা অরাবা থাঙবা ওন্নক্লিবা অমস্থং ইচং-থৌনা ফরক্লিবা।

অফা-অপুন লৈত্রবা মগৌশাগী তম্পাক্তা থোরক্লবা মতমদা মীওইবগী পুক্লিংদা নীং-খা তম্বগী সুংঙাইবা অমা ফাওরকই। মতম অতুদা তাইবং-মালং অসি মহাক্তী ওইরবোই থল্লকই। ইমুং-মস্থংগী পিকথ্রবা ওইজবদো কাউথোক্তুনা মপানগী পাক-চাউরবা কয়াগা মরী শেমগৎলকই। পৃথিবীদা লৈরিবা মী পুম্নমকসি মহাক্তী মরী ওইনা থল্লকই, পৃথিবীগী মফম খুদিংদা মহাক্তী মযুম লৈবোই থল্লকই। কনাবুস্থ অতোপ্পনি, অরাপ্পনি হায়না থল্লক্তে।

থায়নদি লম্বী-খোংনা খুদোং চাদবনিনা মী থরতনা জ্ঞান তান্নবগী-দমক, নত্রগা অরাপ্পা লৈবাক্তা লল্লোন ইতিক তৌনবগীদমক, নত্রগা মরৈবাক্তী সংস্কৃতি মীরৈবাক্তা শন্দোক্লবগীদমক লম কোয়রম্মী। হৌজিক্তি লম্বী-খোং ফরে, চৎথোক চৎশিনগী পাম্বৈস্থ চাওথংলে— এরোপ্লেন, জাহাজ, রেলগাড়ী, বস কয়া থোরক্লে। অতুনা মী অয়াম্বনা লম কোয়বা ওয়রে, কোয়নরে। লল্লোন-ইতিক্তীদমক, মহৈ-তম্নবগীদমক, লৌশিং লৌথোক-লৌশিনগীদমক, বিজ্ঞানগী পাউজেল শন্দোক্লবগীদমক, সংস্কৃতি শন্দোক্লবগীদমক, রাজনীতিগী রা তান্নবগীদমক লৈবাক অমগা লৈবাক

অমগা তোঙ্গনা কোয়থোক-কোয়শিন তৌনদবা য়ারক্নে, হৌজিক্তি। হৌজিকী মতমদা লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা মরী লৈনদবা হুপয়ারক্নে। অদুনা কবিগুরু রবীন্দ্রনাথকী লোনদা য়ুগ অসিগী পহুংদি— "পীহু পীসি লৌহু লৌসি, তিলহনসি তিন্নসি।" পহুং অসি য়োনবা পাঙ্খৈদি লমকোয়বদি।

## লাইব্রেরিকশঙ অমসুং মসিগী কান্নবা
### ( Library and its uses )

তাইবংমীগী জ্ঞানগী ঈপোৱাংবা অসি কোক্লনবগীদমক লাইব্রেরিকশঙনা খোইদোক-হেন্দোকপা থৌদাং অমা পুরি হায়বসি ককপা য়াউরব য়াফমনি। লাইব্রেরিকশঙ হায়বসি তশেংনমক মপান নাইত্রব জ্ঞানগী পুক্কৈনি— লৈশেম্বগা লোয়ননরক্লবা অঙকপা কয়াদগী হৌহুনা তাইবং-মালেমগী হায়বম পুন্নমক্কী জ্ঞান মসিনা পীরি।

লাইব্রেরি-লাইশু তম্বা তাবরদি লাইব্রেরি য়াওদবা য়াদে। তৌইশুবসুং মী খুদিংমক্না মহাক-মহাক্না তমগদবা লাইব্রেরি পুন্নমক লোইননা লৈবা ঙমদে। অদুনা লাইরবা ছাত্র নত্রগা লাইব্রেরি লৈবা ঙমদবা মী অদুদি মীচোন্দগী বায়হুনা পাবা তাই। তৌইশুবসুং লাইব্রেরি পুন্নমক বায়বা ফংগনি হায়বগী অরেপ্পা লৈতে। মীনা লাইব্রেরি বায়বদা পীনিংদবা লাইব্রেরিকমপুনা অয়াবনি, পীরবহু লাইব্রেরি অমা-অনিদগী হেন্না পীনিংদে। অদুগী মতঙ্গা অপ্রিবা লাইব্রেরি, মমল য়াবা অমদি তাঙনা থোকপা লাইব্রেরিক্তি থিবদা হেক হেক ফংগদ্দে। অদুনা মতাং অসিদমি লাই-ব্রিকশঙগী থৌদাং লাক্লিবসি। মীচোন্দগী লাইব্রেরি বায়বা হায়বসি লুনা

থোক্লবসু স্কুল, কোলেজ নত্রগা মীয়ামগী লাইব্রেরীদগী রায়বদি থোইনা লুদে। মসিদনি লাইব্রিকশঙনা জ্ঞান শন্দোকপগী মরু ওইবা থৌদাং য়াব্রিবসি।

লাইব্রিক লাইশু তম্রিবশিংগী মফমদতা নত্তে, মীয়ামগী মফমদসু লাইব্রিকশঙনা জ্ঞান শন্দোক্লি। অতুনা মথল মথা অয়াম্বগী দরকার মতুং ইন্না লাইব্রিকশঙসু মথল মথাগী লিংথৎনরকই। কনা কনাগুম্বা মীনা মশাগী লন্নাইগী লাইব্রিকশঙ থম্বা য়াওই। অসিগুম্বা লাইব্রিকশঙগী লাইব্রিক্তি মপুগা মপু অতুগী মরূপ-মপাং থরগতনা পাবা ফংই। মী অতৈদি পাবা ফংদে। লন্নাইগী ওইবা অসিগুম্বা লাইব্রিকশঙদা মপু অতুগী দরকার ওইবা অমসুং মহারা পামজবা লাইব্রিক নত্তনা মথল অতৈগী লাইব্রিক থমগনদে। লৈবাক্কী অচৌ-অচৌবা পণ্ডিতশিংগী লাইব্রেরী উবগা মথোয়না জ্ঞান-চর্চা কয়াম নীংথিনা তৌবগে হায়বদো খঙবা ঙমই।

অনিশুবা মথলগী লাইব্রেরীনা স্কুল, কোলেজ অমসুং বিশ্ববিদ্যালয়দা লৈরিবা মথল অসিনি। অসিগুম্বা লাইব্রিকশঙদা শিক্ষা প্রতিষ্ঠান অতুগী দরকার ওইবা মওং অতু য়েংতুনা লাইব্রিক থমই। বিজ্ঞান-চর্চা তৌবা তারবাদ লেবোরেটরী য়াওদবা য়াদবগুম সাহিত্য, দর্শন, অর্থনীতিন-চিংবা নৈনবা তারবদি লাইব্রেরী য়াওদবা য়াদে। লাইব্রেরীগী মতেং লৌরবদি কয়িগুম্বা জ্ঞান অমা মপূং ফাবা অমসুং চাওথৎলকপা ঙমদে। অসিগুম্বা লাইব্রেরী অসিদা চঙতুনা ছাত্র, ওঝা অমসুং জ্ঞান-চর্চা তৌরিবা কাঙবুনা মপান নাইত্রবা কান্নবা ফংই।

মথক্তা পনখিব্রা অসি নত্তবা ময়ামগী ওইবা লাইব্রেরী মথল অমসু লৈরি। অসিগুম্বা মথল অসিসু য়ামই। কয়ি কয়িগুম্বা লাইব্রেরীদা চাং নাইনা শেনথাই নত্রগা ফীস পীরগা মেম্বর ওইহল্লি অমসুং শেন

থন্না ডেপোজিট থম্লগা য়ুমদা লাইরিক পুবা য়াই। কয়ি কয়িগুম্বদনা শেন্থাই চঙবে।

হৌজিক্তি সহর অয়াম্বদা, খুলং অয়াম্বদা অমসুং লৈকাই অয়াম্বদা লাইরিকশঙ লিংখৎনরে। তৌইগুম্বসুং অয়াম্বদি লিংখৎপগী থবা মতুংদা হেক্তা শিশি, অদুবু অনৌবা অমুক লিংখৎপসু তোক্তে। মসিনা তাক-পদি কয়িগুম্বা অমা তৌবদা ঐখোয় আস অংনবদা থবায় য়ায়া য়াওই; তৌইগুম্বসুং থবায় য়াওব ময়াও অ'স থোক্না তুং কোইদে। আলমারী থন্না লৈরম্বা লাইরিক ময়াম অদু মাঙখিদুনা আলমারীদুতা ক্রম্বং-কাংকোক শাতুনা লৈংেবসি তোয়না থোকই। মতাং অসিদা লাইব্রেরীগী থবক পুরিবা কাঙবুগী চেকশিন্দবা অমসুং খোশাদবা অসি থম্বনীংঙাইনি। অদুগীসু মথক্তা লাইরিক পাম্বা কাঙবুগী ময়ামসু য়াওরি। মখোয়না লাইব্রেরীগী লাইরিকশিং অসি মীগীনি হায়না থন্দুনা মশাগীনি হায়না খল্লবদি লাইব্রেরীগী লাইরিক মাঙনীংঙাই লৈতে।

ময়ামগী ওইবা লাইব্রেরীদা লাইরিক মথল শুনা থম্বা চুমই। হৌজিককী মতমদা মী অয়াম্বনা উপন্যাস হেন্না পানবনা লাইব্রেরী অয়াম্বদা উপন্যাসকী মশাং য়াম্না হেন্না থমই। অতৈ অতৈ সাহিত্যগী লাইরিক, জ্ঞান-বিজ্ঞান অমদি কলাগী লাইরিক য়াম্না মশাং খাংনা থমৈ। মসিগী মরমদি ল'ইব্রেরী পুরিব' কাঙবুনা অপাবশিংগী অপাম্বা অদুসু য়েংদবা য়াদবনি। মাইকৈ অসোমদা য়েংলুরবদি কলিকাতাগী "নেশনেল লাইব্রেরী" অসি কিদমনীংঙাইগী মশক্নি। মফম অসিদা মীওইবগী জ্ঞানগী মশা খুদিং শুনা নৈনব' লাইরিক থম্মি। শেন থম্না জমা তৌরগা মফম অসিদগী লাইরিক বায়দুনা য়ুমদা পাব য়'ই। ভারতকী মফম খুদিং-মক্কী মীনা খুদোং চাবা অসি লৌবা য়াই। লাইব্রেরী অসিগী লাইরিক পাফমশঙদা পাবদি শেন জমা তৌত্রবসু য়াই। লাইরিক পাফমশঙ

অচুম্ব থান্না মন্নাং কায়। "নেশনেল লাইব্রেরী" অসি কলিকাতাদা নন্তুনা ভারতকী মহৎ অতৈদম্ব লৈ।

পৃথিবীগী অকাওবা লাইব্রেরীশিংগী মমুংদা মস্কোগী 'লেনিন লাই-ব্রেরী' প্যারিসকী "বিব্লিওথেক নেশনেল", লণ্ডনগী "বৃটিশ মিউজিয়ম", রোমগী "ভ্যাটিকান লাইব্রেরী"— অসিনচিংবদি মী থুদিংমক্কা শন্নবা লাইব্রেরীনি। মস্কোগী "লেনিন লাইব্রেরী" চাউথ্রবা মহৎ অমগুবনি, মসিনা পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাউবা লাইব্রেরীনি। ইউরোপ, আমেরিকা অমসুং ভারতা হৌজিক্কি কোয়চৎ-চৎপা লাইব্রেরীসু লৈরে। মকম অমদগী মকম অমদা গাড়ীদা তোম্নুনা লাইব্রিক পুরগা মকম থুদিংমক্কী মীবু লাইব্রিক পাবগী থুদোং চাবা পীবনি মসিগী উদ্দেশ্যদি। অচৌ-অচৌবা পব্লিক লাইব্রেরী লৈব্রিবসি মহৎদা ভাক্কা ওইনা তৌই। অচুনা কোয়চৎ-চৎপা লাইব্রেরী অসি থুক্সংগী লাইব্রিক পানীংবা কাও-বুদসু লাইব্রিক পাবগী থুদোংচাবা অসি পীবি। মতাং অসিদা বরোদাগী মহারাজ গাইকোরাড়না লিংথৎপা কোয়চৎ চৎপা লাইব্রেরীগী থা শন্নবীং-ডাইনি। মাইকৈ অসোমদা ভারত্তা মসিনা ইহান হান্নি।

লাইব্রেরী থুদিংমক্কা অনৌ-অনৌবা লাইব্রিক থম্নবা তৌগদবনি। মসি নত্রবদি লাইব্রেরীগী কান্নবসু থাৎলকই। মীয়ামগী থাথজ অসি অনৌ-অনৌবা জ্ঞানগী পূকৈদা ওনশিনবা হায়বসি মহৌশানি।

লাইব্রিক সাইগুম হৈবা চাওথংপা পাম্ব মীওই থুদিংমকী মকমদদি লাইব্রেরী অসি চঙদবা যাত্রবা পোৎশক অমনি। মী থুদিংমক মহাক্কা পানীংঙিবা লাইব্রিক অদো লৈবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। অচুনা লাই-ব্রেরীগী মপান ভাংদবা যাদে। মতাং অসিদা লাইব্রেরী পান্নরিবা মী অচুগী দায়িত্ব থান্না লৈ। মহাক মশামক লাইব্রিকতা থরায় যাওবা মী ওইগদবনি। অপাবা মীশিংনা পান্নিবা হীরম অচু থওনবা হোৎনগদবনি

অমসুং মখোয়দা করম্বা লাইব্রেরি পাব্রগা হেন্না ফগদবা মতুংদা তাকদবনি। অপাবশিংগী খুদোং চাদবা থজিন্নবা উবদা মতু কোক্লবা মহাক্না লাক্ল-গদবনি। অদু ওইরবদি অপাবশিংগী মতম অরেম্বদা মাওদে, জ্ঞান তানবদগী অপনবা লৈতে।

ইউরোপ অমসুং এশিয়াগী চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা থায়নদগী হৌদুনা ময়ামগী (পব্লিক) লাইব্রেরী কয়া লৈরম্মী। ভারতবর্ষদসু অসিগুম্বা লাইব্রেরী অসি থায়না লৈরম্বা হায়বা বাক্ষম অসি লেপ্পা ওয়ত্রি। বৌদ্ধ-মঠ কয়াদা, নালন্দা অমসুং তক্ষশীলাগুম্বা বিশ্ববিদ্যালয়দা অমসুং পণ্ডিতশিংগী য়ুমদা অচৌ-অচৌবা লাইব্রেরিকশঙ লৈরম্লবসু মতু মীয়াম্না পাবা ফংবগী বাদি লৈরমদে।

লাইব্রেরী হায়বসিদি জ্ঞানগী মঙাল ফংব্রিদা মীওইবগী মৈরানি। সভ্যতা অমসুং চাওখৎপগী মসিনা অখোইবা পোৎচংনি। পৃথিবীগী অফাওবা সাহিত্যিক, দার্শনিক পণ্ডিত, রাজনৈতিক নেতা — পুম্নমক্কী তিম্নবুংনি লাইব্রেরিকশঙ হায়বসি। মফম অসিদা থঙহৌদনা মখোয়না মহাত্মা গান্ধীগী মফমদগী দীক্ষা লৌবা ওমই অনৌবা পুঞ্জিগী, করিগুম্বা মতমদা কার্ল মার্কসকী মফমদগী চম্বা ওমই পুঞ্জিগী মৈরা, করিগুম্বা মতমদনা ঐখোয়গী ইনাক্তা ফম্নে লেনিন, ষ্টালিন নত্রগা মাউ-সে-তুং।

# পাউজেল-চে

## (Newspaper)

মীওইবা হায়বসি ময়াম পুন্না লৈমিংনা পাম্বা চীবনি। অদুনা মশাগী ওইজবা ওাক্কবা মহাক্কী ইমুং মনুং শেমগৎপ। লোয়ননা অতোপ্পা ঈ-পাউসু থওনীংই, থওনীংবসিগী ওমথৈ লৈতে। চাওথৎলকপগা লোয়-ননা মহাক্কী শবক-থনা অমমুং বাথলগী পংথৈ মরৈবাক লাম্হোক্নুনা মপানগী মালেমদসু শীনথুংখি। অদুনা মরামগী ঈ-পাউ হওদবা য়ারক্তে। দরকার অসিদগীনি পাউজেল-চে থোরক্লিবনি। ছাপা শয়নবা মেশিন পুথোরকপদগী পাউজেল-চেসু মহাক্কী থোওথাং কয়া থাংবা তৌরকখি। চীন লৈবাক্কী মীনা ছাপা নয়নবা মেশিন অাস অহানবদা পুথোরকপনি। পাউজেল-চে ফোঙবসু মথোয়না ইহান-হান্না ফোঙবা হৌখি— মঙাশুবা শতাব্দীদা। ইংলেণ্ডদা পাউজেল-চে ফোঙবা হৌবনা তরাওরুকশুবা শতাব্দীদা হৌখি। 'ভারতবর্ষ'দনা তরামাপনশুবা শতাব্দীদা শ্রীরামপুরগী মিশনারীশিংনা 'সমাচার-দর্পণ' ফোঙদুনা পাউজেল-চে ফোঙবা হৌখি।

পাউজেল-চেগী মরু ওইবা মথৌদি মরৈবাক অমমুং মীরৈবাক্কী ঈ-পাউ মীয়ামগী মফমদা পীবা অসিনি। ঈ-পাউ অসি মথল-মথাগী ওইথা য়াই। নীমাজগী বা, ইমুং-মনুংগী বা, লৈবাক্কী বা, রাজনীতি, সংস্কৃতি, পোৎ-চৈগী মমল, লমোন-ইতিক, শিব-পোকপগী হিসাব, শাস্ত্র-থোৎনবা, সরকারগী হুকুম, অনৌবা আইন চৎনবা— অসিনচিংবা হীরম কয়াম্বুক্কী ঈ-পাউ পাউজেল-চেদা ফোঙই। অসিতসু নত্তনা সাহিত্য, কলা, জ্ঞান-বিজ্ঞান— অসিনচিংবা হীরমগী চেফোঙ কয়াসু পাউজেল-চেদা থোই-দোকপী অহেনবা লামায় ওইনা য়াওহনবসু মরক-মরক্তা য়াওই। ফোঙবা মতমগী থৌরবা মতুং ইন্না পাউজেল-চে অসি নুংত্তিগী, চয়োলগী, চয়োল-

মথাংগী, থাথারী চেংকোও— মহুম হাকো, ঙ্গারদোকপা যাই। অসিতা নত্তবা সাহিত্য, বিজ্ঞান —হীরমশিং অসিদা কোক্তবা চেকোও কয়াম্ব নৈ। অসিক্তবা চেকোক্তদা প্রবন্ধ, বাতীমচা, উপন্যাস, শৈরেং— অসিনচিংবা কোক্তই। অসিতম্ব নত্তনা কবিক্তবা সভা-সমিতি নত্রগা পাটি অমদ্মী মোত কোক্তবোকপগীদমক কোক্তবা পাউজেল-চেম্ব নৈবি। পাউজেল-চে শুদিংমক্তা সম্পাদকী হাযোম মাঙই।

মন্ডাং অসিদা পৃথিবীগী মমিং চৎলবা হুংতিগী কোক্তবা পাউজেল-চে খরগী মমিং পনবা য়াই। মখোয় অহুদি— রাশিয়াগী 'প্রাভ্দা' অমদি 'ইজভেস্তিয়া', আমেরিকাগী 'নিউয়োর্ক টাইমস', ইংলেণ্ডগী 'ডেইলি টেলিগ্রাফ, ভারতকী 'টাইমস ইণ্ডিয়া, অমৃতবাজার' অসিনচিংবা। মণিপুর-দদি হুংতিগী কোক্তবা পাউজেল-চেগী মমিং অসি য়ামদ্রে। অদুম্বু মখোয়শিং অহুগী মমুংদ পনব য়াবদি— প্রজাতন্ত্র, খোজাও, সীমান্ত পত্রিকা অসিনচিংবা অসিনি। হৌজিক্কালগী অচৌ-অচৌবা পাউজেল-চেশিং অসি কোক্তবা সম্পাদকশু তোঙান তোঙানবা হীরমদা মীওই কয়ামুক্তা মতেং পাংই। পাউজেল-চেদা কোক্তবা জৌ-পাউ নত্রগা খোতকী দাযিত্বদি সম্পাদকীনি। সম্পাদকনা মক্ক ওইবা খোদোক নত্রগা হীরমদা মীয়ামগী বাখল চিংশিন্নবা লাকৈ।

হৌজিক্কী মতম অসিদা মী ওইনা নৈবা ভারবদি ওহাগী হৌরই ওয়া নৈখোকপা য়াদ্রে। রাজনীতি অমসুং অর্থনীতিগী মরমদা পৃথিবীগী কদায়দ কবি খোঙ্গিবা হায়বনচিংবদা মিৎশিং-নাশিংব্রবাদি হৌজিক্কী মত অসিদা কবিক্তবা জাতি অমনা চাওখৎপা ঙমগী বা নৈতে। অদুনা মতা অসংকী মী খুদিংমক্তা শিক্কা, মনোবৈজ্ঞানিক, রাজনীতি, অর্থনীতি সমাজনীতি, লান— অসিনচিংবগী জৌ-পাউ তাগদবগী মতম পুরমক্তা য়াব খোঙাংবা নৈ। মীয়ামদা শিক্কা পীবগী রাজা লাযবা পাতেম্ব পাউজেল-চেনি

ন্নাইগ্নিক মায়া তমহৌদবা মীওই অহুম্ হুমিং খুদিংগী তংতনা পাউজেল-চে পারবদি চপ-চাবা শিক্ষা কংবা ঙমই। লাইরিক-লাইশু ইউঁক-তমহৌদবা কাঙবুম্ লাইগ্নিক হৈবা মীদগী ঐ-পাউ তাহনা মিংশিং-মাশিংবা ঐবা ওইবা যাই। অহুনা লৈবাক খুদিংমক্তা পাউজেল-চে শাথিগী মীশিং নোংম-নোংমগী হেক্লংলক্লি। পাউজেল-চেদা শৈমাজিদা করম্না কাঙলা শীবগে হায়বদো মঙিনা প্রমাণনি। মুর্খ অনিগী লাইরিক হৈবা মী খুদিংমক্তা নোংমগী পাউজেল-চে পাংহৌব্রবদি পৃথিবীগা মহাক্কা মরী তংক-শ্রবোই থনি। লাইরিক-লাইশু হৈবা মী য়ামা লৈবা লৈবাক্তা পাউজেল-চে অসি থম্ব খিং য়ামা চংলি। ভারত্তা লাইরিক লাইশু হৈবা মীশিং খোইনা য়ামদে, অতুনা পাউজেল-চে শানবম্ অতৈ চাওখৎলগা লৈবাক-শিংদগী য়ামা য়াংলি।

পাউজেল-চেনা লৈবাক অমদা অতোন শন্নোকপগী মরু ওইবা থোদাং পুই হায়বসি তশেংনা হায়মনবা থোক্তে। পৃথিবীগী অতৈ অতৈ লৈবাক্তা করম্না লৈবাক তাক্লিবা, করম্না শমার্জবু পুর্থিবা— মশাম অনিগী হৌজিক হৌজিকী পাউ ঐথোমনা পাউজেল-চেদা পারগ থওবা ঙমই অমসুং হায়রম করম্ভুক অসিদা খাখল থবা অমসুং খাগী-খাতাই শাক্ষম মরামগা লৈনবা ঙমই। পাউজেল-চেদা কৌঙবা সাহিত্য, কলা, অতোন-ইতিক— অসিনচিংবগী মরমদা ইমদো শাথগা মীয়ামগী খাখল-মিংথেল হৌরম অসোঙ্গা মপুং কায়।

পোথাবা মতমদা পাউজেল-চেদি অখোইবা মরুপনি। মথল-মথাগী অনৌ-অনৌবা থওক-থওকপা ঐ-পাউ পাউজেল-চেদা শাথগা মকক শুবগী চেকিথবদো থওহৌদনা শাওথি। অসিগী হেক্কা মরু ওইবা অমদা, পাউজেল-চেনা লৈবাকগী মীগী মীতক-চাবা শার্শিক খানা ওইদনা শৌকখনা মতেং পাংই। পাউজেল-চেনা মীয়ামগী খাখলগী মহৎশিন্দুনা থবক তৌই।

সম্প্রদায়গী অশোয় অঙাম মমাম উৎতুনা সরকারমু অচুবা লবেনদ চৎহনবগী চাউরবা ঋবিষ্ণু পাউজেল-চেগী নৈ।

"হৌজিক্কী মতমদা পাউজেল-চে অমামদি রাজনৈতিক দল অমা নত্রগা পার্টি অমগী মাইকৈদা লৈরা তাক্লবি। মসিনা করি অকায়বা লাক্লপগে হায়বদা পাউজেল চেকা অমাবা, মতমদা অচুবা পাউ পীবা ঙম্মক্তে। করিনা চে অমুক্তা কোৎলিবা রাজনৈতিক দল অমুগী মাইকৈদা লেপ্না তাবনিনা দল অমুক্তগী লোকপা পাউ কোঙবা ঙাইরক্তে, অদুনা 'অচুবা পাউ অদো ওহোক্তবা অপক্লপক ঙাওই।

হৌইত্তবদুং অচুবা পাউ কোঙবনা পাউজেল-চেগী মথৌনি। করি করিগুম্বা মতমদা কাঙলুপ অমগী ঈ শাগৎনবা পাউ কোঙদুনা কাঙলুপ অমগা কাঙলুপ অমগা হাৎনা-শুনবা ফাওবা পাউজেল-চেনা থোকহল্লি। অদুনা 'পাউজেল-চে কোঙলিবা কাঙবুনা মথৌগী মক ওইবা মথৌ—অচুবা পাউ কোঙবা— অসি হেক্ক কাউবদা মসিনা সমাজদা কররমবগী মহৎতা অমাঙবা পুরকই।

হৌইত্তবদুং হৌজিক্কী মতম অসিদা করিগুম্বা পার্টি অমগী চুংশি-মিংলেং মাঙত্রবদি চে অমত্তা হিংবা ঙমদ্রে। পার্টি মাঙত্রবা চে অদুদি মতুং মতম চাদনা চুংখি। মীয়ামগী মিং-না হিংবা হেক্কংঙকপগা লোয়-ননা রাজনৈতিক দল অমা নত্রগা অমদা থবায় মাঙরকই। গুণতন্ত্রগী নৈনবাতা করিগুম্বা পার্টি অমদা থাজবা পোক্লগদি নৈবাকী চাওথং লৌবাং লাকপা ওইথোক্তে। মসি করুপা মত্রেম্বু য়াম্লি। অদুমদি ওইরগা পার্টিমু অঙানবগীদমক অযানবা পাউ কোঙনবদি পাউজেল-চে অদো সুমাজগী থাবিক লাউরবনি। অদুগুম্বা পাউজেল-চেদি কোঙদবনা হেন্না ফে।

# সহর অমসুং খুঙ্গংগী পুন্সি

## ( Town life and Country life )

খুঙ্গং ভাক্তগী লৈবাক্তি ভারত অসি। অদুনা হায়রৈ, ভারতন্তি খুঙ্গংদা লৈ। বাকয় অসি কবিয়তা হেক্তিন্না হায়খিনবা, নত্তে। লৈবাক অসিগী অপুনবা মীশিংগী ৮০% দি খুঙ্গংদা লৈ। মসি হৌজিক্তগী বা নত্তে। খায়দগী হৌদুনা লৈরক্লবনি। ভারতকী সভ্যতাদি খুঙ্গংগী সভ্যতানি। আর্য্য সভ্যতানা মসিগী প্রমাণনি। অদুনা ভারতদি খুঙ্গংগী পুন্সি অসিগী অর্থ য়াম্না লৈ।

বাথল থনবা কনাগুম্বা কবি নত্রগা দার্শনিকনা নোংকাদোক মীয়ামগী সহর থাদোক্তুনা খুঙ্গংদা মৌক্লবা খোক্লবদি উগনি, মকম অসিদা অতৈমক লৈত্রবয়ু সুংশাসোয় পেল্লা হোনবগী মকমদি ময়াং কায়না লৈ। মীনা কক কক ইম্রবনিনা সহরদদি অহিত্ত সুংখিল মতম পুন্নমক্তা গাড়ীগী শুক্লং-গয়াং, ট্রাম, বস, রিক্সাগী কোয়লাং-লাওবা, পোৎয়োন-যশিংগী কোয়লাউ লাউবা খোজেল জাং-জাং তৌবা, হুখিং চুম্না থবক নংহৌয়য়োইদৌবা কাওবুগী কোয়চেন-চেনবা ময়াম অসিনা সুংশাসোয় ফুনশংহল্লি। অকক্লবা নিয়ম থয়গী মখাদা লেনবা পুন্সি, শেন মত্তনা ঊশিং-সুংশিং কাওবা ফংদবা— অসিনি সহরগী পুন্সি।

সহরদা কনানয় মহৌশা নাইয়েবীবু খোশাদে। মকম অসিদা পুন্নমক খুংশেম ভাক্তনি। মকম অসিগী সমাজ, চৎনবী, সভ্যতা—পুন্নমক শাশিন্নবা ভাক্তনি। ভাওবদনা অমা ভাওবা, থবদনা মতং অমদা থবা, অদুগ: তৌখোবকপা মকমদা পুনস্তোন তোঙানবা ওন্ন-কৈনবা অমা তৌবকপা অসিনি সহরদা লৈবা মীগী লিচং-শাজং। অদুনা তৌবা মকম অসিদা

কনাগুম্বা পূকচেল তিংনা লৈবা য়াদে, ঙমদে। তরাবা মহাকপু করি হায়না ঙাঙনখিগদগে, মীন কৃরি কনখিগনবে হায়বা ফিবীক-ফিরুম তৌবা বাথল অমা সহরুগী মীদা মতম পুন্দিংদা লৈ।

খুঙংদদি অসিগুম্বগী কবিগুম্বা মওং লৈতে। মখোয়গী লোইবা য়াইথ্রবা খুদোল ঊপিং তুংশিং লৈদ্রি, পেন্না লৌবা য়াগদি। ঈশংবা লৌবুক, অম্বাংবা অন্তিরা ঈমায় চোনবা পাৎ-পুখ্রি, খেঙ্গা থোয়বা চেনবা তুরেল,— মমাম অসি উরগা করবা থিংবেংবা শুম্বাংলোইদবা? মিদিরিতকা মাংবরী পাহবদা, চেক্লাগী তুংশিনবা খোজেনায়। কনাগী পূক্তিং হকচাংদা পেন্নোইদবা। তুমা-হীম্না-চাবগীদমক মঙোগী কাটানা চৈরাক তৌরগদবা লৈতে। মকম অসিদা গাডী-গরাংগী মথোয়া নাকোং পঙশিনগদবগী লৈতে। সহরদা হৈ-রা অরুং চাগে তৌবদা পৈশা নত্রবদি য়াদ্রে। খুঙংদদি পৈশাগী য়া লৈতে। চানীংবা চাও, বেবা লৈতে। অরগী মুমুম্বা অমনা চাক্লবদা কনাগুম্বা হৈকায়নদে, কনাগুম্বা হল্লোইনদে।

সহরদা লৈবা মীবা মুমগী মপানদগী খোকপা তাবদি মফি-মরোন কেনবা য়াদে,— খোঙকাপ অমত্তং থা'বদা লেন তিংবা য়াদে— অদু নত্রবদি কনাগুম্বা গাডীদা কাথংলোই। ইনক-নকপা মকমদা চৎপা তারবগী গাডী তোংবদা য়াদে— নত্রবদি মীবা উশিংখিরোই। মখোঙ তেক্লবা মী ঙাক্তদি মকমই অসিনা লৌখিবশিং অসে। খুঙংদদি পোকপদা য়াওবকপা খোঙ অসি কল্লনা শীজিনৈ, হায়িবমখৈ খোঙনা চৎলৈ, গাড়ী তোংবে মরুরে।

ইমাক-খুমকগী খুঙংদা লৈবা মীদি অকে-অকোয়দা পৈশা লৈতে। লাইফমবা অমাগা ওইবা খুঙংদা অকে-অকৌমুম্বা শকচদে। অদুবু সহরদি লেন লৈজবগী পুবরা হবক তৌখ্না' মক-মক তৌদবা য়াদে। চাখুম্বদা মিয়াং পুরবগী চংখোয়কপা মতমদা মীমী মমায় থকহৎলবা য়াদে— নত্রবদি

মীনা উশিংথিরোই, সমাজদা ফিরম যারোই। মোইরাংবস্থং হুক্তংশদি মসুং মপান নাইদে। মী পুরমক ইচম চমা থৈরে। লেংগোশ-শ্যারদা চযা অতুওবা পুকচেলমু চমই; চম্ম প্রজি, চমা তাওই। তাঙবদা অমা তাঙবা, ত্তোইরবা মওং অমা লৌবা থুম্নংবা লৈতে।

থুজংগী মীথিংদা ইলবাক মীয়ামগী অচৈবা ঈ-পাউ মতম লোমজিনুনা মকোক শাগৎনবা তোদে। মহরগী মীনা পৃথিবীগী কাঁবাদা কদি থোক্লিবা মরাম অহু থন্দুনা মতোমতা বাজে। থুজংগী মীদি থর্জনা পেরি—কদিনা মহাকীদি পোৎচং থোইনা যাবদে। মহরগী মীদি কংলিমথে পেনবা নাইদে—কদিনা থীকনেথনা থা লাবা হায়বদি মহরগী লমচংদি।

শ্রেথোয়গী লৈবাক অসিদা থুজংদা হৌজিক লৈরিবা মীশীংগী চাং অসিদগী থাম্নথৈওদনা হেন্না লৈরম্মী। ত্তোইওবস্থং হৌজিক্তার অসিদা থুজংদা মীশীংগী চাং অসি নোংমশ-নোংমগী হেইরক্লে। নোংমশ-নোংমগী তংজনা মী সহরবোমদা চংনরক্লে। থুদোং চাবা থজিজং কয়দা মী ইদিংমক হেক্তা সহরদা চংবথি। কনাওবনা মমোন-ইতিকী থুদোং চাবা লেংহনা, কনাওবনা লাইরিক-লাইত্ত তমগী থুদোং চাবা লেংহনা থুজং থাদোক্তুনা চংথি। ইমাক থম্মা থুনবগা, লাইরিক থম্মা হৈবগা সহর হেক্তা পাংনিংলকই।

মমাংদৈদা থুজং অসি মু-নাজমবমু হৌজিক্তি থায়দগী কদবা অদো লৈরে। কোনেমা, যেদেলিরাগী চৈথুদা থুজং শীমাবা মাতাম্লরক্লে। থক্কনবা ইশিং মমাং কাবনা কংবদি লায়রক্তুনা— ময়কাং কংনবাং থুদিংই যাওদি। থায়নগী অহনবা তোরবা পুমি, কুনাজিতাওনা চীর্ন-কাউগী হয়াওকুং ওইরক্লে। লাইরিক লাইওং তমগী থুদোং চীবা লৈতে। লাই-মেংবগী থুদোং চাবা বাংনবা থুজংগী মী মমাবা সিকম নাকৈ তাওঁ ভাযরক্লে। নবী-থোংগী বাদি হায়দুনা কাযদে—নোংচুপহাদনা লৈথোমনা

খুৎকী থৌবা, ঈকংথাদনা উত্থা মায়-মিং মখা।

খুঙ্গংগী মীদি অমাখনা লৌউবনি। অদুবু মীশীং হেন্নংনকপগা লৌউবনা লমদি পাকথোক্তবনিনা লৌবুক্তা মী অহেবা যাম্না নৈয়ে। থবক পূনীংঙাই নৈতহনা মহৎ পাংবা হায়বসি নমহুনা মখানা ভাবক্লে। কোন-কায়থাবাগী যুগবিনা খুঙ্গংগী খুংথাগী থবকয় শিথয়ক্লে। লিনকয় থাজোক্লনা খুঙ্গংগী মী মযাম অসিনা কোন-কায়থাবা নৈবা মহৎদা লাক্তবা ওয়াক্লে, থবক্তৌদবতা। অদুগীমু মথক্তা মহৎগী পূন্সিদা হৌজিকাগী মিতাম্না পুথোমকপা খুদোং চাবা মযাম অসি অমুক্তংবু হৈনয়বদি কনাম্না খুঙ্গংদা অমুক নৈনীংদে। অকবা ঈশিং থকপা কংবা, ইলেকট্রিকী মৈঙাজবা পুংলং-লংবা, থোঙ চোংতবা, নৈথোম তোংতবা, সিনেমা য়াবাগী কুটৈ—মযাম অসিনা মহৎগী ওপ হেন্নংহনখ্রে। অমরোমদনা খুঙ্গংগী মঙগনা নোংম নোংমগী হেনয়ক্লে।

অদুবা হৌজিক ঐথোয়গী মুচিংবশিংনা লাউরি— 'খুঙ্গংদা হয়রে খুঙ্গংগী মঙগৎনবা তোরো।' স্লোগান অসি লাউবদি লায়, তোইঙবসুং থবক্তা ওইনা পাঙথোকপদি মাম্না নুই। মহৎগী খুদোং চাবা কয়া কংহুনা মহৎগী পূন্সিদা হৈনখ্রবা মীনা খুঙ্গংদা অমুক হয়খিগত্রা হায়বসি যাম্না চিংনিংঙাইহনি। অদুবু হৌজিক কাওবা খুঙ্গংদা লৈরিবা মীশিংনা খুঙ্গং থদোক্তনবা লমীদি শীনদবা যাদে। মসিগীদমক খুঙ্গংশিং অসিবু শেম-গৎতবা যাদে। লাইব্রিক-আইত্ত তমগী খুদোং চাবা, লাখেংবগী খুদোং চাবা, অকন্না ঈশিং কংহনবা, লম্বী-থোং শেমগৎপা:— অসিনচিংবা হৌজিকী যুগঅ হিংবদা চঙ্খবা যাম্রবা পোৎচংশিং অসি নৈমবদি খুঙ্গংগী অবাবা ভাগ্রিবা কিতম অসি তাগোই। মাইকৈ অগোমদা থম্না থম্না থম্বদি হৌরক্লে হায়বসু থমজি ইচং চখি।

# ছাত্র অমসুং সমাজসেবা
## (Studen's and Social work)

ছাত্র হায়বসিদি মহৈগী লাইশংদা লাইরীক তম্বা কাংবুনি। পুক্নিং চেংনা লাইরীকবা কাংবুতনা লাইগী খোয় ফংবা হায়বসি মতৌশানি। মপানগী ঈথক-ঈরাংদা মপুক্নিং চোংইদবা কাংবুতনা লাংইতুংগী মরম্‌ন ইত্রবা মণি-মুক্তা ময়াম অদো উবা ফংই। শাস্ত্রদা হায়ব্রি—লাইরিক লাইতু তম্বতনা ছাত্রশিংগী লাইনীং ওইগদবনি।

বিদ্যামন্দিরগী মপানদদি সংসারগী শটেক-ওইথকী অতংপা লৈতবা লংহৈংনি, অরা মুংঙাইগী নোংসম মুংশিং চাক্রনি। অহুনা মহৈ তম্বিবা কংচবুনা লাইশং থাদেংক্রনা চৎথোকতবনা লৈতে। ছাত্রগী কোয়কমদি, যুগ যুগকী লৈবাক ময়াগী মীথোই মীহেনশিংগী রাথল লৈরাং কয়ানা লৈকা ফম্ন শাংপা অহুঙবা লৈকোন অহুদনি। লৈকোন অহুদা ব্যাস, বাল্মীকি, হোমার, কালিদাস সেক্সপিয়ার, ওার্ডসবার্থ রবীন্দ্রনাথ—ময়াম অসিনা ছাত্রগী মরুপনি। মফম অসিদা নিউটন, ফ্যারাডে, আইনষ্টাইন, জগদীশচন্দ্র, রমন— ময়াম অসিনা মহাকপু মতেং পাংগনি মংলেমগী অঙকপা পোৎশক কয়াগী মশক খংবদা। মফম অহুদা কপিল, শঙ্কর, প্লেটো, এরিষ্টোটল, সোক্রেটিস, ক্যাণ্ট, হেগেল, মার্কস লাকনি মরাক্কী মনাক্তা— থিমিগ্রগনি পূম্না তাহুবং পুক্নিংগী লোইবা নাইত্রবা রাহং কয়াগী পাউথুম। ছাত্র হায়বসিদি রাথলগী লাইরৈবাক্তা লৈবা লাইমচানি, উকুল-রাইফুম্না থম্বা সংসার অসি মথোয়গী খোঙদাকম নত্তে।

ছাত্রনা ফংগে তাক্লিবসি শিদ হিদাক্কি। থজিক্কং পুক্নিং লাওবদা মহাক্কী লাইরীকদা অকায়বা লাকদৌরিবনি। অসিগুম্বা ছাত্রশিং অসিবু

মীহুংশি থঙদবা সমাজ নত্তুনা কনানসু সংসারগী ল'নকমদা চিংশিনহনা পুরক্লোই।

মথক্তা হায়রিবা বাফমশিং অসি অয়াববা নত্তে, অহুবু হেক্তা লৌশিনবা য়াবা বাকমনি হায়বদি ওমদে। মীয়ামগী হিংবগী লম্বীদা খুদোংথীব কয় লাক্লবা মতমদা, পুন্সিগী মাইকৈ মরিদা থাবী মৈশানা লাংহলক্লবদা মহৈগী লাইশংদা লাইবাংংন্দিবশিংবু কৌথোক্লগা পুথোরক্তবা য়াদে, মতম অহুদা ছাত্রশিংসু তোংচিন্দবা য়াদে সমাজবু প্রেমগী মৈয়ৈদগী কুমনগা। লেশ অমসুং সমাজনা অবাব ঊপাক্ত উয়াক্লববা মতমদা ছাত্রনা মহু নিংতাইদনা লেংহনা লৈথোকত্রা? ফিভম অহুদা ছাত্রনা মপুক্কিং চঙনা লাইরিক পাবা য়াগত্রা? মতম অহুদা ছাত্রনা খোঙথাং হোংদবা য়াদে, লাইরিকী মায়া খয়া থাদোক্তুনা সমাজ সেবাদা চোংশিন্দবা য়াদে। লৈবাকপু অবাবদগী কনত্রবদি হিংবগী অর্থ করিনো? পুন্সি ঊথমবগা অক্তানি। লৈবাক অমসুং সমাজনা হিংবা ঙক্কোয়গদি ছাত্রগী পুন্সিদা অমুক হন্না জ্ঞান তানবগী খুদোং চাবা মতাং অদো লাকপা য়াই। 'ইবৈবাক্কবু হিংত্রবদা ইহৈ তয়্বগী করিম অর্থ লৈতে— হায়বসি ছাত্র খুদিংমক্না মহাক্কী হৈচম-চবা বুদিনা থঙবা ওমই। অহুমকপু চাওখৎলবা লৈবাক অমত্তনা পামদে, মহাক্কী ছাত্রশিংবু ঈয়াং হৌহনবা, নহ' ওইরিবাশিংগী ঊথেংন' লৈমায়থক অসি পুংতাং তাংহনবা।

অহুগ অচুবা অমদ লৈ, হৌজিক্কী মতমদা চপ চানা মপুং ফায়ব' জ্ঞান কংবা তাবদি ছাত্রশিংনা মহৈ-শঙগী ফক্লাং মখি মচুংদা লৈরগ য়াদে। পাক্লবা তাইবংপান অমসুং তাইবংমীবু থঙত্রবদি কৈদৌঙৈদসু মপুং ফারবা মহৈ ফংবা ঙমদে, অমসুং তয়্রিবা মহৈ অহুনা মীওইবগী কাম্বদা শীজিনবা ঙমদে। অহুনা সমাজসেবা হোৎন' হায়বসি শিক্ষাগী য়াওদবা ম'নবা শক্তিক অমনি। ছাত্রশিংনা মহৈ হৈবগী কুপ্তাইনা অমা

ফংলিবা অহুগী থক্তিক্ত' ফাওব মখোয়গী হৈকুয়োই হৈনুকাই অমদি সমাজগী মীয়ামদা পীগা ওমত্রবদি অবাবগী মশক্নি, মন্থু থক্বকুবদা মমই। মরম অসিদগীনি চৌজিকী ছাত্রশিংনা লাইরিক তময়োকপা মীয়ামবু লাইরিক হৈননবা অমসুং সমাজগী মাইক-লবী শীনবদা কনাগুম্বা হাপ্কুবা তৌদনা মশা মশানা চোংশিন্নরক্লিবসি।

অনিগুব লাঙ্গাওগী টৈনাখোন থাওবা লোইকাংক্লিরৈঙদা ভারতকী অতিয়াদা নোংদৈন নুংশিং কয়া তোয়দো হোয়রকখি। মাইকৈ মাইকৈদা নুংশি-খঙত্রবা অব-অনা কয়ানা ময়াম চায়গৎলক্লি, মখোয়গী চৈহুদা হৈলবাক-মীয়াম থবায় থাগদোয়ে। অয়াম থৌয়াংনা ওৎ-নৈয়বা নৈবাক মীযামা ওসি মবুক থয়া চাবদি লাইরবতুনা চাক থুবাম অমা ফাওবা ফংবদা হাশিল্লক্লে। অনা-অয়েক্না মখোয়গী কীজি শায়হুনা ইমহুনা হৈরে হীদাক মচুম অমস্তুং ফংনবা উপায় লৈত্রে। মাদা হংকুবা চাক লৈতে; শেংননব ফি-ুয়াল লৈত্রে, অনাবা নাগেংনবা হিদাক লৈত্রে— মাইকৈ পূরমক্তা অব-অনাগী তেংথাখোলনা নাকোং হৈশিল্লক্লে। অসি-গুবা ফিভম অসিদা ছাত্রশিংগী বাদি গায়কুহু, ধ্যান তৌরিবা গৌতম-বুদ্ধগী ধ্যান ফাওবা কায়গনি। বাথল-লৌশিং মপুং ফাত্রিবা ছাত্রশিংবা অপুনবা মিংয়েং অমদা অয়া-অনং ময়াম অসি নীংথিনা থগুহুনা অককুবা থবক থৌরম অমা পায়থৎপা ওমত্রবহু মখোয়গী থোৎলবা থম্মোয়না অয়া-অনা তায়বা মীয়ামগীদমক্তা চোংশিন্নবা ওমদে, ফনা থামহুনহু মখোয়বু থিংবা যায়োই।

সমাজগী অনৌবা মগোক অমা পুয়কপগী মরুদি ছাত্রশিংনি, সমাজগী সেবকহু মখোয়নি। লাইরৈবাকী শেংলবা মঙালনা মখোয়গী থম্মোয় ভান্দুনা লৈ; মশাগী ওইজবা বাথল নত্রগা শিরুবা পুকচেলনা মখোয়গী থম্মোয় ভীন চঙহনব ওমদে। ছাত্রগী থম্মোয়দি ফিদম পাপা, ইচং-থৌনা

অমসুং পূকচেল চাউবগী শগ্নবুংনি। মী অতৈনা থনবদ ওইথোক্লবা পোৎ অদো ছাত্রগী মঙলান্দা য়াম্না লায়না ওইথোকই। অহুনা ল ইরংগী উনাগী খাংপোকশঙবু চাক্লিবা মৈদগী কনবদা, শাথিরবা লাইনানা নায়বা ফবা নৈজদবা মীবু সেবা তৌবদা, ঈশিং ঈচাউদা অবা-অনা তাইবা মীয়ামবু মতেং পাংবদা ছাত্রশিংনা থাইদগী মাঙ থান চেনশিল্লকই। থুদোং থীরবা মতমদা মী অতৈনা মযায় ওহোক্লবা চেনখ্রবস্থ ছাত্র-শিংনা অমুক হেন্না ইচং খৌনাগা লোয়নবা মাঙদা চোংশিল্লি।

উপাল য়াপালনা ঈশিং, হুংশিং অমসুং হুংশা কংত্রবদি মপুং মথৈ লাবা ঙমদবগুম, সংসারগী অবা-হুংশাইগা শকথঙ-মায়ৎ চনত্রবদি ছাত্রগী পূনিদম্ব তাইবংমী অমা ওইবগী মঙগ অদো চেনবা হৌরে। পিরক্তেদগী হৌহনা নোং-হুংশিং-হুংশা যরক্লা চৎপা হৈনবক্লবা মী অহুদি ভূংগী পূনিদা মশাগী মপুজেংনা লেপ্পা ঙমগী বা নৈতে। লাইরিক্তী য়ারোল চীনফা পূবদা পূন্সি লেনখ্রবা ছাত্র অহুদি হশেংনমক মরাইবক থীবনি। অহুনা মহৈ তন্না তন্না ছাত্রশিংনা সমাজ-সেবাগী থাখলগ্ন তৌগদবনি, অচৌবা মওংদা সমাজ-সেবা তৌগদবনি।

# সাহিত্য অমসুং সমাজ

## ( Literature and Society )

সাহিত্য হায়বসি সমাজগী শকলেং মিংশেননি। মসিদা সমাজগী মমি ফজনা তাই। সমাজগী অবা-হুংবাই, ফজবা-অথীবা, আশা-নিরাশা—পুম্নমক সাহিত্যদা উবা ফংই। অহুনা সমাজগী শক্তম লৌতুনা সাহিত্য শেমগৎলি। তৌইগনসুং সাহিত্যদা সমাজগী মমি তাবগদা সমাজগী পুন্সি মরেনবক্ত সাহিত্যগী মমি তাই। অনি অসি অমনা অমগী মমি লৌই, অমনা অমগী মমি তাই। মসি হৌজিক্তগী না নত্তে, সমাজনা পোক্লকপা হৃদিং অহুনগী হৌরকপনি। কুমগনগী মতুং ইন্না লৈবাংনা শাংপা নত্রপা থৱগম সাহিত্যগী শক্তমস্তু সমাজগী শক্তম ওনবা মতুং ইন্না ওন্নি। সাহিত্যকী মিংথেং মথাংদা হৃদিং পুদিংগী পোক্লিবা পৌদোক মথাম অদো মহাকী কমনাগী কিজংদা মমি তাদৈ। অসিগনা কমনাদগী ঈহৌরক্তনা সাহিত্যিকনা বারী কয়া উপন্যাস কয়া ইথোকই, কবিনা কবিতা কয়া লেংথোকই। তৌইগনসুং কমনা অসিগী যুক্তমদি সমাজদা তশেং-তশেংনা পোক্লিবা পৌদোক মথাম অসিনি।

কবি কবিগনা মতমদা আদর্শবাদী (ফিদম্নীংবাই ওইবা) সাহিত্য শেমনবা পৌমাং ঐথোমনা সাহিত্যগী ইতিহাসতা থেংনৈ। অদুগনা সাহিত্য অহুবু অবাবা মীনা সমাজদগী মায়া লাপ্না চংথোকখ্রবোই থমি। তৌইগনসুং মদু নত্তে। আদর্শবাদী সাহিত্যস্তু বাস্তববাদী (তশেংবা শক্তম উৎপা) সাহিত্যস্তু মমাঙ্গগা মরী লৈনৈ। থেমবা হায়বসু থরা লাপথোকপা নত্তবা থবা মেন্না নকশিনবা অসিকনি। বাস্তববাদী সাহিত্যস্তু সমাজগী শক্তম অদো কোটৌমৌম্না উৎপা নত্তে। সমাজগী অবা-হুংবাই,

লিচৎ-শাজৎ, কজবা-অথীবা— মরাম অদুবু উৎপদা বাস্তববাদী সাহিত্যগী কন্নবাগী মচু থরা শংদবা ওমদে।

সমাজ হায়বসি হোংবা নাইদবা নত্তে। কজবা অমসুং অথীবা, অচুম্বা অমসুং অয়াবা, অকনবা অমসুং অশোনবা, অফবা অমসুং ফত্তবা আশা অমসুং নিরাশা— অসি থোকপা মীচিং অসিগী চিংথোক-চিংশিন মরক্তা সমাজগী শক্তম অসি হোংলকই। মতমগী থোক্তলে মতুং ইন্না অনৌবা ফিভমদা সমাজনা চুশিন্নে। মতম মতমগী থোক্তলে মতুং ইন্না সমাজগী শকওম লাক্লিবা অদো উৎপনা সাহিত্যগী মথৌনি। মসিগী খুদম ঐথোয়না উই— থাবনগী মহাকাব্যশিংদা। হোমারগী ইলিয়াদ, বাল্মীকিগী রামায়ণ, ব্যাসকী মহাভারত পুরমক অসিনা উৎলি মতম অদুগী কাওলুপ অমগা কাওলুপ অমগা লান্থেংনবা, সমাজদা শিকথ্রবা কাওলুপ (নত্রগা শাগৈ) কয়া লৈরবা, শাগৈ মশেন য়েংথিনবা, শাগৈ শাগৈ অচৌবা তাবা, মথোয়গী অবাংবা আশা অমসুং ইজ্জৎকী বারী কয়া, লম লমগী চৎনবী অমসুং ফিজেৎ-চাকচা, শাদগী থোইনা তাদবা মীয়ুংশি-থওদবা অমসুং অওাংওয়া কুসংস্কার লৈবা অসিনচিংবা অদুগৈগী সমাজগী শক্তম।

তশেংবনি, সাহিত্যক অমদি কবিশিংগী তশেং-তশেংবা য়ুম্ফম লৈতবা য়াদে। মথোয়না অদুওবা য়ুম্ফম অদুগী মথক্তা শিরামিড শাগৎলি। অসিগুম্বা শিরামিড অসি উঠগা সমাজনা ওকই, মদুগী মমি মথোয়দা তায়কই। অদুনা সমাজদা মহাকাব্যশিং অসিগী মমি তাবা থেংনদবা নত্তে। চাওখৎপা লোইক্লিবা, মপুংফাবা য়াৎলিবা সমাজদদি মসিগী মমি অসি কজনা তাবা উই। মতম অমদা নিংথৌবু লাইনি থয়রম্বা য়াশক তাকপগীদমক থবাক কাওবা থাবদা শাফুরমদবা, ইজ্জৎকীদমক শাগৈ অমা তুম্বা কাওবা শাফুরমদবা, অাং অচৌবদা তৌনীংবতা তৌবদা কনানগ

রা হায়বা ওয়ননবন্দ', অাং মচা হায়বনি অবা-অনং নংনবা পোক্লকপনি—হায়বনচিংবা সমাজদা থৱরক্লিবা অমসুং থাজনরক্লিবা অদি মহাকাব্যশিংগী প্রভাব ( influence ) নি। থায়নতসু নত্তে, হৌজিকসু মসি উবা ফংনি। অনিত্তবা লাক্লাও মতুংদা মণিপুরগী সমাজদা 'মাইচু পেমচা' লীলাগী প্রভাব ওসি কাওবা ঙম্মদ্রা শংশংবা উনরি— পেমচানা খোয়গী মানবগী মচৌ তমচুনা শাবী-শানৌ করানৌ চুংশি-পন্থুং য়োবা ওয়াদবগীদমক খোয়গী য়ান্দুনা থওাম থাখি। তৌবমক্তি, সাহিত্যগী মরি অসি মপুং ফারবা সমাজদবুদি মপুং ফান্নিবা সমাজদনা তাবা হেন্নি। খুদম অতৈম লৈরি। শতাব্দী অসিদা থোকখিবা রাশিয়াগী কমিউনিষ্ট বিপ্লব ( revolution ) অসি মতম অচুগী রুশ সাহিত্যনা য়াম্না কন্না প্রভাব তৌখি। গোর্কিগী 'ইমা' হায়বা উপন্যাস অদু মতাং অসিদা মরু ওইনা পল্লীং-ঙাইনি। অসিতসু নত্তনা ফ্রেঞ্চ-রিভোলুউসন অসি মতম অচুগী মপাঙ্গল ফরবা সাহিত্যগী প্রভাবতগী মরু ওইনা থোকখিবনি।

মতাং অসিদনি অকাওবা সাহিত্যিকশিংগী দায়িত্ব অসি ধর্ম-শব্দোকপা মহাপুরুষকী দায়িত্বগা মান্নরক্লিবসি। দায়িত্ব অসি চপ-চানা লৌনবগী-দমক সাহিত্যিকনা থবায় য়াওনা হোংচিনগদবনি। সমাজগী চপ-চাবা শক্তম অমা উৎপগা লোয়ননা, মহাক্না পামজ্রবম, তুংদা সমাজনা কন্নি ওইরকপা য়ারিবা হায়বত্তু উৎকদবনি। কাঙলুপ কাঙলুপকী অপিকপা বাথল অদু থাদোক্তুনা মীওইবা পূন্নমকী ওইবা শক্তম অমা উৎপা ওবা সাহিত্যনা মতাং অসিদনি অমত্র ওইরক্লিবা। গ্যাল্সবার্দিবু মরাম্না কোনজেক্তে'টিভনি হায়নৈ। তৌইওবসুং মহাক্না মহাক্কী সামাজিক উপ-ন্যাসশিংদা সমাজগী অশোনবা অমদি অমোংপা কন্না উৎতুনা অনৌবা সমাজ অমা শেমগৎলকপগী ইঙ্গীৎ অমা তৌরম্মী। অনৌবা সমাজ অচুদি মহাক্না পাম্নবা হায়বা অচুদি নত্তে। মহাক্তি মহাক্না লৈরিবা সমাজ অচুবু

হুংশিনবা মীতামনি। অদুবু সাহিত্যিক অমগী মথৌ অদুদি পাওথোকপনা নাকবাঙিনা মহাক্কী অপাম-পাম্বা থিরমদে। বঙ্কিমচন্দ্রনা সমাজগী অচৌবা মীয়াম্বু থাজবা থাংনমী, মথোমগী লুচিংবশিং অদু নত্তনা। তৌইগুমসুং খাজমীতিগী থৌদোক থমগী মতাংদা মীয়ামগী তৌবা ওবা পাজন অদু মহাক্না উৎনখী, সমাজগী চাওথং খোঙথাংদা মথোমগী অপুনবা থৌদাং তাক্লখী। সমাজগী পুন্সিদা থোক্লিবা অবা-হুংবাই মরাম অদু উৎপ কপাগী কল্পনা-জগৎতা তাউবা, সাহিত্যিক অদুদি য়াম্না থুনা মুৎথিগদবা সাহিত্যিকনি। সমাজদা হৌজিক কনথংলক্লিবা শক্তিশিং অদুবু মানী-দবা মরমগা থওবা ওমদবা সাহিত্যিক অদুনা সমাজগী চাওথং-খোঙথাংদ কল্পিওবা প্রভাব অমা তাহনবা ঙম্মোই। মরম অসিননি সাহিত্যিক থমনা হিংলিঙৈদা মতম থম্বদি মমিং য়াম্না চংলম্লগা শিরবা মতুংদা ইকুই-কুইহৌদনা অকাউবগী ঈম্মোম্‌দা লুপখিব্রা। অদুগা অমুকস্ন সাহিত্যিক থম্না নৈন্নি, মথোমবু মথোমগী মতম অদুগী মীয়াম্না কল্পিস্ন ওইদনা থনখিবা, তৌইগুমসুং মতম থম্না নৈনগদি মথোমবু মরাক্ন থাগৎমরকপা।

সমাজগী পুন্সিবু কম্না উবা ঙম্নিবা হায়বদুনা সাহিত্যগী অক-যত্ত লেপ্পি। অদুনা সমাজগী কাঙলুপ থম্মতংগী পুন্সি উৎপা সাহিত্যদগী সমাজগী মীয়ামগী মপুং ফাবা পুন্সি উৎপা সাহিত্যনা মমল য়াম্না হেন্নি। সত্যম শিবম, সুন্দরম — হায়বা অসি সাহিত্যগী মগুণ অহুমনি। তৌইগুমসুং মগুণ অহুম অসি চেনবগা লোয়ননা সাহিত্যগী পন্দুং ( end ) অমা নৈন্নি। পন্দুং অদুনা মরুনি। পন্দুং অদুদি সমাজগী মুক্তিনি— চংনবীগী করবা কয়াদগী সমাজগী মুক্তি।

# লাইরিক খনবা

## ( Choice of Books )

তেংবানবা অসিদা ভাইবংমী ওইনা পোক্লরবা মীওইবনা শা-ঙা উচেক-বারাওম্না খঙলবগী অমখা ঈরোম্নুংদা ন্ৃপতুনা লৈবা হৈনদে। শা-ঙা উচেক-বারাদগী লোশিং হেন্না লৈবা মীওইবনি। অদুনা মহাক্না চহী চংলকপগা লোয়নবা মহাকী লৈজরিবা জ্ঞান অদুদগী হেক্লংলবা তংতনা হোৎনৈ। মহাক্না কংগে হোৎনরিবা অদুগুম্বা জ্ঞানগী তুংনকমদি মরু ওইনা লাইরিক্নি। অদুবা জ্ঞানগী ওমথৈ পাক্না শন্দোকপা ওয়নবগী-দমক মীওইবনা লাইরিক পাই। মীওইবনা চাওখৎলকপগা লোয়নবা তেংবানবগী জ্ঞানগী ওমথৈসু অহুম মহুম তৌদুনা হেন্না হেন্না পাকথোরকই। অদুবা তেংবানবগী জ্ঞানগী ওমথৈ পাকথোরকপগা লোয়নবা লাইরিকী মশীংসু নোংম নোংমগী হেক্লংলকই। খাম্নগী মীশিংদি অমরোমদা মরাইবক-ফরবী। মখোয়গী মতমদা লাইরিকী মশীং খোইনা য়ামমদবনিনা লাইরিক খন্দোক্নবা পাবগী বা লৈরমদে। হৌজিক্তি লাইরিকী মশীং অসি থীবা ওমদনা য়ামখ্রে। অদুনা ভাইবংমীগী তেনথ্রবা পুন্সি অসিদা লাইরিক পুম্নমক পাবা হায়বসি ওয়বগী বা নৈতে, ওইথোক্তে— অদুগা পুম্নমক পাবগী দরকারসু লৈতে।

লাইরিক পারগা জ্ঞান ফংবতা নত্তনা হুংঙাইবা অমসু ফংই। অদুনা লাইরিক মশীং লাকওমদনা থোক্লিবা মতম অসিদগী খনকম থোকই, করম্বা লাইরিক্না ঐগী করম্বা অপাম্বা থুংহনগদগে হায়বা। অদু ওইরবদি পানবা লাইরিক খনবদা থোইনা লুরোই। খাম্নগী ভারতবর্ষদা কনাওবনা শাস্ত্র তমগে তৌবদা গুরুশিংনা হায়রিবা শিষ্য অদুনা পাম্লিবা হীরম

অদো থঙদোক্লগা মহাক্না পাম্লিবা হীরম অতুদা নৈলিবা কান্নগদবা লাই-রিকশিং অতু পাহল্লি। জ্ঞান তাক্লবা অহল-ওইরবশিংগী যাদি থোইনা থম্নিংঙাই নত্তে। করিনা মথোয়গীদি মথোয়না হৈনবা নত্রগা পামজবা হীরম অমা নৈথখনি। অতুনা মথোয়দি মথোয়না অপাম্বা হীরম অতুগী লাইরিক অতু থঙলবনি। মথোয়গীদমক্তদি লাইরিক থনবা হায়বসি থোইনা অম্বাবা নত্তে।

তোইঙবসুং সংসারগা থোইনা শকথঙনরিবা চহী নৌবিবা নকা-য়োলশিংগীদমক্তদি লাইরিক থনবা হায়বসি তৌবথা যাদবা, যাম্ভ লুবা থবক্নি। মখোং লাকঙমল্লবা লাইরিক মরাম অসিগী মতুংদা পাক্লগা কান্নবগী মহৎঙা মীগী পুন্সি মাঙহনবা যাবা লাইরিক যাম্না লৈরে। অতুনা অথম্লনা পাত্রগদি, ফত্তবা লাইরিক কয়া পাক্লবদগী অঙাংগী ইচম-চম্বা বাথল অতুবু শেন্নাবা লমীদা লমজিংহল্লি. মথোয়গী লমচৎ শাজৎ মাঙথ-রকই। লাইরিক্না অঙাং অমা শেমগৎপদা, মী অমগী লমচৎ-শাজৎ শেম-বদা অমহুং পুন্সিগী তুংঙাইবা পুরকপদ কয়াম্না মত্তেং পাংবগে হায়বসি ঐথোম থঙকম থোকই। মসি থঙন-থঙবা মী অয়াম্বনা মথোয়গী মমল যাম্লবা মতম অতুবু করিস্তু কায়দবা লাইরিক পাতুনা মাঙহল্লি। থূদম ওইনা হায়রগ', অয়াম্বা মীনা মরুপ-মপাংগী মযুমদা লাইরিক অমা হেক থেংন-রুংদা মতু লৌতুনা হেক্তা পাই। লাইরিক যোনবা তুকানদা মত্রগা য়েন-ষ্টেশনদা মখিং ফজবা লাইরিক হেক থেংনবদা হেক্তা লৈতুনা পাই। করি করিগুম্বা মতমদা মথুমদা লাই ক্রবা য়েকপা উরগা হেক্তা লৈ। মসি যাম্না ফত্তে। ফত্তবা লাইরিক মরাম অমা পাগদগী শরুকপুদি অথম্লবা থরভং পাবনা যাম্না হেন্না কৈ— মতুনা জ্ঞান, লৌশিং অমসুং তুংঙাইবা হেন্না পীবা ঙমগনি।

অতু ওইরবদি বাহং অমা লাকই- করানা অকবা লাইরিক থনবিগনি?

য়াইকৈ অসোমদা স্কুলগী ওজাশিংনা মতেং পাংবিবা য়াই। মতীক-চাবা ওজানা অস্তাংশিংদা মখোয়না পায়গা কায়গদবা লাইরিক অদো তাকপিবা য়াই। করি করিগুম্বা মতমদা অঁকবা লাইব্রেরীদু লৈবা য়াওই। স্কুল-কলেজগী লাইব্রেরী অমসুং ময়ামগী ওইবা লাইব্রেরীশিংদা অক-অকবা লাইরিক থনহুনা থময়ি। অস্তাংশিংনা মসিদগী থনহুনা পাবা য়াই। অস্তাংশিংতবু নত্তনা অহনশিংদসু অথওবা লাইব্রেরীয়ানশিংনা মতেং পাংবা য়াই। কনাগুম্বনা করিগুম্বা হীরম অমগী লাইরিক পাগে তৌবা মতমদা লাইব্রেরী শেম্বরিবা মী অমুনা করম্বা লাইরিক্তা করি থোইদোক-হন্দোকপা য়াওরিবা হায়বদো তাকপিবা য়াই। অসিতসু নত্তনা পাও-জেল-চে অমদি মেগাজিনশিংদা অনৌবা ফোঙবা লাইরিকী ময়মদা অক-নত্ত নৈনহুনা ফোঙবা য়াওই, মহুনা লাইরিক থনবদা মতেং ওইবা য়াই। করি করিগুম্বা মতমদা লাইরিক-য়োনবা হুকানশিংনসু মখোয়না ফোঙলিবা লাইরিকশিংগী লিষ্ট ফোঙই। অসিগুম্বা লিষ্টতগীসু ঐখোয়না ঐখোয়গী অপাম্বা লাইরিক থনবা য়াই।

অসিগী মথক্তা বাহং অমগসু লাকই—করম্বা লাইরিক থন্দুনা পাগনি? বাহং অসি য়াম্না নৈনবা য়াবা বাহংনি। মী অয়াম্বগী বাথল অসি সাহিত্যবোয়মদা ওনশিল্লি। ময়মদি সাহিত্যনা রস শাগত্তুনা ঐখোয়দা হুংঙাইবা পী, সংসারগা ঐখোয়গা মরী লৈনহল্লি। সাহিত্যগী লাইরিক ময়ামগী মহুংদা অফাওবা লেখকশিংগী মতম কুইনা হিংহুবা লৈরক্লবা ক্লাসিক ওইরবা লাইরিক অহানবদা পাবা তাই। মীওইবগী সমাজদা মতীক চাবা মীতমা মতীক মঙাল ফনা হিংবা ওথগুম লাইরিকী জগৎতসু অকবা লাইরিক্তনা মতমগী লাহেংং ওমহুনা হিংবা ওমই। অহুনা মতমদা লাই-রিক থনবদা খাইদগী হেন্না মতেং পাংবা ওমই। অনৌবা লাইরিক অয়াম্বদি লাইজ-উমায়থকী কোঙ্গোলওম্বনি। কোঙ্গোল ময়াম অসিগী

মহুৎতা কয়া অমনা তাকথিগনি, কয়া অমনা লৈহৌগনি। অহুবু লৈহৌগদৌরিবা অহু কয়বনো হায়বদি য়ায়া লুই। তৌইওবসুং ক্লাসিকশিংসিদি মতমগী চাংয়েংদা ওমহুনা হিংলিবনি, অকবনি হায়বা থওলবনি অসিওবা লাইরিক পায়গা অকবা মহাও অমা অপাবা মীনা ফংবা ওমই। অহুনা অসিওবা মহাও অসি অমুক্তবু থওথুবা মীদি যক্তব লাইরিক পানীংলয়োই। সংস্কৃত-সাহিত্যগী ক্লাসিকশিংগী মহুৎতা কালিদাসক' 'শকুন্তলা', 'মেঘদূত', 'রঘুবংশ' পাগদবা লাইরিক্কি। ইংরাজী সাহিত্যদা সেক্সপিয়ারগী লাইরিক পাদবা য়াদবা ওক্তনি। বাংলা সাহিত্যদা বঙ্কিমচন্দ্রগী 'আনন্দমঠ' রবীন্দ্রনাথকী 'গোরা' শরৎচন্দ্রগী 'পল্লীসমাজ' থনবা য়াবা লাইরিক্কি। মণিপুরী সাহিত্যদা কমলগী মাধবী' অঙাংহলগী 'থবা গোইবী শৈরেং' থনবদা মতিক চায়বা লাইরিক্কি।

তৌইওবসুং সাহিত্যগী লাইরিক্তা পায়গা ঐথোয় লেনবা য়াদে। পুন্সি অসি মহে য়াল্লনবা তায়বদি বিজ্ঞান, ইতিহাস, রাজনীতি—হীরম শিং অসিগী লাইরিকসু পাদবা য়াদে। মতাং অসিদা মী মীগী শিনকম মতুং ইন্না লাইরিক থনবগী বা লাকই। উকিল ওইরবদি আইনগী লাইরিক পাবা তাই; অনৌ-অনৌবা আইন থওনবা তৌবা তাই। ডাক্তর ওইরগা লাইয়েং বিজ্ঞানগী অনৌ-অনৌবা চেকোও পাবা তাই।

অয়োইবদা বা অসি অচুবনি হায়না লৌবা য়াই—লাইরিক্তা নক্লবা হেন্নকপগা লোয়ননা লাইরিক পানীংবগী বাথলসু হেন্গৎলকই। লাইরিক পানীংবগী বাথল হেন্দৎলক্লবদি লাইরিক থনবা ওবগী পান্দলস্থওহৌদনা লাকই।

মচুংদা কয়া অমনা তাকথিগনি, কয়া অমনা লৈহৌগনি। অচুম্ব লৈহৌ-গদৌরিবা অছু কয়বনো হায়বদি য়াম্না লুই। তৌইগুবমহং ক্লাসিকশিং অসিদি মতমগী চাংয়েংদা ওনহুনা হিংলিবনি, অকবনি হায়বা থওলবনি অসিগুবা লাইরিক পাররগা অকবা মহাও অমা অপাবা মীনা ফংবা ওমই। অদুনা অসিগুবা মহাও অসি অমুক্তবু থওখ্রবা মীদি মতম লাইরিক পানীংলম্মোই। সংস্কৃত-সাহিত্যগী ক্লাসিকাশিংগী মচুংদা কালিদাসকী 'শকুন্তলা', 'মেঘদূত', 'রঘুবংশ' পাগদবা লাইরিক্কি। ইংরাজী সাহিত্য-দা সেক্সপিয়রগী লাইরিক পাদবা য়াদবা ওক্তনি। বাংলা সাহিত্যদা বঙ্কিমচন্দ্রগী 'আনন্দমঠ' রবীন্দ্রনাথকী 'গোরা' শরৎচন্দ্রগী 'পল্লীসমাজ থনবা য়াবা লাইরিক্কি। মণিপুরী সাহিত্যদা কমলগী মাধবী' অঙাং-হনগী 'খম্বা থোইবী শৈরেং' থনবদা মতিক চাররবা লাইরিক্কি।

তৌইগুবমহং সাহিত্যগী লাইরিক্কা পাররগা ঐথোয় লেনবা য়াদে। পূর্তি অসি মহৈ য়াহ্নলবা তাররবদি বিজ্ঞান, ইতিহাস, রাজনীতি—হৌরম শিং অসিগী লাইরিকসু পাদবা য়াদে। মতাং অসিদা মী মীগী শিন-কম মতুং ইন্না লাইরিক থনবগী রা লাকই। উকিল ওইরবদি আইনগী লাইরিক পাবা তাই; অনৌ-অনৌবা আইন থওনবা তৌবা তাই। ডাক্তর ওইরগা লাইরেং বিজ্ঞানগী অনৌ-অনৌবা চেকোঙ পাবা তাই।

অরোইবদা রা অসি অচুবনি হায়না লৌবা য়াই—লাইরিক্কা নক্কবা হেন্নকপগা লোয়ননা লাইরিক পানীংবগী বাখলসু হেক্সংলকই। লাইরিক পানীংবগী বাখল হেক্সংলক্লবদি লাইরিক থনবা ওবগী পাদলসু থওহৌ-দনা লাকই।

# বিজ্ঞ ন অমসুং ধর্ম্ম

## ( Sceince and Religion )

প্রকৃতিগী থওকপা কুয়াম্না য়োকশিন্দুনা লৈরিবা পোৎশকশিং অহুবু হাংদোকপনি বিজ্ঞানগী মথৌদি। তাইবং মালেম অসিদা পোৎশক অমা ওইনা লৈরিবা খুদিংমক বিজ্ঞানগী লৈননিংতাই হীরমনি। তৌইওবসুং ধর্ম্মগী মাবওনদি তাইবং শেমবা ঈশ্বর মাতোম্বনি। ধর্ম্মগী বাখল তৌবা কাওবুশিংগী পন্থুংদি— যুক্তি য়াওদনা থাজবা অমসুং চিংনবা লৈতনা কখোকপা অসিনি। ধর্ম্ম-চেনবা মীনা মহাক্কী মপুন্সিবু ফজবা তানথা অন্দা লেলহল্লি। মহাক্কী থম্মোয় অদু লাইরেম্বাক্কী লৈনমওম্না যাম্না শেই। সমাজগী মীচমশিংনা অবা-অনা তাবা মতমদা কাটিনা খিল্লবা শামুওম মথোং-মরম থওদনা কোয়চেন চেই। অদুবু ধর্ম্ম চেনবা মীদি চওরৈজ তাইবং-মপু মহাক্কী খুমা থমাদা পুকচেল তিংবা থম্মোয়গা লোয়ননা।

বিজ্ঞান অমসুং ধর্ম্ম অনি অসি তাইবং-পুক্রিংগী তোঙান-তোঙানবা কাচিনদ লৈবওম তৌই। অদুবু অহন ওইরবা ধর্ম্মগা নহা ওইরিবা বিজ্ঞানগা করিওবা মতমদা মায়োক্নবা থোক্নুরবদি থওবা ওমই অনি অসিগী মরী। তৌইওবসুং অনি অসি য়েংথিনবওম মমায় লৈথোক্নহনা চংনথিগদগী তৌদবমু নত্তে।

তাইবংমীগী বাখলদা বিজ্ঞানগী লৌশিং তাথোরকপা অসি মতম কুইত্রি। মসিগী মমাংদা তাইবং-মালেমগী থবাম পানবা-পান্দবা পোৎ-শক খুদিংমক্তা মহাক্না উবক্কী ঈশ্বরগী মখি। মতম অহুদা পৃথিবীগী তীন-কাওদগী হৌহনা যুথিং থা থবাম্মিচাক ফাওবগী মহুংদা করিওবা অমা

হেক খোকপদা ধর্ম-থাজবা মীওইবনা উৎম্মী নোংদখা মাগী খোইনশিন, থরম্মী পোৎশক খুদিংমকী মক্কমদা লৈহুনা তাইবং শেখা মহাক্রা কেকু-লোৎপী শাম্নরি। অদুম তৌহুনা বাখল আস ইচম-চম্না থাজবা অমনা ক্লপতুনা লৈরম্মী। তৌইগুমহুং বিজ্ঞান্না খোয়কপদগী অশিগুম্বা থাজবা অশিগী মক্ক ক্লকপা হোয়রক্লে, মীওইবগী পুক্রিং-অতিয়াদা চিংনবগী নোংনা মমশিনবা হোয়রক্লে, ধর্মগী ক্ষযান ;খ.ক্-খোক্ নোখা হোয়রক্লে।

সভ্যতাগী অয়ুক্তা ধর্মগী থাজবগা লোয়ননা মালেমগী খোঁদোক খুটিংমকপু মানা মানা পামজবা মওংদা থন্নবদগী ধর্মগী বাখলগা অয়ানবা বাখল কয়ামুকা পুনশিন্নখি। তশেং-তশেংবা ধর্মগী মিৎয়েংদদি মসি করিমতা মম্মী লৈনকম খোক্তখনি। বিজ্ঞান্না খিজিনবা অমহুং লৈনবদগী পোৎশক কয়ামুকী মমমদা থাজনমখা কয়ামুক হোংলকই, মসি অশেংবা ধর্মদদি করিদ্ধ শোকতে। লৌশিংগী ঈখোয়াংবা অহু কোক্লনবা অমহুং মীওইবগী পোৎচং কয়ামুক অহু ফংননবা বিজ্ঞানবু লৈনরিবনি। মশাবু কখোক্লবগীদমক্তনি।

মী অয়াবনা চুংঙাইবা পাখা ঙাক্তনি। থায়নদি চান-থক্লবা পোৎচৈ থরতং লৈরগা পেয়রম্মী, অহুনা মীওইবনা মায়া লায়না লোংদখা অমগী মকমদা মরম পুয়মক তাইনবা ঙম্মী। ঙসিদি বিজ্ঞান্না পুখোকতুনা তাইবংমীগী মমাংদা শন্দোক্লনা থয়রে কুবেরগী মপান নাইরবা লন। প্রকৃতিগী নহানমখৈ থঙলমদম্মা পাঙ্গল বৈজ্ঞানিকী খুহুম চল্লে। কনাগুম্বা লোংদখা অমবু বাখলনা শাগৎতুনা থাজব হায়বদি হৌজিকী চ্যাব-শেৎপদা বাখল লৈপ্রবা মীওইবগী মকমদদি অর্থ লৈয়রক্তে। হৌজিকী মিৎয়েংদা ধর্ম-থাজবা মীদি লোক্লনিংঙাই অমহুং মু'বিশিনিংঙাই ওইরক্লে। মতম অমদা মীওইবগী পুক্রিংদা থারম্মী ধর্মগী আসন, হৌজিক্তি মফম অহুদা থাথয়ে বিজ্ঞানগী আসন। যুক্তি মাওদনা ইচম-চম্না থাজবা হায়বা

অদো ওসি লৈতরে, মশাবু কথোকপগী বাথল মাওথে।

ধর্মগী মফমদা ঐথোয়না আশা তৌবদি, ঐথোয়বু য়োকম থোকপা মফমদা লমজিংবিবা, নাপনদগী নাহোকপিহনবা। যুক্তি-তর্ক অমসুং চাংঙংগী রা মফম অসিদা থোইনা লৈতে, মশাবু পুংকৎ-কথোক্না কম্বিমতা চিংনবা লৈতনা থাজবনি মফম অসিদা চওলিবসি। বিজ্ঞানদনা লৌশিংগী মতেংনা অচুম-অরান থল্লগা চাংয়েং তৌহনা অচুম-অরান অহুবু র চংংলি। উদবা পোৎতি বিজ্ঞানন্না কৈদৌঙৈদসু থাজরুদে।

তৌবগীদি লৌশিংনা মীওইববু লমজিংহনা পুম্বিবসি লমদাং থম্না ফাওবতনি। মহুগী মতুংদদি লৌশিংনা লমজিংবা ওয়রক্তে। অহুনা লাশিংনা য়োবা ওমদবা মতাং অহুদা আত্মাবু থওদবা মায়ক্তে, আত্মাবু থওত্রবাদ মীওইবগী বাহংসু লোইবা নইদে। মসিনা তাকপদি ধর্ম অমসুং বিজ্ঞান অনি অসি মরী লৈনকম থোকই। অনি অসি মরী লৈনত্রবদি অচুম্বা হায়বা পোৎশক অদো পুথোকপা ওমদে। মসিগী অর্থদি— ধর্মনা বুদ্ধিগী মতেং লৌত্রবদি কাইনথংদা কুসংস্কার (Superstition) গী মীনাই ওইথরকই, অহুগা বিজ্ঞানগী লৌশিংনা ধর্মবু লাপ্ন ইহোকথ্রবদি সমাজগী মাওননবা মশক ওইরকই। ধর্মগী থাজবা অমসুং বিজ্ঞানগী লৌশিং অনিনা পুম্নগতা সমাজদা ফিদম্বিংঙাই ওইবা অমসুং মহৈ য়ানবা পুন্সি অমা পুরকপা ওমই।

বিজ্ঞানগা ধর্মগা তাথিনবা ওইনা উম্নিবসে ধর্মদা মিৎতাংবা কাংবুতনা উবনি। তথেংনমক যুক্তি-তর্ক, অচুম-অয়ান বাথল তৌদনা ধর্মবু মথিং উইশিন্না থাজব মীনা পুক্নিংগী চপ-চাবা অপেনবা হায়বহু ফংবা ওমদে। ধর্ম হায়বসি ঈথোয়াংবা তাইবং-পুক্নিংগী লাইজনি, বিজ্ঞান্না লাইজ অসি শেংদোকই। ধর্মগী থাজবনা বিজ্ঞানগী লৌশিংবু

মীনম-মমথাক তৌবা হৌজিকী মতম অসিদদি যাদ্রে। ধর্মগী কান্নবা, মশা-মখেং ময়াম অদো ককথৎতুনা বিজ্ঞান্না লংশেকপদা ধর্মদা মখিৎ তাঙবা কাওবুত্তনবি থম্মোয় শোক্লিবসি। ধর্মবু তশেংবা মশক থঙবা মী অমুখি মসিদা কন্নিমতা ফুংতাইতবা তৌদে, শোইনদুম হেন্না হবা ওই।

## লৈবাকনীংবা

## ( Patriotism )

লোংমদি মীওইবস্ শা-উচেক্না চীংফুং-মাফুংদা জ্ঞান তাদনা কোয়চ-চৎতুনা লৈরমী। অদুদগী ইথঙ-থঙহৌদনা লোংমা ফাওবকথি লৌশিংগ মঙাল। ফুমিৎ অদুদগী হৌথি মীওইবা জাতিগী ইতিহাস। মশাগী ফুংতাইনবা বাথলতা তৌদুনা লৈরবা মীওইববু পুনশিনবিথি মরী-মতাগী ফুংশি লিপুন্না। হৌথ্রবা মতমগী ফীজং হাইদোক্নবা ঐথোয়না যেংলবদি উগনি ঐথোয়গী মথায়-থাগনগী ইপা-ইপুশিংনা পিকথ্রু-পিকথ্রবা ক্রুপ বাইনদুনা চৎলি লৈবাক অমদগী লৈবাক অমদা হৌজিকানগী মথুম-মকৈ লৈতবা লিন জগোইশাবা কাওবুত্তা। মতম থমগী মতুংদদি লম অম-মমদা ক্রুপ অম-মমনা লেঙদনা লৈবা হৌরকথি, লেপথি মীওইবগী পোক্লকম লমদম। অদুদগী পোক্লকম লমদমগা মহাক্কা থঙহৌদনা তংনবা য়াক্নবা মরী অমা লৈবা হৌথি। ফুমিৎ অদুদগী মীওইবদা পোকথি মলৈ-বাক-নীংবগী বাথল। মীচিং অসিনা মময় ওইদুনা মক্লবাসীশিংন' থাজোকপা ওমদে য়াক্লবা ফুংশানা চাকথেক্লবা মক্লগী লমদম, চহী ছুপা উবগী মপৈনা তরং-তরং চিংশিন্নবা মেক্লগী লমদমদা মুমু-শাবা কোৱৌ-মৈশাগী মঙ্, মঙই মেক্লবাসীশিংনা। তশেংনমক পোক্লকম লমদমগা

মায়বা হুৎশাইবা লমদম অসি অতৈ কদায়দসু লৈতে। অদুনা শাস্ত্রনা লাউরি— 'জননী জন্মভূমিশ্চ স্বর্গাদপি গরিয়সী'— ইমা অমসুং ইমাটৈবক্কা স্বর্গদগীসু হেল্লি। অশেংনমক, ইরৈবাক্কীদমক শিংজিদা লীচিং অমা লৈত্রবদি সমাজ অমসুং জাতিনা হিংবা ঙমগনি হ্রা লৈতে। মরৈবাক্কীদমক থম্মোয়দা হুৎশিবা কাওত্রবা মী অদুদি মরা'ইবক থীরবা মীনি। অসিগুম্বা মীদি হিংরব-হিংরন শিরবনি।

অদুনা তাইবংমীগীদি মরৈবাকনীংবনা খাইদগী অথোইবা ধর্মনি। মরৈবাক্কা অবাবা তারবা মতমদা নত্রগা মরৈবাক্কী নীংথৌ মাঙলকদবা মতমদা মী থুদিংমক্কা মরৈবাকপু কন্নবা থবাক থাবা পাম্বোইদবনি। মমমদি ইরৈবাক্কা মীথা পোন্দুনা মনাং তৌবা ঙমত্রবদা ঐথোয়সু মীথা পোল্লবনি, তৌমিংবা তৌবা ঙম্বোইদবনি। অসিগুম্বা মওংদা জাতিগী মান-ইজ্জৎ অমত্তা লৈবা য়াদে। অদুংনি ভারতন ইংগ্রাজগী মখা পোন্দুনা লৈরিবদা ইম রৈবাক অসিগী মীনাই খোংহ্লিং থদংনবগীদমক তৌখিবা আন্দোলন কয়াদা ভারতমচা লিশিং লিশিংনা মপা-মপাগী হুইজবা থাদোক্তুনা নীংতম লানফমদা চোংশিনখিবা, দরকার তাব মতমদা চিংনদনা থবাক কাওবা থাখিবা।

হৌজিক্তি ঐথোয়গী লৈবাক অসি নীংতম্নে। তৌইগুমসুং ঐথোয়গী ইথৌদি লোইরি। লৈবাক অসি হৌজিক কাওবদা মাইকৈ অমাখদা পোথক্নুনা লৈরি। লৈবাক্কী মী অমাখনা লাইরিক-লাইগু তমগী থুদোংচাবা কংরি, অশোন-অনাশিংনা মতৌক চানা লাইয়েংবগী থুদোং চাবা ফংরি; মাইকৈ মরিদা অয়াম-থৌয়াংগী তেংথাখোলনা পূর্ণলিদ লিল্লি। অরা-অনা ময়াম অসিগী মথুংতগী কন্নবা ঐথোয়গী চাউবরা ইথৌ অসি ঐথোয়না কাউবা চুমদে। অহুগীসু মথক্তা য়ুমথংনবিবা লৈবাক থরগী অথ-মিথরেং ঐথোয়না তোয়না উত্রি। থুদোং চাব, মতমদা মথোয়না

ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা লান্দাহল্লি। চহী থরগী মমাংদা মখোয়না লান্দাহরকপগী মতীক চাবা পাউথুম ঐখোয়না পীখ্রে। চীন অমসুং পাকিস্তাননা লান্দাহরকপদা ভারতমচাশিংনা মৈরবাকীদমক অমত্তা ওইনা শেম-শাখিবদো উবদা থিরীনা ঙমথি। লৈবাক অসিগী নীংতম্বা ওন-নবগীদমক ভারতমচা পুম্নমক অমত্তা ওইনা চোংথোরকখি। কাউনখি লোন অমসুং ধর্মগী খেন্নবা কয়, কাউনখি ঐখোয় মশেলগী মচুং মচুংদা ফুংজাইনদবা কয়া। ঙসিসু চীন অমসুং পাকিস্তাননগী থমকা তোকাত্রে। অদুনা দরকার তাররকপা মতমদা ঐখোয় পুম্নমক ইমা মৈরবাকীদমক চোং-থোকদবনি, থবায় থাব পাম্নরোইদবনি। করিগুম্বা, ইমা মৈরবাক্কী মীথা পোনথখ্রবদা ঐখোয়গী হিংবগী কবিগু অর্থ লৈতে। ইমা মৈরবাক্কী মনীংতম্না লৈরগা ঐখোয়সু জাতি অমা ওইবগী চপ-চাবা মান-ইজ্জৎকা লোয়ননা হিংবা ঙমগদৌরিবনি।

মৈরবাকনীংবা হায়বসি মীওইবগী অখোইব গুণনি হায়বসি ককপা য়াদ্রবা য়াফম্লি। তৌইগুম্বসুং গুণ অসিতনা লোইরে হায়বদি হায়বা য়াদে। মৈরবাকনীংবগা লোয়ননা মীওইবগী গুণ অতৈসু চেন্দবা য়াদে। তৌদবা য়াদবা খোদাং কয়ানা থল্লব মীওইবগী পুক্নিদি। মীওইবগী মথৌ অসি য়াবগে — মশাগীদমক্তসু থন্দবা য়াদে. ইমুং-মচুংগী মকমদসু মহাক্কী তৌফম লৈরি, সমাজ মৈরবাক অমসুং মালেমগী মীওইবা পুম্নমক্কী মফমদা মহাক্কী তৌফম থোকপা কয়া লৈরি। অদুনা মৈরবাক নীংবগী গুণ চেন্না হায়দুনা অতৈ পুম্নমক অসি কাউবদি চুমদে।

খুদম ওইনা হায়রগা চহী নৌরিবা অচাং অমনা মৈরবাকী কয়ি-গুম্বা আন্দোলন অমদা য়াওননবগীদমক লাইরিক লাইগু তম্বা থাদোক্রবদি মচু থল্লনিংঙাই য়াফম অমা ওইরকই। মরমদি মহাক্না মই-মশিং তম্বদো

যক্লা তোকখোক্তনা মপুং ফানা তম্বা লোইরগা লৈবাক্কী রাজনৈতিক চত্রবা খোঙদাম্রবদি মহাক্লা অমুক হেন্না মরেবাকী সেবা তৌবা ঙমগনি। মহাত্মা গান্ধী, জবাহরলাল নেহরু, নেতাজী সুভাষচন্দ্র অমসুং ভারতকী অতৈ অখোইবা মচাশিংনা ফুনদা লৈরিবৈঙদা লাইরিক তম্বা তাকখোক্লম্রবদি,— মখোমনা মরেবাকপু কনা সুংশিন্নরম্ব অচৌবা খোদাং থোবা ঙম্লমোই।

মখক্তম্ব হায়রে, মী ওইনা পোক্লবদি ইমুং-মসুংগী মকমদম্ব তোকই খোকপা মখো লৈরি। থুদম ওইনা হায়রগা অহন ওইরবা মপা-মমাগী অমত্তা পোকচবা মচানা মম-মপাবু কাউহনা সুমিৎ-চুপ্পা 'বন্দে মাতরম' লাউহনা লমজাউদা শোভাযাত্রা যাওহনা লৈখোকখ্রবদি অরাবনি। মচাগী লাইরিক-লাইশু হক্কদবদা মরন মথুম পূরমক লংলেকখ্রবা মমা-মপাবু মরেবাকনীংবা মচা অহনা মখোয়ম্ব মরাইবক্লা তম্বা লৈজগনি হায়হনা খন্দোক্লবদি মহাকপু কনানম্ব থাগৎলোই। তশেংবমকম্ব, মমা-মপাবু সুংশিনবা মচা অহনা কৈদৌঙৈদম্ব মরেবাকপু সুংশিবা ঙম্লোই।

অশিতম্ব নত্তনা মালেমগী মীওইবা পূমনকী মকমদম্ব মী অমগী তোকমখোকপা খোদাং লৈরি। জাতি, ধর্ম, লোন, কুচু অমসুং লৈবাক খায়দনা মী পূমনমকপু ঐখোয়না সেবা তৌফম থোকই। মতাং অসিদা মরেবাকনীংবা অমসুং মালেমপুম্বু নীংবগী বাফম লাক্লে। "লালম্ব চুমম্ব ইরেবাক," হায়বা খোল্লাও অসি হৌজিকী মতমদা থোইনা থাগৎ-নরক্লে, মরমদি মসিনা পৃথিবীদা লানগী মরম ওইরক্লি। অহনা হৌজিকী বাখলদি— মরেবাক সুংশিবগা লোয়ননা পৃথিবী পুম্বুম্ব সুংশিগদবনি। তশেংবম্ব, মরেবাক সুংশিরবদি মীরেবাকপু তাবীগদবনি হায়বগী বা লৈতে। 'ঐখোয়ম্ব হিংসি, অতৈম্ব হিংসম্ব' হায়বা বাখলতনা পৃথিবীদা

হুংঙাইবা অমসুং শান্তি পুরকপা ঙমগদৌরিবনি। মরৈবাক নীংবর পৃথিবীগী শান্তি থুগাইনবা মরম ওইরবদি মহু কৈদৌঙৈদসু অশেংবা মরৈবাকনীংবা নত্তে।

হৌজিক্কাললী মতমদা মী অমাখনা মরৈবাকনীংবা হায়বদিসু মায় বাংবা থাজখৎলগা পুজিরী ফৌদাং অতৈবু থোইনা মরম নৈজনা খরি নহাবোল অমাখনা মশাকী ইমুং-মচুং অহুসু মরৈবাকী শরুক অমানি অমসুং মখোয়না চাওখৎলগা মরৈবাক অহুসু চাওখৎকদৌরিবনি হায়বসি কাউ-থোকই। মরম চুমদনা মরৈবাকনীংবা শাবদগী মী কায়াগী পুক্নিদা অরাব থুমোংথীবা কয়া নংথি অমসুং নংনি। মসি হায় হায়দুনা মরৈবাকনীংবা হায়বদিসু হন্দুনা থনবদি নত্তে। মরৈবাকনীংবা হায়বসি মীওইবগী থাইদগী অথোইবা গুণনি, মসিগা লোয়ননা মীওইবগী গুণ অতৈ অহুসু চেনগ হবনি।

# দেশপ্রেম অমসুং বিশ্বপ্রেম

## ( Nationalism and Internationalism )

জীব খুদিংমক মশা মশাগী অবা-হুংঙাইগী বাখল থাদোকপ ঙমদে। তৌইওবসুং মীওইবগা জীব অতৈগা খেন্নবদি দৈ। মীওইবনা মশাগী অবা-হুংঙাইগী বাখল তৌবগা লোয়ননা মী অতৈগী বাখলসু থনি। অহুন মী অরিবা শোরুগা পুন্সি চুপা মশাগী অবা-হুংঙাইতা হন্দুনা লেনবা মী অহুদি শা-উচেকা অক্কানি। সমুদ্র-ঈরাখৎকা তাউবা কোঙ্গোয়া ফনা চাউবা কাবখৎতুনসু তাইহাক্কং লৈরমগা তাকখিবগুম কন-থুম লৈরে হায়দুনা নাপন-কাবা মী অহুগী নাপন অহুসু কুইরমদনা কায়খিগনি।

মইরেবাক অমসুং মালেমগী মরী লৈনদবা মী অহুম লাইঙ্গ উপাকথক্কী কোক্লোলগুমনি। মীওইবগী পুন্সিদা পামই, থওদবসু থওবা, অতোপ্পসু মংশাগী ওইনা কোনশিনব। শকথওদব পৃথিবী অসিদা পোক্লকপগা অওাংনা অশানবদা ফংই মমা-মপাগী থস্মোয় লকানুংগী নুংশিবা, মথংদা মচিম্মনাও অমসুং যুম্মোন-কৈথোঙ্গবগী। মমা মপা অমসুং মরী-মতাশিংনা মহাকপু য়েংহুনা শাগংলি মঙলানগী ফুর, মহাক্কী পোক্লকম লমদম্না মাচোন্দা খুদোল তে'রৈ মগৌশাগী শংবানব অমসুং তগৎ-তগৎ তেকপা ফজবা নীংথিবা কন্নাগা লোয়ননা হন্নাও-তন্নাখা কন্না। চহী য়ামথং-লকপা অমসুং লৌশিং হেক্কংলকপগা লোয়ননা মংাক্ল, ফংই মরৈবাক্কী আশীর্ব্বাদ। অহুনা মরৈবাক্কী ভম্পাক্তা অমসুং মীয়ামগী থস্মোয়দা মশাসু কথোকপদ মীওই-মপোক্কী অথোইবা ধর্মনি। "ঐবু অসুক নুংশিখিন্নিবা ঐগীদমক অসুক য়াম্না তৌখিন্নিবা ইরৈবাক অমসুং ইরৈবাকমচাশিংগীদমক থরায় অসি কথোকপ ভম্নবাদ তাইবং মপোক অাস মৈই য়াল্লে"— অহুম হায়না থল্লি মরৈবাকনীংবা মীথোই-মীচেনশিংনা।

মসিননি মশাগী ওইজবনা চৌংজাওগুম থংলবসু মরৈবাকনীংবগী ঈচাওনা নমথায়হুনা তাউথখিব্রা। মরৈবাক্কীদমক থরায় থাবা ভম্বা মী অহুগী পুন্সিদ অশোয়বা নত্রগা অমকপা লৈরবসু পুন্নমক চামথোক্তুনা শেংলবনি।

ঐথোয়গী পুন্সি অসি ইরৈবাক্কী মী পুন্নমক্কী অরা-নুংঙাইগা লোয়ন-হুনা লৈরিবনি। মী খুদিংমক্কী পুন্সিদা মথোবুংদি মহাক্কী মরৈবাকনি। মরৈবাকপু নুংশিরবদি মশাবুসু নুংশিরবনি। মশাগী ইজ্জৎ থওবা মীনা মশাগী ইজ্জৎ ঙাক্লনবা মহাক্কী লৈজবা পুথা, দরকার তাযগা মথবায় কাওবা থাদোকপা ভমই। মশাগী ইজ্জৎ থওবা মী অহুদি মরৈবাক্কী ইজ্জৎ

থোক্কই। অতূনা মরৈবাক্কী ইচ্ছং ঙাক্লনবগীদমক অসিগুম্বা মীনা পুম্নমক থাদোকপা ওমই। দেশপ্রেমনা অসিগুম্বা মীগী থবাম্নি।

মীশা পোনবা লৈবাক্কা লৈফোইদবসু মনাইং মথা তৌনা সুংঙাইবা ওমদে, লৈবাক অতূনা খুত্থম চল্লবিবা মীরৈবাক্কী ওইজবতনি ঙাক্লিবা। অতূনা অসিগুম লৈবাক্কী অসুম্বা ওইবা লাইনীংদি মরৈবাক নীংবনি। মীওইবা খুদিংদা বিধিনা পীনবকপা মতৌক মশুং অমু মপুং ফাবা শাং-কাইদনবনি সভ্যতাগী পন্থুংদি। তৌইগুমসুং খুদোং চাবা ফিভম অমা লৈত্রবদি অসিগুম্বা মতৌক-মশুং অসি শাংকাইবা ওমদে। অতূনা অসি-গুম্বা ফিভম অসি সেমগৎনবগীদমক্তনি দেশপ্রেমিকশিংনা থবাম কপ্থোক্লিবা মরৈবাকনীংবা মী ওমগী মকমদদি মমাক্কী লৈবাক তদো লৈফোন অমনি। লৈফোন্দা লৈম্বাং চিবিক্লা শাংকায়রগা মমামগী পূক্লিং শুক্কৎলি, লৈনম্না থম্মোয় মম্বাং চৌহল্লি; মসি উবদা মালৈনা পূক্লিং পেন্না হন্নাওই। লৈফোনদা ফনা অক্লাংপা অশোয়বা ফনা লৈরবসু মালৈনা পূক্লিং হন্নবা তৌদে, অপনবা কন্নামুক্না লাক্হৎনহন্না লৈত্রক চৎপা লৈবাক্তা সেম-গৎনকই হন্দক কানন। দেশপ্রেমিকনা মালৈগুম্না সেমগৎনিংই জগৎ-সভাদা মরৈবাক্কীদমক ফিংচৎকী অমন। তৌইগুমসুং মরৈবাকতমক সুংশিবা মীরৈবাকপুদি সুংশিদব অতুগুম্না মরৈবাক মনাইং অতূদি মশাতগী নত্তনা মালেমপুম্বগী মাঙন-তাক্লবগী মশক্তি। মতুগী প্রমান ফংথে ঐথোয়না নাজী-জার্মানী, ফেসিষ্ট ইটালী অমদি জাপানগী শেম্নবা মওংদা নীংবা মরৈবাক মনাইংদা। মথোয়না অসিগুম্বা লাম্লাও থোকহন্দুনা মথোয়তা নত্তনা পৃথিবীপুম্বা মাঙ-তাকহনখিবদো কনাম্ন কাউনম্রি। মম্নম অতূনা ইরৈবাক সুংশিবা হায়বসি তাইবং-মালেমবু সুংশিবগী শক্তক অমা ওই-হনগদবনি। ইজাতিবু সুংশিন্নিবা অতুম হায়না অতোপ্প জাতি অতৈবুম সুংশিগদবনি।

সভ্যতানা চাওখৎলকপগা লোয়ননা ঙসিদি পৃথিবী অসি পিকথ্রবা লৈলাগী কথাক অমা ওইশিল্লক্লে। মকম অসিদা অমুবা, অঙৌবা কুহু কয়াগী মীওই কয়ানা লৈলা শাগদি। ঙসি তিন্নরিবসি নোংপোক-নোং চুপ্প হিল্লবা নত্রে, মাইকৈ তর তিন্নখরে। অহুবু অবাবদি পৃথিবীগী মহাদেশ অসিদা মশা মশাগী ওইজ-ওইথক য়েংনরকপদগী থৎন-থংননা পৃথিবী শিনব থুংনা তৌবা লাক্লাও অনি থাকখরে। শেয়ান্নবা লৈবাক-লৈবাকশিংবগী মরাইদা লৈবাক কথা উজার শাথরে, মীনা পুমজাং তাংনা চেন-খরে। লৈন-শুনব অমা পেক লেপ্পগ লৈবাক লৈবাকী নেতাশিংনা তিনৈ, রা তাইনা শান্তিগী যুক্ষম শাগৎনব। অহুবু ঙমক্রি, লেঙদবা যুক্ষম অমা শাবাদি। পৃথিবীপুম্বু নুংশিবতনা আসিঙবা লেঙত্রবা শান্তিগী যুক্ষম শাগৎপা চুমগদোরিব.ন তৌইগুবমুং অহুগুবা নুংশিবগী মতাম ঙসি পুংবা উত্ত্রি। অদুনা য়াম্না তোয়না উবা কংই, মনুং-মনুংদা য়েংথীনবা অমগুং মরাং হোবা। পৃথিবীগী লৈবাক পুন্নমকী পণ্ডিত-দার্শনিকশিংনা যুগ যুগতগী লাউরক্ল— মালেম পুম্বগী মীওইবা পুন্নমক ইমুং অমগী মচানি, চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবতনা মীওইবগী মাইকবা ওইগদৌরিবনি। পুন্দি অমত্তং অয়েথা তাবেদা পৃথিবী পুম্বগী অমাত্তবনি। লৈকোনগী লৈরাং অমত্তংনা মতম চাদনা কেমখিবদা লৈকোন অদুগী ফজবা হন্থরিবনি। অদুনা লাক্তদৌরিবা মতমগী সভ্যতানা পামই— পুন্সি থুদিংমক তগৎ তগৎ তেক্লা লৈক হন্ন শাৎপা, পৃথিবীগী লন-থুমগী পুকৈদা মীওইবা থুদিংমকী চপ-মান্নবা অধিকার লৈবা।

মীশিংনা নোংমা নোংমগী হেন্নৎলক্লিবা পৃথিবী অসিদা মীওইবনা হিংবা তারবদি অচুম্ব অমমুং নুংশিবগী যুক্ষম চেৎনা থোনদবা মাক্রবনি। অদুনা তাইবং পুম্বু নুংশিবা পুকচেল অমা চেন্দবা মায়কত্রে। অসিগুবা পুকচেল অসি চেন্নবতদা জাতি অমগা জাতি অমগা, দেশ অমগা দেশ অমগা

য়েংথী-তাথীনরিবা অসি মওঙম্না মাঙথিগদৌরিবনি। অদু ওইরবতন অমনা অমবু মী ওইনা হুংশিগনি, মী ওইনা থাজগনি।

'মশাবু হুংশিবদগী মজাতিবু হুংশিবনা হেন্নি, অদুগা মজাতি হুং-শিবদগী তাইবংপূম্বু হুংশিবনা য়াম্না হেন্নি।' বাফম অসি লেঙত্রবা সত্যনি। সত্য অসি বাথলগী থাক্তগী লানথংতুনা খন্নোয়না চপ-চানা লৌশিনবা ওমা হুমিত্তা মীওইবা জাতিগী অরাবা পূমকোক কোকদৌ-রিবনি। মরমদি তাইবংপূম্বু হুংশিবতনা মজাতি হুংশিবগী অথুবা মীথয়েং অদু পাকথোকহনবা ঙমই। মীওইববু হুংশিবগী য়ুম্ফমদা মালেম অসিবু অমুক নৌনা শেমগৎপা ঙম্নবদা লৈবাক অমত্তা খুংসু-খুংলাং পায়হনা অহিঙ য়ারেক্তুনা লৈবগী দরকার তারোই। বিজ্ঞানগী খুদোম খুদিংমক লৈবাক অমগী ঙমখৈ মসুংদা ওমচাক্লনা লৈবগী মহুত্তা মফম খুদিং থুংনা মাইক-হুংঙাইগী মৈরা ওইগনি। অদুনা য়ুমলোন-কৈরোম্নবা, ইরৈবাকমচাবু অমসুং মীওইবা খুদিংমকপু ঐগীনি হায়না লোনজিনবা ঙম্নবা, অদুদত্তা অথিংবা লৈতনা চেনগনি প্রেম মন্দাকিনীগী ঈচেল, অদুদত্তা লৈগনি লৈজেক চৎলবা মালেমদা স্বর্গগী হুংঙাইবা।

## চন্দ্রংদা (নত্রগা থাদা) পাইবা

## ( Conquest of the space or the moon )

য়ুগ য়ুগ খুদিংদা কবি অমসুং ভাবুকশিংগী বাংলনা মপান লাইত্রবা ঈপাক পাংহনা চংলি— অরাপ্পদগী খোংলকপা ঈথোরাংবা বাশীনা মথোয়বু খুংলাম তোয়না কৌরি। কবিগী কল্পনানা অরাপ্পবু নকশিহল্লি, তৌই-ঙমসুং অরাপ্পগী মকথদা থম্মোয়গী পাউজেল নত্তনা অতৈ কবিঙখা অমত্তা

থাবা ঙমদ্রি। বৈজ্ঞানিকশু অয়াপ্লদগী ঈথোয়াংই, মহাকশু অনৌ-অনৌবা যন্ত্র কয়া পুথোক্তুনা মহুগী মতেংনা অয়াপ্লগা ময়ী থবা ঙম্নবা অতংপা লৈতনা হোৎনরি।

ভারতকী বৈদিক যুগকী অথঙ-অহৈ, পণ্ডিত অমসুং বিজ্ঞানিকশিংনা থ-থবানমিচাক অমসুং অতৈ গ্রহশিংগী অঙকপা বারী ঐথোয়দা থঙ-হল্লগী। সভ্যতাগী মপোক হুমিৎতগী হৌহুনা ঙসি ফাওবদা পৃথিবীগী বিজ্ঞানীশিংনা অতিয়াগী অঙকপ কয়া থঙনবা লাক্লবদা পোথাবা লৈদ্রি। মথোয়না তৎতনা হোৎনবা অমসুং থিজিনবদগী অঙকপা কয়া হৌজিক্তি অঙকপা ওইনা থোক্লে, ওইথোক্তবনি হায়না থম্লবা কয়াসু ওইথোকপা য়াবগী মওংদা লাক্লে। লৈমায়থক্তা লৈবা অনৌ-অনৌবা লৈবাক কয়া পুথোকপা লোইশিন্নকপগা লোয়ননা নোংথকী মমদা থোঙ-দাবগী অনৌ-অনৌবা আশাগী মঙাল ফাওরক্লে। মীওইবগী কুইনা লৈরক্লবা নোংথক্তা পাইনীংবগী বাথল অদো এরোপ্লেন শাবগা লোয়ননা থুংলে। তৌইওবসুং এরোপ্লেনদ তোংহুনা নোংথক্তা মাইল তরা-তরা-নিথোই বাংনা পাথৎলগ থ-থবানমিচাক য়ৌবদি য়াবদি নত্তে। অহুনা ঙমথৈ লৈতনা বাংখ্রবা গ্রহ-উপগ্রহগী মমদমদা য়ৌনীংবগী বাথল অহুমদি অহুম থুংদনা লৈরক্লে।

মাধ্যাকর্ষণ ( Gravitation ) শক্তিনা পোৎশক পুম্নমকপু পৃথিবীনা চিংশিল্লি। মীচিং অসি ঙাকথোকপা ঙম্লবা অতুদতা নোংথক্তা পাইবা য়াম্রিবনি। অহুনা বৈজ্ঞানিকশিংনা মাধ্যাকর্ষণ শক্তি অসি ঙাকথোকপা ঙমলবা রোকেট শাবা হৌরকখি। চহী নিশিংমুক মমাংদা চীন লৈবাক্তা ইহান-হান্না রোকেট শাখি, তৌইওবসুং মহুনা বৈজ্ঞানিকশিংগী থিজিন-থোমজিনবদা থোইনা কান্নবা অমদি ওইথিদে। ঙসেংনা হায়রবদা রোকেট শাবগী মরমদ ফজনা থুনাং চাওশিনবা অসিদি অনিঙবা লাক্লাওগী

মতমদনি। হৌজিক্কি বৈজ্ঞানিকশিংনা কাপথংলিবা রোকেটকী মহায় চুথা কক্কনা ওয়ে অমসুং অশোয়-অণ্ডায় য়াওদনা অথয়বা লম্বী অমদা চংহল্লনবা ওয়ে। রোকেট শাবদা অসুক কক্কনা খুমাং চাওশিল্লকপা উবদগীদি বৈজ্ঞানিকশিংনা মসিগী মতেংনা খুৎশেমগী থা শুক্রংদা থাগৎনবা হাথল থনবা হৌরকই।

মপান নাইদবা শুক্রংদা কন্নি লৈরিবা কন্নি থোদোক থোক্লিবা হাং-বদু থঙনীংবনা মীওইবা ঙাইওম্লঙ্গরে। অহুম পৃথিবীগী ইনাক-খুল্লবা লৈবাক আমেরিকানা শুক্রংদা রোকেট অমসুং খুৎশেমগী থা থাগৎপগী থৌরাং তৌরি হায়বসি ইগান-তান্না লাউথোরকই। তৌইগুমসুং আমে-রিকানা লাউথোকখিবা অদু থবক ওইনা পাঙথোকত্রিঙৈগী মমাংদা রাশি-য়াগী বিজ্ঞানিকশিংনা ইং ১৯৫৭ কী ওক্টোবর থাদা শুক্রংদা খুৎশেমগী থা (স্পুটনিক-অহানবা) থাগৎতুনা পৃথিবীবু ঙকহনখি। খুৎশেমগী থা অসি রোকেটকী মতোন্দা থন্নগা কাপথংখি। স্পুটনিক-অহানবা অসি থাগৎ-খিবা মতুং ইন্না রাংকম থোকপা অদু কাওবা পাইথংলগা পুংদা মাইল লিশিং তরানিপাল রাংনা পৃথিবীগী অকোয়বদা থা অসি চুপ্পা কোয়না পাইহুনা লৈরম্মী।

অহুম তৌনা রাশিয়ানা নোংমদোনথক্তা পাইবগী থবক অসি হৌদোকখি। স্পুটনিক-অহানবা থাগৎপগী থা-মুক মতুংদা রাশিয়ানা অমুক্কা হেন্না চাওথংলবা খুৎশেমগী থা (স্পুটনিক-অনিশুবা) থাগৎখি। হন্দকী অসিনা অমুক হেন্না পৃথিবীগী ঙকোংঙাই ওইখি। হন্দকী অসিদি মাইল ৯৪০ রাংনা পাইথংখি। অদুগীসু মথক্তা অহিংবা হুই অমা (মমিং লাইকা) মসিগা লোয়ননা শুক্রং পাইবা য়াওখি। থা মরিদোম চুপ্পা খুৎশেমগী থা অসি পৃথিবীগী মাইকৈ মরিদা কোয়হুনা লৈরম্মী।

১৯৫৮ ইংদা আমেরিকাহ রাশিয়াগী থোঙচৎ অসিদা য়াওরকই। চহী অসিগী ফেব্রুয়ারী থাদা আমেরিকানা 'অলূফা' কৌবা খুৎশেম্মগী থা অমা অহানব ওইনা শুগ্র দ থাগৎখি। মসি রাশিয়াগী স্পুটনিকতগী শিকই। চহী অসিগী মে থাদা রাশিয়ানা হায়রদগী হেন্না চাউবা স্পুটনিক অহুমশুব হায়রদগী য়াম্না হেন্না য়াংনা থাগৎখি। রাশিয়ানা খুৎশেমগী থা শাবা অমসুং থাগৎপদা অনুক য়াম্না খুমাং চাওশিল্লবসিগী মরমদি লৈবাক অসিদ বিজ্ঞানগী হায়নীংঙাই লৈতনা চাংথৎপা, বিজ্ঞানীশিংবু খুদোং চাবা ক য়ুক পীবা অমসুং বিজ্ঞানীশিংগী মথক্তা য়াকনীংচিগী অথা মিৎয়েং লৈতবা অসিনি।

রাশিয়া অমসুং আমেরিকানা অশাব গ্রহ কয়া থাগৎলিবসি চুম শুদ্রংদা য়াম্না য়াংনা, লাপ্পা অমসুং য়াঙনা পাইবা ওয়ে হায়বসি উৎননবা নত্তে। থাগৎলিবা খুদিংমক অসিগী উদেশ্যদি— অহাংবা শুন্দ্রংদা মী চৎলুবা য়াগত্রা, মফম অহুদা বিজ্ঞানগী করি করি কায়গদবা পোৎথক লৈ রব, গ্রহ-উপগ্রহশিংদা জীব লৈবরা অমসুং মথোয়গী মওং-মতৌনা কয়ম তৌরিবা হায়বনচিংবা খঙননবনি।

ইং ১৯৫৯ গী সেপ্তেম্বর থাদা রাশিয়ানা লুনিক অনিশুবা কৌবা অময়ুক লৈবাক অসিগী ফীরাল পুহনা থা পাংনা থাগৎখি। ফীরাল অদো থাগী মমায়মক য়ৌখি। অহাংবা শুদ্রংদা পাইবগী ইতিহাসতা ভাইবংমীনা শাবা পোৎনা অত্তোপ্পা উপগ্রহ, থাগী লৈমায় য়ৌবসি মসিনা অহানবনি। মসিৎ অসিদগী থাগা পৃথিবীগা খুৎশম্নবা হৌরে হায়বা য়াবে। পৃথিবীগী লৈবাক ময়ামগী বিজ্ঞানীশিংনা বিজ্ঞানগী যন্ত্রগী মতেংনা অশাবা থা অসিগী থোঙচৎ য়াম্না থরায় য়াওনা য়েংখি অমসুং লৈনখি। লুনিক অসিনা থাদগী লোয়কপা কোটো কয়ামুক্তগী বিজ্ঞানীশিংনা থাগী মমায় অসি কয়ম তৌবা অমসুং মসিদা করি করি লৈরবা য়াবা হায়বসিগী

মরমদা কনা মায়া থঙবা ঙমখি। তৌইঙবসু লুনিক অসিনা লৈমায় অমথক্কী কোটো লৌরকপা ঙমখি। থাগী মতোম্না লৈমায় অহুম্ থঙবা ঙমনবা চহী অসিমক্তদা রাশিয়ানা রোকেট অমা থাগৎতুনা থাগী অকোয়-বদা কোয়হনখি। মসিনা টেলিভিশনগী মতেংনা থাগী নাকন অনিমক্কী কোটো থাযকখি।

মতম থরগী মতুংদা রাশিয়ানা শুক্রংদা পাইবগী মী য়াওনবা থৌরাং তৌবা হৌরকখি। শুক্রং হায়রিবসি পুমথাং হাঙবা মফমনি, পৃথিবীগী অকোয়বদা লৈরিবা হুংশিং অসি মফম অহুদা লৈতে, হুংশিংকী কুয়োম বাংমা লানথ্রবা মফমনি। হুংশিংতা নত্তনা মফম অহুদা পৃথিবীগী চিং-শিনবগী পাঙ্কলহ্ ( মাধ্যাকর্ষণ ) লৈত্রবনি। অহুনা মফম অহুদা মীনা য়োবা হায়বসি য়ায়া লুনা খোক্লম্মী। অহুবু রাশিয়ানা ওইথোক্তবা ৎবও অসি পাংথোকখি। ১৯৬১ ইংদা ভোষ্টোক কৌবা শুক্রংদা পাইননবা জাহাজ ( space ship ) অমদা মেজোর য়ুরী গাগারিন কৌবা পাইলোট অমা তোংহন্দুনা রাশিয়ানা শুক্রংদা পাইহনখি। গাগারিনা পৃথিবীদগী মাইল ১৮৬ লোমদগী হেয়া পাইহ্নুনা অক্কম-অয়াং লৈতবা অহাংবা মফম অহুদা পুং ১ গা মিনিট ৪৮ গী মতুংদা পৃথিবী অসি কোয়না পায়ক্লগা শোয়দ-ঙামদনা হল্লকখি। মসিগী মতুংদা আমেরিকাসু শুক্রংদা মী থাগৎলুরে। রাশিয়াসু তোকপা লৈত্রি।

জুলাই ১৬, ১৯৬৯, হুমিং অসি মীওইবগী ইতিহাসতা কাউররোইদবা হুমিং অমনি। হুমিং অসিদা থাগী লৈমায়দা মীওইবনা ইথান-হান্না খোঙদাবা ঙমখি। আমেরিকাগী এপোলো-১১ দা পাইহ্নুনা নীল আর্ম-ষ্ট্রোং অমসুং এড্রুইন অলড্রিন অনিনা নীংশিংনীংঙাই ওইরবা থোদোক অসি পাঙথোকখি। মথোমগী মতুংদসু রাশিয়া অমসুং আমেরিকা অনিনা থীরম অসিদা অতৎপা লৈতবা থৌরম কয়া চথরি।

হৌজিক কাওবা অসিদা থাদগী লৌরকপা কোটো অমসুং পুরকপা পোৎচৈগী মতেংনা থাগী মরমদা বিজ্ঞানীশিংনা বা কয়ামুক থগুবা ওয়ে। 'থার্মোমেন্ট' কৌবা যন্ত্রগী মতেংনা থাগী কয়বা মফমদা অয়িং-অশা কয়ম তৌবগে হায়বা খঙলে। টেলিভিশন অমসুং অতৈ অতৈ যন্ত্রগী মতেংনা মতুংদা অতৈসু খঙবা ঙমথিগনি। থায়নদি থা অসিবু অশিবা উপগ্রহ অমা ওইনা থম্নরম্বী, বৌজিক্তি মতু লাল্লে হায়বা প্রমাণ ফংলে। থাদা অহিংব মৈগী চৌং (volcano) লৈরি। অচুবু থবায় পানবা জীবদি লৈতে।

রাশিয়া অমসুং আমেরিকাগী বিজ্ঞানীশিংনা গ্রহ অমদগী গ্রহ অমদা চৎপা মানবগী খোয়াং কন্না পায়খৎলকপদগী মীওইবগী থায়নগী কল্পনা অচু অওইবা ওইহল্লক্লে। থাদতা নত্তনা মীওইবনা অতৈ গ্রহ-উপগ্রহ কয়াদসু চৎপা ঙমগী আশা উরে। করানা খঙগনি, চুমিং-থা ফবা মতম অমদা শকথঙভ্রিবা জগৎ অসিগা ঐখোয়না লৈরিবা জগৎ অসিগা মরূপ শান্ন-হনা লৈমিন্নরকপসু।

## থরতং হৈবা মহৈদি থুদোং থীনিংঙাইনি

## *( A little learning is a dangerous thing )*

তেংথানবা অসিদা ঐখোয়না হিংলিবমথৈ ঐখোয়গী ইহৈ তবগী লোইবা নাইদে। মরমদি সংসার অসিদা জ্ঞানদগী হেন্না ঐখোয়গী তেংবাং ওইবসি অতৈ লৈতে। ঐখোয়না ইহৈ তম্লিবসি জ্ঞান তাম্লিবনি। জ্ঞান হায়বসিদি মপান নাইদে। অচুনা মীওইবগী তেনথুবা পুন্সি অসিদা হৌরম থুদিংমক্কী জ্ঞান তানশিনবা হায়বসি ওইখোক্কে। মীওইবনা ওয়বদা

অথম্নবা হীরম খরতংগী নরমদা জ্ঞান তাশিনবা কাওবদি ঙমই। তৌই-ঙবস্থুং খক্তগে হায়না তাল্লিবা হীরম অতুগী মরমদি মপুং ফানা খঙনবা তৌবা ঙাই। খরতং খঙলগা তোকখোক্লবদি মহু খঙদবগা অজ্ঞান।

মখক্তা পীরিবা পাউরৌ অসিগী অর্থদি অসিনি— নীংথিনা খঙবা হায়বসিনা থুদোং থীবগী মরম ওইবা য়াই। পাউরৌ অমগন্থ লৈরি-বহুনি— "চক্ষু অহাংবদি মখোন খোকপা হেল্লি।" মীওইবা হায়বসিনা মশাবু উৎপা য়াম্না পামই। মসি লাইরিক লাইশু খরতং হৈবাশংনা য়াম্না তৌগল্লি। মখোয়না করিগুম্বা মহৈ অম খজিত্তং হৈক্রবগা মমামদা অথঙ-অহৈ শাই, মীবু থাজহন্নবা বাজাও য়াম্না ঙাংই। মখোয়না ঙাংলিবদো শোয়রবস্থ অচুম্বা শাননব ডক য়াম্না কন্না তৌই। অসিগুম্ব মীনা কৈদৌঙৈদস্থ সমাজগী ফনবা তৌবা ঙমদে, মহুগী মহুৎতা মখোয়গী থৌশিনদগী সমাজবু মাংহনবা য়াই। মখোয় অসিদি তশেংনা নোক্লনিং-ঙাই মশক্লি। তৌইঙবস্থুং লাইরিক লাইশু নীংথিনা হৈবা, মহৈনা মপুং ফাববা মী অহুদি কৈদৌঙৈদস্থ বাজাও ঙাংদে; তূমিন্না চিং-লেম্না লৈ। অসিগুম্বা মীদি য়াম্না নোঙ্কুক্লা চৎলি, বা ঙাংবদা ব্যবহার য়াওনা ঙাংই সমাজগী লৈত্তেং ওইবতা নত্তনা মহাক্তি মী থুদিংমকী ফিদম্নি। অহুন পাউরৌ অসিগী পাউতাক্তি অসিনি— সমাজগী নুঙাই য়াইফনবগীদমক ত্রথোয়না মপুং ফানা হৈহৈ তমগদবনি, করিগুম্বা মহৈ অমা তমদা মপুং ফানা তমত্রবদি সমাজগী অমাঙবনি।

মহৈ অমত্তা হৈতবা হায়বসি অফব নত্তে। মরমদি, থুদম ওইনা লাইরিক-লাইশু হৈতবা মীনা জ্ঞানগী মঙাল ফংব ঙমদে। তৌইঙবস্থ' খরতং হৈরগা তোক্তদগী শক্কপুদি হ্নকহৈ হৈতবনা হেন্না ফৈ। খরতং হৈবা হায়বসিনা হৈহৈ-হৈত্তবদগী হেন্না থুদোং থীনিংঙাই লৈ। মরমদি খরতং হৈবা মীনা বাজাও য়াম্না ঙাংই, নাপন তৌই, অথঙবা শাই।

নাপন তৌবা মীনা কৈদৌউদঙ্ জ্ঞান তানবা ঙম্বা হৌনদে। অপঙবা ম'ত্তনা নাপন তৌবনি। মসিগী প্রমাণদি— ঈশিং অথেনবদা লৈবা ঙা মচানা ক্রং ক্রং শংচোংতা চোংবনি, তৌইগুম্বনুং ঈশিং অরুবদা লৈবা ঙা কচোবনা তোং-ফনবা তৌদনা থোইনা মোং হাদনা চৎপনি। জ্ঞানগী ঈপাক হায়বসি মপান নাইদে। অহুনা জ্ঞান তাবা মীনা জ্ঞানগী পাক্নবা ঈপাক অদো উবা ঙম্বনিনা মহাক্না থঙলিবদো শরুক থজিত্তংনি হায়বা থঙহুনা নোল্লুক্না চৎলি।

জ্ঞান হায়বসি মীওই-পুন্সিগী পাঙ্গলনি। তৌইগুম্বনুং জ্ঞান অসিনা ত্রৈথোয়গী পাঙল ওইবা তাবদি য়াম্না মরীক চুম্বা তাই, মরেক শেংবা তাই। করিগুম্বা পোৎশক অমা নত্রগা মহৈ অমা নীংথিনা থঙদবা মীনা ফনা থরায় য়াওনমু হোৎনরসনু মহুনা অফবা ওইবগী মহুৎতা কত্তবা ওইগনি। এরোপ্লেন থোবা নীংথিনা হৈত্তবা মুপা অমনা এরোপ্লেন থোরবদি তোংলিবা মী ময়াম অমত্তং প্লেন অহুগী করি ওইফম থোকপগে হায়বদু পামজ্রবসু য়ারে। করিগুম্বা মেশিন অমা করম হায়না চানাইবগে হায়বদু হাইক্ষেৎতং থঙবা মীনা ময়ামদা উৎনিংহুনা চানাইক্নরবদি মেশিন অদুমু তেকনি, মশামু থরায় মাঙগনি। হিদাক য়োনবা মুপা অমনা ডাক্তর শাক্নরবদি অনাবা অহুগী করি দশা ওইফম থোকপগে হায়বদু মচাম্না হেম্না থঙনরিবনি। পেনিসিলিন য়াওবা হিদাক হায়বসি য়াম্না অফবনি হায় হায়হুনা লাইনা পুম্নমক্না শীজিন্নবদগী অনাবনা কপৎলক-পদি লায়রহুনা মথন মথনগী লাইনা পোক্লিবসিনি। হিদাক য়োনবা মীনা ডাক্তর শাবদগী অনাবা কয়া হাৎলি। অনাবনা শিরিবসি হিদাক য়োনবা অহুনা হিদাকী ময়মদা থরতং থঙলুবদগী অথঙবা শাক্নহুনা তৌরিবনি। হিদাকী ময়মদা মহাক্না করিমত্তা থঙনমন্নবদি মহাক্না অনাবদু মুকয়েং য়েংলম্মোইদবনি। অহুগা লাইয়েংবগী ময়মদা মপুং ফানা থঙলবা

ডাক্তর অমনা য়েংলম্লবদি অনাবদো শিরমদবসু য়াম্লিবনি। অসিদনি খরতং হৈবনা খুদোং থীনিংঙাই ওইরিবসি।

মচৈ খরতং হৈবা মীনা মী অতোপ্পনা হায়রিবদো খঙননবা তোদে খঙনবসু থক য়ানিংদে। অতুনা করিগুম্বা বাকম অমা হেক খল্লবগা অচুম-অরান নৈনবগী মতুংতা মশাকী মশাগী মোত অদো নমহুনা ওই ননবা নত্রগা অচুবনি হায়দুনবা তোই। বাকম খুদিংমক নাকন অনিদগী নৈনবা য়াই হায়বসি মহাক্না কাউথোকই অমহুং নাকন অনিনা নৈনরগা অচুবা নত্রগা অকবদো শোয়রকনি হায়বসি মহাক্না খঙদে।

জ্ঞান থোইনা তাম্রিবা মী অতুদি অপঙ অহৈ অমহুং পণ্ডিতশিংনা চঙবা কিবা মকমদসু কম্রিমতা কিদনা চঙই। ঊনৈশ খরা হেক তম্ লগা কাকী থোক্লেল শালবসু ময়ামদা মমাংগী ইকায়বা নৈতনা শেক্লা থোক্তুন শক্লুই। অসিগুম্বা মীনা কবিশিংগী সভাদা য়ো দোনা জগোই শাক্লই। অসিগুম্বা মীদি গুহা মতুংদা নৈবা হঙোইগা অঙ্গানি। সমুদ্র উম্রিবা হঙোইনা মহাকী গুহা অদুবু সমুদ্রনি হায়না খনবগুম মচৈ খরতং হৈব মীনা মহাক্না হৈরিবহুনা পুমলোই লোইরবোই খল্লি।

তোপশীদি পাউরো অসিনা চুম্রিবসি মতাং খরদতনি, মতম পুম্নমক্তা পাউরো অসি চুমই হায়না লৌবদি য়াদে। খুদম ওইনা হায়রবদ মীয়ামদা লাইরিক-লাইগু তম্বা শস্ত্রোকপগী বা অসি য়েংসি। লাইরিক খরা হৈবগা শুকহৈ-হৈতবগা অনিগী মরক্তা খল্লু হায়রবদি খর হৈবনা ময়াম্না পাম্নগনি। মরমদি হুকচা চাদবগী শরুকপুদি চথোম অমতং ওইরবসু চাবনা কৈ।

পাউরো অসিনা ঐথোয়দা লৌশিং অমদি পীরি। মীওইবগী পুন্সি অসি য়াম্না তেন্সি তেনখ্রবা পুন্সি অসিদা মপান নাইদনা নৈথ্রবা সংসারগী জ্ঞান পুম্নমক অসি তানবদি ওইথোক্তে। অদুবু মীওইবনা অথম্বা হীরম

থবগী মরমদা মপুং ফানা তানবদি ঙমই। মসিনা তাকপদি মীওইবনা অথন্নবা হীরম থবদা যায়া মী-ফিন্না হৈনবা ঙাক্কগদবনি। মদু ওইরবদি সংসারগী কায়গনি। ভোইগুম্বরং মদু তৌদুনা পৃথিবীগী মহৈ পুম্নমক মী অমনা হৈনবা ঙাক্কববদি কবিন্দু কায়রোই; কান্নবগী মহৎতা অমাঙবদুম ওইগনি। ইংরাজীদা পাউরো অমা লৈরিবদুনি— Jack of all trades master of none.

মতাং অসিদা বাধম অমদি থন্নব য়াই। নৈনরিবা পাউরো অসি অয়াম্বা মতমদা চুমই হায়না লৌনরি, ভোইগুম্বরং কনাগুম্বনা মহাক্না হৈরিবা মহৈ অদুগী ঙমখৈ অদু থঙবা ঙম্নগদি থরতং হৈবনা খুদোং থীনিংঙাই ওইদে। খুদম ওইনা হায়রগা, কাওরবা বৈজ্ঞানিক নিউটন্না হায়রম্বা বা অদু পনবা য়াই। বিজ্ঞানগী মরমদা মহাক জ্ঞান ফনা নীংথিনা লৈরবা মীনি, অদুবু হায়রম্মী— মহাক্না ফংলিবা জ্ঞান অসিদি জ্ঞানগী সমুদ্র মপানদা নুংঙ্গ্রেং থুনবগুম্বনি।

## ঐনা পামজবা কবি
### ( *My favourite poet* )

পৃথিবী অসিদা যুগ যুগ খুদিংদা লৈবাক কয়াদা কবি কয়া পোকই। মথোয়গী মহুংদা থরনা মিংচৎকী পন্দোল লোমদুনা লৈবাক খুদিংদা মতম খুদিংদা কাউবা নাইদনা লৈরি। কবি কয়া শিথ্রে, কবি কয়া লাকখ্রে; অদুবু কবি থরদি পৃথিবীদা ঙসি ফাওবা নীংশিংদুনা লৈরি। অসিগুম্বা কবিগী মশিং থোইনা য়াম্মদে। বাল্মীকি, হোমর, কালিদাস,

সেক্সপিয়ার অমসুং রবীন্দ্রনাথ— মখোয় অসিনি মশিং য়ামদবা শিব-নাইস্ত্রবা কবিশিং অদু। মখোয় অসিদি মতমগী নোংদৈ সুংশিংত মাংসিনবা য়োইদবা, অকাউবগী ঊয়োম্নংদা লংঙুয়োইদবা কবিনি। বাল্মীকি অমসুং হোমরগুম্বা মহাকাব্য অংবা কবি পৃথিবীদা তাগই। বাল্মীকিগী 'রামায়ণ', হোমরগী 'ইলিয়াড' অথোইবা মহাকাব্যনি। কালিদাস অমসুং সেক্স-পিয়ারগুম্বা কবি-নাট্যকার পৃথিবীদা থোইনা পোকপা নত্তে। কালিদাসকী 'শকুন্তলা' দা মীওইবনা উব্রি স্বর্গ অমসুং মর্ত্যাগী ফজবা পূরথক অমত্ত ওইনা, 'মেঘদূত' তা যুগ যুগ থুদিংদা কায়না মৈচাক্লা চারবা থম্মোয়না থেংনখি মহাক মশামকী য়াবা-থোক্লেল। সেক্সপিয়ারদি হায়রুনা কায়দে— মত্তোয়তনা ইংরাজী সাহিত্যগী যুগ অমনি। রবীন্দ্রনাথসু মহুনি—তাইবং মাপেমপূম্বগী 'বিশ্বকবি' নি। মহাত্মা শঙ্করী— মীওইব পুরমকী সুংশি-শৈয়োল। অসিগুম্বা অথোইবা কবিশিং অসিবু যেক নীংশিংলুবদা ইকায়-খুম্নমগা লোয়নবা ইকোক অসি নোনখিবা খঙগেদে। ভক্তিগী আসনদা থমহুনা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা মখোয়বু মতম পূম্নমক্তা উবাংচনীংই। তৌই-গুম্বসুং মখোয়বু সুংশিক্লবগী থৌনা অহুদি লৈতে, ঐমকী য়াম্না নকুবা মীনি হায়না থনবা গুমদে। কম্বিনা মখোয়দি ঐখোয়না পাম্নবা নত্রগা সুংশিক্লবা ওবগী ওমথৈ মরুংবা লৈবা নত্তে, মখোয়দি শ্রদ্ধা অমসুং ভক্তিগী লমদমদনি লৈরিবা।

অহুনা থাইদগী পামজবা থাইদগী সুংশিজবা কবি অমগী মরমদ হায়রু হায়রম্বদি মথক্তা পর্নশিংবা মহাকবিশিং অসিবু হায়রোই। মখোয় অসি নত্তবা, চীংবা কোয়না পনশাবা হাওনা কোয়না পনত্তাকপা মণিপুর য়া-লৈবাক অসিদা মশাগী তোপ তোপা শক্তম অমগা লোয়ননা পোক্লবা পোইরৈ মৈতৈ লমদম অসিগী থম্মোয়-লকাপুংগী য়াবা-মপাউ্রু শৈরেক-শৈদাহুনা শৈশক্লবা কবি অমা লৈরি। মহাক অহুদি 'থব-থোইবী শৈরেং' গী

কবি হিজম অঙাংহলনি। বাল্মীকি, হোমর, কালিদাস, সেক্সপিয়ার, রবীন্দ্রনাথ— মখোয় অসিগা অঙা হলগা চাংদমবা তৌজরোই, চংদমবগী খাইনা কহ্নবসু লৈতবরা থক্লে। মসি অমুক হায়রবসু মখোয়না থঙনরিবা রাকয়নি— হিজম অঙাংহলদি পিক্লবা লৈবাক অমদা পোকপা চাওখৎপা লৈরিবা লোন অমগী কবিনি। পোকপদগী কবিত্ব-শক্তি মশাদা য়াওরকপা মনয়া পিক্লবা লৈবাক অসিদা পোক্লবসু চাওখৎপা য়াৎলিবা লোন অসিদা ওইরবসু মশাগী প্রতিভা অদো চপ চানা ফোংদোক্লম্মী।

মণিপুর তশেংনমক মণিগী লৈবাক্নি। অতুনা পিক্লবসু লৈবাক অসিদা কবি কয়া পোকখি, হৌজিকসু পোক্লি। থানগী কবিশিংবু অমুক পল্লুপ্রবসু হৌজিক্তাগদা পোকপা কবি কয়া—ডাক্তর কমল, অশাঙ্গম দরেন্দ্রজিৎ, হওাইবম নবদ্বীপ, থাইরাকপম চাউবা— মখোয় অসি মৈত্রবাকী কাউবা নাইররোইদ্রবা কবি ওাক্তনি। অসিতসু নত্তনা হিংলিবা কবি কয়ামুকসু লৈরি। মথোয় পুম্নমক্কী শৈরেং য়াম্না থরায় তানা শাদবা নত্তে, মথোয়বু পাম্নদবা নত্তে। তৌইওবসুং মখোয় পুম্নমক অসিদগী ঐনা হেন্না পাম্নরবদি হিজম অঙাংহলনি। মসি হায় হায়তুনা কবি অঙাংহলনা মখোয় অসিদগী য়াম্না হেল্লি হায়বসু নত্তে ঐনা হেন্না পামজরুবতগী য়ানি। মণিগী মরম লৈতবা নত্তে।

হিজম অঙাংহলদি তশেংনা মৈতৈগী থম্মোয়গী শৈশক শকপা কবিনি। মতোংদা মপানগী কবি অতৈগী নত্রগা সমাজ অতৈগী মমি তাবা উদে। মণিপুরগী কবি অতৈদদি মপানগী মমি অসি মতাং অমদা নত্রগা অমদা তাই। অঙাংহলদি কোমশেংনি। মৈতৈগী পুন্সি-মরেল মৈতৈগী অয়াঙুংতাই, মৈতৈগী শৈশক শৈদাদা শক্তুনা মৈ তগী থম্মোয় মহাক্ত শুক্লংলম্মী।

মহাক্না লেংওবা "খম্বা-থোইবী শৈরেং" তশেংনমক মণিপুরী সাহিত্যগী অতাওবা অম্নি। মসি মহাকাব্য অমনি হায়বদা থোইনা চিংননিংওাই

লৈতে। মরমদি মসিদা মহাকাব্য অমদা গেনকম থাকপা রস গুণ অহু গুনা অমত্তুং মপুং কানা চেল্লি। লাইরিক অসিদা লৌরিবা বারী মপুং'দ থামনা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা থোকখিব মৈতৈ সমাজদা শুরেন করাদগী লৌরক্তুবা লাক্লব খম্ব-থোইবী অনিগী হুংশি বারীনি। পলেম পম্ভৌ অনিনা মল্লুং মতম চাদনা থুপথিবদগী লমক্তা ওইথোরগা খম্ব খম্বু মচিন-মোংপা। অনিগী বানা লেল্লকপা পুন্সি অদো লাইরিক অসিদা মহক্না ফজনা উৎলম্মী— পাবদা ঐথোয়না কপ্পুবা ঙমদে। অঙোম নোংবান কোংমাবগী নাপল অমদি লিচৎ ফত্তবা অহু উবদা অপাবা মীহু মহাকপু তুকচরকই। খম্ব-থোইবী অনিনা হুংশি পম্বুংগীদমক বাংবা অহু উরগ ঐথোয়মু মথোয়গীদমক বাদবা ঙমদে—মথোয় অনিগী মীচং চংনিংঙকই চাউবগী মরোশিং, থোংলেনগী শাউগনবা, তোরো অমহুং শৌরাগী নোক্লিংব কুপ্পৈ— পুম্নমক অনিগী মথক্তা লাইরিক অসিদা উৎলি মতম অহুগী পুন্সি মরেন। শন্না হায়রবদা মহাকাব্য অমা ওইবগী রস পুম্নমক ঐথোয়না লাইরিক অসিদা থেংনৈ। লাইরিক অসি খুৎই ওইনা লৈরিতৈদা লোনগী মরমদা নীংথিনা খঙ-হৈরবা ডাক্তর সুনীতি কুমার চাটার্জিনা উবদা ঙকথি। অসিগুম্বা লাইরিক অমা মৈতৈরোনদা কনাগুম্বা কবি অমনা ইবা ঙমগনি হায়রবসি মহাক থাজরমদবনি। অহুনা মহাক্না হিজম অঙাংহলবু মহাক্না লাইরিক অমাবদা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা পল্লি। তশেংনমক অসিগুম্বা লাইরিক অমতং ইবদা লোন অমদবু ওইরবসু অমদবু ওইরবসু হেক্তা অমর ওইবা মারবা লাংনি। অহুবু হিজম অঙাংহলদি 'খম্ব-থোইবী শৈরেং' তা নত্তে ইরম— কাব্য অতৈসু ইরম্মী, উপন্যাসসু লেংলম্মী, শৈরেং মচা কয়াসু খুদোল তৌরম্মী।

হিজম অঙাংহলগী 'শীতেল ইন্দু' মণিপুরী সাহিত্যগী অথোইবা কাব্য অমনি। কনা কনাগুম্বা সমালোচকী মোতত্তা, কবি অসিগী অথোইবা

লাইরিক্তি কাব্য অসিনি হায়। কাব্য অসিগী মপুং ওইবা বারীদি 'ইন্দু' কৌবী নৈনাবী অমগী অরা-মুংশিগী পুলিনি। কবিগী মপাগী কল্পনানা শাগৎপা বারীনি। অদুবু লাইরিক অসি শারগ' ঐথোয়না বারী অসি কবিগী কল্পনানি হায়ব কাউথোক্লুনা অশেং অশেংনা থোকখিবা বারী ওইরবোই থক্নবা ওমদে। মতম অদুগী মৈতৈ সমাজগী শক্তম কবিনা মরীক চুম্না উৎলম্মী। হেক পাবদা ঐথোয়দু মতম অদুগী সমাজদা তিনখিবা থক্তহৈদে।

হিজম অঙাংহলগী থোইদোকপদি, মহাক্ত শীজিন্নরিব নৈশেংগী ছন্দ অমসুং লোনদা-পুদা অসিনি। 'থব'-থোইবী নৈবেং' অমসুং 'শীতেল ইন্দু' অনিমক্তা মহাক্না মৈতৈ থাযনদগী নৈজরক্লবা পেনাগী ছন্দ অসি কাম্নদনা শীজিন্নি। বাহৈ-বাতা অমসুং লোন্দা-পুদাদসু মহাক্তি কবি অতৈগা মাপ্নদে। হৌজিক চংনরিবা লোন অসিদা থায়নগী বাহৈ-বাতা কনা হাপচিন্দুনা মহাক্না থোং-নৌথুবা লোনদা অম ময়ামদা উৎলম্মী। অপাবা মী থুদিংমক্না হেক তাবদা মৈতৈরোন হায়বদো অসিনিদনা— মসিনিদনা মৈতৈরোনগী ফজবা হায়বদো— হায়দবা ওমদে।

হিজম অঙাংহলগী কবি প্রতিভা অসি মহাকী বারেংদসু উবা যংই। মহাকী 'থবাল'— বারেংদা ইবা রস-রচনানি। বারেংদা ইরবসু লাইরিক অসি হেক পাবদা অইবনু কবিনি হেক্তা হায়বা ভাব অমা অপাবা মীদা থাওগনি। নৈরাং থবালনা পোমশাংনবা হৌরকপদগী উৎলিবা পুলি অদো কবি নত্তনা কনানসু অপাবা মীগী থম্মোয় শুক্ষৎপা ওম্মোই। মহাকী উপন্যাস—'জংেরা' দসু অঙাংহলগী কবিত্ব-শক্তি অসি উবা কংই।

মৈতৈ সাহিত্যনা হৌজিকী ফিভম অসি যৌত্রিদৈ মতমদা, সাহিত্যগী অপাবা মী নৈত্রিতৈ মতমদা, লাইরিক-সাইত্ত হৈবা মী থরতং অদুনসু

মৈতৈ-লোন অমসুং মৈতৈ সাহিত্যবু বাখল থোইনা তৌনরবা মতম অমুদা—কবি অসিনা তৌরম্লিব, মরাম অদু খঙ্ক্রবাদ তশেংনমক মাঙা ঙক্লিংলাইরি। তশেংনমক, কবি হিজম অঙাংহলদি মৈতৈ-সাহিত্য-অফিয়াদা থোকপা মুংলয়োইদবা মঙাল অমনি।

## ঐনা পামজবা লেখক ( নত্রগা ঔপন্যাসিক )

## *My favourite writer ( or Novelist )*

ডাক্তর কমলবু মরাম্না কবিনি হায়রৈ। অচুম্বনি মহাক মণিপুরগী অথোইবা কবি অমনি। তৌইগুবসুং অথোইবা কবি অমা ওইবগা লোয়ননা মহাক্তি অথোইবা ঔপন্যাসিক অমসুনি। তশেংনমক মহাক্না মতম থবতং হিংহুনা লৈখ্রবসি মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসতা কাউবা য়াদ্রবা মঙাংনি। মণিপুরী সাহিত্যগী ঈংৌ পুবরকপসি মহাক্নি। তশেংনমক হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাস অমসুং বারীমচা হৈবা হৌদোক্লকপদি মহাক্নি। মহাক্না হৈবা 'মাধবী' না মৈতৈলোনদা হোঙবা ইহান হাম্বা উপন্যাসনি। মৈতৈ সাহিত্যগী অহানবা বারীমচা 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা' মহাক্না ইবনি। মণিপুরী সাহিত্যদা হৌজিক্কী থোকপাং অসি থোক্কনা ঙক্লিবসি তশেংনমক মহাক্না হৈহৌ অমা পীখ্রকপনি। মহাক্কী মতুংদা উপন্যাস কয়া ইবরে, বারীমচা কয়া ইবরে; তৌইগুবসুং মহাক্কী মতৌ তশা ওইনা তৌই। মতোন্দগী হেনবা কয়া ওবি কাওবা কনাম্বতা য়াওদ্রি। তশেংনমক মণিপুরী উপন্যাসকী অনম্বদি মহাক্কী 'মাধবী' লৌবা অমত্তা য়াওদ্রি।

ডাক্তর কমলদু ঐবা খ্যাংলগী লেখ্রা পাংজবা উপন্যাসকার অমা ওইনা থমখ্রী অঙুম লৈতবা নত্তে। মহাক্কী উপন্যাস 'মাধবী' অসি মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা উপন্যাসশিং হায়বশিংদগী কাউবা য়াদ্রবা অমা ওইরবনি। ডাক্তর কমল আদর্শবাদীনি, অদুনা মহাক্কী উপন্যাস অসিদা মহাক্কা উৎলি মীওইবগী অখোইবা আদর্শ— স্বার্থত্যাগ। উপন্যাস অসিগী মরু ওইবা চরিত্র (নায়িকা) মাধবী আদর্শ অসিগী লক্ষ্মনি। মশাগী ওইজবা থাদোক্লবী লেখোইবী ওইদুনা পুন্সি লেংখিবী মাধবীগী মমচৎশা ডাক্তর কমলগী আদর্শ অসি মপুং ফানা উৎলমী। থৌইদোক্লুং আদর্শ অসিবু মপুং ফানা উৎলবা ঙম্নবা উপন্যাসকারনা মাধবীবু লাইরক লমহৎ-খিবদি থোক্লে। অদু ওইরমবাদা ডাক্তর কমল মহৈ য়ানবা ঙম্মোইরবনি। মদু থৌদদুনা মহাক্কা লৌ-তোংগী মী ওইনা উৎলমী। অদুনা মাধবীগী মশাদ অপ ম-লুংশিংগী শরুক য়াওরমী। লেখোইবী ওইথরবসু মাধবী লৈশাবীনি। অদুন উপন্যাস অসিগী অরোইবা শরুক্তা মাধবীনা লৈ-পরেং পায়দুনা মমিৎতগী পিরাং শিন্দুনা শোক্লি— অরেবা ওইরেকে, লৈ-পরেং অসি।

আদর্শবাদী ওইরবসু ডাক্তর কমল সমাজকী যৌতিক হৌতিক থোক্লিবা থৌদোকপু উদবদি নত্তে। মহাক্কী উপন্যাস অসিদা ঐখোয়না মতম অমুগী মৈতৈ সমাজগী চপ-চাবা শক্তম খরা উবা ফংই। মতম অদু মণিপুরদা লাইরিক লাইরিক তম্বা হৌগৎলরকপা মতমনি। অদুবু লাইরিক তম্বা অঙাংশিং থোইনা যামদ্রি, তমদবা অঙাংনা মখোং য়াম্রি। অদুনা লাইরিক তম্বা অঙাংশিংবু তমদবা অঙাংশিংনা এরাও-কুমৈ য়াওনবা হৌরৈ। চুমিদাংগী মতমদা বীরেন্দ্রনা লাইরিক পারিবৈ মতমদা মহাক্কী মরুপ-মপাংনা বারুণী চৎনবা হৌরবা দংগু অদো ঐখোয়না মিৎতা শংশংনা উই। লাইরিক হৈতবা মরুপনা লাই য়াওদবা লাইরিকপু পাবা হৌনবরা

হায়না লংখোকপ', অহল ওইরবা মপাগী ময়ূম-মপাংশিংনা খঙজরবসু লাউনা পাউ ভাগে হায়না হায়বা— মরাম অসিনা মতম অতুগী শক্তা অমা ফজনা উংপা ঙমই। লেখকী :পাক্লকম লমদম 'কাক্চিপুর' সু লাইরিক অসিদা অময় ওইহল্লা লৈরৌরে।

আদর্শবাদী কমলনা সমাজদা লৈরিবা কত্তহৌদি অওা-অমাবু কাউব ভৌথিদে। উরীরৈ মযাগী অবাবা পুন্সি অসি .য়কপগা লোয়ননা মশাক্ত উৎলম্মী সমাজকী মীহুৎশি খঙদবা মীশিংনা মতু 'শানবা মীবু ভুহৎ-পিবা, লাইরিক-অনৌগী মীচংনি হায়না কনামতনা চোংখোকপীরক্তবা। অকবা মীগী লমচৎ য়েকপদা মহৈ য়ানবগুম কমল মতুগ মীগী লমচৎ য়েকপদসু মহৈ য়ামি। মতুগী থুদমদি— ভুবন মপানি।

ডাক্তর কমল আদর্শবাদী ওইবতা নত্তে, রোমান্টিক লেৎকল্লুনি। ভৌবগীদি রোমান্টিক ওইখসি মতম অতুগী লেখক পুম্নমক ওই। 'মাধবী উপন্যাসতা চেল্লিবা রোমান্টিসিজমগী ঈচেল অসিনা অপাবা মীশিংন ঙুমৎপা লায়না ওল্লি। পাথৎ লৈশাবীশিংনা বাক্লণী লাইদা কৎননবা নৈ হেকপগী দৃশ্য, বাক্লণী কাবদা উরীরৈবু অয়াবদগী কনবা, মাধবীনা চীংজুৎদা লেনথিবা পুন্সি-পুম্নমক অসি কমলগী রোমান্টিক খম্মোয়গী শক্তমি।

কমলগী অথোইবা অমনা মহাকী লোনদা-পুদানি। মহাক্না শীজিং-লিবা লোনদা-পুদা বাহৈ-বাতা অসি হৌজিকী ইচম চম লোন অসিনি— মসিদা বাংলাগী বাহৈ থক্না অমুক য়ানশিন্দুনা থোৎ-নৌহনবা লোনদানি। পাবদা শৈরেং পাবগুম্না য়াম্না থোৎ-নৌই। মহাকী লোনদা অসি মহাক্না ইরগতা শকচবনি, অতৈনা তমজুনা ফজবা লৌবা ঙমদে। মসি-দনি ডাক্তর কমলগা হেল্লিবা।

# মণিপুরগী লোকসাহিত্য
## ( Folk-literature of Manipur )

হৌজিক্তানদা সাহিত্য হায়রগা অইবা সাহিত্যবু খঙ্গনৈ। লাইরিক মরেক্তা ইতুনা শেমগৎলক্লিবা সাহিত্য অসিগী পুন্সি কুইস্রি। অসিগুম্বা সাহিত্য অসিগী রস চুপ্পা ওবদি লাইরিক-লাইশু হৈরবা সমাজগী মী খরগুং অদুতনি। লাইরিক-লাইশু হৈতবা কাওবুদি অসিগুম্বা সাহিত্যগী রস চুপ্পা ওমদে। করিনা অইবা সাহিত্য শেমগৎলিবা কাওবুগী রাখলগা সমাজগী লাইরিক-লাইশু হৈতবা ইচম-চম্বা মীয়ামগী রাখলগা য়াম্না খেন্নরে। সমাজগী ইচম-চম্বা মীয়ামগী রাখলদি য়াম্না চমই, অবাংবা আশা থোইনা লৈতে; মথোয়গী পুন্সিগী ঈচেলদি য়াম্না তপ্পা চেল্লি। অদুনা খজিক্তং হেক হুংঙাইবদা পেনবা ওমই, মায়থোংদা হরাওবগী মঙাল ফাওই। পোইহুগী মতমদা ফৌ-চরোংনা পুমঙাং ঙাংবা লৌবুক উবদা খঙহৌদনা থোক্লেলদা ঈশৈগী হুর থোরকই, মহৌশাগী ফজবা উরগা শৈরেং কয়া শক্লরকই, অঙকপা অমহুং অকিবা কয়া উক্লরগা ইচম-চম্বা রাখল অদুনা শাগৎপা বারী কয়া থোরকই, মহৌশাগী অকিবা কয়াবু উক্লরগা মহুদগী লাইকম্নবা মন্ত্র কয়া থীনরকই। বাহৈগী অর্থ নত্রগা ফজবরোমদা থোইনা থল্লুদে, ছন্দগী অকা-অপুন লৈক্রদে—মনীংমথা তৌবা ঈচেলগী থোম্বাংনি। অসিগুম্বা মীয়ামগী খম্মোয়দা খঙহৌদনা ঈহৌরকপা ঈশৈ, শৈরেং, বারী— কয়া অসিবুনি পুম্না লোক সাহিত্য হায়না খঙনরিবসি। লোক সাহিত্যদা ফজব-অথীবগী বা থোইনা লৈতে— সমাজগী রাখল, আশা, অবা-নুংঙাইগী পুন্সিবু ইচম-চম্না কোঙ-লোকপতনি। ঈশৈ অসি কনানা শকপা হৌখিবনো, বারী অসি কনানা

লীবা হৌদোক্লবনো হায়বছুগী বা লৈতে। সমাজনা লৈবা হৌরকপদগী মথং মথং শুরোন কয়াদগী কয়াদা চীন অমদগী চীন অমদা শক্ল-শোয়হনা লাকপা লোক সাহিত্যনি। কনানসু ইশিন্দুনা থম্লমদে। অহুনা চীন অমদগী চীন অমদা শুরোন অমদগী শুরোন অমদা মথং মথং চৎথরকপা মতমদা মরক মরক্ত মতাং মতাংদা লোক সাহিত্যগী শক্লোন থরা থরা হোংলকপসু য়াওই।

পিরবসু ঐখোয়গী মণিপুর সা লৈবাক অসিদ লোক-সাহিত্য অসি মরাং কায়না অমসুং মপুং ফানা লৈ। মসিনা তাকপদি, মণিপুরদা লৈরিবা ঐখোয় অসি শিরব কাঙবুনি অমসুং ঐখোয়গী সভ্যতা অসিসু লিরবনি। করিনা সমাজগী চপ চাবা শক্তম'দ ঐখোয়না লোক-সাহিত্যদা উবা ফংই। অসিগুম্বা সাহিত্য অসি লৈনরগা ঐখোয়গী সমাজ অসি কয়ম তৌরবগে হায়বদো কজনা থঙবা ঙমই।

মণিপুরগী লোক-সাহিত্যগী য়াম্না মরুোইক চুম্বা মশাদি খুল্লক-ঈশৈ অসিনি। অসিগুম্ব ঈশৈ অসিদা খুনক্কী পুন্সিগী অর-হুংঙাই, অপাম-হুংশি অসিনচিংবা ফোঙদোক্লি। খুলক ঈশৈ অসি শক্লিবা মী অদুগী চহী মতাং অমসুং শকপগী মরম মতুং ইন্না কয়ামুক থোক্লা লৈরি। মসিগী মতুংদা লৈশাবী পাখংনা খুলং চৎনবদা অরাই-অখুম তোহুনা শক্লবা ঈশৈ অসি অথোইবনি। খুলং ঈশৈদা থাহুনা শক্লিবা অপাম-হুংশিগী বারোলনি— প্রমাণ-পাইহ্নে য়াওনা বাটৈ-বাতা হুংশিনা শকপা ঈশৈনি। খুলং ঈশৈ অসিদি তৌজিক মচরগী পুন্সিদদি তাবা ফংথিরে। পেনাগী 'ঈশৈ অসিদি লৈশেবগী মরুনি হায়নৈ। লাই খুরম্বদা, লাই-রোল শকপদা পেনা ঈশৈ অসি শক্লরম্মী। থরা মতুংদা নিংথৌরোল শকপদসু পেনা অসি শীজিন্নবা হৌরকই। থরা থংবা চংঙকপা খোং-জোমপর্বগী ঈশৈ অসিসু হৌজিক্তি মীয়ম্না মরুম্না পাম্নবা পাংথক অমনি।

পুন্না ওইবা বারী কয়ামরুম থাওরি। নিংথৌরোলগী বারীদি চুন্না শীনবতা নত্তনা থাবলচোংবদা থুলোকী তাহ্রাগা লোয়ননা শরুরম্মী। অরাবদি, থাবল-চোংবদা হৌজিক্তি মাইক-বেওবা থুলোকী মহৎ শিন খিবগা লোয়ননা নিংথৌরোলগী বারী অসিস্থ শরুখিত্রে। ঐখোয়গী পাউখোং চন্নবা অমম্থং প্রমান পাইত্থ কয়া অসিস্থ লোক সাহিত্যগী শরোন অমনি।

লোক-সাহিত্যদা মী অয়াম্বনা মথল অমনি শায়না কাউথোরুবা অমনা ঐখোয়গী লাইরা-তিনর, ময়না চিংবা অসিনি। চীংদা তমদা মাইবমাইবী কয়াদা অসিগুম্বা লাইবা-তীনবা অসি মশাং লাকগদন লৈরি। লাইবা-তীনবা থরুতং ওইরবস্থ থওদবা মণিপুরগী ইমুং লৈতে। মংোয় অসিদি অথওবা মী থরা অতুনা লোয়া থ্ংগা থমবা মরমা হৌজিক্তি কাওশিনরে। মসিগুম্বা লাইবা-তীনবা অসিদি মীওইবগা মকৌশাগা লাহেংনমকপা হুম্বিংডগী মীওইবনা মশাবু কম্নবা হায়ত্থনা থাজবগা লোয়ননা লৈরকবনি।

অরাবদি ঐখোয়গী মমল য়াম্বা লোক সাহিত্য অসি খোমজিন্দুনা পুখোরুবা ওসি কাওবা নীংখিনা থবক পায়থংপা মীশক অমত্ত চোংখোয়ক্তি। সরকারনস্থ অসোয়দা মিথমেং চিংশিনবিনবা থবক পায়থংপস্থ তৌত্রি। মণিপুরগী লোক-সাহিত্য অসি লৈনবা তারবদি মৈতৈগী লোক সাহিত্য খোমজিনবতনদি ওইবা য়াম্বোই। মণিপুরগী চীংমী কাওবু পুরকী লোক-সাহিত্যস্থ লৈনকম খোকই। অস্থ ওইরবদি মণিপুরগী কাওনুপ মরাম অসি থায়নদগী হৌত্থনা কয়াম্মা মরী লৈনরথগে হায়বদো উবা ফংগনি।

# হৌজিক্কী মণিপুরী কবিতা

## ( Modern Manipuri Poetry )

হৌজিক্কী মণিপুরী কবিতাগী পুন্সি অসি থোইনা শাংদ্রি। মৈত্রবাক্তা ইংরেজশিংনা খোঙদারকপগী মতুংদা নোংচুপলোমগী রাখল ঈচেল হাই-জিল্লকপা হৌবদগী মণিপুরী শৈরেংদা হৌজিক্কী শক্লোন অসি লাকপা হৌরকপনি। হৌবগীদি মসিগী মমাংদসু হৌজিক্কী শৈরেংগী শহুম অমা লাকপা থর থরদি হৌখি। শকনাইদবা মৈতৈ অশৈবগী

'চীংনা কোয়না পনশাবা
হাওনা কোয়না পনঙাকপা—'

হাথবনচিংবা সন লৈবাক পোইরৈ মৈতৈ লমদমগী বর্ণন হৌবগী শৈশক অসিনা চিংবদা। অদুবু হৌজিক্কী যুগ অসি হৌবদি মণিপুরী-সাহিত্যদা রেনেসাঁ পুরক্লম্বা কবি কমল চাউবা অনিগী মতমদগীনি। মথোয়গী মতমদগী চেম্বরক্লিবা মৈতৈ শৈরেংগী ঈচেল অসি মতাং অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াই।

অহানবা মতাংগী কবিতাদা চেল্লিবা ঈচেল অসি য়াম্না চমই। কবিতাগী ছন্দ, রাখল, রাখলগী মকোঙদোক, উপমানচিংবা চুমম্রিং চেনবা ঈচেলনি। অদুবু ফজবদি অদুম ফজে, থম্মোয়দা অদুম অপেনবা পীবা ঙমই। মতাং অসিগী শৈরেংদা মতম অদুগী বাংলা কবিতাগী মমি য়াম্না ফজনা তাই। থোইদোক্লা কবি হেমচন্দ্র বন্দ্যোপাধ্যায়, মাইকেল মধুসূদন দত্ত, নবীনচন্দ্র সেন— অসিনচিংবগী প্রভাব উবা ফংই। মতাং অসি কমল চাউবগী যুগ হায়বা য়াই। যুগ অসিগী শীংথানবা য়াবা অতৈ কবি-শিংগী মরক্তা হিজম অঙাংহল, অরাম্বম দরেন্দ্র, হবাইবম নবদ্বীপ—পনবা য়াই। মরাম চায়থথ্রবা যুগ অসিগী ঈচেলদি লেপত্রি,— অশাংবম

মীনকেতন, রাজকুমার শীতলজিৎনচিংবগী কলমদা হৌজিকসু থম্না থম্না চেলি।

হৌজিক্কী মণিপুরী কবিতাগী অনিশুবা মতাং অসিদদি কবিতাগী রাখল মফোঙদোক নম্না লুপে ছন্দগী ছারখর শাবে মতাং অসি হৌজিক মপান যাম্না থরি। অদুবু মতাং অসিদা লৈশোক খোইদোকপা কবিদি পোকত্রি। মসি হায়রিবা মতাং অসিদা শীংথানবা কবি থাওত্রি হায়বদি নত্তে।

মথক্তসু পনখ্রে, হৌজিক্কী মনিপুরী কবিতাগী অহানবা মতাং অসি কমল-চাউবগী যুগ হায়বা য়াই হায়রে। কবি কমলনা মহাক্কী 'লৈ-পরেং' গী লোয়ননা চঙলকই 'মৈতৈ সাহিত্য-মন্দির মপুংদা' 'মাতৃ তর্পন' কংপা। কমল রোমান্টিক কবিনি। তৌবগীদি রোমান্টিক ওইবসি মহাক মতোমতা নত্তে। মণিপুরগী কবি অমাম্বা রোমান্টিক ঙাক্তনি। কমলগী কবিতা পানা পানা ঐখোয় ঙাইহাক্তং ওইরবসু অর-অনংগী চৈনাথোক্না উংলবা সংসার অসিদগী অপোপ্প অচৌবা সংকার অমদা য়ৌখিব থঙহৌদে। তৌবগীদি মঙলানগী লৈবাক্তদি নত্তে। মঙলানগী লৈবাকদি চাংদম্নব রাবা তশেংনা অত্নমক্তি নত্তবা, চির-শান্তিগী অচৌকপদা। মসিনা তাকপদি কমল প্রকৃতিগী কবিনি। ইংরাজ কবি বার্ড্‌সুরার্থকুন্না প্রকৃতিগী তম্পাক্তা চঙলগতা তাইবংগী অরা-অনা পুন্নমকসি কোকপা ওবগী পাউজেল অমা কমলগী শৈরেংদসু তাবা ফংই। কমলগী প্রকৃতি অসি থরায় পালি, ম' ঙাংই তাইবং মীগী অথাবদা শরুক য়াই, তাইবং মীদা পাউতাক পী। মীওইবগী ম হায়গে তৌবদা কবি কমলনা প্রকৃতিগী বানা হেন্না হায়রমই।

কবি কমল মৈতৈগী অশেংবা কবিনি। মহাক্কী পুক্নিং-রাথল মৈত্রপাক্কী বাংমদা খোইনা লানদে। মৈতৈচন্থুবু মহাক্কী থম্মোয় লকাহুংদা চেৎনা

কোনশিন্দুনা থমই পোইরৈ মৈতৈ লমদমবু মশাক্না উৎনিংলমই যালেমদা, উৎলগা মপূক্লিং চাউথোকচনিংলমই। অতুনা মহাক্নী কলমদগী খোকথি—

"মৈতৈগী তম্পাক্তা হৌবা লৈরাং
থাক্নমক্তু সমদ্রু বাংবদা
শাৎলুসনু ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়দা।"

মৈতৈ সাহিত্যদা মশাক্না অময় ওইহল্লমী— কাক্নী লমদম লমচুংশি, চন্দ্রনদীগী লেপথুবা ঈচেল।

কবি কমলদা বাংলাগী প্রভাব য়াম্না ফজন তাই হায়বসিদি ককপা য়াম্রবা য়াগম্মি। মৈশরেংগী মহিংদা নির্জ্জনতা, নীরব রজনী, চির-বিদায়, অতীতের স্মৃতি, খোনবা অসিনস্তু সাক্ষীনি। মৈশারং অমাখদা বাংলা য়াৎ তোয়ন খেংনৈ। মরক মরক্তা অবিং-অরাং যাওরবস্তু অমাখা মতমদা মৈতৈরোলগ য়াম্নথিচনা বাংলানি হায়বা থংদে।

কবি খাইরাকপম চাউবগী খোৎর্ক্জদগী মণিপুরী কবিতাদা ছন্দগী চৎথিল অমা কন্না মরেক লেংনা ফাওরকই। বাংলা কাব্য-জগৎকী কবি সত্যেন্দ্রনাথ দত্তগা মহাক চাংদমবা য়াই। ডাক্তর কমলদা ছন্দগী তানথা ওসি কনদে। তেংবগীদি ফাওরক্লিবা ছন্দ অসি মৈতৈ সাহিত্যদা পুংনৌ নৌবদি নত্তে। মৈতৈগী হায়দগী লৈজররব পেনাগী ছন্দ খোংজোমপর্বগী ছন্দ অমু অমুক নোৎচৌনা তাহনবর্তনি। বাংলাদগী পুরকলুবা ছন্দস্তু য়াওই। চাউবগী কবিতাদা ভাব, তাল, ছন্দ, অমসুং লয়গী ফজবা অপুনবা অমা উবা ফংই। মহাক্নী কবিতা অয়াবদি আধ্যাত্মিকী য়াথলনা মপুং ওই। মহাক্নী মৈশরেং 'খোংজেং বীনা, নংদা লৈবিয়ু নাক্তা, নিজরোই ইমা অতোপ্পা অমা'— অসিনা চিংবদা কবি গুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী গীতাঞ্জলিগী সুর তাবা ফংই। প্রকৃতিবুদি মীওইবমা হেন্না অর্থ লৈ কবি

চাউবগী মফমদা। কবি কমলদা নিরাশাগী মুর অমা তাখদো চাউবদা থোইনা তাবা ফংদে। অশেংনমক, কবি চাউবদি আশাবাদী কবিনি।

বাংলাগী প্রভাব থোইনা তাদবা মতম অসিগী কবিদি হিজম অঙাংহলনি। মহাক্কী শৈরেংদা থাম্বনগী পেনাগী মুর অমুক চপ-চানা তাবা ফংই। বাহৈ-বাতাগ মৈতৈগীনি। কবি অঙাংহলগী তোপ-তোপ্পা গুণ হায়বদু, মহাক্না সংস্কৃত নত্রগা বাংলাদগী বাহৈ-বাতা পুরুদে। মৈতৈরোল অসি লাইরদে, মৈতৈগী লম্লাইগী বাহৈ-বাতানা সাহিত্যগী মপুং ফারা লৈচন শেম্বা য়াই হায়বসি মহাক্কী শৈরেংনা খুদমনি। অরিবা লোনগী মহাক্না অমুক হন্না মচু শঙহনা অনৌবা লোনগা লৈপুনহল্লমই। অঙাংহলগী শৈরেং-ঈচেল য়াম্না তপ্না চেল্লি। পেনা শকপা ওজানা লৈরাং অমগী লৈশক থাবদা চয়োল অমা চঙহনবগুম কবি অসিগী শৈরেংদগী থোকই।

হবাইবম নবদ্বীপচন্দ্র অমসুং অয়াঙ্বম নরেন্দ্রজিৎ কবি অনিসিনা শরুক্লিবসি পুন্সিগী শৈরোলনি। অনিমক্কী শৈরেংদা ছন্দ, বাহৈ-বাতা, বাহৈগী লৈতেং, ভাব— পুম্নমক য়াম্না চম্না ঈনা ফজে। বৈষ্ণব কবি-শিংগুম্না অনিমক ভগবন্তক্তিগী শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎলমই।

অহানবা মতাংগী কবিশিংগী মরক্তা হৌজিক ফাওবা কলম লেপত্রিবা কবিদি— মীনকেতন অমসুং শীতলজিৎ সিংহ অনিনি। মীনকেতনগী কবিতা অয়াম্বা য়াম্না চেকশিন্না ই। বাহৈ-বাতা থনবদা, মথোয়শিং অদো লেংশিনবদা, ছন্দগী তাল শোয়দনবা অসোয়বদা য়াম্না য়েংই। অসোয়বদা য়েংলিবৈদা কবিতাগী ভাব লোয়দনা থোশাদবগুম্বা অমা কবিগী শৈরেংদা য়েংবৈ। অঙাংহলগুম্না মীনকেতনসু অরিবা লোন শীজিন্নৈ। থাম্বনগী অরিবা বাহৈদা মশাগী খম্মুক নোংশিন্দুনা শেমদোকপা মম্না অপাবা মীদা তাবদা মুংঙাইতবা থুক থুক লাউবা অমা মখক মরক্তা থোকহল্লি।

রাজকুমার শীতলজিৎকী কবিতাগী লোল, ছন্দ, রাথল— লোইনা চম্বই। অদুবু বৈষ্ণব কবিশিংগী ভক্তিরস অমা মহাক্কী কবিতাদা চুপ্না ফংই। মহাক্কী 'ঈথোয়াংবা' পাক্কপগা ফনানা বাঙ্গালী বৈষ্ণব কবিশিংবু নীংশিং-লোইদবগে ?

অনিশুবা মতাংগী কবিতাদা হৌজিক্কী অশুম অসুম নোংম-নোংমগী হেন্না লুখিন্নক্লিবা সমাজগী পুন্সিগী মমি তাবা উই— ভাবতা, ছন্দদা, লোনদা, ভাবগী মফোঙদোক্তা। কবিশিং অসিগী কবিতাদা, ছন্দগী অফা অপুন বৈচিত্রে শুর মনীং মথা তমগে। অমাম্বনা রোমান্টিক ওইরবশু শুররিয়েলিষ্ট কাঙবু অমসু যাওবি। অকোনবগী কাওবু অসিনা হৌজিক্কী মথোং-মরম নাইত্রবা, অক-ফত্তগী বিচার লৈত্রবা সমাজ অসিবু পেনদ-বগী মিৎয়েংনা য়েংই। কাওনুপশিং অসিগী শীংথানবা য়াবা কবিশিংগী মসুংদা নীলকান্ত, সমরেন্দ্র, শুরেন্দ্রজিৎ, নদিয়া, ইবোহল, রজনীকান্ত, নীলবীর শাস্ত্রী, বেদজিৎ, গৌরকিশোর পদ্মকুমার অমসুং শ্রীবীরেনগী মিং পনবা য়াই।

কবি এলাংবম নীলকান্তদি হৌজিক্কী সমাজগী শাথিরবা ক্রিটিক অমনি। সমাজদা পেনদবা উৎনি, সমাজগী নমথা-হতাই পুথোকতুনা তাকই— তৎতনা খাহং অমা হংই—

'করোমদনো লম্বেলসিবু—
চীনগা খুৎকা যায়দবা
কমথুংফমগা লম্বেনগা শয়দবা
ফিদমগী মীশক্তা লুব' ?'

চাউবা কমল-অঙাংহলগী মতমদা মণিপুরী কবিতাগী কল্পনাগী শাথপ চীংলোন মাপনগী বাংমদা থোইনা থল্লমদবদো নীলকান্তদগীদি হৌরে

তুরেল কয়া চীংলোন কয় সমুদ্র কয়া লান্দুনা পৃথিবীগী মক্কম খুজিং থৌবা,— 'হাওবু-কোয়্‌', 'তোম্বু-লাইজিংলেম্বী', 'থব-থোইবী' গা কপমিন-লোক্‌মিন্নবত নত্তনা ট্রেন-লম্বুদমদা হেল্লেনগা বান্না শামিংকুবে, মিশরগী পিরামিডকী বান্না হুমহুনা থিক্লুবে; আমেরিকাগী নিগ্রোশিংগা অহাক তোংহুনা চৎমিন্নবে।

লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী কবিতাগী স্বরদি মৈতৈ সাহিত্যদা ইনৌ-নৌবা অমসুং তোপ-তাপ্পনি। বাহৈ থম্মহনা তুবৎ তুবৎ তোহ্নুনা কঙবগী স্বর অমা মহাক্কা পুন্নকই। হায়দোক্কদবা বা শেংনা হায়দোক্কে, অদুবু অপাবদা হায়নিংলিবহুদি থত্তহল্লি। মসিদনি মহাক্কী কবিতানা ফজরিবা। মণিপুরীদা লিমারিক কবিতা কনানসু ইনথি দ্র। সমরেন্দ্রনা মসিগী চাংয়েং অমা য়েংই। উমাইবী অমগী কুপ্পে উরুবদ কাবনা ই—

'কোইজম মণি মমাগী
লেত লৈত লৈজরুকপা।
উমাইবী।। উমাইবী
তস! লাকৎরেদনা নপা য়োং হনুবগী মচা।'

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ, নঙ্গেম্বম নদিয়া, খুমন্থেম ইবোহল, বেদজিৎ খুমন্থেম গৌরকিশোর অমসুং ব্রজনীকান্ত— থোইনা হেন্না রোমান্টিক ওইবা কবি ওাক্তনি। মখোয়গী শৈরেংদা পুন্সিগী দর্শন থেংদে। কলবগী পূজারী ওাক্তনি। মখোয় পূন্নমক্কী শৈরেংদা স্বর অমত্তনি। বাহৈ-বাতা য়ান্না থোং-নৌই। অয়াম্বা লিরিক কবিতা মাল্লি।

নীলবীর শাস্ত্রীগী অয়াম্বা কবিতাদি বীররসকীনি, ছন্দগী ঝংকারনা মক্ক ওই। ছন্দগী চান্নবা বাহৈ-বাতাসু ফজনা থল্লি। অদুবু কোঙ-লোকপগী মওংলোমদা য়েংলুববদি নীলবীর শাস্ত্রী অহানবা মতাংগী কবিগী কাওলুপতা চনবা যাই।

নমা ওইনা চৌরক্লিবশিংগী মনুংদা পদ্মকুমার, শ্রীবীরেন অমসুং অতৈ কয়ামুক লৈরি। মখোয়গী মনুং দা অয়াবদি রোমান্টিকনি, তৌই-ওবসুং রিয়েলিষ্ট কাওবু অমসু চোংথোরক্লি।

চাওখৎলবা সাহিত্যগী কবিতাগা চাংদম্নবদা ঐখোয়গী কবিতাগী লৈকোনসু খোইনা লাপত্রে। তৌবগীদি মতমবু কয় তৌহনা মতম কুইনা থিংহনা লৈশৌগদবা দেশ-পাত্র রাংমা লানহনা মাল্লেমগী ওইগ-দবা কবিতাদি খোইনা উত্রে। অহবু আশা তৌসি, 'মৈতৈ কবি লাকখিনি।'

# মণিপুরগী ফিশা লোনশা

## ( Handloom Industry of Manipur )

মীওইবনা থিংবা তারবদা পোৎশক অহুমদি চংহি— চিঞ্জাক, লৈফম অমসুং ফিজেৎ। অহুম অসি মরাং কায়না লৈবা সমাজ অহু সুংডাইরবা অমসুং চাওখৎলব সমাজনি। তৌইওবসুং পৃথিবীগী লৈবাক অয়াবদা অহুম অসি মরাং কায়না নীংথিনা লৈখিবা কুইত্রি, হৌজিকসু লৈবাক খরদদি বাংলি। মীওইবনা অগাথকী রাখলদগী হেল্লোরক্লনা ফিরোল নীংথিনা শাবা হৈরক্লব, মতমদা সভ্যতাগী মপুং ফাবা থাক থোরবনি।

মণিপুরগী সভ্যতা অসি কুইরবনি হায়বসি ঐখোয়না হৈরায়-লায়না থওবা ঙমবদি, লৈবাক অসিনা ফিরোল শাবা হৈবসি মতম কুইরে। মসিগী প্রমাণদি ঐখোয়গী লাই-হরাওবদা লাইনৌ চোংবগী মতাংদা মীওইবনা

করম তৌহুনা লমিং নাইহুনা কি শাবগে হায়বদো উংলি। ফিশা-লোনশা অসিনা থাম্নবৈগী মণিপুরগী অথোইবা শিনকম অমা ওইহুনা লাকই। মসিগী খুদমদি মণিপুরগী মুমথোং খুদিংদা থমজ্জবদা ইয়োং অমমমদি লৈনরিবসিনি। মতম খরগী মমাং ফাওবদা কি শাবা হৈতবী মুশীবি থাজবা বানরম্মী। মৌ হায়বা মতমদা কি-রোন শাব হৈবনা নুপীগী অথোইবা মগুণ ওইরম্মী। নুপীগী শিন হায়রগা ফিশা-লোনশাবু খঙনরম্মী। অদুনা নুপীনা মপামদা লৈরিঙৈদা শিম অসি ফজনা হৈব তারম্মী। হৌজিকসু লাইরিক হৈরে হায়দুনা মণিপুরগী নুপা অমঙনা ফিশা-লোনশা হৈতবা মাওদে। স্কুল-কালেজগী ছাত্রীশিংনা ওাংহাঙুং মতম ফংবদা ইয়োংদা চঙশিন্দুনা ফমই। ফনা ইনাক থুনবা ইমুংগী নুপীদ ওইরমসু ফিশা-লোনশা হৈতবী নুপীদি সমাজদা থম্না হদুনা থল্লি। থাম্নবগী হৌদুনা ইনাক কৈরাক থুনবা, অচৌ-অশাং অমসুং নিংথৌগী মচা-মশু লৈম-শিজ ফাওবনা, ফিশ-লোনশা অসি তৌবদা মপুন্নিংদা চাওথোকচবা অমা পোক্লম্মী। মসিগী প্রমাণদি রুগে-মাইরাং লৈবাক্তা মনাং মথা তৌবী পদ্মো মাগী অমত্ত পোকচবী মমোম লাংলেন থোইবীনি। কেনা মৌনা নিংথৌকোনদা পোক্লবসু ফিশা-লোনশা অসি নীংথিনা হৈবদা তারম্মী, অদুনা হৈরম্মী।

মণিপুরনা ফিরোল শাবা হৈরকপসি মতম কুইবতা নত্তুনা ফজবা অমসুং অফবা মথলগী ফিরোল শাবা হৈবসিসু মতম কুইরে। চহী চানিশালরোম মমাংদা থম-থোইবীনা লেৎলম্বা ফিরোলশিং অদু হৌজিকসু মোইরাংদা লৈরি। মসি উরগা মতম অহুদনা ঐথোরগী ফিশা-লোনশা অসি অসুকী মতীক চাওখৎলম্মী হায়বা যজনা খঙবা ঙমই। থাম্নবগী হৌনা ফিশা-লোনশাদা চাওখৎলবগী অতোপ্পা প্রমাণ অমনা লৈতৈজনা কি শাবগীদমক মথল অনিগী খুৎলাই শিজিন্নরিবা অলিনি। কৈফোম, ইন্নফি,

কোরেংনচিংবা অপাবা ফি শাননবশিংদমক পাংয়োং অমসুং কনেক, ভাবোংনচিংবা অথাব' ফি শাননবশিংদমক খাংগী ইবোং শীজিন্নরিবা অসিনি। চৌংগী মীশিংদি অথাবা ফিভা শীজিন্নবনিনা পাংয়োং শীজিন্নরক্তে।

ফি শাননবা নংগীদমক মচৌশাদি মপানদগী থিলগী নং লৈনরমদে। মণিপুরদা থোকপা লশিংনা লৈতৈ চনুশিংনা মোইথাপ নাইতুনা নং অপোবদগী হৌতুনা য়াম্না নুপ্প নং ফাওবা নাইরম্মী। লশিং মরু মরনবা অমসুং নং নাইননবা কপ্রেং অমসুং তরেং শীজিন্নরম্লিবসি য়াম চাওথংলবা পাইবনি। অসিগুবা ফি শাবগী খুৎলাই অসিদি মৈতৈ নুপীগী থানবা য়াম্রবা পোৎলক্লি। লু ওৎলগা মৌ থিনবদা তরেংদা যাওনি, খাইগী মাঙ থাররানি। মণিপুরদা থামনদগী শামরক্লিবসি লশিংগী ফি-রোলভা নত্তে। কত্রং অসিসু মণিপুরদ শীজিন্নরকপা কুইরে। কত্রংদগী নং নাইদুনা ফিরোল লোনবা অসি ফিশ-লোনশাগী য়াম্না চাওথংলবা ওদরি।

ফিশা-লোনশাগী শিন অসি হৌজিকসু মণিপুরদা য়াম্না মরু ওইবা শিনকম অমা ওইরি। মণিপুরগী সমাজদি নুপীনা ইমুং-মনুংগী ভার পুবা সমাজনি। অদুনা নুপীগী মরু ওইরিবা শিনকম ফিশা-লোনশা অসিনা মণিপুরগী ইমুং অমাগী পুকচাক পুনরিবনি। অসিভসু নত্তনা খুঙ্গংগী লমদমদা লৌউ-শিংউব ইমুংদসু লৌউ-শিংউগী মতম লোইশিনখ্রবা মতমদা ফিশা-লোনশা অসিনা থবক লৈতবা মতমগী শিনকম ওইরি। কৈথেলদা যোল্লবা ফিরোলমক শাক্রবসু ইমুং অমাখনা মশা-মশাগী শেংন-চানবা থুদৈ, মতেক, দনেক কাংথলনচিংবা মথল মথা অমাখা ফি-রোল শাঃরি।

অহৎবু অবাবদি ফিশা-লোনশা তৌরিবা ইমুং অমাম্বনা লাইরবা ইমুংনি। অতুনা শেঙ্গাও পামবা লল্লোনবা কাওবুনা ফিশাবীশিংগী লাইরবগী খুদোং চাবা অসি লৌতুনা মখোয়না য়াম্না চাক-থকপা ফাওবা কাউতুনা শারকপা ফিরোলশিং অসি য়াম্না হোংলবা মমলদা লৌরি। লাইরবী ফিশাবীশিং অমাম্বনা হৌজিক হৌজিক শূরগা চাবা ঙাক্লনি। অতুনা নোংমগী ফি থম্বা কৈথেলদা পুথংলক্লিবদো য়োনম্লবদি চম্না হেনবা ঙাবনা লল্লোনবশিংনা পীগে হায়বা মমল অতুদা য়োনদবা ঙমদে। অতুনা মখোয়গী থুংশামন নোংম নোংমগী ভাংথক্লি। অমত্নোমদ লল্লোনবশিংনা লৈবা ফিরোল অসি মপানদা থাতুনা শেন্দোং চাউনা ভাল্লি। মণিপুরগী ফিরোল অসি মপানদদি চায়নিংঙাই লৈতনা পাম্নরিবনি। মসি ভারতকী তোঙান তোঙানবা লমদমশিংদতা নত্তে, পৃথিবীগী লৈবাক খুদিংদা মণিপুরগী ফিরোলশিং অসি য়াম্না পামৈ।

ফিশা-লোনশাগী শিনফমদা লৈরিবা মুপীশিংনা থুংঙমন চপ-চানা ফংল্লবদি শিনফম অসি মতম থবগী মতুংদা শোয়দনা হিংবা যারকনি। মসিগীদমক সরকারনা অমসুং সমাজ-সেবীশিংনা য়েংশিনফম থোকই। শিনফম অসিদা সরকারনা শেনগী তেংবাং ওক্লবা পীবা চুমই। ফিশাবীশিংগী কো-ওপরেটিভ সোসাইটীনা মতাং অসিদা থবক য়াম্না তৌবা ঙমই। শেনথুমগী অর'বা কোকহনবা অমসুং থুংশূমন মতীক চানা কংহনবগা লোয়ননা ফিশা-লোনশাগী পোৎথোক অসিসু কগৎহন্নবা সর[illegible] অমসুং কো-ওপরেটিভ্‌শিংনা য়েংশিনগদবনি। হৌজিকী মতমদা মিলদা শাবা ফিরোলশিংনা ইরোংগী ফিরোলশিংবু লাম্বা কুপ্পা তৌরক্লি। মিলদা শাবা ফিরোলগী চৈথেং অসি থাংবা ওম্নবা সরকারনা ইরোংগী ফিদা শেনগী তেংবাং পীবা নত্রগা মিলগী ফিদা টেক্স হেন্‌গৎহনবা য়াই। অসিতম্ নত্তনা হৌজিকী মতমদা অনৌ অনৌবা ডিজাইন নত্রবদি মীনা

পায়বসু ৱাৎনৱক্নে। মসিগীদমক সরকারগী ডিজাইন সেণ্টর অমসু ফিশাবীশিংনা কয়া তোৎনগদবনি। অনৌবা ডিজাইন পুথোকপগা লোয়ননা মচু থাগুনবা অমসুং মশা কয়বরোমদা য়েংশিনগদবনি। কৈথেল্দা য়োয়নবা পুথংলক্লিবা ফি-ফুরাংশিং অসি য়োয়নবনি হায়রুনা ফিশাবীশিংনা অয়াবা মতমদা অচেৎপা মচু শংদে। অহুনা অমুক্তং ঊশিং তুমবদা মচু অহু চংথি। অসিতসু নত্তনা ফি শাবা মতমদা ফিমায় অহুতমক থগ্রা ফকনা শাবগা অতৈদি য়ায়া ফত্তনা শাই। মসি তৌবা চুমদবনি। মরমদি মচু চেৎতবা অমসুং ফিজিন-ফিয়াইদা থুৎশা মায়দবনা মখোয়না শাব্রিবা ফি অসি পায়বা ৱাৎনরকনি। মহু ওইরবদি ফিগী মমল তাথরকপতা নত্তনা ফিশ-লোনশাগী শিনফম অসিমক শিথরকনি।

লৌভিক নৈথোংযগী ফিশাবীশিংনা শাব্রিবা ফিরোল অসি মথল ভাইফেৎ শরে। ফজ-ফজবা কৈজোম, ইন্নফি, শাড়ী, মেখল, মোনপাক ফিদক, লৈবল ফিদা, লশিং-ফি— ময়াম অসি মণিপুরদতা নত্তনা মপানদা য়ায়া পায়বা পোৎশক ওাক্তনি। লশিংফিদি মৈতৈরোলগী মিং অসিদা অহুম পৃথিবী ফাওরবনি।

মৈতৈনুপীশিংনা লাইরিক হৈবা নোংম-নোংমগী হেন্নকপগা লোয়ননা ফিশা-লোনশাগী শিনযমদা হেঁজিক অবাবা কয়া লৈরিবা অসি কোক্লকপা য়াই। লাইরিক্তা যংবা জ্ঞান অদো মখোয়না শিনফম অসিদা শীজিন্নহুনা মণিপুরগী ফিশা-লোনশাগী মিংচৎ অসি অমুক হেন্দৎলকনি। মহুতদা ম-পুরগী ইমুং থুদিংদা শেন-থুমগী ফিভমসু যরকনি।

# মণিপুরগী হরাওকুম্মৈ

## ( Festival of Manipur )

হরাও-কুম্মৈগী লৈবাক্নি মণিপুর। লৈবাক অসিনা মপানদা ফাওম্বিবসি হরাও-কুম্মৈগীদমক্তনি। হৌজিক্তগী বা নত্তে। মৈহৌরোনদগী হৌনা অহুম তৌরক্লবনি। মৈহৌরোনগী ৱারীদা ঐথোয়না থেংনৈ, ঈশিংনা ঈমায় চোম্না লৈরম্বা লৈবাক অসি শিব পার্ব্বতী অনিনা জগোই শাম্লনবগীদমক ঈশিং চিথোকতুনা শেমখি। মৈহৌরোনগী ৱারী অসিনা চুম্লবস চুমম্লবস মণিপুর অসি থায়নকৈদগী হৌহুনা হরাও-কুম্মৈ পাম্বা লৈবাক অমা ওইরকই হায়বসিদি ককপা য়াম্লবা ৱাফম্নি। মসিগী মরমদি মণিপুরগী মীয়ামগী প্রকৃতিগী য়ায়া নক্লবা মরী অমনা পুন্দুনা থমলি। জাতি অতৈনা থবকী চৈনাদা শাজ থাবা শগোলগুম লমজেন থাহুনা চেল্লবদা মণিপুর মচানা মহৌশাগী ফজবা মায়থোং য়েংহুনা তূমিন্না ফমহুনা লৈ, থবক-ইনথাং শূগনি কাউথোকই, পাক্লবা শংবানবা অতিয়াগুম্না হুংঙাইনা লৈথোকই। অহুননি মণিপুরগী সমাজদা চহী চুপ্পা, কুমওন খুদিংগী, হুমিৎ খুদিংগী হরাও-কুম্মৈনা ঈরাং হৌরিবা। চুমই, মণিপুরগী মীয়ামগী পুন্সিদসু অরাং অনং, অবা-অনাগী চৈথেং লৈতবা নত্তে, হুমিৎ খুদিংগী পুন্সিদা চঙদবা য়াম্লবা পোৎচং কয়ামুক্তী চৈফু লৈতবা নত্তে, অদুবু থম্মোয়গী হরাও-ঈহৌ অদুদি থিংবা ঙমদে, থিংবা য়াদে। সংসারগী পোৎলুম পূম্নমক করিসু ওইদনা থম্মোক্তুনা লৈবাক অসিগী মীয়াম্না মাঙ্গোনদা, শূমাংদা, শঙ্গোয়দা, মান্দোপতা, লম্পাক্তা—য়ুমলোম্নবা, মরুপ-মপাং, মরী থোক্নবা-থোক্নদবা ময়ামবু কৌহুনা হরাও-কুম্মৈদা ডাউই। লন-থুম ভানশিনবগী মহত্তা লৈজরিবা ময়ন-মথুম থবা

মহারাজ অমসুং বসন্তরাস অনি অসি থোক্লা থাম্লোকই। বসন্তরাসনা বসন্তগী মতমদা তৌই। মহারাসনা অতৈ মতমদা তৌই। রাস শাস্ত্রগী-দমক অথক্লবা মতম লৈবগা চুনিং লৈতে। চুমিং অমা অমদা রাস কংথেন। রাস অসি অহিং চুপ্পা তৌই। কৃষ্ণ অমসুং গোপিনী শারিবা অচাংগী মপ-মমাদি চুমিং অহুদা তশেংনা নন্দ-যশোদানি। রাস অসিগুম্বা মৈতৈ অতৈ কুমৈনা মৌথাক, ওইথোক গৌরলীলা অসিনা চিংদনি।

"বসন্ত-পঞ্চমী চুমিংতা সরস্বতী পূজা অসিসু মণিপুরগী চাউরবা হয়াও-কুমৈ অমনি। চুমিং অসিদা ছাত্র-চাত্রীশিংনা মরৈ গী মবেস্কু পুক্রিং শেংনা ঈরাংটে। চুমিং অসিগী অয়ুকতা বঙ্গাই বৈঙ্গুন তৌদুনা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা, সরস্বতীগী মুর্তি পুত্থনা লমজাওদা অয়ংনি লাউত্থন চংলি। অদুগী মতুংদা প্রসাদ লেনদুনা ময়ামবু পীদৈ, অমসুং লোসনা কুমৈ-কিয়োংসু তৌই।

কুইহৌদনা মৌরকই লবাং থাগী 'পুর্ণিমা— থাউশং— মণিপুরগী থাইদগী চাউবা হয়াও-কুমৈ। থাউশং 'অসিদা' যনা লাইহরবা মপা-মমাসু মচা-মশুশিংগী মফি মরোন অ-নাবা হোংবি। ফিরোম অহনবা শেংদুনা মচাশিংনা হয়াওবদো উবগা মমা-মপাশিংনা হয়াওবৈ। পুর্ণিমা চুমিং অসিদনি নবদ্বীপতা মহাপ্রভুনা পোকখিবি। চুমিং অসিগী চুমি-দাহবাইরব থাজিনগী থাজনা খোরকপগা" লৌমনা থাউশং থৈ থাম। থৈ থাবা "হেক লোইহনবগা" অচাংশিংনা নাক্ক-থেংবা চংদি। মোইংচানগা চুপী মচাশিংনা "লমজাওদা চংপা "মীদগী শেন" মুদি। মসি চুমিং 'হয়িরোম চংথৈ। শেন নিবা মুনবা অসিতা নত্তনা থাউশংগী হয়াওবদি আবীর তৈবগা লোসকামী কাপনবা, থাবলচোংবা, হোলি লকপা অসিনি। শেন নিবা আবীর' তৈবা হোলি অমসুং" মং চাহনবা। "অসিগী অহন অচাম থাবনে ল থাবলচোংবদি মরম ওইনা থাবং লৈশাবীগীনি।" থাউশংগী

কুমৈ অসি কনা থুইনা চংৈথ।

থাবনদগী চখৎরুবা মতম মাইনবা হৱাও কুমৈ অমনা লাই হৱাওবা অসিনি। শাগৈ শাগৈগী নত্রগী লৈকাই লৈকাইদা উমং লাই হৱাওবদা শাগৈ অতৃগী নত্রগা লৈকাই অতৃগী হূপী অভাং পুৱমক থোক্তুনা জগোই শাই। লাই হৱাওবা অসিদি মৈতৈনা গৌরধর্ম চংত্রিবৈদগী লৈৱকপনা ঈরাং পূজা অসি থামোয়া তোদে, মাইব-মাইবীনা তৌই। মণিপুরগী খাইদগী ফাওবা লাই হৱাওবদি মোইরাং থাংজিং হৱাওবনি। হৌজিকসু শায়নারিবসিনি— মোইরাং হৱাওবদি কুম কাংবা থঙহৌদে।

মৈতৈগীতা নত্তনা খৃষ্টান অমসুং পাঙনশিংগী হৱাও-কুমৈসু মণিপুরদা লৈরি। যীশু খৃষ্টগী মপোক ঙুমিৎ নীংশিংবা ওইনা খৃষ্টানশিংনা বড়দিনগী উৎসব পালন তৌই। পাঙনশিংগী হৱাও-কুমৈদা ঈদ-ই-মিলাদ, ঈদ-উল ফতর, ঈদ-উল-জুহা অমসুং মহররম পনবা য়াই। হজরত মহম্মদনা পাকপা অমসুং শিকা ঙুমিৎতা ঈদ-ই-মিলাদ, রমজান থা লোইবদা ঈদ-উল-ফিতর অসি পালন তৌই। হজরত ইব্রাহিমনা ঈশ্বরগী য়াথং মতুং-ইন্না মচা মূপাবু লাৎকে তৌখিবা অদুবু নীংশিংবা ওইনা ঈদ-উল-জুহা অসি তৌই। হজরত মহম্মদকী মচা মূপা হুসেনবু হাৎখিবা ঙুমিৎ অদুবু নীংশিংবা ওইনা মহররমগী উৎসব অসি পালন তৌই। অসিগুম্বা নত্তনা [illegible] অরিবা থম্ব চৎলিবা চীং অমসুং তম্বী [illegible] [illegible] কয়া কুমৈ লৈরি।

হৱাও কুমৈ মরাম অসিগী মতুংদা ঐখোয়না উবা ফংই মীওইবগী মপোংবা থখোন। ইশাগী ওইজ ওইথবা লৈবদা মকশিংবা থাখলবু [illegible] মূইকাশিং অসিনা অফুক মকৈক লৈংহনি। অদুনা অসিগুম্বা হৱাও কুমৈ অসিগী ঙুমিৎতা ঐখোয়না ইশাগী ওইজ ওইথক পুৱমক কাউদুনা [illegible] পূর্বতা ওইবা থাখল মনবা লৈমই।

অহোইবদা হাকসু অমদি থম্নীংঙাইহনি। মণিপুরগী হয়াও-কুমৈ অসি শাথীবা কা হেক্সংলকপগুম তোয়ে। মতম্তাদা চাওখৎলকপগী লোম-নবা মতম চিন্নরুবা তাঙা অসিদা মসি চাউখৎলগুম থোক্লে। হয়াও-কুমৈদা তাউরিবৈবা থবক পুংথৌরদুনা ঐথোয় নমদুন নাইডগা চাওখৎ-পগী থোকথাংবা শোথহোবা হাবা তৈরে অদুনা মতমগী থোক্তেন মতুং-ইন্না হয়াও-কুমৈ অসি থম্না ককথবা ফরে।

## ভারতগী মীশীং হেক্সংলকপগী অবাবা
## ( Problem of Population Growth in India )

চহী চানিবাংথৈরোমগী মমাংদা য়্যালথমবা মাথেমদা অকিবা হাকসু অমা লাউথোক্লগী—হেকশিন্দু মীওইবা, মীশীং হেক্সংলিবা অসি থিংডু নত্রবদি চাক তাংবা, মথক মথনগী লাইনং, লাম অনিমচিংবা থোকপা শোয়রে। মসিগী মরমদি, মীশীংবা যায়া পুনা হেক্সংলি অদুদু চিন্নাকতি অদুক থুবা হেক্সংলে। অদুনা মতম থবগী মতুংদা চিন্নাক থাংবা হায়বদি মথাংদা অমুবদি। চিন্নাক থাংলবদি কলদ মথাগী লাইনাম্মা নাবা, অমম্বা অমগা থুংশিনবদা, থৈনবা শুনবা থোকপা হায়বসি থোক্লবনি।

য়্যালথবগী শাউরেন অসি লোয়রিবা মী কাওবু অমরুং যাওরি। অদুবু মসি হেক কয়াই লম্বাইনা নংশেকপা হাবা হাকমদি নত্তে। য়্যালথমলবা ইউনমলিবা মীওইবগী অকিবা শককম অসি হৌজিকসুক ভারতদা থীবা ২ লিবনি। ঐথোয়গী নৈনাক অসিদা হৌজিক মীশীং অসি যায় পুনা হেক্সংলি। ইং ১৯৫১ গী মীকোক থীবদা ভারতকী মীশিং

মশি কোটি ৩৬ নি। চহী তরা মতুংদা ইং ১৯৬১ দা ঐখোয়গী মীশীং মশি কোটি ৪৩ হেল্লে। হায়রিবা চহী তরা অসি ঐখোয়গী মীশিং অসি চহীদা ২·২৫% চাবা হেন্দ্রখি। মসিগী মমাং থংবা চহী তরা অমুক্তি মীশীং হেন্দ্রংপগী চাং অসি চহীদা ১·২৫% তনি। অদুগা মোক ১৯৭১গী মীকোক থীবদা ভারতকী মীশীং অসি কোটি ৫৫ ওইখি অমসুং হৌখিবা চহী তরাদা হেন্দ্রংপগী চাং অসি চহীদা ২·৫০% ওইখি। মসিনা তাকপদি মীশিং অসি চুম্না হেন্দ্রংপদা নত্তনা হেন্দ্রংপগী চাং অসিসু হেন্দ্রংলক্লি। মসিগী মরমদি, অতাং শোকপগী চাং অসিদি থোইনা হন্থবা তৌদে, মমথোমদা নৈবাক্কা চাওখৎলকপা অমসুং অনা-লাইয়েংবগী নিংথিনা খুদোংচাবা কংলকপদগী শিবগী চাং অসি হন্থরক্লি।

মীশীং মাম্না থুন' হেন্দ্রংলকপসিনা ঐখোয়গী করি অকায়বা লাকই? শাউখুন মাম্না লায়। হেন্দ্রংলক্লিবা মীশীং অসিগী মবুক থল্লবা শোং চৈ রম্না পুখোক্তবা য়াদবনি। অদুবু লৌ-শিং উমনবা ললদি হেন্দ্রংদে। মতুনা ঐখোয়না কনা লাকহুনসু কৌ-চেঙ মাম্না হেন্না থোকহনবা হায়-দসি ওইখোক্তবনি। চাওখৎপা মতৌংদা লৌ-শিং উবদ' কৌখোক থরদি রম্না থোকপা য়াই, অদুবু কৌখোক হেন্দ্রংপগী চাং অদুদগী মীশীং হেন্দ্রংপগী চাং অসিনা হেনবনা কৌ-চেঙ থাংপা হায়বসি শোংয়রবনি। মসি হৌজিকমক ঐখোয়গী নৈবাক্তা থোক্লিবনি। অমৌ অমৌবা লমদা অমসুং চাওখৎলবা মতৌংদা লৌ উহুনা কৌ-খোকপুদি হেন্দ্রংহনি, অদুবু মীশীংনা মাম্না হেনখিবনা খোংথ-লোংথগী চাক-তাংবা হেন্দ্রংলক্লি। তসি ভারতকী মী অরাথবা মবুক থম্না চাবা কংদে, অকপা শোং চাঁথদি লায়রহুনা। মবুক থম্না চাদবদগী লাইনাহ্ মথল মথলগী নানরক্লি, হুয়ান-চীংথী অমসুং মৈন-জুরবা হেন্দ্রংলক্লি। নৈবাক অসিদা থোকপা কৌ-চেঙনা চাবা তত্তহুনা চহী খুদিংগী মীয়েথাক্তগী কৌ চেঙ পুরকপা তাম্বি। অসিমত্তদা

ওক্তুনা চহী থুদিংগী চরা হেন্দুনা মী কয়া শিরুরি, অয়াম্ব-লোয়ান্নাংবী তেংবাংবোলনা থাইদৈক মরি নিরি। চিঙ্গাক্তা নত্তনা মীশীং হেনগৎলক-পগা লোইনবা লৈফম-চাকম, ফিরোল অসিনচিংবা পোৎশক, পুন্নক্তী মরকাইহৈ হেনগৎলকই। অহুনা চাক-শেংপা নীংবা থুংন্নবা, শরু-শরুং তাঙ্গা তাগরবা, লাইরিক-লাইঙ্গু তম্বগী থুদোং চাবা কংব্রবা মীয়ামা থরবা অইঙ্গুবা শককয়ি ঙসি ভারতনা ওইরিবনি।

ভারতকী অসিগুম্বা অরা-অনাগী শাথীরবা ফিভম অসিদগী করনবা পাদৈরদি মীশীং হেনগৎলিবসি থিংবনি। মীশীং হেনগৎপা লিংবা হায়বসিদা মানিংদবা কাওব্র অমা যাওরি। মখোয়না হায়, অঙাংবা পোক্লকপদা মচীন অমম্বং মথীবোংতা পুহুনা, নাক্তে, রখুৎ অকিস্থ যাওরকই। অহুদু অরাবদি থবক শূফম্না লৈত্রবদা কদায়দনো মখুৎ অনিহুনা শূক্রগদৌ-রিবা, থুংবাক মরাংদা লৌ উগব্রা। অহুনা লৈবাক অসিগী অরাবা কোঙ্গাইঁ অর্দি কোকইনবা ভারবদি মীশীং হেনগৎলক্লিবা অসি থিংবা নত্তনা অতৈ উপায় লৈতে।

অহুদি মীশীং হেনগৎলিবা অসি করম তৌহুনা থিংগনি? মথক্তম্ব পনখ্রে লাইরেং-বিজ্ঞানা চাওখৎলকপা মরম্না মী শিবদি চাং হন্থরক্লে, অহুনা মীশীং হদ্রহনবগী অরক্তা ভারতনা পাদৈরদি অঙাং মায়া পোকচন-লিনি। মপা মমা ওইরিবা খুদিংমক্তা শকলিরুনি, অঙাং মায়দি মোকপা রায়, মখোয়গী মনীং থুংহনবা তম্রে, নীংথিনা লাইরিক-থাইঙ্গু তম-হনবা তম্রে। অঙাং অস্লিকপ্তা পোক্লবদি মখাদু ত্লৈথিনা লেপ্তবা কবিমতা থাদে, অসিগুম্বা ইমুংদি, মায়া মুংলাইনা লৈফঙ্ক্তবা মরিকিন-দনজনি সরকারনা ভারতকী মীয়ামদু অঙাং মায়া পোকচনবা তোঙ্গা লাউথিবসি, সরকারনা থাইরু মপোরুগী পোয়াং (family planning programme) কয়া পাথত্থিরকসি।

চুমহী, চহী মঙাগী খোয়াংদা লৈবাক অসিগী পোখোক-চাথোক হেনগৎহল্লি। অদুবু চাগদবা শেংকদবা মীনা অমুক হেনগৎলকপনা চাও-থৎপগী কান্নবা অমত্তা ভারতকী মীয়াম্না যংদ্রি। চাওথৎ-খোয়াংগী কান্নবা অসি মী খুদিংমক্না ফংবা ত ৱবদি অমসুং মীয়ামগী শেংপ-চাবা নীং থুংদবা অসি কোকতনব তায়বঁদ মীশীং হন্থৎলবা অসি নত্তনা উপায় লৈতে। অদুবু অবাবা অমদি লৈরি। মী অয়াম্বনা হৌজিক অঙাং যাম্না পোকনিংঙ্গ্রবসু অঙাং পোক্তনবা অৱায়বা অমসুং শেন চঙদবা পাইৱ লৈত-বনা অঙাং পোকপা লেপ্পা ঙমদ্রি। পাইৱ থৱবুদি থোক্লে, অদুবু মখোমশিং অদু শেন চঙবা নত্রগা ওকচাং শোকপা নত্রগা শীজিন্নবদা যাম্না শায়দবা ভাক্তা ওইনা তৌরি। মাইকৈ অসোমদা সরুক য়ান্ন য়ুম্না থিজিন্নিদি হায়রবু নীংবা থুংবা মতৈমক্তি কংদ্রি।

## ভারতা চাক—তাঙবগী অব ব

## *( Food Problem in India )*

ভারতকী হৌজিক খাইদগী লুবা সমস্যা চাক-তাঙবা অসিনি। নীংতবা ফংবা ওসি চহী কুম হেল্লিরক্লে, অদুবু ভারতকী মীয়াম্না চাব-থকপা মরাং কায়না ফংবা ঙমদ্রি। মরাং কায়না ফংবদি লায়রবসুবা নোংম-নোংমগী অমুক অমুক হেন্না কিতন অসি কংচিন্নক্তি। ওসি ভারতকী মী অয়াম্বনা হকচাং ফনবা অকপা চিঙ্গাক চাবদি লায়রবুনা চুম্না মবুক থম্না চাবা ফাওবা কংদ্রি। চম্না নামা চারগা থৱায় হিংনবা লাক্তবনা অয়াবনি। চারা নামা ফাওবসি চাবা ফংদবুনা শিবগী খুদম হৌজিক ভারতা তাওদে।

ভারত্তা চাক তাওলিরম্লিগী মরম লৈতবা নত্তে, মরম য়াম্‌থে । অহানবদা, লৈবাক অসিগী মীশিং অসি নোংয়-নোংমগী কম্না গেহৎপগা লোয়নবা চহী খুদিংগী চিন্নাক হেন্না হেন্না চংভক্লি । অদুবু মদি হেঙ্গৎপা লৈতবদা মথামগী ওকুবা চিন্নাক লৌউ-শিংউবদগী থোকহনবা ভমদে অনিত্তবদা, লৈবাক অসিগী লৌউ শিংউবগী মওং ( *method* ) অসি খায়না ইপাইপুশিংনা উরবা মওং অদুদা অদুম চথরি—উগী লাঙ্গোল অমগা যল পাবোৎ অমগা ইরোই অমগা । উগী লাঙ্গে লনা লৈবাক্তা কুম্নাংবানতং হাইপাইবা অদুনা, মমনা লৌমিতৈভদদি পোৎথোক ফয়য়বম, গৌক্তিক্তি পোৎথোকী য়াৎশিল্লক্লে । তাম্ন য়াৎশিল্লক্লবা লম অদু হায় হংপ্রম্ভ তোদে । অদুনা তাম্ন য়াৎশিল্লক্লবা লমনা পোৎথোক য়াৎশিল্লকপা হায়বসি মশান ভায়বনি । অদুগীম্ম মথক্তা ঐথোয়গী লৌউ শিংউবসি কুমগী লোংদা ভাংলে । অদুবু কুমগী লোং হায়বসিদি থাজনাংচাই নত্তে । মক্তা হয়াওরুবা চহী অদুদি মতম চানা অমম্ভং চাং চানা চুবিদুনা লোৎয়োক কহল্লি । তৌইভমম্ভং অদুভবা চহী অদুদি য়াম্না ভাওনা থোকই । অমাম্বা মতম্মদি অশাউবা মায়থোং উৎপনা মহাক্তী মহৌশানি, অদুনা লোং চুবিদবা, চুমগম্ম মতম চানা চুবিদবা অসিনা লৌ, উব মাহনদে । লৌ য়াম্না ফগদৌমি হাবনা হয়াওরুবা চহী অদুম্ম লোং য়াম্না কম্না চুহনা ঈশিং চাউহল্লি লৌ হাৎল্লি । অয়োইবদা, লেনজাউ শায়বা লয়োনবা কাংবুনা মশানা কৌ চেঙ বাংলবা অসিগী মথক্তা লেলোংগীদমক অমুক হেন্না ভাওনবা শীল্লি । মথোমনা পোইকুগী মতমদা কৌ চেঙ হোঙনিতৈদা ভখমথৈ বানশিল্লোহুনা লৈশিন্দুনা থমই । কৈথেলদা পুথোক্তুনা য়োনশনবা কৌ-চেঙ অদো মথোমনা বানশিনহুনা থমথুবনিনা চিমবা মতমদদি মীয়াম্না বামগে হায়ব ফংদে । কৈথেলদা কৌ-চেঙ লৈত্রবনিনা মমল ভাংবা হায়বসি মশানা ভায়বনি । অদুম তোনা কায়বায়-বানাশিংনা কৌ-চেঙ ভাওনবা শীন্দুনা চাক ভাওবগী অমাবনি অমুক

চেন্না হেন্নংহল্লি । শম্না হায়রদা চাক ভাওবগী মরম অসি চাগদবনা যাম্বা পোংথোক্না বাংপা অসিনি ।

চাক ভাওবগী অবাবা অসি কোক্লনবা সরকারনা ক্রনা কন্না হোৎনখ্রি, তৌজিকন্থ গোংনবগী লেম্না লৈরিবা হৌখিবা চহি কয়া অসি অয়াংপা মেনশিল্লনবা-তায়হুনা আমেরিকা, রাশিয়া, জর্মান, জপান্নচিংনা লৈবাকশিংগী চহী থুমিংগী চেঙ, গেহুনচিংবা চিঙ্গাক লৈতুনা পুরক্লি । মফম অমগা মফম অমগা মরক শম্বরদগী কারবার-যাদাশিংনা শেন্দোং য়াম্না লৌহুনা ফৌ চেঙ তাক্কঙ্লিবাসু থিংননবা মফম অমদগী মফম অমদা ফৌ-চেঙ পুথোক পুশিন থিংলি । শেন্দোংগীদমক ফৌ চেঙ পৈশিল্লিবসি থিংনবা আইন পাশ তৌহুনা সরকারনা পৈশিন্দুনা থম্বা ফৌ-চেঙ মৎলি । লাইরবা মীয়াম্না অহোংবা মমলদা ফৌ চেঙ ফংবা ঙম্ননবা অহোংবা মমলগী দোকান (*fair price shop*) কয়া মফম মফমদা হাংলি অমসুং ফৌ চেঙ তাঙবা মতমদা রেশন রেল্লি ।

তৌইঙুবসুং মথক্তা পনখ্রিবা থৌরম অসিদি হৌজিক হৌজিকীতা ওইনা তৌবা থৌরমনি । মসিনা লৈবাক অসিগী চিঙ্গাক বাংপগী অবাবসি তুং কোইনা কোকহনবা ঙম্লোই । লৈবাক অসিগী লাইনা অসি কুইরবা লাইনানি, হৌজিক ভাইহাক ফথ্রবসু তুংদা অমুক হৌরকনি, হেকহাক কবা লাইনা নত্তে । অদুনা লাইমেংবসু য়াম্না শাংনা চৎথবা তাই । মীয়ৈরবাক্তগী ফৌ চেঙ পুরক্নবা ঐথোয় কয়াম কুইনা হিংগনি ? মীয়ৈবাক্তগী ফৌ-চেঙ য়াম্না থাম্লনবা শেন-থুমসু মরাং কায়না লৈতে নত্তে । ঐতিক ঐথোয় শিল্প (*industry*) য়াম্না লিংথৎনবা অমসুং চাওথৎনবা কয়া হোৎনরি । মসিদা শেন থুম হাপ্পনিংঙাই লৈতনা চঙলিবসি । অদুনা ঐথোয়গী শেন-থুম থয়া লৈজরিবা অসি মীয়ৈবাক্তগী ফৌ-চেঙ থান-থনা থরচ তৌথ্রবদি শিল্প লিংথৎপা ঙমগনি । অদুনা লৈবাক অসিদা থোকপা ফৌ চেঙনা ওকবা শীনবা য়াবরি ।

অহুদি করম তৌহ্না শীনগনি? অমত্তোমদা, চিঙ্গাক মায়া চংদনবা হোৎনবা তাই। মতুংগীদমক মীশিং হেক্লৎলিবা অসি থিংননবা হোৎনবা তাই। সরকারনা মাইক-মুখানগী খোৱাং অসি কয়া পায়থৎতুনা চাবোক হংহন্নবা থবক অসি মচৈ মাল্হনবা তাই। নাকপ অমত্তোমদনা, ফৌথোক চাথোক হেক্লৎহনবা খোৱাংসু কয়া পায়থৎপা তাই। মসিগীদমক চাওথৎপা মওংদা লৌ-শিং উননবা লৌউবশিংবু তাকপিবা তাই। অফবা মথলগী মরু-মরাং মরাং কায়না ফংহনবা, হায় মতীক চানা শীজিন্নহনবা, ট্রেক্টারনচিংবা বৈজ্ঞানিক পাম্বৈদা লৌ-শিং উননবা থবক পায়বা তাই। মসিগীসু মথক্তা অনৌ-অনৌবা লম কোক্ত্না লৌ-শিং উননবা শীনবগা লোয়ননা ঈশিং খোংসু মতীক চানা তৌবা তাই। ঈশিংখোং মরাং কায়না তৌরবতদা ঈশিং চাউবা অমসুং নোং চুদবগী থুদোং ঊবদগী নাম্থোকপা মাগদৌরিবনি।

ফৌথোক-চাথোক হেক্লৎহনবগা লোয়ননা ফৌ-চেঙ মাংহন্দনবা পাম্বৈসু থীবা তাই। চহী থুদিংগী উচি, ভীন কাংনচিংবা ময়াম অসিনা চিকথায়দুনা মামল্লবা অপুনবা ফৌথোক-চাথোক্কী ১০% দি মাংহল্লি। মসিগী মথক্তা ইনাক কৈরাক থুনবশিংনা উৎসব-পাঙ্গোবত্তা অরেমদা চিঙ্গাক মাংহল্লিবসি থীংগদবনি। লাইরবশিংনা অহোংবা মমলদা চিঙ্গাক গুরু কংননবা রেসন য়েনবা অসি মপুং ফানা কল্লা চৎথগদবনি। শেনফাউ পায়বা লল্লোনবশিংন কায়বায়গীদমক ফৌ-চেঙ পৈশিন্দুনা থম্বসি থীংগদবনি। মখোয়গী ফৌ-চেঙ সরকারনা মৎপত্তা নত্তনা ফৌ চেঙ পৈশিন্দুনা থম্বা লল্লোনবশিংবু জাহি তৌবগা লোয়ননা কাদোকসু পীহুনা মতিক চাবা দণ্ড পীগদবনি।

সরকার অমসুং লৈবাক্কী মুচিংবশিংনা মখোয়গী বাখল পুরমক চিঙ্গাক মাংলিবা অসি করম তৌরগা য়েনবা ক্ষমগদবগে হায়বা অলোমদা মাই-

হৃদী মরু ওইনা থনুগদবনি। মী ওইনা হিংবগীদমক্তি চিঙ্গাক্পা মরুনি। নৈবাক্কী মীয়াম্না চাবা ফংবদুনা মাইকৈ মঙি তেংথাখোলনা নিরক্রবদা শিন্ন চাওখৎনবগী রাখল তৌবা অরেম্বনি, পাপকী মথক্তি। চাক-তাওবগী অরাবা অসি কোকহনবা ওন্নবতদা নৈবাক অসি মরা ওপ্পা পানবা ওমগ-দৌরিবনি। অদুনা ঐখোয়গী চৎনী মতাগী খোয়াংদা চাথোক-কৌথোক তেক্নহনবা লৌউ-শিংউবসি চাওখৎনবা মরু ওইনা থবক পায়খৎপা চুরই। থয়তং মুংতাইবদি, চৎনী শরু অসি চাথোক তেনবা মরু-মরাং পুখোয়কপা অমদি লৌউ-শিংউগী মওংমু চাওখৎলকপা মরম্না চিঙ্গাক্কী চাথোক ফজনা তেঙ্গৎলক্লে (মসিবু অশওবগী মাওল হায়না থওনরি)। অদুনা চিঙ্গাক তাওবগী অরাবসি থরমথৈদি করে হায়বা মাই। অদুবকপু মসিদা পেঙ্গোক্তুনা নৈখোকপা মাবগী ফিভম অদুদি নৎরি। ঐখোয়গী হোৎনবা লেপ্পা য়াদ্রি।

## ভারতকী রাজনৈতিক দলশিং
## *( Political Parties in India )*

ঐখোয়গী রাজনীতিগী ফিদম অসি ইংলিশতগী লৌবনি। অদুবু রাজনৈতিক দলগী মশীংদি ইংলেণ্ডদা নৈবদগী য়াম্না তেনখ্রে। ইংলেণ্ডদা মরু ওইনা রাজনৈতিক দল অনিথক্তনি— কনজারভেটিভ অমসুং লেবর পার্টি; লিবারেল পার্টিদি হৌজিক খোইনা মথক নাহত্রে। তৌইঅমসুং ভারতদি মরু ওইবা রাজনৈতিক দলগী মশীং য়ামখ্রে। মাইকৈ অমোমদা য়াশিয়াগা থানক্তবদি অমুক শাথীনা তেম্না থেমখ্রে। নৈবাক অতুদদি

পার্টি অমথক্তনি নৈরিবা, মদুদি কমিউনিষ্ট পার্টি, অদুনা রাজনীতিদা থরায় য়াওবা মী খুদিংমক কমিউনিষ্ট পার্টিদা য়াওনবা তৌই। রাজনৈতিক দল মখোং অসি আমেরিকাদসু য়ামদে। নৈবাক অদুগসু পার্টি অনিদুংখক্তনি—ডেমোক্রেটিক পার্টি অমসুং রিপাব্লিকান পার্টি। ইটালীদসু পার্টি অনিখক্তনি। জাপানদসু য়ামদে, পার্টি খরদুমক্তনি।

ভারতকী মখোং য়ামথ্রবা রাজনৈতিক দলশিং অসিগী মতুংদা থাইদগী মরু ওইবা পার্টিদি কংগ্রেসনি হায়বা য়াই। দল অসি ইং ১৮৮৫ দা মিঃ হিউম্না লিংখৎপনি। ভারতনা নীংতম্বা ফংদ্রিবা ফাওবা দল অসি নৈবাক অসিগী মহুৎ শিনবা পার্টি ওইরম্মী হায়বা য়াই। দল অসিগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি— 'ভারতকী মীয়ামগী য়াইফ নুঙাই অমসুং চাওখৎ থোকপাং পুরকপা অসিনি'। পৃথিবীদা শান্তি পুরক্নবা নৈবাক অতৈগা চান চিন্নবা নৈমিন্নবসু দল অসিগী উদ্দেশ্যনি। চহী খরগী মমাংদা কংগ্রেসকী নাগপুরদা কৌথিবা অধিবেশন অদুদা দল অসিনা নৈবাক অসিদা সমাজ বাদ পুরকনি হায়নসু রারেপ তাখ্রে। নীংতম লানফমদা কংগ্রেসনা মীয়ামবু লমজিংখি হায়বসিদি ককপা য়াদ্রবা রাফমনি। ইং ১৯২১ গী মমাংদদি দল অসি মপাঙ্গল থোইনা নৈরমদে, বৃটিশ সরকারগী শাসনদা পেনদবা কয়া ফোঙদোক্নবা চুরগী বাকৎ-মরূপ ওইনা নৈরম্মী। তৌইঙম্মসুং মহাত্মা গান্ধীগী লুচিং মথাদা লাক্নবা মতমদগীনি মসিনা মপাঙ্গল ফরবা পার্টি অমা ওইবা হৌরকখিবা। মহাত্মা গান্ধীনা ইং ১৯২১ দা পার্টি অসিগী লুচিংবা ওইদুনা মতেং-পীদবা আন্দোলন ( Non-Co-opration Movement ) তৌখি। অদুগী মতুংদা অমুকসু মহাত্মা ইং ১৯৩১দা আইন-য়াদবা আন্দোলন ( Civil Disobedience Movement ) তৌখি। কংগ্রেসনা মপাঙ্গল ফররকপদা বৃটিশ সরকার তুমিন্না নৈবোকপা ঙমখিদে। অনিশুবা লাল্লাও হৌরকপদা কংগ্রেসনা ভারতপু নীংতম্বা

পীত্রবদি বৃটিশপু মতেং পাংলোই হায়না রায়েপ তাখি। বৃটিশনা মস্থু য়াত্রবদা লৈবাক অসি শীনবা থুংনা 'ভারত থাদোকউ আন্দোলন' ( Quit India Movement ) হৌখি। আন্দোলন অসিদা ইংরেজনা ভারত মচা-শিংবু নমথনবা য়াম্না থীনা তৌখি, অদুবু কাইনথংদা ইংরেজশিং তুং হনবা তাখি। ইং ১৯৪৭ তা ভারতনা নীংতম্বা ফংবগা লোয়ননা কংগ্রেসনা লৈবাক অসিগী শাসন পায়খি। দল অসিমা শাসন পায়বগা থীন্দনা ভারতকী সংবিধান অমা শেমদুনা ভারতপু গণতন্ত্রগী লৈবাকনি হায়না লাউথোকখি অমসুং গণতন্ত্রগী হৌনবা মতুং ইন্না শাসন তৌননবা মীথল পাঙথোকখি। ভসি কাওবদা চহী মঙা-মঙা থুদিংগী লৈবাক শীন থুংনা পাংথোকখিবা মীথল ফনা য়ামখ্রে। মীথলশিং অদুদা কংগ্রেসনা মীশিং য়াম্বা ওইদুনা শোক ১৯৭৭ কাওবা কেন্দ্রগী শাসন পায়খি। তোইশুমসুং কেরালা, মদ্রাজ, বেঙ্গলনচিংবা রাজ্য খরদদি দল অতৈগী মখুৎতা শাসন চৎখিবা য়াওখি। মপাম্বোংদা লাইব-ইনাক খুনবা অনিবু চপ-মান্নবা মিৎয়েংদা য়েংলবসু লন-থুমগী থেন্নবা অসি লৈহন্দনবা হোৎনরবসু হৌজিক কাওবদি দল অসি ইনাকখুনবগী দল ওইনা তৌরি। শোক ১৯৭৭ গী মীথলদা জনতা দলগী মখুত্তা মায়থীবা ফংদুনা কেন্দ্রদা কংগ্রেসনা শাসন পায়বা ঙমখিদে। অদুবু রাজ্য খরদদি দল অসিনা হৌজিকসু সরকার পায়রি। দল অসি ১৯৬৯দা অনি থোক্না কায়খি। অদুগী মতুংদা কায়বগী মঙং অসি ময়ক ময়ক্তা চথরি।

কংগ্রেসতগী অমুক হেন্না য়েৎলম-চৎপা দলদি ( Rightist ) হিন্দু মহাসভা, জনসংঘ অমসুং স্বতন্ত্র পার্টিনি। সমাজ বাদতা মথোয়দি থাজবা তৌদে।

ভারত অসিদা ওয়য়ম-চৎপা ( leftist ) দল ময়াম অমসু লৈরি।

মথোৎকী মতুংদা থাইদগী হেক্না নীংথিনা লিংজুনা লৈরিবদি কমিউনিষ্ট পার্টিনি। পার্টি অসি ইং ১৯২০ দা ভারতা অহানবা ওইবা লিংথংখি। নীংতম্বা মতুংদা পার্টি অসিগী মপাঙ্গল কনখৎলকখি অমসুং মথোয়না রাজ্য খরদা শাসন পায়বা ঙমখি। অহানবদা দল অসিনা বিপ্লবকী (revolution) মতেংনা লৈবাক অসিদা প্রোলেটারিয়েটশিংগী শাসন লিংখৎপদা থাজরম্মী। হৌজিক বিপ্লব নত্রবস্ গণতন্ত্রগী মীথলদা সমাজবাদ পুরকপা য়াগনি হায়রবসি থাজনরক্লে। চীনাগা ভারতকা লাচ্চেংনবা মতাংদা পার্টি অসিগী নীতিদা চিংথাইবা অম লাকখি। খোদোক অহুমা কমিউনিষ্ট পার্টি অসি অনি খে কহনখি — সি-পি-আই অমসুং সি-পিআই (মার্ক্সিষ্ট)। পার্টি অসিগী মপাঙ্গলদি হৌজিক লোমী অমসুং শিনমীশিংনা ওইরি। ফরবার্ড ব্লোক, রিভোলিউশনারী সোসেলিষ্ট পার্টিনা চিংবস্ কমিউনিষ্টকা য়ায়া নক্লে।

কমিউনিষ্টতা নত্তনা ভারতা বামপন্থী দল অতৈস্ লৈরি। মথোয়শিং অতুগী মতুংদা সোসেলিষ্ট কাঙবু অসিস্ অমনি। মথোয়স্ সমাজবাদতা থাজবা কাঙবুনি। কাঙবু অসি সমাজবাদতা থাজরবস্ কমিউনিষ্টশিংগা খেংথাইনবদা দক্ষিণপন্থী (rightlist) শিংগা খুৎ শময়ুনা চৎলি। সোসেলিষ্ট কাঙবু অসি অনি-হুম খোক্লা কায়থরে— অমাখনা অতোপ্পা দলদা চঙখ্রে।

লৈবাকী মকম খুদিং মীন থুংনা লৈবা পার্টিশিং অসি নত্তনা লম-লমগী ওইনা তৌবা পার্টি ময়াম অমস্ লৈরি। মথোয়শিং অতুগী মতুংদা পঞ্জাবকী আকালী দল, মণিপুরগী মণিপুর পিপলস পার্টি, তামিলনাডুগী দ্রাবিড়-মুন্নেত্রা কজাঘম্,— অসিনচিংবা পনবা য়াই।

শোক ১৯৭৭ কী মীথলদা অচৌবা দল অমা খোয়রকখি। মরু ওইনা

## ভারত অমসুং গণতন্ত্র
## ( India and Democracy )

গণতন্ত্র হায়বগী ঐখোয়না মীয়ামগী শাসনবু খঙই। মসিবু 'মীয়ামগীদমক্তা মীয়ামনা শেম্বা মীয়ামগী সরকার'— 'a government of the people, by the people and for the people' হায়না মখেক শেংনা মশক তাকলি। গণতন্ত্রদা সরকার শেমগদবা মরক মরক্তা মীথল তৌহনবা প্রজা মরাম্না খনবা মীহুৎশিংনা শেমই। লৈবাক্কী সংবিধান অমগী মখাদা মীহুৎশিং অহনবা কদায় কাওবা খবক তৌবা ওবা হায়বহু কজনা ভাকই, মহুদগী কয়িক্তবা হোংবা তাববদি সংবিধান অহু নিয়ম অমগী মখাদা শেমদোক্কবা যাদে। শরা হায়বদা, গণতন্ত্রদা শাসনগী শক্তি অসি মী অমগী নত্রগা কাওবু অমগী মখুৎতা লৈহন্দনবা হোৎলে।

গণতন্ত্রগী চপ চানা খোদাংদি মীহুৎ খনবগী মওং অহুদা লৈ। মীহুৎ খনবগী মওং অসিদগি মীয়াম মখোয়গী খোক ফোঙদোক্লোয়রবা। মীয়ামনা লৈবা পুংলোন মতুং ইন্না মখোয়গী মীহুৎশিং অহুম খংগোই শাগলোয়রবনি। মাটেং অসিনা গণতন্ত্রগী অক-ফক্তা অফন-মথোম পূরমক কোঙজোক্লে হায়বা নাই। অহনবা গণতন্ত্রদা মীহুৎ খনবগী মওং অসি মায়া পাকখোকহনবা চাবনি; চহী মপুং কায়না মীওই খুদিংমক, হূনী হূনী থায়দবী,— মীহুৎ খনবদা যাওগদবনি। মসিদগী খক্তং ককথবদা, হায়বদি— মচৈ-মচিং, লেন-মখুন; চৈথ শীনগী চাং অসিনাচিংবা অসিনা মীহুৎ খনবশিংগী মওং চৈংহনবদি,— শাসনগী শক্তি অসি কাওবুন অমগী মখুৎতা চংশিনগনি। মসিদু চৈংবদি গণতন্ত্রগী অর্থ লৈরে। অদুগী মরক্তা মীহুৎ খনবা মতমদা খাংহং-লনন ফুক্তিংবা লৈহনবাইরবনি। মসিগীদমক তোঙ খাংবা মতমদা লোয়না লেহনবগী ফুকোংচাবা লৈগদবনি। তোঙ মাংদা মী অহানবা মখোয়গী শীনবদা

মী অহূদা পীবদা করিগুম্বা খুদোংথীবা য়াবগী অকিবা লৈহল্লোইদবনি। তৌইগুম্বসুং গণতন্ত্রগী মথৌ চপ চানা অমসুং ফজনা চৎথবগীদমক্তদি ভোট পীরিবা মীয়াম্না লাইরিক-লাইশু হৈবা তাবনি, মরমদি ভোটকী মমল খঙবসি মীচম প্রজাবুদি লাইরিক-লাইশু হৈবশিংনা খঙবা হেল্লি।

তৌবগীদি মসিসু অচুম্বা বানি, মীহুৎ থনবগী মওং অসি মসিনা করিঙৈত্তা অশোয়বা লৈত্রবনি হায়বা য়াবা অমত্তা লৈতে। অহুম্না চপচাবা গণতন্ত্র কনামতনা পুরকপা ঙমদে। অহুনা চপচাবা গণতন্ত্রগী মনাক অহুত্তা য়ৌনবা লাক্লবা অহূদা পেনফম থোকই। গণতন্ত্র হায়বদিসু পৃথিবীগী অতৈ পোৎ-শকুম্না মতমগী থোঙলে মতুং ইন্না হোংই। গণতন্ত্রগী য়ুম্ফম অসি পাক-থোক্লবা, মীয়াম্না মথোয়গী মোত নীংথিনা ফোঙদোকপা ঙম্নবা অমসুং শাসনগী শক্তি কাঙলুপ অমথক্তগী মখুত্তা চৎথিদনবা মতম খুদিংদা হোৎনগ-দবনি। মসিনা তাকপদি, গণতন্ত্রগী মরুদি মোত ফোঙদোকপদা অথিং-অপন লৈহন্দবা অসিনি। পার্লামেণ্টতা চত্থবা থৌরম খুদিংমক মীয়ামদসু খঙহনগদবনি। মহুগীসু মথক্তা অচুম্ব গণতন্ত্র লৈবা তারবদি মীয়াম্না মথোয়গী মীহুৎশিংবু লোথোকপা য়াবগী অধিকার লৈগদবনি।

অসিগুম্বা অচুম্বা গণতন্ত্র অসিদি ভারতনা থৌনা ফনা ফংননবা লাক্লিরিবনি। লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীথলগী মওং অসি য়াম্না পাক-চাউই। চহী কুনমথোই ম্নমা হুপী হুপা খুদিংমক ভোট পীবগী অধিকার লৈ অমসুং মীয়াম্না মথোয়গী মোত ফোঙদোকপদা হরিগুম্বা অথিং-অপন পীরক্লে। তৌইগুম্বসুং লৈরিবা ফিভম অসিদা অশোয়বা থরুদি য়াওরবা ল্লে। হোক্লিকী মতুং অদুম্না ভোট পীগদৌরিবা মীয়ামে অসি মকম য়াম্না লাপ্না লৈবা য়াম্না মীহুৎ ওইনা লেপ্লিবা মী অহনা মীয়ামগা উম্ননবগী খুদোং চাবা অসি লৈতে; লাইরবা মীদি শেন লৈতবা মহাক্না লেপ্লিবা মম (Constituency) অসু থুংনা লোয় ঙমদে, ইনাকখুনবশিংতনা

লম থুংনা চৎপা ওমই। মরম অসিনা ইনাকখুনবশিংগী মকমদা পার্টিশিংনা তাংজদবা ওমদে। হয়েং পার্টি অমুনা ভোট কায়বদি শেনগী মত্তেং লৌরুবা ইনাক খুনবা অমুনা খুদোং চাবা হেক্তা লৌরে। অমুগী মথক্তা ঐখোয়গী মীয়াম অসিনা লাইরিক-লাইশু হৈতবা অসিদা ইনাকখুনবশিংনা শেল থরা পীরগা ভোট লৈবা ওমই। অমুনা অয়াবা মতমদা ভোট লৈবা ওবা মী অমুনা ইলেক্‌শনদা কায়। অমুনা ঐখোয়গী গণতন্ত্র অসি ইনাকখুনবশিংগী গণতন্ত্রনি হায়বা য়াই।

গণতন্ত্রদা লৈবাক্কী শাসন-শক্তি অসি শূপচনবা ফত্তে। পাক চাউরবা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা হৌজিক তোথাই তানিংবগী রাথল মকম মকমদা লৈরে। মসি খিংননবা হায়রুনা কেন্দ্রগী পাঙ্গল অসি কল্লম্নবা তৌরি। তৌইশুবা মসিনা মতম থরগী মত্তুংদা লম অমগী মীয়ামগী বোক্ত ফোওদোক-পগী খুদোংচাবা অমুদা অথিংবা পীরকপা য়াই। অমুনা লৈবাক অসিগী চুনবা শাসন মওংদি ফেদারেসননি, রাজ্য রাজ্যশিংদা মখোয়গী মনীং তোবা য়াবগী অধিকার থরা হেন্না পীবা। মাদ্রাজদা, মতম থরগী মমাংদা তেলেঙ্গানা অমসুং হৌজিকসু নাগালেণ্ডদা তোথাই তাবগী আন্দোলন তৌরিবা অসি, অইর্রা খিংবা য়াগদবা নত্তে। সোভিয়েৎ রাশিয়াগী সংবিধানদা করিগুম্বা মরমনা অমুনা তোথাইজবগে হায়রুদা খিংবা তৌদে। মসিনি গণ-তন্ত্রগী স্ত্রীকর্ত্তা লোকপা অধিকার।। মুখ্য মশানুনা য়াহুনা, পুন্না, লৈবসিনি গণতন্ত্রগী উদ্দেশ্য, পুন্না লৈতন্না য়াদে হায়রুনা নমহুনা হাহুনা থবদি গণতান্ত্রিক নত্তে।

ঐখোয়গী লৈবাক অসিনা পাক-চাউরবনা প্রজাগী মীহুৎশিংনা মীয়ামগা-মতম পুম্নমক্তা মরী থম্নবা ঙমদে। মরী অসি থবা ঙম্নবগী-দমক্তা ঐখোয়গী মীহুৎশিংবু মতৌ চাবা তোলোত্র অমসুং শেনগী তেংবাং পীকম লোকই। মসিদা শেল য়াম্না চঙবা য়াই, অদুবু গণতন্ত্রগী মহৈ অহং কংবা তাবদি মসি তৌকম লোকই।

ভারতকী গণতন্ত্র অসি পৃথিবীগী লৈবাক অতৈনা তমজনিংঙাই ওইররে হায়বা য়াই। 'থা-আফ্রিকাদা' কুচু মুবশিংদা ভোট পীবগী অধিকার পীদে। পাকিস্থানদা গণতন্ত্র মুথৎথরে। আমেরিকাদা প্রেসিডেণ্টকী শক্তি অসি কনামতনা থিংবা ঙমদে, মহাক্কী মতম লোইজিল্লগী লৌথোকপগু য়াদে। ভারতদি অসিগুম্বা অকায়বা অসি থোইদোক্লা লৈতে। হৌজিক থজিক্কুং শোয়রিবা হায়ববু মীশিং য়ামদবা কাওবুগী মতাংদনি। মথোয়গী বাহু তাননবা মতীক চাবা পাউৈ পুথোক্লবা মতম অদুদতা ভারতকী গণতন্ত্র অসি ফজনা য়মায় পাকপা ঙমগনি।

## ভারতা ইংলিশকী ওইরক্কদবা ফিভম
## *( The Future of English in India )*

লোনগী বাকথদা হৌজিক ভারতা য়ায়া লুরবা মতাং অমা থোক্লি। কাওবু অমনা হায়রি, ইংলিশ হায়বসিদি মীয়ৈবাকী লোন্নি, নীংতম্লবা ভারতনা লোন অসিদা তাংজহনা লৈবগী লেমজবা লৈত্রে; অদুগা লোন অসি থাদোক্তুনা লৈবাক অসিগী য়ম্ন ওইবা লোন হিন্দিদা সরকারগী থবকথনা, স্কুল কোলেজদা সাইরিক-সাইত্ত তম্বগ থোকই। অতোপ্পা কাওলুপ অমনা অমুক মোত পীরি, ভারতকী কনবগীদমক ইংলিশ অসি থাদোককদে, লোন অসি লৈবাক অসিদা থমথিনদবনি। মোত অনি অসি য়াম্না কয়া লেংবরি, অদুনা হৌজিক ফাওবদা বাকম অসি লৈনবা ভোকত্রি।

নীংতম্লবা মতুংদা ভারতকী সংবিধান শেবা মতমদগু ইংলিশকী বাকম অসি লাকথি। ইংগ্রাজীশিংবু তুরুচবদগী মতম অদুদা মী থয়াবনা ইংলিশ

অসি ভারতগী মুথৎনবা কন্না হোৎনখি। তৌইগুবসুং মতম অতুদসু ইংলিশ য়াবা কাওবু অমসু ফনা কন্না চুক শাহুনা লৈখি।

হৌখিবা ইতিহাস য়েংলূরবদি ইংলিশনা ভারতকী মমল কয়াম্না য়াম্নবা খৌদাং পাংথোকখিবগে হায়বদু খঙবা ঙমগনি। সাহেবশিংনা পান্দ্রিটৈগী মমাংদা ত্রৈথোয়গী ভারত অসি অমুক্তা মপুং ফানা পুম্না লৈবা ঙমখিদে। মতুগী মরমদি লোনগী খেঃবা অসিনা। অরাংগী আর্য লোনগা থাগী দ্রাবিড় লোনগা কয়াংগা য়াংবা লৈরে, অদুনা পুনশিন্দুনা অমত্তা ওইবা শায়বসি ওইথোক্লমদে। সাহেবশিংনা পাঙ্গলগী মতেংনা অহানবদা ভারতকী অপুনবা পুরকপগা লোয়ননা লৈবাক অসিগী অমত্তা ওইবা লোন অমা অমুক পুশিল্লক্লুনা পুনশিনবগী মরা চেংশিনকলখি। স্কুল-কোলেজদা লাই-রিক লাইক্তু ওবগী লোন অমা ওইনা চৎশনবগা লোয়ননা প্রদেশ অমগা প্রদেশ অমগা ভাব ফোঙ্দোক্নবগী লোনসু ওইরকখি। অতুক্তসু নত্তনা লৈবাক অসিদা হীরম খুদিংমক্কী জ্ঞান শন্দোক্লবসু ইংলিশ লোন অসিগী মতেংননি। অতুনা পণ্ডিত নেহরু, মৌলানা আবুল কালাম আজাদ, রাজ গোপালচারীনচিংবা লুচিংবশিংনা ইংলিশপু থম্নবা কন্না হোৎনখি। অতুগী সংবিধান শেম্না মতমদা হিন্দীগা লোয়ননা ইংলিশপুসু ভারতকী সরকারী লোন ওইনা থম্না অসি য়াম্নবদা তাখি।

হৌজিক বিশ্ববিদ্যালয়গী অরাংবা থাক্তা ইংলিশ অসি লাইরিক তম্নবা লোন ওইরি। তৌইগুবসুং মথা থংবা স্কুলগী ক্লাসশিংদদি তপ্না তপ্না লোন অসি লৌথোকপা হৌরক্লি। হিন্দী লোনবা কাওবুনা ইংলিশকী মহুৎ হিন্দীনা য়াম্না থুনা শিন্নবা কন্না হোৎনরকপতা নত্তনা আন্দোলন কাওবা তৌরক্লি। হিন্দীলোনবা প্রদেশশিংদতা নত্তে, অতৈ অতৈ প্রদেশতসু লম লমগী অতুগী লোন্না সরকারগী লোন ওইননবা কন্না থবক পাবথৎনরক্লি। মসিনা তাকপদি, ইংলিশ অসি ভারতগী নীন্দনা মুথৎখিবগী কিতম লেরে।

এংলো-ইণ্ডিয়ানশিং অসি ভারতমচা ওইরবাদি ইংলিশ অসিসু ভারতকী লোন অমনি। অদুগা মায়া লোক্লিংবা অমনা— ভারতমচা অয়াবনা ইংলিশ তমদনবা য়োগান লাউরবসু লাইরিক-লাইগী হৈবা, ইনাক্‌-কৈরাক খুনথ', অংগ্লো-অশাংবী মচাশিংদি ৎময়া হেক্র ইংলিশ তম্দনরি, লোন মায়া চঙবা ইংলিশ স্কুলদা থাব্রি।

তৌবগীদি মহাত্মা গান্ধীনা হায়রবা— ইংলিশ হায়বসি কৈদৌউৈবসু ভারতকী মীয়ামদা য়োলা ওয়োই— হায়বা বাকম অসিসু চুমই। অদুনা ঐথোয়গী 'লিনসু লিখ' চৈগুসু তেক্তবা' পোলিসিদি ইংলিশ অসিবু অনিশুবা লোন ওইনা থম্বা অসিনি। মশিংগী শিক্ষা ব্যবস্থাদা মীরৈ-বাকী লোন অমা তমদবা ইয়া য়াদে। মৈবাক অদুদা ৯০% দি ইংলিশপু অনিশুবা লোন ওইনা থম্নি। ঐথোয়গী মৈবাক্কী ছাত্রশিংদা থন্নু হায়রবদি চাং অসিদগী হেনগনি।

য়েংনরিবা নাকম অনিমক্কী হায়কম অসি য়ামথে্‌। অদুনা ইংলিশ লোথোক্লবা কমিশুবা বাহেপ অমা হাথু হাথু ভাবসি কত্তে। ভারতকী লোনশিং অদি চাওথংলক্লি, লোনশিং অসি চাওথংলা ভারতমচা পুন্নমক্কা পামই। অদুবু লোনশিং অসিনা ভারত পুম্নমক্কী লোন ওইবা ওনত্রিবা কারণদি ইংলিশ অসি থমথিবা তাই।

# ভারতা জাতি অমা ওইবগী বাখল

## ( National Integration in India )

ভারতমচা পূম্নমক অসি জাতি অমত্তনি হায়বসি বৃটিশশিংনা কৈদৌঙৈদহ্নু হায়রমদে। মরমদি মখোয়না শাসন তৌবা নুংঙাইনবা ভারতকী মীয়াম অসিগী মনুংদা জাতি অমত্তনি হায়বা বাখল অসি পোকহল্লিংঙমদে। মখোয়গী মোতত্তা লৈবাক অসিদা করিগুম্বা একতাগী খুদম উবা ফংলম্লবহ্নু মহু বৃটিশকী প্রভাবতগীনি, মরম ওইনা ইংরাজী লোনগী মতেংননি। অসিগুম্বা মোত্ত অসিগী মায়োক্তা ভারতকী লাইরিক-লাইশু হৈবা অমসুং লুচিংবশিংনা লাউহনা লাকই, ভারতকী মীয়াম অসি জাতি অমত্তনি, হৌরককম অমসুং লোনগী খেন্নবা লৈরবসু মরাংদি অমত্তনি, অমত্তা ওইবগী বাখল অসি মতম খুদিংদা লৈরকই। মোত্ত অনিসিগী খেন্নবা অসিনা লৈবাক অসিগী রাজনৈতিক ক্ষেত্রদা চয়াংনহনবা অমা থোকহল্লি। অহুনা বাকম অসি মায়া মুন্না নৈননিংঙাইনি।

অহানবদা ঐখোয়না খঙবা তাই, জাতি হায়বসি করিনো। জাতি হায়বসি করিনো হায়বা ফনা লুবা বাফমনি। অহুবু চাউরাক্না হায়রবদ', জাতি অবা হায়বসি বাখলগী বানি, পুক্নিংদা ফাওবা বাখলদা লৈরে। মসি মথক নাইবা পোংশক নত্তে। মীয়াম্না পুক্নিংদা অমত্তনি হায়বা বাখল অসি থম্লবদি হেক্তা জাতি অমা ওইবা য়াই। করিনা জাতি অমা ওইবগী পান্দমনো হায়বসি লৈত্তবনা বাফম অসি অমুক হেন্না লুহল্লি। তৌইগুবসুং ভারত অসি জাতি অমত্তনি হায়বসিদি হায়বা তাই, মরমদি মসিগী বাখল অসি হেক লৈত্তবদা অকাইবা অমা হেক্তা লাকই।

মতাং অনিদা স্তালিন্না পীরবা জাতি অমা ওইবগী পান্দম অদো পনবা য়াই, "A nation is a historically evolved stable community

ওইনা পুৱশিল্লবদা লুরা থোক্লিবনি। অহুনা লোনগী মতুংইন্না ৱাজ্য শেম্নবা খোঙাউ ঐখোয়না তাখিবশিনি। নীংতম্বগী মমাংদা কংগ্রেসন্‌ লোনগী মতুং ইন্না প্রদেশ শেমগা হায়বসি য়ায়বনি তৌইতবনুং নীংতম্বা মতুংদদি মখোয়গী ৱারেপ অদো থবক ওইনা পাঙথোকপদা নীংহম্নখি। মখোয়না নীংহম্নখিবগী মরমদি, মসিনা তোথায় লৈবগী ৱাখল অমি করথংলকত্রা অসিনি। অদুগা অসি লৈবককী সংবিধান শেমগা মতমদা প্রদেশকী মনীং মথা তম্বগী শক্তি অমি থোইনা পীদনুনা কেন্দ্রদা শক্তি য়াম্না পীখিবসিনি, মসিগী মথক্তনু হিন্দীবু লৈবাক অসিগী সরকারী লোন ওইহনবগী ৱারক লাউথোকখিবসিনি। অসিগুম্বা পোল্লিসি অসিদগী ৱাজ্য অমগা ৱাজ্য অমগা দুংশিনবগী মরংতা য়েংথিনবা হেন্দংকক্লিবসিনি। মরম অসিদগী তেলেগু ভাংবা অন্ধ্রবু তামিল ভাংবা মাদ্রাজতগী থাইদোকপা তাখি, গুজরাটিপা মহারাষ্ট্রীগা তোঙানা তাবা তাখি, পঞ্জাবতগী হরিয়ানা চোংথোরকখি। ইকুই কুইদনা আসামদগী চৌংগী লম থাইদোকপা তাখি। হিন্দীবু ভারতকী সরকারী লোন ওইনা লৌশিনবদা ঊম্নাং অমুক হেন্না হৌরি। লৈবাক অসিগী একতা পুরকপা হায়না লৌরিবা পোল্লিসি অহুনা হৌজিক লৈবাক কায়নবা মরম ওইরে। অহুনা ঐখোয়গী মাঙদা য়ান্না লুবা ৱাকথদি—করম তৌরগা কাঙলুপ মরাম অসিগী মরক্তা দুংশি-ৱাখল পুরক্‌না পুন্না অমত্তা ওইবগী ৱাখলদা লৈমিন্নবা কিতম অদু শেমগৎকদগে অসিনি।

মসিগীদমক অহানবদা, লোনগী মতুং ইন্না ৱাজ্য শেম্নগা লোন পুন্নমক সরকারনা চপ শান্নবা মীৎয়েংদা য়েংগদবনি। লোন য়াম্না লৈবাক্তা লোন অমত্তনা সরকারগী লোন ওইবা হায়বসি সাম্রাজ্যবাদীশিংনা লোই-অমদা তৌবা থবক্নি। অহুনা ৱাজ্য অমদা অতোপ্পা লোন অমা নমথুনা চংহনন্নবা তৌরোইদবনি। সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা কম্যুনিস্টপা অথৌবা লোন অমবু লৈবাক অপুনবগী ওফিসিয়েল লেঙ্গুয়েজনি (লোইশঙগী লোন) হায়না

লাউথোকপা নৈতে। তোঙান তোঙানবা লোন-কাঙলুপকী দরকার মতুং ইন্না রাশিয়ান লোনবু লিঙ্ক-লেঙ্গুয়েজ ওইনা শীজিন্নরবদু মীশিং খাইদগী য়াম্বনা ডাঙ্‌নরিবা রাশিয়ান লোনগা লিশিং তরামুক্তনা ডাঙ্‌নরিবা চুকচি লোনগা ওফিসিয়েল ষ্টেটস চপ যাম্নে।

অসিগুম্বদা মীংশিংগদবদি, জাতি কয়ামুক্তা পুন্নগা লৈবাক অমা শেম্বদা কন্নিহ্ অকায়বা নৈতে। অসিগুম্বা জাতি ময়ামা পুন্নশিনবসি মথা মথানা যানমবদি কন্নিহ্ নুনা থোক্তে, তৌইগুমবদুং কাঙলুপ অমনা কাঙলুপ অমবু নক্কংনবা তোয়োইদবনি। মীশীং য়াম্বা জাতিনা পুনশিন্নগা শেম্বা লৈবাক্তা য়াথোক নৈতবসি সোভিয়েৎ রাশিয়ানি। লৈবাক অদুগী সংবিধানদা জাতি থুদিংমক্কী মনীং-মথা তৌবা ওবগী অধিকার পীবত্তা মতুনা তোঙাম্না লৈনিংবা মতমদা থাইদোকপগী অধিকারসু পীরি। অসিগুম্বা অধিকার অসি পীবনা অমনা অমবু নক্কংপগী অকিবা অদো নৈতে, অদুনা অমত্তা ওইবগী বাথল অসি মরম চেংনা নৈ। ঐখোয়গী লৈবাক্তসু অসিগুম্বা পোলিসি অসি লৌহনা খংব-চৈনবগী অমসুং য়েং-খিনবগী মরম অদো নৈনহ্রবদি শোয়দনা কাঙলুপ ময়াম অসিগী মরক্তা নুংশিনবা লাকনি। মহুতদা তাঙত্তা অমত্তা ওইনা লৈবগী বাথলসু চেংশিনগনি।

# লান অমসুং শান্তি
## ( War and Peace )

মীওইবা অমগী পুন্সিদা অকনবা অমসুং কন্নবা, তুংশিনবা অমসুং লেংঙিনবনা চৎনবা লেংদ্রাইহন্দনা নৈনবা জাতি অমগী পুন্সিসু মসি চপ্‌চানা লোকই। অমবু অমবনা মতেং পাংমিননবা অমসুং পুন্না লৈমিন্ননবগী পুন্সি অসিদা ঐখোয়না অমুক্তং ঐখোয় মশেন অমগী অমনা হেন্ননবা অমবু অমনা নকথরবা লায়না তৌরি। মসি পুন্সিগী মাইকৈ খুদিংমনি— রাজনীতি, অর্থনীতি, সমাজনীতি, পুম্নমক্তনি। অদুনা লৌমিকী মরোম অসি অমগা অমগা লায়না তৌনবগী ওইনা লৌরে। সভ্যতাগী অহুক বাংলবা থাক অসি ফাওবা থুং শন্দুনা লাক্লগা মসি জাতি অমগা জাতি অমগা কুপ্পা [illegible]। অদুনা শান্তি, তুংশিন-শেম্নবগী হৈংলবা লম্বী মরক্তা তারি লাংগী পুংজাও মথোল।

তৌইশুসুং লান, অমুক্তবু থোক্লবাদ অচৌবা কাঙবুসু শমদবা কাঙবুসু অনিমক হায়নিংঙাই নৈতনা অবাবা নংই। অদুনা লান লোইরবা মতুংদা শান্তি পাম্বসি শমদবা কাঙবুদগী অচৌবা কাঙবু অদুনা হেন্নি, অমুক হন্না লান অসি থোক্লবা য়ায় কন্না হোৎনৈ। অসিগী থুদম ঐখোয়না হন্না হন্না উথি ইতিহাসতা, নৈবাকী নিংথোনা লান থেংনবনিংলবসু প্রজাশিংনা য়াদদুনা লান তোকপা কয়া য়াওখি। মসিনা তাকপদি, লান শমগী মরাই অমদা মীওইবনা তাওবসু খঙ্নোম-সুংদদি মীওইবা অসি শান্তি পামই।

জাতি অমগা জাতি অমগা লান থেংনবগী মরম ওইবা মরমদি মীওই বগী লমচৎতা মাগী মাগী জাতি অদুগী নাপল অমা নৈবা অসিনি মাগী মাগী জাতিগী নাপল অদুগী মরাইদা তাওখিদুনা মীওইবনা শান্তি

থুগাইরিবনি, লানগী মথুংতগী মীওইবনা নাহোকপা ঙমত্রিবনি। সভ্যতাগী হৌরকপা হুমিংতগী জাতি অমগা জাতি অমগা হুংশিননবা মীওইবনা লাক্লরক্লি, তৌইঙুমহৌং হুংশিনবগী লমদম অহুদি অহুম অহুম হেন্না লাপথোকথিবঙুম তৌরি। পৃথিবীগী অহানবা লাঙ্গাওগী মতুংদা লান শত্তাইনবগী মীফমদা লান ওম্বা কাঙবুনা লানদা মায়থীরবা জর্মনগী মথক্তা লানগী মরাল পুন্নমক থংদখি। অতুগা ক্ষতিপূরন পুঙমত্রবা লুমথ্রবা পোৎলুম অতু জর্মানীগী মরেংবান্দা হাপকৎখি। মরন মথুম মান-ইজ্জৎ পুন্নমক মাঙলবা জর্মানীনা মসিগী লমন থুম্নবা অমুক্তা মনুং মনুংদা লোম্না মপাঙ্গল শেমগংখি, মসিদগী থান্দনা হৌখি অনিশুবা লাঙ্গাওগী মৈরী।

মায়থীরবা, ওৎপি-নৈবিরবা অহুরদি ওইরগা মপাঙ্গল-মথৌনাদা লাক্লফামবা যাত্রবা জাতিশিংগী মীহুৎ ওইহুনা হিটলার, মুসোলিনী অমহুং হুজুকিনা লমজিংখি অসিগুম্বা মালেমবু যাঙ-তাকহনবগী মহাযজ্ঞ অসিদা। যুগ যুগদা বুদ্ধ, খৃষ্ট, গান্ধীনা চিংবা মীথোই-মীহেনশিংনা শান্তিগী পাউজেল চেল্লম্বা অতু মথোয়গী মনাকোংদা চঙথিদে। হৌজিকসু মীওইবগী মরক্তা অমত্তা ওইবগী রাগল পুবক্লবা লাক্লবা পুন্নমক অরেম্বা ওইহুনা নৈরি। মীওইবগী পুকচেল ঙসি ক্লাওবা শেংবা নৈত্রি।

ঙসিগী পৃথিবী অসি মপাঙ্গল কবগী ওইনা তৌরি। মঙণ চেন্নবসু মপাঙ্গল শোল্লবদি মহাক ঋপে লোক্লনিংঙাই ওইরি। থুংলাই শাম্বা হেক উবদা থুংলাই পায়দবনা ইকায় খুম্নবগা লোমননা লথী থরদোক্লি। মুক্লবদা মহাক্না ঙবগদবা হেক উবনা মরম অমা নত্রগা মরম অমা থিহুনা লানগী লালাউ লাউহুনা চোংশিজি। মরম অহুনা মী অয়াম্বনা থল্লি, শান্তিগী অশেংবা পাবৈদি লানগী থৌরাং চপ-চানা তৌবুনি। মীওইবগী শাজং-লমচৎতা অকনবনা অশোয়বু তুহৎপগী রাথল অসি কোকত্রিবা ফাওবা নৈবাক থুদিংমক মশা-মশাবু কয়নবা লাম্হেংনবগী পাজল শেমগত্তবা

য়াদবনি। শান্তিগী মুংশি-পাউজেলনা তমথীরবা শাগী থৌরবা খুজিল ঙাকথোকপা ঙমগনি হায়বসি অরেপ্পনি।

তৌইঙবমসুং ধর্ম অমসুং প্রেমগী মীচিং কমথংহনবনা লানগী উ দন্থ ওইরবদি লান হায়বসি মীওই-পুন্সিগী থানবা য়াত্রবা শরুক অমনি হায়ত্তুনা লৌবা য়াই। অদুবু বিজ্ঞানগী চুম-শো পায়বা ঙম্নবা জাতিশিংনা পাঙ্গলগী মর্যাইদা কাখিহনবা তাইবংপানবা অসিগী ঙক্শম মেৎলি। এটোম বোম-দগী হেন্না শাথীরবা তাইবংপানবা অসি তুম্না মাঙহনবা ঙম্বা থুংলাই পায়বা ঙরলবগী লমজেল তান্নরি। মাইকৈ মরিদা মচিবা ফিভং অসি হাইদোক্ত্না চাওথংত্রিবা জাতিশিংনা চাওথংপা কয়য়নো ঙমগদৌরিবা? চীখান থোঙদা শান্তিগী মুংশিরবা বাহৈ তাহল্লি, অদুবু ফুজিল্লি মথোয়না ঙসি কোরিয়া, থা-আফ্রিকা, ভিয়েৎনামগী মথক্তা। মসিগী বাহেল কনানা তৌগনি? বগ্-দাদ অমসুং সিয়াটো চুক্তিগী মসুং মসুংদা লানগী শন্নো শীল্লিবা অসি কনা-নম্থ থঙদবা নৈত্তে, শান্তি পুরকপগী মিংদা লানগী থৌরাং তৌবনি।

তৌইঙবসুং ঐথোয়না য়াহং অমদি হংদবা ঙমদে, মালেমগী শান্তি অসিবু পাঙ্গল কয়বা জাতিশিংগীদমক্তমা? অথোনবা জাতিশিংগী তেংথা-থোলনা মথোয়গী মন্নাকোং পোকথাহনবা ঙম্মোইদব? পাঙ্গল কয়বা জাতিশিংনা শান্তি 'অসিবু মথোয়ঙনা পুরকনি হায়না থরবদি মতু য়ান্না শাথীনা লানবা হায়বদো শইগনি। কম্নিসু নৈত্রবা তুমনৌবু থোংথাদা নৈবনি হায়না নৈহংতুমতা থম্বিরবদি নোংমা নত্রে নোংমদি মহাক্না মালেম নৈথক্তা ঈথোং.শিন্দুনবনি। তৌবগীদি তশেংবা লাম পায়দনা, শান্তি শাথা নৈবাক নৈত্তরম্রি নত্তে। ভারত, সোভিয়েৎ ইউনিয়নগুম্বা নৈবাক কয়াকি-তশেংনা শান্তি পান্না নৈবাকনি। তাম্নংবমকসু অমিগুম্বা নৈবাকশিং অসিনা কন্না হোংবদগী পৃথিবীদা লানগী ঈরাং নেমথহন্নবা হৈরিবনি। মাইকৈ অশোনবা ইউনাইটেড নেশন্স ওর্গেনাইজেসন অমদি বার্ল্ড পিস কাউন্সিলগী থৌদাং শীংথানাইঙাইহনি।

## হৌজিক্কী লম্লোন-ইতিক অমসুং এড্‌ভর্টাইজমেণ্ট
## (*Modern Business and Advetisement*)

হৌজিক্কী যুগ অসি এডভর্টাইজমেণ্টকী যুগনি। পুলিগী হৌরম থুদিংদা এডভার্টইযেণ্ট নত্তনা মীগী পুক্নিং চিংশিনব ঙম্বগী রা লৈতে। থাইদোক্না হৌজিক মতমগী লম্লোন-ইতিক্তা এডভর্টাইজমেণ্ট অসি মায়া দরকারনি।

তৌইগুবসুং থামনগী ললোন-ইতিক তৌবশিংনা এডভর্টাইজ তৌবা অসি কাল্লদবা থর্বক্ত হায়না লৌনরমী। মথোয়না খল্লমী, লম্লোন-পোংকী মরমদা শন্দোকপনা অতোপ্পা মীগী কারবার মুনবা য়াদে। মরমদি লম্লোনবা মী থুদিংমক্কী পোৎশক মাইয়ে। মরম অদুনা পোৎশক্কী মরমদা শন্দোকপদা তৌরিবা চাদিং অসি অয়েবদা শেন লংশেকপনি হায়না মথোয়না খল্লমী। থায়নদৈঙদা মসিগী অচুম্বা থম্বা লৈরম্লবসু হৌজিক্তি মসি চুম্মি হায়না লৌবা য়াত্রে। হৌজিক্কী মতমদা কয়গুম্বা মথল অমগী পোৎশক অমা শাবদা মগুণ থর থরা খেল্লবা অসি তোয়না খেংলৈ। থুদম ওইনা হায়রবদা লক্স', 'পাম-ওলিভ', 'হামাম' নচিংবা হকচাং নোইনবা সাবোন অসি পনবা য়াই। মথোয় পুম্নমক অসি মরম অমত্তগী পোৎশক্নি; অদুবু মগুণদা খেন্নবা লৈ, অদুনা মথোয় অসি পোৎশক অমত্তনি হায়বা য়াদে। অসিগুম্বা পোৎশকশিং অসি অমগা অমগা কন্না লাম্বা তৌনৈ। অদুনা অসি-গুম্বা পোৎশক লম্লোনবদা এডভর্টাইজমেণ্টকী মতেং লৌবা নত্তবা পোৎ শীৎপগী রা লৈতে।

ঐখোয়গী লৈবাক্তা হৌজিকসু লম্লোন-ইতিক তৌবা কাঙবুগী শেন্নাল্লবা বাথল অম লৈরি— এডভর্টাইজমেণ্টতা লংশেক্লদৌরিবা শেল, অদুনা কার-বারদা হাপ্তিল্লবদি মতুনা হেন্না কান্নগনি। তৌইগুবসুং মসি কয়াম্বা লানবা বাথলদো হায়বদা, ঐখোয়না উই, কনাগুম্বনা ফনা ফবা পোৎ শাহুনসু

ময়ামদা শন্দোক্তুনা থগুহনদ্রবদি থগুদবা মহাক্না পোৎ অদু কনামতনা লৈবিদে। মীনা লৈবিদ্রবদি লল্লোনবদা মাগুবা নত্তনা তোংবগী ৱা লৈতে। ঐথোয়গী লৈবাক্তা অগুকপা মতৌ অমসু উই। লল্লোন-ইতিক তৌবশিংনা শেন্দোং ফংবা মতমদা এডভর্টাইজমেণ্ট কন্না তৌই অদুগা শেন্দোং তাথ-রকপা মতমদা শেন লৈত্রে হায়দুনা এডভর্টাইজমেণ্ট তৌদে। মসি অপগুবগী থৌদোনি।

পোৎ য়াম্না শীংননবা পাইস্ব অনিনি—অমনা পোৎ হোংনা য়োনবা, অদুগা অতোপ্পা অমনা পোৎকী মমলদি চপ-চানা থম্নগা পোৎ লৈখিনবা মীশিং হেঞ্জৎহনবা। পোৎ-লৈবা মীগী মশীং হেঞ্জৎহনবসি এডভর্টাইজমেণ্টনা ওমই। মী অয়াম্বনা মহাক্না শীংডম্নবিবা অথন্নবা মার্কাগী নত্রগা মিং অদুদগী অহেনবা পোৎশক অমা কনাগুম্বনা য়োল্লি নত্রগা পোৎশক অদুমক কনাগুম্বগী দুকানদগী হোঙনা ফংব' যাই হায়বসি থগদে। এডভর্টাইজমেণ্টকী মত্তেংনা পোৎ-লৈবা মীদা থগুদবা পোৎশক অদুগী মগুণ অমসুং মমল থগুহল্লবদি অনৌবা পোৎশক অদু পাম্নবা অমসুং লৈনবা হেল্লক্লনি। অসিগুম্ব নত্তনা ময়াম্না থগুনবা পোৎশক্তুগী ময়ামগী মন্নুংদম্ব য়াম্না তোম্বনা এডভর্টাইজ তৌবা পোৎশক অদুনা হেন্না শীংলি। মরমদি ঙাইহাক কাংদনা সিনেমাদা, পাউজেল-চেদা, লাইরিক্ত', লমী লমথাংদা থেংনবা পোৎশক্কী মিং অদুনা ঐথোয়গী পুক্লিং চিংশিনবা হায়বসি মথানা তারবনি।

মতাং অসিদা ৱাকম অমা থম্মনিংঙাইনি। এডভর্টাইজমেণ্ট অসিনা লল্লোন-ইতিক তৌবশিংগী কান্নবসু সমাজকী কন্নিগুম্বা কান্নবা লৈবরা? কনাগুম্বনা হায়রৈ, এডভর্টাইজমেণ্ট অসিনা পোৎ-লৈগদৌরিবা কাঙবুগী মফমদা কৈথেলগী ঐ পাউ থৌহনদুনা মীয়ামগী কান্নহল্লি। কাঙবু অমনা অমুকসু হায়, এডভর্টাইজমেণ্টকী মতেংনা ভাৎ-পাৎ তৌরা কোম্পানীশিংনা

পোৎশকী মরমদা  থইদবা কয়া হায়রিজিন্দুনা মীয়ামবু নমথাক তৌই। মসিগী মহৈনা কৈথেল্লদা অফবা পোৎ কংবা রাশিন্নকই। তৌইগুমহৌং মসিমক্ত অচুমনি, হৌজিক্কী মতমদা তাৎ-পাৎ তৌহুনা কুইনা কারবার তৌবা য়াদে। এডভর্টাইমেন্টনা অফবা পোৎশকী মরমদা শন্দোকপা মতমদা সমাজকী কান্নবা তৌই হায়বসিদি ককপা য়াত্রবা বাফএনি। অচুমকপু তাৎ-পাৎ তৌবদা হৈনবা কাগুম্ফিংনা নমথাক তৌবা থমদনবা হায়দুনা পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমক্তা এডভর্টাইমেন্ট অসি নিয়ম অমগী মথাদা তৌননবা হায়দুনা আইন পাশ তৌনরি।

ঐথোয়গী লৈবাক অসিদা নত্তবা এডভর্টাইজমেন্ট অসি থিংননবা আইন লৈরবসু আইন অসি চপ-চানা পায়খৎপদি ওমদ্রি। নত্তব এডভর্টাইমেন্ট থিংবা অসি ওণ্ডাইকদ্রবা থবক্নি, তৌইগুমহৌং সমাজগী কান্নবগীদমক্তদি অফবা পোৎকী এডভর্টাইজমেন্টতি হেন্না হেন্না তৌহনগদবনি। ওসি ঐথোয়গী লৈবাক অসিদা অপিকপা শিন (small scale industry) দগী কর করবা পোৎশক কয়া থোক্লি। শেন লৈতবনা মথোয় অসি ময়ামদা শন্দোকপা ওমদে। অদুনা অসিগুম্বা শিন অসি নোংমা নোংমগী মাঙথক্লি। তৌইগুমহৌং মাকন অমত্তোমদনা, তাৎ-পাৎ হৈবা কাগুম্বা লমী নমথাংদা, মুমগী কয়াংদা, পাউজেল-চেদা, সিনেমাদা জাৎ জাৎ শন্দোক্লুনা সমাজমু নমথাক তৌরি। অসিগুম্বা সমাজকী মাঙনবা তৌবা এডভর্টাইজমেন্ট মথম অসি থিংদবা য়াত্রবা পোৎশক অমনি। থবক অসি য়ান্নদি লুই, অদুমু তৌদবা য়াত্রবা থবক্নি।

# মালেম আস থৌনাফবগীনি

*(None but the brave deserve the fair)*

সংস্কৃততা পাউরোৌ অমা লৈ—'বীরভোগ্যা বসুন্ধরা'। হায়বদি থৌনা-ফবশিংতনা মালেমগী অক্ষ-মুঙাই ফংবা ঙমই। সংসার অসিদা ঐখোয় পুরুষপ্পা উরিবসিনি, হোৎনবা নত্তনা কহিবতা ফংবা ঙম্বগী মা লৈতে। থক্ক তৌনিংবা, ইচং-থৌনা লৈবা কাওবুনা মতম পুরুষক্তা মথোয়গী পুক্কিং অমসুং পাঙল হীরম অমদা নত্রগা অমদা শীজিন্নহুনা থবক; মথোয়না অহানবদা কহিঙবা থুদোং-থীবা থেংনবা মাঙ্গবস্থ মরৈদি নীংজিবহুগী মহৈ চাবা ফংই। পাঙল হেক লৈরগা মহৈ চাবা ফংগদবা নত্তে, পাঙল অসুবু শীজিন্নবগী থৌনা অসু লৈতবা যাদে। থৌনা বাংপহগী পাঙল-সৌশিং লৈবা কযানা পুন্সিদা মহৈ চাবা ফংখিদবা ঐখোয়না থেংনদবা নত্তে।

নব-থুমগী মবেন্মা লম্মীনা নোঙ্মা ভনদবা মীকবু চানখি। তুমহুনা লৈবা নোংমাগী থম্বাংতা শক্তীবা কৈদৌরৈদা চক্তকপা হৌবদে। পাঙল করবা নোংখা অহুস্ মহাকী মপাঙল অসু শীজিন্নহুনা শক্তী ফাদ্রবদি চবা থেনবা তাবগ্নি। পাঙল লৈরগা হেক্তা ওইবা নত্তে—পাঙল অসুবু থনক্তা শীজিন্নবা চাই।

ইতিহাসকী লামায় ফ্যাক্টোরদুবু ঊবনি নোংমা কনবা থৌনাফবশিংনী অম। ভারতকী রাজ-সিংহাসনক্ অসি শাগৈ-জাত চাউবা কাওকু অমত্তনা মতম চুপ্পদা পানখিদে। শাগৈ-জাত চাউরবসু ইচং থৌনাফবা কাওবুনা থৌনা মাওদবা শাগৈ-জাত ফবশিংবু তাম্থোক্তুনা ফযান ভোংবগী থুদম মশীং মাযদবা নত্তে। নোংমা তনদবা, থৌনাফবা বাবরনা মধ্য-এশিয়াগী কনা থঙদবা পিক্লবা লমদম অমদগী বাংলবা চীংশাং কয়, লান্দুন: লাক্লগা অবাংবা আশা অমসুং থৌনাগী পাঙ্গৈভনা মোগল সাম্রাজ্যগী যুক্ষম

খোল্লম্মী । বিহারগী কুন্থিদ্ৱ লৈরবা ফায়েবিবার অমগী মচানুপা শেরশাহনা মশাগী ইচং-খোনাডনা মোগল নিংথৌরেলবু ডানথাইহনা ভারতকী শাহানশাহ, মালেশাহ, ওইখি ।

অৌবশীদি নোংমা পুম্মক মঠৈ থান্না নত্তে । অৌইগুবন্থং মঠৈ থাজবত্থ নোংমা তনদবা কাওবুগী মফমদদি অপেনবা অমা লৈরে । পুক্নিং চঙনা, নীংবা হোংবনা, তৎতনা হোৎনবা মী অহুনা থাজবীনা ফংলবত্থ থাজবীবা অহুনা ফুঙাইবা অপেনবা অমা ফংই, অহু থবক লোয়বদা মীনা ফংবা ঙমদে । মঠৈ থানবগী পাদমা খোনাকবশিংগী চাং লেপকদবা নত্তে, পুক্নিং হোংবনা হোৎনবা অহুনি মরুপি । থাজবীবদত্থ থামগাক্লেপগী লেমজবা অহু ফংবা ঙমই । মেবারগী লুহুপ-মণি মহারাণা প্রতাপসিংহগী থানা লেনখিবা পুন্সিনা অসিগুম্বা লেমজবা অস্সুগী লাইরবা থুনলবি । খোং-জোমগী লানফমদা মৈতৈগী খোনাকপা মপারীশিংনা মরৈবাকীদমক থরায় থাবা কাওবা লাংহৈনহনা থাজবীবা ফংথ্রবত্থ ওসি কাওবা মখোয়গী ইচং-খোনাগী থাবা শক-খোয়রি ।

'মালেম অসি খোনা ফবগীনি' হায়বা চুম্বা, ফজরবা শৈশক অসিগী মহুংদা মীহুংশি মাওদবা ঈচেল অমা চেল্লিবসিত্থ লৈননিংঙাইনি । থরা হেক লৈনবদা উগনি শৈশক অসিগী অর্থ অমনা 'অকনবা অচুম্বা শকই' হায়বসিনি । মীওইবগী ইতিহাস লৈনরুরবদি উগনি, মসি খোইনা থাগৎপা মাবা থাফম নত্তে । মীওইবা ঐথোয় হৌজিক জ্ঞান লৈরে, চাওখৎলে । অহুনা অমগী মতেং অমনা পাংফম খোকই, অকমবনা অশোনববু লৈহৎ-পিবা চুমদে । অকনবনা অশোনববু লৈহৎপিবদি শাগী লিচৎনি । অৌই-গুবন্থং মীওইবদি চৎনবী অমগী মথাদা লৈরবা জীবনি । অহুনা চৎনবী অহুগী থাংমদা থবক হেক তৌবদা মহাক অদো সমাজগী মেক্লবনি অমন্থং তমথীবনি । অহুবু মপাঙ্গল ফবগী মমাইদা মীনা মীগী মাঙনবা তৌরি, জাতি অমনা জাতি অমবু তুম্না হাৎলি ।